# ছন্দবীণা

---


## রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ

কাছাড় কোলেজ শিলচরগী মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগী

প্রধান-অধ্যাপক





দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর

ইম্ফাল

১৯৬৯

থোকবা
দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর
ইম্ফাল

মপুম
মুকুন্দ দেবনাথ
অহানবা থূংলম : লীশিং অমা
পোয়ষ ১৮৯১ । ডিসেম্বর ১৯৬৯

মখা
খুমনথম রাসবিহারী সিংহ
দি ফ্রেণ্ড্স ইউনিয়ন প্রেস
ইম্ফাল

বস পুস্তক লাইরিকলেংবগীনি ।

মমল লুপা তরানীথোই

## হৌরম-লামায়



### অহানবা শরুক ( শকখঙনবা )



### অনীশুবা শরুক

### ( ছন্দগী মচন অমসুং কাঙলোন )

## হৌরম-লামায়

অহুমশুবা শরাক

( ছন্দগী শাথেক অমসুং শক্লোল )

## হীরম-লামায়

### মরিশুবা শরুক ( ছন্দশ্লোলগী মরু )



### মঙাশুবা শরুক (লেমহোৎবা রাক্ষম)



---

# অফোঙবগী বারোল

লোলগী মচং ওইবা লাইরিক কয়া রাৎলিবা মণিপুরদা কাররারগী মায়কৈদা নত্তনা লাইরিকী মশক মগুণ খঙনা ফোঙবিনবা পাব্লিসর য়াম্না রাৎলি। মসিমক্নস্থু মণিপুরী সাহিত্যগী চাওখৎ-খোঙহৌ তপ্পগী মরম অমনি। অহোবা অসোমদা ঙমজবা খরদংনা লৈবাক্কী মীৎয়েং চিং-শিজবা ওইনা প্রোফেসর রাজকুমার স্থুরেন্দ্রজিৎ সিংহগী ছন্দবীণা ফোঙবগী থৌদাং ফোরমনা লৌজবনি।

লাইরিক অসি প্রোফেসর অসিগী মমল য়াম্রবা থুদোল অমনি। পীরিবা মচাক অমম্নুং পুখোক্লিবা মওঙ অসিদা ফোরমনা ফোরমগী ওইবা মততি পীজখিদে। চুম্না কুপ্না পাররা মতুংদা, মণিপুরী সাহিত্যদা বৈজ্ঞানিক ওইবা মওঙদা থিবা য়াবা থিরগা ফজবা মওঙদা মচু তানা পুখোরকপা অতাঙবা লাইরিক অমনি খম্না ফোঙদোকচবনি।

মণিপুরী ছন্দগী সমুদ্রদা অকনবা ঈহৌ অমদি লৈবাক্না কবি অমম্নুং সাহিত্যিক অমা ওইনা শকখঙবিররা শ্রীরাজকুমার স্থুরেন্দ্রজিৎ সিংহনা শোয়দনা পীরি থখৈ।

মণিপুরী লোলবু হুংশিবিবা ইবুঙো ইবেম্মশিংগী মফমদা ঐখোয়গী ছন্দবীণা আশা চাউনা লাম্লোকচরি।

শ্রীরাজকুমার মণি সিংহ
জেনেরেল সেক্রেটরী
দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর

ইম্ফাল
তাং ১।১২।৬৯ ইং

# ৱাহৈ খরা

হৌজিক মৈত্রবাকী পুন্সিদা হৌরিবা অকনবা ঈথক ঈহৌ অসি মরুওইনা মপাঙ্থোংদা হুংঙাইনবা মচাক লাঙবগী ঈহৌ ওইনা ঙৌই। পাঙল তানশিন্নবগী মায়কৈদদি ঐখোয়গী থৌরাং য়াম্না শোথরি। পাঙলগী পূকৈদা য়েংলুরবদি ঐখোয় অসি শেলথুমগী কিতমদসু, লৌশিংগী থাক্তসু, পুক্নীং থম্মোই শেংদোকপদা অমসুং লামথোক-পদসু চাওখৎলবা জাতি অতৈ অতৈদগী য়াম্না হন্থরি হায়বা থঙবা ঙম্মী। ত্তৌইঙম্বসু হুংঙাইনবগী থৌরাংলোমদা পুক্নীং চঙবগী চাং য়েংলুরবদি মায়কৈ কয়াদা ঐখোয়গী পাঙল শোথরবসু, হুংঙাইন-বগী মচাক্তা অরাংপা কয়া লৈরবসু ঐখোয় অসি কনা চাওখৎলবা জাতি অমনি হায়না থঙবা ঙম্মী। সাহিত্যগী মতাংদসু হায়রিবা মখল অসি উবা ফংই। হৌজিক মৈতৈ সাহিত্য শেম্বা অয়াম্বনা রস পাম্বা অপাবশিংগী হুংঙাইনবরোমদা মরুওইনা থন্দুনা নাটক উপন্যাস য়ারী কবিতানচিংবা রসসাহিত্য অমদি রম্যরচনা পুথোক্লবরোমদদা পুক্নীং চঙবগুম উরি। অতুগা সাহিত্যগী লেপকম য়ুফম ওইগদৌ-রিবা সাহিতাকাঙলোন (সাহিত্যতত্ত্ব), লোলগী কাঙলোন (ভাষাতত্ত্ব), ছন্দ, অলংকার, সাহিত্য অমসুং লোলগী ইতিহাসনচিংবা সাহিত্য-শাস্ত্রশিং পুথোক্লবগী অকনবা থৌরাংদি উবা ফংদ্রি। থৌরাং অসোমদা রাংপনা হৌজিকফাওবা ঐখোয়গী লোন অসি বিশ্ববিদ্যা-লয়গী থাক্তা খ্বাইদগী য়াংবা থাক য়োনা পুখৎপা ঙমদ্রি অমসুং ভারতকী অথোইবা লোল অমা ওইনা শীংথানদ্রিবসিগীসু মসিনা মরুওইবা মরমনি।

মৈতৈ সাহিত্যগী অরাংপা মায়কৈ অসি মেন্নথৎনবগী থৌরাংদা অওবা শরুক থরদং য়াজনীংহুনা ছন্দগী লাইরিক অসি ইজবনি। মসিদা য়ারিবমখৈ বৈজ্ঞানিক ওইবা রাখলগী লৌচিংনা নিয়মগী পরীং মাইনা মৈতৈ কবিতাগী ছন্দগী মপুংফাবা অশেংবা শকুম অমা পীনবা হোৎনজরি।

চপচাবা মওঙদা মৈতৈ ছন্দ নৈনবা তাৱবদি মৈতৈ কবিতাগী অরিবা অমসুং অনৌবা মথল পূম্নমক নৈনগদবনি। মতৌ করম্না মৈতৈ ছন্দ হৌরকপা অমসুং মথং মথং চাওখৎলকপা, ভারতকী তোঙান তোঙানবা লোলগী ছন্দগা মৈতৈ ছন্দগা করম্না মরী লৈনবা, মৈতৈ ছন্দগী ইতিহাসকী মসুংদা অমতওইবা লংলা করিনো অসিন-চিংবা রাফমশিং অসি নৈনগদবনি। মরম অতুনা লোলগী কাঙলোল, মৈতৈ জাতিগী ইতিহাস, মৈতৈগী পুক্নীং অমসুং হবচাংগী খোঙদোক-হেন্দোকপা মওঙনচিংবা খঙনবা হোৎনগদবনি। অতুগা ছন্দোবিজ্ঞান, লোলগী বিজ্ঞান, খোম্লিলবিজ্ঞান ( ধ্বনিবিজ্ঞান ) অমসুং সঙ্গীতকী মরুওইবা কাঙলোলশিং অতুসু যুম্না খঙগদবনি। মৈতৈলোল নত্তবা অতোপ্পা লোল অম'নীগী কাবা অমসুং ছন্দগী শাজৎকী (প্রকৃতিগী) মরমদসু নীংথিনা খঙগদবনি। অতুগা লোয়ননা মহৌশাগী ওইবা ছন্দগী ঈফাও অমসু ইশাদা লৈগদবনি। অসুম্না নৈনরবতদা মৈতৈ ছন্দগী চপচাবা শককম অতু কাবা ঙমগনি অমসুং মৈতৈ ছন্দগী শাজৎ অমদি পাঙ্গলগী মরমদা অশেংবা অরেপ্পা খঙবা ঙমগনি। অতু নত্রবদি মৈতৈ ছন্দগী মরুওইবা শাজৎ করিনো, চৎনরিবা তোঙান তোঙানবা ছন্দগী মসুংদা মরুওইবা অমতওইবা মওঙ কদায়দনো, মখোয়গী মথল থায়দোকপা জাৎ থম্নবা মতৌ করম্না য়াবগে, অতোপ্পা লোলগী ছন্দ মৈতৈ ছন্দদা লৌশিল্লকপা য়াবরা অসিনচিংবা রাফমশিং অসি খঙবা ঙম্লোই। অতুনা লাইরিক অসি ইত্রিতৈঙদা মথকী রাফমশিং অসি নৈনদুনা য়ারিবমথৈ মৈতৈ ছন্দগী চপচাব শককম অতু লাকশিন্নবদি হোৎনজখি। অতুবু কদায়কাওবা লাকশিনবা ঙম্নবগে হায়বতুদি লাই-রিক অসি পাবিবশিংনা খনবিগনি।

মসিদা উৎলিবা ছন্দগী কাঙলোলশিং অসি অরিবা অনৌবা মৈতৈলোলগী কবিতা পূম্নমক্তা য়াবা ঙাক্তনি। কাঙলোলশিং অসিনা মৈতৈ কাব্য পূম্নমকী অমতওইবা লংলা ওইরিবনি অমসুং কাঙ-লোলশিং অসি মৈতৈলোলগী শাজৎ, মৈতৈ খোনহায়গী পথাপ অমসুং

মৈতৈগী মহৌশাগী ওইবা ছন্দগী ঈকাও মতুংইন্না শেম্বনি। অদুগা মসিদা শীজিন্নরিবা পরিভাষা ( terminology )-শিং অসি য়ারি-বমখৈ অশেংবা মৈতৈ ল্লাহৈ ওইনবা হোৎনজরি।

কলচরেল ফোরম, মণিপুরনা লাইব্রিক অসি ফোঙবিন্না মৈতৈ সাহিত্যাগী অরাৎপা শরুক খরত্তা ওইরবস্তু মেনখৎনবগী থৌরাং মপুং ফাহনবিবগীদমক ফোরম অসিবু ঐন' ভমখৈ নৈতনা থাগচরি।

লাইব্রিক অসি অহানবা থূৎনম ওইবন' অমস্তুং ইশানা শিলচরদা লৈরগা ইম্ফাল প্রেসতা নম্বন' প্রুফ থাদোকথাজিন তোন্নুনা চত্থবা তাখিবদগী প্রুফকী মতাংদা নীংবা থুংদবা য়াম্না লৈখি। অন্তবু প্রেসকী মেনেজর তাইবুঙো রাসবিহারী সিংহনা য়ারিবমখৈ মেনখৎ-পিন্নুনা ঐঙোন্দা যাম্না মতেং পীবিখি। মত্তাং অসিদা খোইদোক-হেন্দোক্না পঞ্চনীংবা অমদি—প্রুফ লোবদা পাংবিবগা লোয়ন লোয়ননা ল্লাহৈগী অশোয়অভাম কয়াস্ত তাইবুঙো অসিনা য়েংশিনবিন্নুনা লাইরিকী মগুণ হেন্নৎনবস্তু হোৎনবিখি। মসিগীদমক ঐগী নুংঙাইবা অমস্তুং তোবিমল থঙবা ফোঙদোকচরি।

অদুগা অরোইবদা নীংশিংজগদবা অমনা—প্রুফ মুলহৌদবদগী অশোয়বা শরুক কয়িগুম্বা য়াওরম্লবদি ভাকপিনবা হায়জরি অমস্তুং মখংগী থূৎনমদা য়ারিবমখৈ অশোয়বা য়াওদনবা হোৎনজগনি।

কাছাড় কোলেজ
শিলচর
ডিসেম্বর ১৯৬১

রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ

## মৈতৈ লোইলমদা

তাইবঙ-মৈখোন মবক্তা খোযথুম-য়াত্রা নিজুনা
বিশ্বসাহিত্যনৈকোন্দা লোনশাংনবা লৈরিবী
মৈতৈ লোইলমা নহাক্কী নখাওথগ্নান্দা কঙ্করি
ছন্দবীনানী রাগিনী লৌবিশি ইমা নুংশিবা ।
পাখংবা নাইস্ত্রা হাক্তক্তা ওগ্র মৈশেবোল শকখিবা,
খোংজোমনুবী নোঙ্গাবোল নাইরেম পাউশ নুংশিরোল,
নুংজেংশিবা নহানা নুমিৎ কাপ্পগী খোংনাবোল—
নুংশিদকা ইমাও নডগী য়াক্রানি লোইলমা ।

খোংনাংমাবা লৌরেম্বা কোনেংকমেস্ত্রা লাযতংবা
খোইজপূবা কয়ামী পুযা মৈলোল চিন্নবা,
যখাই-খোজেল মৈশংমাযা অঁশরেম্বা কয়ানা
মৈতৈ মপাউ অখুম্বা মৈশেক্রুকন ওইবিব
মৈতৈকাব্যলৈমালনী হারি তাম্বা খোইমাংনা
ছন্দবীনানী রাগিনী নিঙ্গনবিরা তাইবঙদা ।

সুরেন্দ্রজিৎ

# ছন্দবীণা

## অহানবা শরুক

### ( শকখঙনবা )

### ছন্দ পোকখিবগী ঢা

লোলনা হৌরকপসি মরুওইনা মীওইবগী পুন্সিদা সমাজগী ওইনা তৌদবা য়াদবা থবক অমসুং অচঙবা কয়ামরুম লৈবদগীনি। তৌই-গুম্বসুং মীওইবা হায়বসি অচঙবা পোৎ ঙাক্তগী মনাই ওইদে, সংস্কৃতিগী ইতিহাসতা মহাক্কী কান্নদবা থবক্কী রা য়াম্না য়াওরি। য়েহ্লোযুগকী মীওইবনা লোলগী মমুংদা শুক্ষৎনবগী মশক ওইবা পাঙ্গল অমা ফংবদগী মহাক্না রাখলগী রাংমদা লাক্তুনা খোঞ্জেলতনা শান্নবা হৌরকখি। মতমত্তুদগী ছন্দ অমসুং সুর-তাল থোকখি। অত্তুদগী মীওইবনা কান্নবা অমদি কান্নদবা থবক, লাইরা, লাইশোন, ঈশৈন-চিংবা অসিদা ছন্দ পানশিনবা হৌখি। মমাঙৈগী মীরোলদদি ছন্দগী শৈনিন্দগী থোরকপা শুক্ষৎনবগী পাঙ্গল ( mystic power ) অসি মীবু ঙাওহনবা ঙম্বা ময়াইকাবা মহীদগী হেন্না ময়াই কল্লম্মী। লায়-রোলদা ( অধ্যাত্ম-ইতিহাসতা ) মতৌ অসুম তৌনা ছন্দ চঙলক্তুনা শৈরেং লাকখি। লোলগী মমুংদা ছন্দ চঙলকপগী অরেপ্পা মতমদি কনানসু 'হায়বা ঙমদে, মরমদি ছন্দ হায়বসি সংস্কৃতিগী মতুং ইন্ন-রুকপনি অত্তুগা সংস্কৃতি সভ্যতাগী খোঙচৎ অসি ওন্ননবা চপচাবা লমওনজ্জৈ লৈতবগুম্না হৌরককম খঙনবা থুদম অমদি প্রমাণ ইরৈ লৈতে। মীওইবনা করম্বা মতমদগী মৈ শীজিন্নবা হৌখি, করম্বা মতমদগী ফি শাত্তুনা শেৎপা হৈখি হায়বা অসিনচিংবা রাহংশিং অসিগী

মতুংইন্না চপচাবা তারিখ পীরুবা কনানসু ঙমদে। ছন্দ অমসুং শৈরেংগী ইতিহাসসু অসিগুম্বনি।

ঐখোয়গী পুরাণদা য়াওবা ছন্দ পোকখিবগী য়ারী অমসু ময়াম্না খঙনরি। তমসা-তুরেল-তোর্বান্দা য়াইহু নহা অনীগী মরক্তগী লাবক্তবু শাদানবনা হাৎলবদা বাল্মীকিগী থম্মোইদা ফাওখিবা অরাবক্তনা শ্লোক ওইনা খোরক্তুনা ছন্দদা হাইত্তুনা লৈখি অমসুং খঙহৌদনা নিঙ্গকপা ছন্দগী ঝংকার অক্ত মপান্নাইদবা মতমগী খোঙ্গেন্দা তিন্দুনা লৈখি। শিখিবা চেক্লা অমসুং শিগ্রবা অক্তগীদমক্তা কায়নমৈচাক ফংতুনা লৈহৌরিবী য়াইহু নহা অমোম্না কপখিবা— পূন্নমক যুগ কয়াগী মমাঙদা লূপখ্রে। তৌইগুম্বসুং মসিদা ফংখিবা বায়নমৈচাক অক্তদি মতমগী লমওনজৈনা ওনবা য়াদনা লোইদবগী থম্মোইদা য়ৈত্তুনা লৈরি। মরম অক্তনা কবিগী শাপনা ছন্দদা শাদোং ওইত্তুনা যুগ অমদগী যুগ অমা লান্না চেল্লক্লি। তমথীরবা শাদানবা অক্তদি থুংলাই মখল মখল পায়ক্তুনা কিরবা মফম বয়াদ লৈবাক বয়া ফাওক্তুনা শবফম বয়া হোংনা হোংনা কোয়না চৎখ্রে। তৌইগুম্বসুং কবিগী শাপতি লোইব নাইদবা মতমগা শৈরোয়ননা হোংবা নাইদনা লেপ্পা লৈতনা নিন্দুনা লৈহৌরি। অসুম তৌনা মুংগী থিংঙমদবা ঈহৌদগী খোরকপা কবিগী থম্মোইগী মুংবান (অনুভূতি) অমগী শাদোং ওইনা ছন্দ পোকখি।

ছন্দ পোকখিবগী থৌদোক অসি পুরাণগী য়াফম ওইবনা মসিগী অচুম চুমদ ঐখোয়না লেপ্লুবা ঙমদে। থৌদোক অসি চুম্বু চুম্নবসু চুম্বু চুমত্রবসু করিগীদমক্তা ছন্দ পোকখ্রিবনো হায়বসিমদি ঐখোয়না থৌদোক অসিদগী খঙবা ঙম্মী। য়াহৈতনা ফোংদোকপা ঙমত্রবা কবিগী অরাবক্ত ছন্দগী পাম্বৈনা যুগ অমদগী যুগ অমা লান্না পুরক্তুনা মীওইবগী থম্মোইদা মুৎপা নাইদনা য়ৈহল্লক্লি। অসুম তৌনা মীওইবগী য়াখলবু য়াহৈগী য়াংমদা পুথোক্তুনা মশা পালহন্নবগীদমক্তা অমসুং থম্মোইগী মুংবানবু (অনুভূতিবু) মপান্নাইদবা মতমগী খোঙ্গেলগা তিন্নহন্নবগীদমক্তা মীওইবগী সংস্কৃতিদা ছন্দ লাকখিবনি।

# ছন্দগী অর্থ

**লোলবু থুম্না তাহন্নবগীদমক অমস্তুং অতাবগী পুক্লীংদা রস পোকহন্নবগীদমক অমদি রাহৈগী মন্নুংদা লৈবা রাখলবু অর্থগী মপান্দা পুথোক্লবগীদমক মওঙ নাইনা খোঙ্গোক শীন্দোক-শীঞ্জিন তৌবগী নিয়মবু ছন্দ কৌই।**

তোঙান তোঙানবা মওঙদা অমস্তুং খোঙচত্তা খোঙ্গোক শীন্দোক-শীঞ্জিন তৌবগী মতুংইন্না তোঙান তোঙ'নবা মখলগী ছন্দ লৈ। ছন্দ খুদিঙমক্না অকক্লবা পাম্বৈ অমমন্না খোঙ্গো'ক্কী ঈথক নত্রগা শাথেক অমমম উৎনবা হোৎনৈ। **খোঙ্গোক্কী ঈথক অমদি শাথেকপু তাল নত্রগা ছন্দঈথক ( Rhythm ) কৌই।** ঈথক অসিনা ছন্দগী থরায়নি। হায়বিবা ছন্দঈথক অসি ফোংদোক্লীংলিবা রাখল অমস্তুং মুংগী ঈহৌ ইথিনগা তাল্লোয়ননা হৌহনগদবনি। ঈথক অসিনা অতাবগী পুক্লীংদস্তু অথুম্বা অমস্তুং নুংঙাইবা মখল অমা পোকহন্নবা হোৎনগদবনি। **অস্তুম্না অতাবগী পুক্লীংদা পোকপা অথুম্বা অমদি নুংঙাইববু ছন্দরস কৌই।**

ছন্দগী মনুংগী অর্থ মপুংফানা খঙবা তারবদি ছন্দ অমস্তুং রস অনীগী মরী মুন্না খঙগদবনি।

ছন্দনা রাহৈগী শাথেক অমস্তুং চৎনবা পাঙ্গল হাপ্পা ঙম্মী। হায়রিবা শাথেক অমস্তুং চৎনবা পাঙ্গল অসি য়াওদনা রাহৈ মথন্তা লৈবা মতমদা রাহৈ অত্তুগী অর্থ অত্তুতা ফোংদোকই। অত্তুগা রাহৈ অত্তুনা ছন্দগী দোলাইদা শাথেক পুত্তুনা চৎলবা মতমদদি মশাগী অর্থদগী হেন্দোকপা করিগুম্বা থরস্তু ফোংদোকই। অত্তুবু অহেনবা থরসি রাহৈনা খঙনবা তাকপদি য়াদে, পুক্লীং থম্মোইদা ফাওহনবদি য়াই। হায়বদি, মসি রাহৈনা ফোংদে কপা য়াদবা পোৎশক অমনি। **ঐখোয়না উরিবা, তারিবা, খঙলিবা অসিগা রাহৈনা হায়-দোকপা য়াদবা অসিগা তিন্নববু রস কৌই।** রস অসিগী মনুংদা

ছন্দগী ময়াই পুন্নমক থূপ্তু্না লৈ অমস্তুং মসিনা কাব্যগী মচিওইবা পোৎশক্নি।

রস শক্লাইদবা পোৎনি, অদুনা মসি রাহৈনা তাকপা য়াদে। তৌইগুম্বস্তুং রস হায়বসিদি ঐখোয়গী পুক্নীং থম্মোইগা খ্বাইদগী মন্নুংছুক্লিন্না মরী লৈনবা পোৎশক অমনি। শীঙেল থম্বালবু ঐখোয়না পোৎশক ওইনা খঙই, অদুগা রস ওইনা ফংই। ঐখোয়না করিগুম্বা পোৎশক অমা খঙলুরগা চুম্নগী রাহৈনা মতুগী মওঙমতৌ চাউবা-পীকপা অক্লম-অয়াং অসিনচিংবা মখলমখা অয়াম্বা পাম্বৈনা তাকপা ঙম্মী; তৌইগুম্বস্তুং রস ফংবগী রাকমদি চুম্নগী রাহৈনা ফোংদোক্তু্না তাকপা ঙমদে; অদু ওইরবস্তু মতু মীওইবনা লাম্বা ফংদবা অঙকপা ওইথোক্তবা অমদি নত্তে। মরমদি 'রাহৈনা ফোংদোকপা য়াদবা' হায়বসিগী অর্থদি পুক্নীংনা খনবা য়াদবা হায়বা নত্তে। রসকী সুংবাদ্দি (অন্নুভূতিদি) শক্লাইবা পোৎ খঙবদগী হেন্না অমুকস্তু নকশিল্লি, মন্নুংছুক্লিল্লি অমস্তুং কনশিল্লি। মরম অসিনা থম্বালগী সুংঙাইববু ঐখোয়না অতোপ্পগী পুক্নীংদা শন্দোক্লীংবা মতমদা হান্না খঙনবা লম্বী অমদা চংলি। শক্লাইবা পোৎ খঙনবা লোলনা চুম্নগী পাউদম-রাহৈনি, অদুগা রস খঙনবগী লোলনা শাথেক শাওঙ, ইঙ্গিৎ স্তুর, খুদমওইবা পোৎশক অসিনি। কনাগুম্বা মুপা অমবু পুলিশনি হায়বসি মহাকী ফিজেৎ অমস্তুং মশাদা কোন্নরিবা খুৎশূ-খুৎলাই অদু য়েংলগা অদুম খঙবা ঙম্মী। অদুগা কনাগুম্বী লুখ্রাবী অমবু মহাক্কী অকেঅমৌ য়াওদবা ফিজোন অমদি লাইবক্কী চন্দন অমুবা য়েংলগা সতীনি হায়বা খঙবা ঙম্মী। হায়বদি, মহাকপু খঙবদা করিগুম্বা মশকনাইবা খুদম থরা চঙই। মরমদি লৌশিংতনা মহাকপু তাকপা ঙমদে, থম্মোইস্তু চঙই। লুখ্রাবীবু সতীনি হায়বা রাহৈ অসি করিগুম্বা ফোংদোকপা ঙমদবা পোৎশক অমগী ইঙ্গিৎনি। অদুগা পুলিশ অদুবুদি ঐখোয়না পুলিশ হায়বদগী হেন্না করিস্তু থোইদোকপা হায়নীংদে। অদুনা পুলিশপু খঙবগী রাকমদা চুম্নগী রাহৈনা ফোংদোকপা য়াদবা পোৎশক

করিস্সু য়াওদে। তৌইগুম্বস্সুং লুখ্রাবীবু সতীনি হায়না খঙবসিগী রাক্ষমদদি য়াওরি। অহু ওইরবস্সু পুলিশ অসিবু ঐখোয়না পূমখঙ খঙলে অহৌগা লুখ্রাবীবু খঙদে হায়রবদি ওন্নতৈনবা রাক্ষম ওইগনি। অস্থুপ্পা রাবু অসিতনি, লুখ্রাবীবু সতীনি হায়না খঙবদা লায়বগুম্না খঙহনবদি অহুক য়াম্না লায়দে। রস হায়বসিস্সু ইশা ইশাগী পুক্নীং থম্মোইদা লায়না ফাওরবস্সু অতোপ্পগী মফমদা খঙহনবা তারবদি য়াম্না লুই।

'কনানো তম্লরিবা ইবুঙো শ্যামগী মপাউ' হায়বা রাক্ষম অসি থৌদোক ওইনা লৌরবদি য়াম্না লায়। কনাগুম্বা অমনা অনীগুবা মী অমদা অহুমগুবা মী অমগী মপাউ তাহল্লি। অসিগুম্বা থৌদোক অসিদি নোংমদা মশীং নাইদনা থোক্লিবনি হায়বা য়াই। থৌদোক অসিতবু ফোংদোক্লবগী ওইরবদি রাহৈশিং অসি অমুক নৈনরুদ্রবস্সু য়ারে। তৌইগুম্বস্সুং মপাউ অহুনা নাকোংদা চঙখিহুনা থম্মোই য়োৌখি, হায়বদি, উবা তাবা য়াদবা মফম অমদা য়োৌখি অমস্সুং চাং ওনবা য়াদবা, মীৎমাঙদা পুথোক্তুনা সাক্ষী থম্বা য়াদনা থবক তৌখি। মতম অহুদা রাহৈশিং অহুবু নৈথায়হুনা মখোয়গী মপূংফাবা অর্থদগী য়াম্না হেন্না অতৈস্স চিংথোকপা তাই, হায়বদি, হুংগী ঈহৌবু ফোং-দোকপা তারবদি রাহৈগী মহুংদা ঈহৌগী ধর্ম অহু শন্দোকদবনি। ঈহৌগী ধর্মদি অমদগী অমদা মথং মথং লাম্না চৎপনি। হায়রিবা চৎনবগী পাঙ্গল অসি রাহৈগী মহুংদা য়াওরবা মতমদা ঐখোয়গী রাখলগা তিন্নখি। চৎনবা পাঙ্গল অসি মখল কয়া থোক্লা উৎপা য়াবগে হায়বহু কনানস্সু হায়বা ঙমদে। চৎনবা পাঙ্গল অসিগী মহুংদা থুপ্লিবা খেন্নবা ময়াম অহুনা মঙানগী মচু ওল্লি, রাহৈগী সুর ওল্লি অমস্সুং লীলা উৎপনা মথৌ ওইরবা মহৌশানা তোঙান তোঙানবা শকক্ম কয়া উৎলি। থুৎশেমগী মপানগী য়ুখল হাইদোক্লগা মহুংগী অথুপ্পা লমদমদা অহুক্কী মতীক চঙলগা অহুক্কী মতীক শক্লাইবা পোৎশক ওইবা তোক্তুনা চৎনবা পাঙ্গল অহুতা ফোংদোক্তুনা লৈ।

অয়োইবদা অচৌবা অচুম্বা অমগী রাফমদা লাকই—মখল মখেল নাইনা উৎলিবা খুৎশেম অসিগী মরুদা চৎনবা পাঙ্গলগী খেন্নবা অসিনা লেপ্তুনা থবক তৌরি।

মীওইবগী মন্নুংগী অথূপ্পা লমদমদা মপানগী শরুাইবা তাইবঙগী চৎনবা পাঙ্গল পূন্নমক নুংদা ঈহৌ লোইনা ওইহনা লৈরি। নুংগী ঈহৌ অসি অমুকস্থ মপানগী শরুাইবা লমদমদা থোকুবগীদমক লাঙতকুরি। মরম অসিনা রাহৈনা ঐখোয়গী মন্নুংগী লমদমগী শাদোং ওইনা চঙলকপা মতমদা চৎনবা পাঙ্গল য়াওদবা য়াদে। মাগী অর্থনা মপানগী থৌদোকপু ফোংদোকই, চৎনবা পাঙ্গলনা নুংগী চৎনবা পাঙ্গলবু ফোংদোকই। ইবুঙো শ্যামগী মপাউ রাধানা তারে। থৌদোক অসিদি লোইখ্রবনি। তৌইগুম্বসুং উদবা চৎনবা পাঙ্গল অমা থোকহনখ্রিবহুগীদি লোইবা নাইদে। মরম অহুনা কবিনা ছন্দগী ঝংকার মন্নুংদা রাহৈ অসিবু হাইহল্লি। ছন্দনা হেক লৈরিবমখৈ হাইবা অমুক লেপ্পরোইদবনি। ছন্দগী দোলাইদা রাহৈনা তোংহনা মপান্নাইবা রসকী ঈহৌ থোকহল্লি।

ঐখোয়ন রাহৈদা হায়নৈ, রাহৈবু ছন্দনা পুনবা— অসুম্না। তৌইগুম্বসুং মসিদি মপান্দতা পুঞ্জবনি, মন্নুংদদি মুক্তিনি, মনীং-তম্লিবনি। রাহৈবু মহাক্তী থরায়পান্দবা ফিভমদগী নাম্মোকহন্নবগী-দমক ছন্দ লৈরিবনি। ছন্দ হায়বসি তার পুনবা সেতারগুম্বনি। পুন্দুনা থম্বা সেতারগী তারদগী সুরনা মনীংতম্না থোকখি। ছন্দসু রাহৈগী মন্নুংগী সুরবু মপান্দা মনীংতম্না থাদোকখি। লৌকংগী লীরৌনি ছন্দদি— রাহৈবু তেঞ্জৈগী মতৌগুম পান্দক্ষমগী থম্মোই য়োনবা কাপ্পা।

ছন্দগী মন্নুংগী রাফমশিং অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী—ছন্দ হায়বসি কাব্যগী অশেম্বা ( artificial ) নিয়ম নত্তে, মহৌশাগী ওইনা চেন্নরক্লবা মশাগী ধর্মনি। পৃথিবীনা পূং কুম্মরিগী মন্নুংদা মাত্রা চহুমহুক্ফুতরক্লবা ছন্দদা লৈবগী খোঙচৎ অহু অশেম্বা নত্তবগুম রাখলগী

ঈহৌনা ছন্দদা শাদোং ওইহনা মশাগী খোঙচৎপু কোংদোক্লবা হোৎনবস্নু অশেম্বা নত্তে। অত্থুনা ছন্দগী মস্নুংদা অচুম্বা ( truth ) লৈরিবনি অমস্নুং অচুম্বা য়াওদবা শৈরেংগী অশেম্বা নিয়ম অমবু হেক্তা ছন্দনি হায়রুবা য়াত্রিবনি।

ছন্দগী মপানগী অর্থদা অমুক লাকসি। ছন্দগী অর্থসি ঐখোয়না পাকচাউনা লৌরবদি ললিত কলা পুম্নমক্কী নিয়ম অমনি হায়না লৌবা য়াই। অগোই, ঈশৈ, লাইয়েকপা অসিনচিংবা ললিত কলা পুম্নমক্তা নিয়ম অমমমগী মতুংইন্না মচনশিং অত্থু শেমদ্রবদি পুক্লীং থম্মোইদা রস পোকহনবা ঙমদে। অসিগুম্বা নিয়ম অসিবু ছন্দ কৌই। মীওই-বগী রাহৈগী শরাক অয়াম্বদা ছন্দ য়াওবগী খুদম য়াম্না ফংই। চুম্নগী রারীরাতাই শাবদস্নু ছন্দ য়াওনা ঙাঙবা য়াওই। কনা কনাগুম্বা লাইরিকলেংবশিংগী রারেংদা ছন্দনাইবগী মওঙ উবা ফংই। তৌইগুম্বস্নুং শৈরেংদনা ছন্দগী মওঙশিং অত্থু শুনা অমস্নুং শেংনা লৈ। ছন্দ য়াওবা রাহৈলৈরেং হায়বদি শৈরেংনা কাব্যগী শাদোংনি। অত্থুনা ছন্দ হায়বসি কাব্যগী থরায়নি।

ঈশৈদা মতম অয়াম্বদা খোনহায়গী মতুংইন্না তাল চানহনবা. হায়বদি, ছন্দ কায়হন্দবা য়াওই। 'থা থা থাবুংতোন! নচা মোরাম্বী পোবিগে, পোবি-শনম নম্বিগে, হৈবোং মশা অমতা থাদবিরকউ' হায়বা রাহৈপরেং অসিস্নু ঈশৈ শকপা য়াই। কবিতাদদি অসিগুম্বা মনীংতম্বা অসি লৈত্তে। করিগুম্বা অকক্লবা মওঙ ( pattern ) অমা ইন্না মচনশিং অত্থু শীন্দুনা থমদ্রবদি ছন্দ থোকহনবা য়াদে। কলাগী খুৎশেম পুন্নমক্তা হায়রিবা মওঙ অসি লৈতবা য়াদে। হায়রিবা মওঙ অসিনা ঐখোয়গী পুক্লীং থম্মোইদা রস পোকহন্নবগী মপাম্মোংগী শকফম্নি। ঐখোয়গী থবক মথল পুন্নমক্তা করিগুম্বা ফিংম অমদি শক্তম মথল অমগী মমি তাবা উই । মান্নবা পোৎ অনী অনী লোন্ননা নত্রগা তাইননা থম্বা, করিগুম্ব পোৎ অমা মমায় অনী মান্নবা শাবা— অসিনচিংবা অসি ঐখোয়না করিগুম্বা ফিদম অমা ইনবগী খুদম্নি।

অসুম্না তৌরবতদা, হায়বদি, করিগুম্বা ফিদম অমা ইন্না থবক তৌরবতদা ঐখোয়গী খুৎশেম অমসুং থবক পূম্নমক্তা ফজবা হায়বসি লৈহনবা য়াই ; অদু নত্রবদি পূম্নমক ইথী থীনা উগনি।

রসকী অরুবা অমসুং অথুপ্পা সুংবান ফাওহন্নবগীমক মথলমথা অয়াম্বা ফিদম শীজিন্নে। তোঙান তোঙানবা ফিদমদা শীজিন্নরিবা মচনশিং অদুগী মরক্তা অমতওইবগী মরী অমা উবা ফংই। অমতওইবগী মরী অসিনা ছন্দগী মরুনি।

[ লাইরিক অসিদা মরুওইনা মৈতৈ কবিতাগী ছন্দগী মথলমথা অয়াম্বা মচন অমসুং লৈরেংগী মরমদা নৈনগনি অমসুং ছন্দ হায়রগা কবিতাগী ছন্দবু খঙনগনি। ]

# মৈতৈ ছন্দগী হৌরকফম

মৈতৈলোল অসি ভারতকী আর্যলোলগা কাংলূপগী হৌরক্তবনা মৈতৈ শৈরেংগী ছন্দদি বৈদিক ছন্দ অমসুং সংস্কৃত ছন্দগা মরী লৈননা হৌরক্তে। মরী লৈনদ্রবসু মওঙ মান্নবদি য়াম্না য়াওই। মৈতৈগী ইহানহানবা মওঙনাইবা ছন্দদি খুলঙঈশৈগী ছন্দসিনি। অদুনা অহানবা ছন্দ অসিবু খুলঙছন্দ হায়না খঙনৈ। মসি বাংলাগী লৌকিক ছন্দ নত্রগা স্বরবৃত্ত নত্রগা শ্বাসাঘাতপ্রধান ছন্দগী মথলদা চিংবদি য়াই অদুগা মওঙদি মান্নদে। মসিগী মমাঙদা মৈতৈগী করিগুম্বা অতোপ্পা মথলগী মওঙনাইবা ছন্দ লৈরম্বগী খুদম ফংদে। অদুনা মৈতৈ শৈরেংগী অহানবা শৈলো-খোঙ্গেন্দি 'হ ম্রি হ ম্রা হ ম্রু হে' হায়রিবা খুলঙঈশৈগী রাগরাগিনী পূম্নমকী হৌরকফম খোঙ্হোক তরেৎ অসিনি হায়না লৌনরি।

মৈতৈ পুয়াগী মতুংইন্না, গুরুশিদবনা মাগী খোয়দৌফুংদগী ভেংবানবগী লৈশেম পুথোকখি। গুরুনা পুথোকখিবা লৈশেম অসি মহৌশা-না ফীগাও শাহনা য়াখি। গুরুনা পুথোকপা লৈশেম অসিবু 'হম্রি' অদুগা মহৌশা-না য়াবা অসিনা 'হয়া' হায়বা খোঙ্হোকশিং

অসিনা থঙনৈ। 'হয়ুম' হায়বনা লৈশেম অসি লৈহনবা গানবা জীবশিংগী চৌগ্নাম্নচিংববু থঙনৈ। 'ঙ'-না তহুম অসি পূম্না লৈ হায়বা তাক্লি। অহুনা লৈশেম্নগা লৈশেমগা পূম্না, হায়বদি, মশা অমতা ওইনা লৈ হায়বসি খোম্থোক তবেং অসিদগী হঙবা ঙম্মু।

পুম্নাগী ম্নাকম অসি ছন্দগ। থোইদোকপা মশা লৈনদ্রবস্থ খোম্থোক তরেং অসিনা মৈতৈ শৈরেংগী অহানবা খেঞ্জোম্ন হায়বসিনি মৈতৈ কাব্যগী মৈহৌবোলদা অবেম্না ওইনা লৈবরা বানি। থায়নগী, ময়ায়যুগকী অমসুং হৌজিক্কী মৈতৈ শৈরেংদা পেম্থোক (Syllable) তরেং তরেংনা শাবা তানখোঙমক (পদ) উবা ফংলিবসি শৈরেংগী অহানবা খোঞ্জেল অসিদগী লাবখিদনি। মৈতৈ শৈরেংদা অসিগুম্বা তানখোঙমক অমমম্না তানখোঙ (পদ) অমমম শাবা যাম্না য়াওই, অহুনা খোম্থোক তবেংবী তানখোঙ অমসুং তানখোঙমক অনীমক উবা ফংই।

খুদম—

থায়নগী শৈরেংদা:

হুপনও লেং লেঙ্‌ হওবক্লে, = ৭
শজীক্ য়েম্নও কাবনা = ৭
কুমহৌরে দে। = ৪
পামেল ন পু কারক্লে, = ৭
মালঙ খেন্দও হওবনা = ৭
নীংথরে দে। = ৪

ময়ায়যুগকী শৈরেংদা:

চীংদা শাংপা ইঙেলৈ = ৭
চিম্নদনা কেনখিবা = ৭
কমকই। = ৩

ঐনা কেনগে কেন্দেদো = ৭
মালঙবনা হুন্বগী = ৭
কেনবনি। = ৩

হৌজিক্কী শৈরেংদা :

কুমজা কুমওন কয়ারক নোংজুথাদি কৌথরে, = ৭ + ৭
মালেম-থম্মোই-লমদমদি লাইজ-ইরৗক থুংদরে— = ৭ + ৭
নোংজু-লাইজ খৌক্তনা লৈকং অতুম ওইরিদো, = ৭ + ৭
নোংগী থরায় পায়বনা কয়ম্বু নীকপনো ? = ৭ + ৭

খুলঙঈশৈগী ছন্দসি নুপাম্নপীগী ইচম চম্বা অপামন্নুংশিগী ময়াইকাবা রাখলদগী থোকখিবনি হায়নৈ। অপামন্নুংশিগী খুলঙ তৌনবা হায়বদি থম্মোই পীথোক পীশিন তৌনবা, পুক্নীং শিন্নবা, নুংশি-খুদোল লান্নবা অসিনচিংবা খঙনবা ঈশৈ অদুবু খুলঙঈশৈ কৌই হায়না পেনা-অশৈবা খরনা হায়। অদুগা কনা কনাগুম্বা অথঙ-অহৈনা হায়বনা ঋতু ঋতুদা পানবা হৈ-লেগী মশক মতৌগা পান্দম্নদুনা, হায়বদি, হৈ-লৈগা মীগা শক্নী খুলঙ তৌনদুনা শকপা ঈশৈ অদুবু খুলঙঈশৈ কৌই অসিনি। অদুনা অনীশুবা কাঙবুনা খুলঙঈশৈগী ছন্দসি মহৌশাগী নীংথিবা শকফম উবদগী থোকখিবনি, হায়বদি, মীওইবনা মহৌশাগী ফজবা অদু খঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল অমদি নুংবান (অনুভূতি) লৈরকপদগী থোকখিবনি অসুম্না হায়। নুপা-নুপীগী অপামন্নুংশি রাখলদগী ওইরবসু মহৌশাগী ফজবা উবদগীবু ওইরবসু খুলঙঈশৈ অয়াম্বা অপামন্নুংশিগী ঈশৈ ওইনা তৌই। অদুগা অপামন্নুংশিগী রাখল অসি মীওইবগী মহৌশানা চেন্নজরক্লবা অমসুং হৈনজরক্লবা লীচৎ অমনি। অদুনা অহানবা মত অসিবু অচুম্বা ওইনা লৌফম থোকই।

ঐখোয়না পেনা শীজিন্নদ্রিঙৈ য়াম্না মমাঙদগী হৌনা খুলঙ-ঈশৈদি অদুম লৈরক্লবনি। পেনা শীজিন্নরবা মতমদা পেনাগা

ই, ঈ, * উ, ঊ, এ, ও— নাইতোম-ওইবা স্বর নিপাল অসিবু তিন্নদবা স্বর কৌই অতুগা ঐ (=অই), ঔ (=অউ), আই, ইউ অসিনচিংবা অপুনবা স্বরবুনা তিন্নবা স্বর কৌই।

**খোন্থোকসু মখল অনীনি তিন্নবা অমসুং তিন্নদবা।** ল, লি, তা, তো, হু অসিনচিংবা তিন্নদবা স্বরনা চম্বা খোন্থোকী মমিং তিন্নদবা খোন্থোক কৌই। লাই, চাও, খং, কৈ, ফক্, এঃ, জাৎ অসিনচিংবা তিন্নবা স্বরনা অমসুং ব্যঞ্জন্না চম্বা খোন্থোকপুনা তিন্নবা খোন্থোক কৌই। †

[৪] **ছন্দগী বাফমদা খোন্থোক মহায়দোকী ( উচ্চারণগী ) মতাং অসি য়াম্না মরুওইবা অমনি।** অসিবা ময়েক্কী মতুংইন্না খোন্থোক লেপ্পা ঙমদে। মতম অয়াম্বদা অইবা স্বরময়েক অনা পুনশিল্লগা স্বর অমগী খোন্নিল ( ধ্বনি ) ওইবা য়াওই। 'চাক চাও' হায়বা রাহৈপরেংগী অরোইবা রাহৈ 'চাও' হায়বসি খোন্থোক অমনি, অরোইবগী 'ও' অসি তোঙান্না হায়দে, মমাঙদা লৈবা 'আ'-গী খোন্নিলগা পুনশিনখি। তৌইগুম্বসুং 'থবক তৌও' হায়বা রাহৈপরেং অসিগী অরোইবা রাহৈ 'তৌও' হায়বসি খোন্থোক অনীনি, মরমদি 'ও' অসি তোঙান্না শেংনা হায়রি। অতুগা করি করিগুম্ব মতমদা ইবদা য়াওবা স্বর অতু পাবদা নমশিনখিবা য়াওই। খুদম—'ঈশিং চাইয়ু', 'ইবুঙোনা চানবিয়ু' হায়বা রাহৈপরেংশিংসিগী 'চাইয়ু', 'চানবিয়ু' হায়বা রাহৈশিংসি হায়দোকপা মতমদা 'চায়ু', 'চানব্যু' অসুম্না হায়। 'তাইয়ু, কাইয়ু, ঙাওবিয়া, তুবিয়া' অসিনচিংবা রাহৈশিং আসসু 'তায়ু, কায়ু,

---

* হৌজিক মৈতৈলোন্দা খোন্থোকী অরোইবদা 'ঈ'-গী মহুত্তা 'য়'-না নম্না শীজিন্নরে। অতুনা 'য়'-সু তিন্নদবা স্বরময়েক্কী মখলদা চিংবা য়াই। মসি ইংরেজীগী Semi-vowel-গুম্বনি।

† বাংলা অমসুং ইংরেজীদদি স্বরনা চম্বা অমসুং ব্যঞ্জন্না চম্বগী মতুংইন্না খোন্থোকপু স্বরান্ত ( open ) অমসুং হলন্ত ( closed ) অসুম্না খায়দোকই।

ভাঙব্যা, তুব্যা' অসুন্না স্বরময়েক অমা নমশিন্না হায়বগী খোনফম ইতত্তুনা তাবা ফং'ল। অদুগা স্বরময়েক্কী অতেন-অশাং শন্নবদসু খোন্থোক মহায়দোক নীংশিংগদবনি। 'থম্মোহেরা' হায়বা ৱাহৈসিগী 'হেরা' হায়বা শরুক্তা য়াওরিবা 'এ' অসি তেন্না হায়। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা শাউদুনা 'হেরা, উশিংত্তুবা শারদনা!' হায়বা ৱাহৈপরেংসিগী 'হেরা' হায়বসিদা য়াওরিবা 'হে'-গী 'এ' অসিদি শাংনা হায়।

[৫] স্বরগী মশাদা চেন্নবা মগুণ খরা লৈ। ধ্বনিবিজ্ঞানগী মতুংইন্না মখোয় অসিবু মরি থোক্না খায়দোকই—(ক **অরুম্বা** (intensity)—খোন্থোক অমা হায়দোকপা মতমদা অদুক্কী মতাক হুংশা য়াম্না হোন্দোক্লগা স্বরসু অদুক্কী মত'ক লূম্বা অমসুং চৌবা (loudness) হেনগনি অদুগা অথাপ্পদগীসু অদুক্কী মত'ক শেংনা তাগনি। অরুম্বা অসিগী মহুংদা অরেম্বগী (গাম্ভীর্য-গী) মগুণসু য়াওদুনা লৈ; (খ) **অশাংবা** (length or duration)—লৈযেংনা করিগুম্বা খোন্থোক অমা হায়দোকপদা মতম অদুক্কী মতৌক চঙলগা স্বর অদুক্কী মতৌক শাংবা হেল্লি; (গ) **খোনবাং** (pitch)—হুংশা হোন্দোকপা মতমদা লৈয়েং খৎপগী চাং মতুংইন্না তপ্পা নত্রগা থুনা স্বর খপ্পী। অদুক্কী মতৌক থুনা খপ্লগা অদুক্কী মতৌক স্বরগী খোন্নিলসু থুজিনগনি অমসুং ৱাংখৎকনি, অদুগা লোয়ননা কনখৎপসু (তীব্রতা-সু) হেনগনি। অদুনা ৱাংখৎপগী মহুংদা থুজিনবা অমসুং কনখৎপগী মগুণসু য়াওই; (ঘ) **স্বর-মচু** (tone-colour)— স্বর ভাক্তা শেংনা হায়দোকপা কনানসু ভম্নদে, স্বর হায়দোকপা মতমদা খোন্নিল (ধ্বনি) অতৈ অতৈসু লোয়নরকই। মদুদা কনাগুম্বগী স্বরনা থুম্মী, কনাগুম্বগীনা য়াকই; মসিবু স্বর-মচু কৌই।

মগুণ মরি অসিগী মহুংদা অশাংবা অমসুং অরুম্বা—অনী অসিনি মৈতৈ ছন্দদা শীজিন্নরিবা। ৱা ভাঙনবা মতমদদি তোঙান তোঙানবা খোনফমগী খোন্থোক য়াম্নমা হায়দোকই। তৌইগুম্বসুং

ছন্দগী মতাংদদি অতোপ্পা খোনকময়শিং অদু থৈদোক্লুনা অথম্বা খোনকময়ংঅমা অনীতদা খোম্লোকী থবক লৈহনগদবনি।

## খোনকাপ

(মাত্রা / Mora)

[৬] খোম্লোক অমা হায়দোকপদা চঙবা মতমগী শরুক অদুবু খোনকাপ কৌই। সংস্কৃত অমসুং বাংলাদা মসিবু মাত্রা অদুগা ইংরেজীদনা Mora হায়না খঙই। মৈতৈ ছন্দদা মসিনা খোনগী মতম ওন্নবা কাপ'ন *। মৈতৈ ছন্দগী হিসাব পূম্নমক খোনকাপকী চাং মতুংইন্না চংলি। মাতম, পঞ্জনা লম্বগী অতেন অশাং চাং ওনবগুম্না খোনকাপনা মৈথোন খঙনিং মৈথেং ছনচিংবগী চাং ওল্লি।

সংস্কৃত ছন্দদা অ, ই, উ অতেনবা স্বর অহুম অসিগী খুদিঙমকপু মাত্রা অমমম ওইনা অদুগা আ, ঊ, ঈ, এ, ও অসুংবা স্বর মঙা অসিগী খুদিঙমকপু মাত্রা অনী অনী ওইনা লৌই। তিন্নবা খোম্লোকপুসু মাত্রা অনী ওইনা লৌই। মৈতৈ ছন্দদি অসিগুম্বা মওঙগী থেন্নবা অসি অদুক য়াম্না কনশিন্না লৈতে—তিন্নবা তিন্নদবা স্বর খুদিঙমক ছন্দগী মপল থেন্নবা মতুংইন্না খোনকাপ অমা নত্রগা অনী ওইনা লৌই। অদুগা স্বর চিংথোকচিংশিনগী মতুংইন্না অমসুং খোম্লোক মহাযদোক্কী (উচ্চারণগী) মতুংইন্না খোম্লোক অমনা খোনকাপ অনী ওইনসু লৌই, খোম্লোক অনীনা খোনকাপ অমত্তা ওইনা লৌবসু য়াওই। করি করিগুম্বা মতমদা খোনকাপ অহুমগী খোম্লোকসু শীজিন্নৈ। অদুনা খোম্লোক অমমম হায়দোকপদা চঙবা মতমগী মতুংইন্না খোনকাপমশীং

---

* খুবীগা খুংবায়গা ওন্নতেনবা মায়কৈ অনীদা চপ ভিংথোক্লগা অরোইবা মতোন অনীগী মরক্তা লৈবা অশাংবগী চাং অদুবু 'কাপ' হায়না খঙনৈ। মতাং অসিদদি চুমগী ওন্নবা চাং অমবু খঙনরি।

থীবনা নিয়ম ওইনা লৈরবসু মতম পুন্নমক্তা অমসুং মকম পুন্নমক্তা খোন্থোক ভাক্তনা খোনকাপকী চাং ওন্দে। তোঙান তোঙানবা খোন্থোক হায়দোকপদা মতমগী অখোই-অহেন লৈবা য়াওই। তৌই-শুমসুং ছন্দগী খোনকাপকী হিসাবতা খোন্থোক খুদিঙমকী মতমগী চাং অচু য়াম্না কুপশিন্না যেংনদে। অচু ওইরবসু চাংওইনা চৎনবা নিয়ম অমদি মৈতৈ ছন্দদা অচম লৈরক্লি—খোন্থোক অমগী মতম্না খোনকাপ অমা ওইকম খোক্লবসু অতেনবা নত্রগা খোনকাপ অমগী অমসুং অশাংবা নত্রগা খোনকাপ অনীগী খোন্থোক মখল অনী অসি চাংওইনা শীজিন্নরক্লি। নিয়মগী চুম্না কোমহনবা মতাংদা খোনকাপকী চাংদি ছন্দগী শাথেক্লা হায়রবদি মওঙ (pattern)-না লেপকনি।

# খোল্লেপ অমসুং লোল্লেপ

## (Metrical Pause and Sense Pause)

[৭] ঐখোয়না মহৌশানা য়া ঙাঙবা মতমদা অমদি শৈরেং পাবা মতমদা মরক্তা লেপ্পা নাইদনা হৌবদগী লোইবফাওব মরী অমতা ওইনা চিংচুনা লেব ভুমদে, অচুনা স্বর হোনদগী অনৌবা পান্নল হাপ্নবগীদমক মরক মরক্তা পোথ্থায় ; অদুগা য়াহৈপবেংগী মনুংদা লৈবা অর্থ ফোংদোক্লবগীদমকসু মরক মরক্তা লেপ্পী।

শৈরেংগী মনুংদা মরী অমতা ওইনা অমুকদা খোন্থোক কয়ামক্কুম হায়দোকপদা মরী অচুনা লোইশিনবা মফম অচুবু খোল্লেপ যতি নত্রগা ছন্দযতি কোই অদুগা য়াহৈপরেংগী মনুংদা অর্থ ফোংদোক্লবগীদমক লেপ্পা মফম অচুব লোল্লেপ (ছেদ নত্রগা অর্থযতি নত্রগা ভাবযতি) কোই। শম্না হায়রবদা খোল্লেপনা ছন্দগী তাম্না পীনবা লৈরেংশী পোথাকম্মি অদুগা লোল্লেপনা অর্থগী মচা থায়দোককম্মি। অচুনা কবিতাগী মনুংদদি খোল্লেপ অমসুং

লোল্লেপ অনীমক লৈ অদুগা কবিতা নত্তবা য়ায়েংদদি ছন্দগী নিয়ম লৈতবনিনা খোল্লেপকী য়াফম লৈতে।

**খোল্লেপনা ছন্দগী মশা পুম্নমক্তা মান্নবা তাম্বা অমা লৈ-হন্দুনা ছন্দগী শাথেক্তা অমতওইবগী ঈথক হোৎহল্লি। অমত-ওইবগী ঈথক অসিনি মৈতৈ ছন্দগী ফজবগী শাৎনফম।** অর্থ ফোংদোক্লবগীদমক অমদি য়াথলগী ইঙ্গিৎ পীনবগীদমক লোল্লেপসু কবিতাদা য়াওদবা য়াদে।

[৮] ব্যাকরণদা লোল্লেপকী মখল য়াম্না থায়দোকপা মতুংইন্না কোমা ( , ), সেমিকোলোন ( ; ), চৈথৈ ( । ), অহংবখুদম ( ? ), অঙকপখুদম ( ! ), কোলোন ( : ), ড্যাশ (—) অসিনচিংবা লোল্লেপ-কী খুদমশিং অসি য়ায়েং অমসুং শৈরেং অনীমক্তা অদুম শীজিন্নরি। তৌইগুম্বসুং শৈরেংদদি খুদমশিং অসি য়ারিবমথৈ য়ামদনা শীজিন্নৈ। ব্যাকরণদা লোল্লেপ মখল যাম্না থায়দোক্লবসু ছন্দলাইরিক্তদি লোল্লেপ মখল অনীতনি—মপুংফাবা লোল্লেপ ( পূর্ণচ্ছেদ ) অমসুং মতেকওইবা লোল্লেপ ( উপচ্ছেদ )। মপুংফাবা লোল্লেপকী খুদমদি [ * * ] থরাম্নিচাক অনী অমসুং মতেকওইবা লোল্লেপকানা [ * ] থরাম্নিচাক অমা অসিনি। চৈথৈগী মহূত্তা মপুংফাবা লোল্লেপকী খুদম ( * * ) অদুগা কোমা অমদি সেমিকোলোনগী মহূত্তা মতেকওইবা লোল্লেপকী খুদম ( * ) শীজিন্নৈ।

[৯] মৈতৈ ছন্দদা খোল্লেপ ( যতি ) মখল অহুম লৈ—মপুং-ফাবা খোল্লেপ ( পূর্ণযতি ), ময়ায়ওইবা খোল্লেপ ( অর্ধযতি ) অমসুং অয়াংবা খোল্লেপ ( লঘুযতি )। লোনকাপ মশীং মতুংইন্না ছন্দগী শন্নক অহুম থোক্না থায়দোকই। খ্বাইদগী চাউবা শন্নকী অরোইবদা মপুংফাবা খোল্লেপ, খ্বাইদগী পীকপা শন্নকী অরোইবদা অয়াংবা খোল্লেপ অদুগা খ্বাইদগী চাউবা অমসুং খ্বাইদগী পীকপা শন্নকী মরকওইনা চাউবা শন্নকী অরোইবদা ময়ায়ওইবা খোল্লেপ তাই।

[ // ], [ / ], [ ⋮ ] অশম-খুদম ( সংকেত )-শিং অসিনা মথং-শীংনা মপূংফাবা খোল্লেপ, ময়ায়ওইবা খোল্লেপ অমসুং অয়াংবা খোল্লেপ খঙনবা মতূংশিনবা শক্তুম্নি। মখাগী ১০শুবা মতাংগী শৈরেং-শরুকশিং অসিদা অশম-খুদমশিং অসি শীজিন্নরি।

[১০] মৈতৈ ছন্দদা মতম অযাম্বদা মতেকওইবা লোল্লেপকা ময়ায়ওইবা খোল্লেপকা অমসুং মপূংফাবা লোল্লেপকা মপূংফাবা খোল্লেপকা তিন্নরা তাই। অতু ওইরবসু মতম পূন্নমক্তদি তাদে। **করি করিগুম্বা মতমদা ছন্দগী শরুকশিংগী মনুংদা, হায়রবদি, খোল্লেপ তাদবা মফমদা লোল্লেপ তাড়না লীচিং অমতা ওইবা ঈচেলদা ঈথক ইপোম হৌহল্লি।**

মখাগী খুদমশিং অসিদগী লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপকী শাকং ( nature ) খঙবা ঙমগনি—

(অ) হোম্বরগে ⋮ ঐগী হিংরেন / পাউখুম-মহা ⋮ -সমুদ্রদা, * /
ঈথোলাংবা ⋮ বাকংগীদি /
ঈচেল-ভোরৈ / ইম্না ইম্না, * //
শৈনিন্দবা ⋮ লমদম ফাওনা / ঈশৈ চাইর ⋮ চাইরতুনা, * ।
অশিবগী ⋮ লৈবাক লাম্না /
তুংশি-য়েম্নৌ ⋮ য়েম্না য়েম্না । * * //

( তুংশিকোনগী ভৌত্রীশৈরোল )

(আ) বসন্ত-থাবল ⋮ খাঙমদবা / মকুনা থল ⋮ -লবা //
সমাজসিদা, * ⋮ খোংখিগত্রা / বসন্তগী ⋮ কোকিল— * //
মীওইব ⋮ -সমাজ-থবায় /-পুবা সভ্য ⋮ -তাপী //
শক্তি য়োৎকে ⋮ থোরাংলিবা / তাইবঙ-উমং ⋮ -সিদা, * //
শাম্নরখি ⋮ -পত্রা মনীং ⋮ -ভম্না, * সভ্য ⋮ -তাপী //
শক্তিনা ⋮ মিপাইদনা ? * * / .... ... ... ...

( লাক্ত্রিবা মতমগী খোঙজীন্দা )

খুদমশিং অসিদগী ঐথোয়না থঙবা ঙম্মী—কবিতাগী মনুংদা লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ অনী অসি মফম তিন্নবা তাবসু য়াওই, তোঙান তোঙানবা মফমদা তাবসু য়াওই। মরমদি অমনা অর্থগী মতুং ইল্লি, অমনা ছন্দগী তাম্থা মতুং ইল্লি হায়বদি খোনকাপমশীং কক্লা লৈয়েংগী পোথাফম মতুং ইল্লি। অর্থগী মতুংইন্না লেপ্পা মফমগা ছন্দগী তাম্থাফমগা চানরুরগা খোল্লেপ লোল্লেপ অনী তিন্নবা তাই, চানদবা মতমদনা তোঙান তোঙানবা মফমদা তাই।

## শৈখোঙ

### ( চরণ / Verse )

[১১] (অ) মঙলান-হিগী হিয়োয়ও / পুবিয়ুনে ঐখোয়বু //
পুবিনীংবা মায়কৈদা / নমীং তম্না পুবিয়ু। //

(আ) কনানো কাইহৌররিবা / ঊরাঙহৌরবা ঈশৈনা— //
যাঙ্গৈহেবা হে অশৈবা / ষাঙ্গবাঁশীবু খোংলিবা ? //

(ই) বসন্ত ঙমজনা ⋮ থুম্নবা খোঞ্জেল্লা / নিল্লম্মী ইনাক্তা ⋮ ইমা ইমা হায়না। //
শাৎলম্মী মৃগায়না ⋮ ইচা ঊমানা / ইচাগী প্রেমনা ⋮ ঈহৌবা
থম্মোইদা। //

মথক্তা পীরিবা শৈরেংগী খুদমশিং অসি য়েংলগা ঐখোয়না থঙবা ঙম্মী—রারেংগা মখোয় অসিগা মরুওইনা মায়কৈ অমথক্তা খেন্নরি। শৈরেংগী পরেং অমমম লোইবা মফমদা মপুংফাবা খোল্লেপ তাই অহুগা খোল্লেপফমশিং অসি অকক্লবা মতমগী চাং অমনা থন্দুনা লৈ। রারেংদসু খোল্লেপফমশিং অসি লৈ, লৈয়েংগী পোথাফম নাইদনা মরী অমতদা শম্নবা চিংহুনা রা ঙাঙবা রারেংদসু ওইথোকপা নত্তে। অহু ওইরবসু রারেংগী পরেং খুদিঙগী অয়োইবদা খোল্লেপফম লৈতবদি য়াই অহুগা খোল্লেপ তাফমশিংসু অকক্লবা মতমগী চাংনা থন্নবা য়াই।

শৈরেংগী পরেংদা অসিগুম্বা থোইদোকপা মওঙ অমা লৈবা মরম্না শৈরেংগী পরেংবু **শৈখোঙ (চরণ)** হায়বা মিংথোল অমনা খঙনৈ। মসিবু ইংরেজীদা Verse কৌই। **শৈখোঙ অসিগী পান্মৈনা ছন্দসরস্বতীনা শাথেক পুন্না চৎলিবনি।** শৈখোঙনা শৈরেংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা ছন্দগী শরুক্কি, অদুনা শৈখোঙ অমমমগী অরোইবদা মপূংফাবা খোল্লেপ তাই। মথক্কী খুদমশিং অসিদা শৈখোঙ অনী অনী লৈবা উরি অমসুং শৈখোঙ খুদিংগী অরোইবদা মপূংফাবা খোল্লেপ তারি। মপূংফাবা খোল্লেপ তাকম অসি নিয়মগী মখাপোন্না লৈরিবনি। শৈরেং খুদিংমক্তা উবা ফংগনি— পরেং খুদিংমক য়াত্তুনা কক্তুনা অকরুবা চাং অমদা শীন্দুনা লৈ, মরমদি নিয়মগী মনুংদা লৈবা শৈখোঙ ময়াম্না শৈরেং শেম্লিবনি।

শৈখোঙবু শম্না তাকপা তারবদি অসুম্না হায়বা য়াই—**শৈরেংগী মনুংদা মপূংফাবা খোল্লেপনা থায়দোক্লিবা ছন্দগী শরুক অদুবু শৈখোঙ (চরণ) কৌই।**

শৈরেংগী পরেং নত্রগা শৈখোঙ হায়বসি চাংওইনা পংতি (line) অমমম ওইনা ইনরবসু পংতি অমতা ওইনা থমদ্রবদি য়াদে হায়বা অকরুবা লৈতে। অদুনা শৈখোঙবু পংতি অমতদা থম্বগী মতূত্তা মথেক কয়ামরুম থোক্না থম্বসু য়াওই। অসিগুম্বা শৈখোঙগী মথেক অমমম্বু **শৈথেক (ছত্র)** কৌই। হৌজিক্কী মৈতৈ শৈরেংদা মখলমথা অয়াম্বা শৈথেক্কী মওঙ উবা ফংই। মথক্কী খুদম (আ) অমসুং (ই)-গী শৈখোঙশিং অসি অসুম্না শৈথেক নাইনা থম্বা য়াই—

(আ) কনানো কাইহৌররিবা / ঈরাঙহৌরবা ঈশৈনা— //
বাড়হৈবা হে অশৈবা /
বাড়বাঁশীবু খোংলিবা ? //

(ই) বসন্ত ঙমজনা ⁝ থুম্নবা খোঙেম্না /
　　　　　　　　　নিন্নম্মী ইনাক্তা ⁝ ইমা ইমা হায়না । //
　　শাংলম্মী ফুগায়না ⁝ ইচা উমানা //
　　　　　　　　　ইচাগী প্রেমনা ⁝ ঈহৌবা থম্মোইদা । //

# তানখোঙ অমস্নুং তানখোঙমরু

## ( পদ অমস্নুং পর্ব )

[১২] শৈখোঙ থুদিঙমক নিয়মগী মতুংইন্না অকক্নবা চাং অমদা শেন্নবস্নু মতম -অয়াম্বদা অতেন-অশাং মান্নদবা শৈখোঙ কয়ামরুম্না শৈরেং শেম্বা য়াওই । মথাগী থুদমশিং অসিদগী য়াফম অসি খঙবা ঙমগনি—

(অ) শাবী লাউ লাউ ⁝ চংলি লাউ //
　　কন্নকপা য়াম্মী ⁝ কপ্পাওবা য়াম্মী / মাঙদা থাবো ⁝ লাউ //

(আ) হিন্দু পাঙল অনীবু ⁝ পুনথি মথাঙৈদনা / ভারত-নিংথৌ অমনা //
　　মাগী শম্মোইদৈ কৌরকপা ⁝ রবিগী ছন্দমন্ত্রনা । //
　　　　　　　　　　　　　　　　　　( বাঁশীগী থম্মোই ঈহৌরো )

থুদমশিং অসিদা য়াওরিবা শৈখোঙশিং অসি অমগা অমগা শাংবা মান্নদে, হায়বদি, মপুংফাবা খোল্লেপ অনীগী মরক্তা লৈরিবা অরাপ্পসি অকক্নবা চাং অমদ' লৈতে । অদুম ওইনমক মখোয় অসিদা শৈরেং-ছন্দগী গুণ পুন্নমক্তি য়াওই, হায়বদি, মখোয় অসি মান্নবা তাম্বা অমদা পাবা য়াই অমস্নুং তাবদা রস পোকহল্লি । মরম অদুনা শৈখোঙগী অশাংবরু নত্রগা শৈখোঙগী খোল্লেপফম চাংবু ছন্দগী য়ুম্ফম্মি হায়না লৌবা য়াদে । অদু ওইরবদি য়ুম্ফম অদু করিনো ? য়াহং অসিগী পাউথুম পীবা তারবদি থরগা কুপশিন্না শৈরেংগী শৈখোঙ থুগায়দুনা য়েংবা তাই ।

[২৩] মথক্কী ১০শুবা, ১১শুবা অমসুং ১২শুবা মচাংগী খুদমশিং অসিদা ঐথোয়না উপ্রে, শৈথোঙগী 'অয়োইবগী' মপূংফাবা খোল্লেপফম অছু নত্তবা শৈখোঙগী মরক মরক্তা অতেনবা খোল্লেপফম কয়া মরুম লৈরি। হায়রিবা মরক্কী খোল্লেপফমশিং অসি শৈখোঙগী মওঙ থেম্নবা মতুংইন্না শৈখোঙ অমগী মরুংদা মথল শুনা লৈবা য়াই লৈতবা য়াই অমসুং মশীং অথোই-অহেন নাইবসু য়াই। অদুগা মবক্ত খোল্লেপ সুকয়াও য়াওদবা শৈখোঙসু লৈবা য়াই।

**ময়ায়ওইবা খোল্লেপনা খায়বা শৈখোঙগী শরুক অদুবু তানখোঙ (পদ) অদুগা অমাংবা খোল্লেপনা খায়বা শৈখোঙগী শরুকপু তানখোঙমরু (পর্ব) কৌই।** *

শৈখোঙ অমদা তানখোঙ অমতা লৈবসু য়াওই, চাংওইনা অমদগী মরিফাওবা লৈ। অদুগা তানখোঙ অমদা চাংওইনা তানখোঙমরু অনী নত্রগা অহুম লৈ। কয়ি করিগুম্বা মতমদা তান-খোঙমরু অমত্তনা তানখোঙ অমদি শৈখোঙ শাবসু য়াওই—

(অ) ঈশৈগী মহুম শাঙৈদা ⋮ ঈচৌখিবা ছন্দদো /
চৈনাখোনগী চাংজৌনা ⋮ মপুক তপ্পা কোল্লিদো। //
তারিবরা অথুম্বা ? //
(তোত্রীগী পাউদম)

---

* হৌজিক্কা বাংলা ছন্দদা পদ অমসুং পর্ব অনীস ছন্দগী তোঙান তোঙানবা শরুক ওইনা লৌনরে। মমাঙদৈদা পদ হায়না খঙনরম্বা ছন্দগী শরুক অদুবু, হায়বদি, ময়ায়ওইবা খোল্লেপ (অর্ধযতি)-না খায়বা শরুক অদুবু পর্ব হায়বা মিং আসনা খঙনরে। অসুম্না পদগী অর্ধদা পর্ব হায়বা য়াহৈ অসি শীজিন্নরে। মৈতৈ ছন্দদদি তানখোঙ (পদ) অমসুং তানখোঙমরু (পর্ব) অনী থোক্না অহুম লৌই—কয়ি করিগুম্বা মতমদা তানখোঙমরু অমনা তানখোঙ শাবসু য়াওই, অদুগুম্বা মতাংদা তানখোঙগা তানখোঙমরুগা অমত্তা ওইনা লৈ।

(আ) নুঙ্গায়রক্কী ভথোৎলৈ / নুরাশিংগী সুংওলৈ ! //
চীংগী-খোইমু-চান্নমলৈ / তমগী-খোইমু-খোয়রাঙলৈ ! //
অটীকপগী অশেংবা /
চাইথবিয়ু পুক্নীংদা । //
অশেংবগী মনুংদা / ঈওৌরিবা অথুম্বা — //
হৈথবিয়ু থন্মোইদা । //

'( উথম্বাল )

মথক্কী শৈরেং-শরূক অনীমক অসিগী অরোইবা শৈখোঙশিং অসি তানখোঙমরু অমমম্লা শাবনি অতুগা শৈরেং-শরূক ( আ )-গী তানখোঙ খুদিঙমক অসিস্থু তানখোঙমরু অমমম্লা শারি ।

[১৪] তানখোঙনা ছন্দগী শাথেক্তা অপোৌবা শাথেক উৎপা ঙম্মী । অপোৌবা শাথেক অসিগী মনুংদা তানখোঙমরুনা অকুপ্পা শাথেক অমুক উৎলি । অকুপ্পা শাথেক অসিদা তাস্থা কায়রবদি অপোৌবা শাথেক অসি চুম্না উৎপা য়াদে । অতুনা মৈতৈ ছন্দগী হিসাবতা শৈখোঙগী মরুওইবা শরূক্তি তানখোঙমরুনি । মথক্কী খুদম কয়ামরুম অসি য়েংলগা অতুম থঙবা ঙম্মী—অয়াংবা খোল্লেপ অসি মক্ষমচানা তাত্রবদি ছন্দগী তাস্থা কায়গনি । অয়াংবা খোল্লেপনা খায়বা শরূক্লা ছন্দগী খোঙচস্তা খ্বাইদগী মরুওইবনি হায়তুনা শরূক অসিবু তানখোঙমরু কৌরিবনি । লৈপরেং নত্রগা নাচোম্বু ঐখোয়না তোঙান তে'ঙানবা মওঙ (pattern) কয়াদা শেম্বা য়াই । তৌইগুম্বস্তুং মরুওইবা মচন্দি লৈচা (লৈপোপ) অমমম্লি । মতৌ অতুগুম্না ঐখোয়না তানখোঙমরু অমগা তানখোঙমরু অমগা শীঞ্জিন্দুনা মথল মথলগী শৈখোঙনা শাবা শৈরেং শেম্বা য়াই । অমরোমদা হায়রগা, ফুরা শাবদা মরুওইবা মচাক ওইনরিবা চেকপুম অমমমগুম্না শৈরেংগী মরুওইবা মচাক্তি তানখোঙমরু অমমম্লা ওই ।

অতুনা হৌজিক ঐখোয়না থঙবা ঙম্লে—ছন্দগী য়ুম্ফমদি মাম্নবা চাংচং অমা নাইবনি । হায়রিবা চাংচং অসি তানখোঙমরু

শীজিন্নবদা লৈ। মরম অসিনা মৈতৈ ছন্দগী রাফমদা তানখোঙমরুগী অতেন-অশাংগী চাংনা খ্বাইদগী মরু ওই।

মৈতৈ শৈরেংদা শৈখোঙ অমগা শৈখোঙ অমগা অতেন-অশাং মান্নদবা য়াওরবস্থু শৈখোঙগী মরক্তা লৈবা অতেনবা খোল্লেপশিং অত্থ চপমান্নবা মতমগী অরাপ্পনা খন্দুনা লৈ। করি করিগুম্বা মতমদা মান্নবা মান্নদবা য়ান্নহ্না লৈরবস্থু খোস্থোক্কী চিংথোক চিংশিন্না তাস্থাগী ইপোম কায়হন্দনা অরেপ্পা চাং অমদা লৈ। মসিনা মৈতৈ ছন্দগী মরুওইবা রানি। শৈখোঙগী অতেন-অশাং মান্নদবা য়াওবগুম্না শৈরেং মশা অমতগী মতুংদা তানখোঙ মান্নদবা য়াওই। তৌইগুম্বস্থুং মপুংওইবা তাস্থা হায়বদি তানখোঙমরুগী খোঙচত্তি কায়দনা লৈ-গদবনি। রাফম অসি খরগা শেংনা হায়রবদি মসিনি—শৈখোঙগী মতুংদা লৈবা তানখোঙশিংগী তানখোঙমরুশিং অত্থ মশীং মান্নদবদি রাই, অত্থগা শৈরেংগী মশাপুম্বদা তানখোঙমরুগী অমতওইবা চাংচৎ অত্থদি কায়বা য়াদে। নিয়ম অসিগী হেন্দোকপা ওইনা করি করি-গুম্বা মতমদা শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরুদি পীকশিনবা অমস্থুং চাউখোকপা য়াওই। অরোইবা তানখোঙমরু পীকশিনবা অমস্থুং চাউখোকপা মতুংইন্না অরোইবা তানখোঙস্থু পীকশিল্লি অমস্থুং চাউ-খোকই। অত্থগা তানখোঙমরু-মশীং রাৎনা অমস্থুং হেন্না লৈবগী মতুংইন্নস্থু অরোইবা তানখোঙ পীকশিনবা অমস্থুং চাউখোকপা য়াওই।

অস্থুম তৌনা অরোইবা তানখোঙ পীকশিনবা শৈখোঙবু তানখোঙ-মপুংফাদবা ( অপূর্ণপদী/catalotic ) অত্থগা অরোইবা তানখোঙ চাউ-খোকপা শৈখোঙবুনা হেন্দোক্লা-তানখোঙ-মপুংফাবা ( অতিপূর্ণপদী/hyper-catalectic ) হায়না খঙনৈ। খুদম—

তানখোঙ-মপুংফাদবা :

(অ) মমুমতী ⁝ লৈহাউ যাতী / শাংলি লৈকোন ⁝ থুংনা //

$= (8+8)+(8+2) = 8+6$

লৈহীপাম্বা ⋮ খোইমুনাবা / পাইব্রি ঙংনা ⋮ ঙংনা //
=(৪+৪)+(৪+২)=৮+৬

(আ) খোঙ্গেম্নিনে ⋮ মৈতৈ পন্‌লেম / ইমা নঙগী // =(৪+৪)+৪=৮+৪
থম্মোইহুংগী ⋮ য়াবা অসে / নচাশিংগী // =(৪+৪)+৪=৮+৪

মথক্কী খুদম (অ)-গী শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙশিং অসি অরোইবা তানখোঙমরু পীকশিনবা মরম্না মপূংফাদে অমসুং খুদম (আ)-গীনা তানখোঙমরু-মশীং রাৎপনা অরোইবা তানখোঙশিং অসি পীকশিল্লি।

হেন্দোক্লা-তানখোঙ-মপূংফাবা :

(ই) পীকথবিয় ⋮ থোঙাল-মরীক / খোঙাল-লাইজ ⋮ -ঈপাক নংডোম্বগী //
=(৪+৪)+(৪+৬)=৮+১০
চামজগেনে ⋮ খুম্নাখাদো / মীৎকী পিরাঙ ⋮ -সিনা তোম্লবগী /
=(৪+৪)+(৪+৬)=৮+১০

(ঈ) চিংথোক্কুনা ⋮ নঙগী শৈরোল /
হাইদোকপিরো ⋮ ইরৈবাকী ⋮ মুংগী শক্লোল //
=(৪+৪)+(৪+৪+৪)=৮+১২
অরোইবগী ⋮ শক্লোল য়েৌনা /
চিংথোকপিরো ⋮ যাগ্রৈবা ⋮ মরোল মরোল //
(৪+৪)+(৪+৪+৪)=৮+১২

মথক্কী খুদম (ই)-গী শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙশিং অসি অরোইবা তানখোঙমরু চাউথোকপা মরম্না হেন্দোক্লা মপূংফায় অমসুং খুদম (ঈ)-গীনা তানখোঙ-মশীং হেনবনা অরোইবা তানখোঙশিং অসি চাউথোকই।

শৈরেংগী মহুংদা তানখোঙমরুগী চাংচৎনা খ্বাইদগী মরুওইনা লৈরিবসি য়েংলগা, করি করিগুম্বা ছন্দ-মণ্ডল থরদা হেন্দোকহেল্লিন থরা য়াওরবসু ছায়বদি শৈরেং মশা অমতদা অমসুং শৈখোঙ মশা

অমতদা তোঙান তোঙানবা মথলগী তানখোঙমরু লৈরবস্‌ মৈতৈ ছন্দদি অতেন-অশাং চপমান্নবা তানখোঙমরু কয়ামরুম পুন-শিল্লগা শেম্বনি হায়না লৌবা য়াই।

[১৫] মৈতৈ ছন্দগী তানখোঙমরু অমমমদা য়াহৈ মপুম (whole) কয়ামরুম লৈগদবনি। য়াহৈ হায়রগা য়াহৈ-মপূং (মূল শব্দ) অমসুং ভপশিনবা য়াহৈ পূম্নমকপু খণ্ডনগনি। অপীকপা য়াহৈ খরা পুনশিল্লগা অচৌবা য়াহৈ অমা শেম্নবস্‌ ছন্দগী শরুক থায়দোকপা মতমদদি হায়রিবা য়াহৈ মচা অমমমসিবু তোঙান তোঙানবা য়াহৈ-মপূং অমমম ওইনা লৌগদবনি। খুদম—'মতমচানা, মতুংইন্না, তুং-ওইননা' অসিনচিংবা য়াহৈশিং অসিগী শরুক ওইনা শীজিন্নরিবা 'চানা, ইন্না, ওইননা, হায়বা য়াহৈ মচাশিং অসি হিসাবতা য়াহৈ-মপূং অমমম ওইনা লৌগনি। চাংওইনা, য়াহৈ-মপূং (মূল শব্দ) অমবু থুগায়রগা তানখোঙমরু অনীদা লৈহনবা য়াদে। অহুনা

মৈতৈ জাতিগী পম্মুংকম: নত্তে খোংজোম ভীর্থদা

হায়বা পরেং অসি খোনকাপ মরিগী ওইনা লৌহনা

মৈতৈ জাতি: -গী পম্মুংকম / নত্তে খোংজোম: ভীর্থদা

অসুম্না ছন্দ থায়দোকপা য়াদে।

অশৈরেম্বা অঙাংহল: চাউবা কমল মরেন্দ্র
মৈতৈকাব্যলৈকোলগী: তাম্না কোকিল খোইনীংনি

হায়বা শৈখোঙশিং অসিসু

অশৈরেম্বা: অঙাংহল চাউ/-বা কমল ম: -রেন্দ্র
মৈতৈকাব্য: লৈকোলগী তাম/-না কোকিল খোই: -নীংনি

অসুম্না খোনকাপ মরিগী ওইনা লৌরবদি ছন্দ কায় হায়বা ঐখোয়না উরি।

মথাগী রাফম থরা অসিদগী হেন্না হায়রিবা নিয়ম অসি লাম্থোকপা য়াদে—

[ক] শৈথোঙগী অরোইবা তানখোঙমরু মপূংফাদবা ( catalectic ) মতমদা অমসুং অরোইবগা থংনবা তানখোঙমরুগী অহেনবা শরুকুম্না উবা মতমদা—

যৌবন-লৈকা ⋮ থাইদোয়রক্লে / লৈহৌ অথেন ⋮ -ননা
.... .... .... .... .... .... .... .... .... .... .... .... ....
য়েংবহৈবা ⋮ কবিশিংনা / য়েংলি থাঙঙম ⋮ -দনা

তৌইগুম্বসুং খোনকাপমশীং মান্নবা তানখোঙমরুনা লেংবা কবিতাদদা অসুম্না তৌবা য়াই, শৈথোঙ অমদা তোঙান তোঙানবা খোনকাপমশীংগী তানখোঙমরু শীজিন্নরবদি অসুম্না থম্বা য়াদে।

[খ] খোল্লুম ( stress or accent )-না মপূং ওইবা ছন্দ ওইরবদি তানখোঙমরুগী খোনকাপমশীং অকক্নবা মরম্না খোল্লেপ তারুফম অহুদা অহুম রাহৈ থুগায়হনা তানখোঙমরু শেম্বা য়াই। খুদম—

নোম্ নোম্ ⋮ শগাই ভোং
চানবা লৈ ⋮ -ভে তথেনথাঙ

( রাফম অসি ঐথোয়না খোল্লুমখোই ছন্দ নৈনরকপা মতাংদা শেংনা থঙবা ঙমগনি। )

[গ] মৈতৈগী রাহৈ-মপূংদি চাংওইনা খোনকাপ অমদগী অহুমফাওবনি ; বিভক্তিনচিংবা হাপ্লগা মসিদগী হেনবসু লৈ। করি করিগুম্বা মতমদা অভোপ্পা লোন্দগী চঙলকপা রাহৈ নল্লগা সমাস শীজিন্নবগী মরম্নসু অচৌবা রাহৈ উবা ফংই। অহুগুম্বা মতাংশিংদদি রাহৈশিং অহু থুগায়রগা তানখোঙমরু অনীদা থাইদোক্নুনা থম্বা য়াই। অহু ওইরবসু য়ারিবমথৈ রাহৈগী ক্রিয়া-মপূং ( মূল ধাতু )-দি থুগায়দনরা হোৎনগদবনি।

## তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙমতেক
### ( Bar and Beat )

[১৬] **তানখোঙমরু অমমম শেম্বা মতমদা অপীকপা শরুক কয়ামরুম্না কায়াৎ ওইনা শেম্মী। কায়াৎশিং অসিবু তানখোঙমতেক ( পর্বাঙ্গ ) কৌই।** মথক্কী ১২শুবা মতাংগী খুদম (অ)-গী 'শাবী লাউ লাউ' হায়বা তানখোঙমরুসিদা কায়াৎ অহুম লৈ—'শাবী'+'লাউ'+'লাউ' অমসুং মখোয়গী খোনকাপমশীং ২+২+২ নি। অহুগা ১৩শুবা মতাংগী খুদম ( আ )-গী 'তমগী-খোইমু-খোয়রাঙলৈ' হায়বা তানখোঙমরুদসু কায়াৎ অহুম লৈ— 'তমগী' +'খোইমু'+'খোয়রাঙলৈ' অমসুং মখোয়গী খোনকাপমশীং ২+২+৩ নি অহুগা 'নূরাশিংগী সুংওল্লে' হায়বা তানখোঙমরুদনা কায়াৎ অনীনি—'নূরাশিংগী'+'সুংওল্লে' অমসুং মখোয়গী খোনকাপমশীংনা ৪+৩ নি।

তানখোঙমরুবু ঐখোয়না লৈপরেং অমদি নাচোমগী লৈচা (লৈপোপ) অমমমগা চাংদম্নখে। তানখোঙমতেক হায়বসি লৈচা অহুগী লৈ-না (petal) অমমম্নি। অমরোমদা হায়রগা তানখোঙমরুনা ছন্দগী অণু ওইনা লৌরবদি তানখোঙমতেক্কা পরমাণুনি। অণু অমমমদা তোঙান তোঙানবা চাংগী পরমাণুনা মশীং তোঙান তোঙান্না লৈ অমসুং মখোয়গী মরক্তা অমগা অমগা লৈনবা মরী অমসুং চাং মতুংইন্না পোৎ অহুগী চেন্নবা শাজৎ ( nature ) ওই। মতৌ অহুগুম্না তানখোঙমরু অমমমগী মনুংদা তোঙান তোঙানবা চাংগী তানখোঙমতেক্কা মশীং অমসুং মতিন্ন (মশীন) তোঙান তোঙান্না লৈ অমসুং মখোয়গী মরক্তা লৈনবা মরী অমসুং চাং অহুগী মতুংইন্না তানখোঙমরুগী শাজৎ ( nature ) ওই। 'শাবী লাউ লাউ' হায়বা তানখোঙমরুসিদা লৈরিবা তানখোঙমতেকশিংগী মথংমনাও অসি হাইফেত্তুং হোংদোক্লনা 'লাউ লাউ শাবী' নত্রগা 'লাউ শাবী লাউ' হায়রবদি ছন্দ

কায়গনি। অদুগা ‘ঙসি শিনি পাউচেন্দে’ হায়বা তানখোঙমরুসি ‘পাউচেন্দে ঙসি শিনি’ হায়রবদি ছন্দগী তাঙ্খা য়াওদ্রে। অস্তুম তৌনা তানখোঙমতেক্কী শীন্দোকশীঞ্জিন চাং অমসুং মওঙনা তানখোঙমরুগী শাক্তং ( nature ) শেম্মী।

**[ ১৭ ] তানখোঙমরু খুদিঙদা তানখোঙমতেক অনী নম্রগা অহুম লৈগনি।** তানখোঙমতেক অমথক্তনা মপুংফাবা তানখোঙমরু শেম্বা য়াদে। ( শৈখোঙগী অরোইবদা লৈবা মপুংফাদবা তানখোঙমরুগী রানা অতোপ্পা অমনি। ) য়ামদ্রবদা তানখোঙমতেক অনী শুম্রবদি তানখোঙমরুগা মন্নুংদা ছন্দগী ঈথক অমতা হোৎহনবা ঙমদে। মরম অদুনা ‘শাবী’ হায়বা রাহৈ অসিতনা মপুংফাবা তানখোঙমরু অমা শাবা য়ারোই। অদুগা ‘শাবী+ইবেম্মা+লাউ+লাউ’ হায়বা তানখোঙমতেক মন্নিনা শাবা তানখোঙমরুস্তু লৈবা য়াদে।

মতাং অসিদা অনী নম্রগা অহুম হায়রিবসি করিগীনো হায়বা রাহং অমা লাকই। রাহং অসিগী পাউখুম পীবা তারবদি গণিতকী দার্শনিক তত্ত্ব অমদি লৈশেমলোল ( সৃষ্টিতত্ত্ব )-দা গণিতকী মফমচিংবা অরুবা রাফমশিং অসি নৈনবা তাই। ঐখোয়না লৈশেমলোলগী মরুদা চঙশিল্লগা লৈশেম অসিবু জড় অমসুং চৈতন্য, প্রকৃতি অমসুং পুরুষ—অস্তুম্না অনী থোক্লা খায়দোকই, অদু নম্রগা করিগুম্বা Trinity অমা ওইনা হায়বদি ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর—অসিগুম্বা অহুমগী অপূনবা অমা ওইনা লৌই। রাফম অসিগী মরুদা ঐখোয়না খঙজিনগদবা হায়ববু অসিতনি—গণিততা ২ অমসুং ৩ বু অহানবা তূমাগুবা অমসুং তূমাগুদবা মশীং কৌই, অদুগা মখোয় অসিদগী মশীং পুন্নমক থোকখ্রিবনি হায়না লৌই। অসিগুম্বা করিগুম্বা দার্শনিক তত্ত্ব অমগী মতেংনা ছন্দবিজ্ঞান-দা ২ অমসুং ৩ গা রাফম অসি কয়ামুক মরুওইবগে হায়বদু খঙবা য়াই।

[১৮] তানখোঙমতেক খুদিঙদা রাহৈ-মপুং অমা নত্রগা অতুদগী হেন্না থন্নবা হোৎনগদবনি। রাহৈ-মপুং অমা থুগায়ত্তুনা তানখোঙমরু খায়দোকপা মকমশিংদদি থুগায়বা রাহৈমচেৎ হাপ্তুনা তানখোঙমরুগী কায়াৎ অমা শাই। অচৌবা ( মরি নত্রগা অতুদগী হেনবা মশীংগী খোনকাপনা শাবা ) রাহৈ থুগায়ত্তুনা তানখোঙমতেক অনী শেম্বা য়াই। তৌইগুম্বসুং ক্রিয়া-মপুং অতুদি থুগায়দনা থম্নবা হোৎনগদবনি।

খোল্লূম্না মপুং ওইবা ছন্দদদি তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙ-মতেক্কী খোনকাপ হান্নদগী লেপ্পী, মতুদদি মনীংতম্না রাহৈ থুগায়ত্তুনা তানখোঙমতেক শেম্বা য়াই। ( তানখোঙমতেক খায়দোকপা উৎনবগী-দক্কক অশম-খুদম [ ⁝ ] অসি শীজিন্নগনি। ) খুদম—

নোংও ⁝ চুথ ⁝ -রো
হন্নুবা ⁝ হ ⁝ -ন্নুবী ⁝ তাউথরো
লাংজৌং ⁝ মতোন ⁝ থূক্কৎলো
পাৎশোয় ⁝ নুম্না ⁝ -বী ⁝ তেকথৎলো

( অসিগুম্বা য়ান্নবা শৈখোঙ হায়বদি খোনকাপমশীং মান্নদবা, তানখোঙ অমগী শৈখোঙ মখল অসি খোল্লূমখোই ছন্দগী মতাংদা নীংথিনা শকথঙনরকথিগনি। )

[১৯] তানখোঙমতেক খুদিঙদা চাংওইনা খোনকাপ ২, ৩ নত্রগা ৪ লৈগনি। করিগুম্বদা খোনকাপ অমগী তানখোঙমতেকসু উবা ফংই। মৈতৈ রাহৈসু চাংওইনা খোনকাপ ১, ২, ৩ নত্রগা ৪গী ওইনা তৌই। সুপ্পা হায়রবদা রা'হৈ-মপুং অমমম্না তানখোঙমতেক অমমম্নি। অতু ওইরবসু মতম পুন্নমক্তদি নত্তে হায়বসি ঐখোয়না মথক্কী ১৮শুবা মতাংদা খঙত্রে।

৫শুবা মতাংদা হান্না স্বরগী অন্না ম্বা মগুণগী মরমদা নৈনখ্রে। মা ওাঙবা মতমদা খোম্হোক পুন্নমক মতম পুন্নমক্কা লূম্বা চপমান্নন হায়দোকপা য়াদে, অখোই-অহেন নাইনা লূম্বনা নিয়মগী শাজৎনি।

মৈতৈগী খোম্থোক মহায়দোক্তা মহৌশানা য়াহৈ খুদিঙগী অচৌবদা স্বর লূম্বা থয়া হেল্লি, য়াহৈগী অয়োইবদনা থয়া য়াংলি। তানখোঙমত্তেক অমগী মনুংদা য়াহৈ অমদগী হেন্না লৈয়বদি অহানবা য়াহৈদগী থংনবা য়াহৈনা লূম্বা য়াংলি ; তানখোঙমত্তেক্কী অহোবদগী লূম্বা থয়া থয়া হস্ব-য়ক্তুনা অয়োইবদা খ্বাইদগী লূম্বা য়াংলি। মথংগী তানখোঙমত্তেক হোবা মতমদা লূম্বা অমূক হেঙ্গংলি। অসুম তোনা স্বর লূম্বা হেন্নক-পগী মতুংইন্না তানখোঙমত্তেক খায়দোকপা য়াই। 'ঈহৌখিবা ছন্দদো' হায়বা অসি পাবা মতমদা 'ঈ' হায়দোকপদা লৈয়ম্বা স্বরগী অয়াম্বা অহু মথং মথং হস্বয়ক্তুনা 'বা' হায়রকপা মতমদা খ্বাইদগী হন্বে, অহুদগী অমূক 'ছন্' হায়বা মতমদা স্বরগী অক্রম্বা হেঙ্গংলগা 'দো' হায়বা মতমদা অমূক খ্বাইদগী হন্বে। অসুম তোনা লূম্বা খ্বাইদগী হম্বা মতম অসিদা তানখোঙমত্তেক অমা লোইরগা লূম্বা হেঙ্গংপা মতমদা অমা অমূক হোই। অহুনা 'ঈহৌখিবা ছন্দদো' হায়বা তানখোঙমক্ল অসি 'ঈহৌখিবা : ছন্দদো' অসুম্না তানখোঙমত্তেক অনী খোয়া খায়দোকপা য়াই।

তোইগুম্বসুং খোন্নূম য়াওনা অমদি খোঙ্গেলগী শাফু থয়া কয়া কবিতা পাবা মতমদা য়াহৈগী অহোবদা স্বরগী অয়াম্বা তাদনা অয়োই-বদা তাবস্ম য়াওই—

ওর্চি : চির্চি : চির্চি : থর্য়ং : মর্পান : খোশার্বা /
শেন্দাং : লাকই : কর্য়ং //

মসিদা মথক্তা য়েফ চিংলিবা খোম্থোকশিং অসি য়াহৈগী অয়োইবদা লৈয়বসু খোন্নূম য়াওবা ময়ম্না হায়রিবা খোম্থোকশিং অসিদা স্বর লূম্বা হম্ববগী মহুত্তা হেঙ্গংলি।

তানখোঙমত্তেক অনী নত্রগা অহুম্না তানখোঙমক্ল অমমম শাবনিনা স্বরগী অয়াম্বা হম্ববা অমসুং হেঙ্গংপা অসিনা তানখোঙমক্লগী মনুংদা

ঈথক অমা হোইহল্লি। ঈথক অসিনা ছন্দগী থরায়নি। ঈথক অসি চেনবা মরম্না তানখোঙমরুনা শৈরেংগী মরুওইবা মচন ওইরিবনি অমস্তুং রাথল কোংদোক্লবগী শাদোং ওইরিবনি, অদুগা হেক তাবদা পুরলোং থম্মোইদা রসকী ঈহৌ অমা পোকহনবা ঙম্লিবনি। অম কানবা কুমথগী ঈথক অসিনা তানখোঙমরুগী মহুংদা থরায়পানবশিংগী থম্মোই-মিঙলগুম্না থরায় পুরিবনি।

[২০] তানখোঙমরুগী মহুংদা তানখোঙমতেক অনীগী মরক্তা খোল্লেপ তাবা য়াদে। অদু ওইরবসু খোল্লেলগী অকা-অকুমদগী তানখোঙমতেক খায়দোকফম পুখোকপা য়াই হায়বসি মথক্তা হায়খ্রে। অদুগা তানখোঙমরুগী মহুংদা অস্নুম্না খোল্লেপ তাবা য়াত্রবসু লোল্লেপ তাবদি য়াই। অদুনা করি করিগুম্বদা তানখোঙমরুগী মহুংদা তানখোঙমতেক অনীগী মরক্তা মতেকওইবা লোল্লেপ নত্রগা মপুং-ফাবা লোল্লেপ তাবা য়াওই। [১০গুবা মতাংগী থুদম (আ)-দা অসিগুম্বা মওঙগী তানখোঙমরু উবা ফংগনি।] তৌইগুম্বসুং তানখোঙমতেকী মহুংদা করিগুম্বা মথলগী লোল্লেপ নত্রগা খোল্লেপ লৈবা য়াদে।

[২১] তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙমতেকী থেম্বা ফাবা ঙমদবা য়াম্না য়াওই। হৌরম থরদং য়েংশিল্লগা থেম্বা অসি থঙবা ঙমগনি। অহানবদা, তানখোঙমতেক হায়বসি চাংওইনা য়াহৈ-মপুং অমমম্লি, তানখোঙমতেক অমদা খোনকাপ ২, ৩ নত্রগা ৪, করিগুম্বদা ১ লৈ; তানখোঙমরুগী খোনকাপমশীংদি য়াম্মী—খোনকাপ ৪ দগী ১০ফাওবগী তানখোঙমরু শীজিন্নৈ। অনীশুবদা, তানখোঙমরুগী কায়াংশিং অদু খায়দোক্লগা তানখোঙমতেক অনী নত্রগা অহুম লৈরমগনি, মসিগী মহুংদা অচেনবা ঈথক অমা লৈ; অদুগা তানখোঙমতেক্তি ছন্দগী হিসাবতা পরমাণুগুম্বনি, মশাগী করিগুম্বা ঈথক অমতা লৈতে, তৌইগুম্বসুং তানখোঙমতেক অমবু অতোপ্পা তানখোঙমতেক অমগী মনাক্তা থম্বদি ছন্দগী ঈথক হোই। অমরোম্না হায়রগা,

তানখোঙমত্তেক হায়বসি 'নিষ্ক্রিয় পুরুষ অমগা প্রকৃতি'-গুম্বনি, তৌইম্বগুম্নুং শিব অমস্থুং শিবানীগী মশক ওইরবা তানখোঙমত্তেক অনী তিম্নরবা মতমদদি তাইবঙ-ঈপাক্লা ঈথক ইপোমদা হাইরগুম্না ছন্দস্থ হাইবা হৌরকই।

মহৌশানা তানখোঙমরুগী খোনকাপমশীংনা শৈরেংছন্দগী অমত্ত-ওইবগী চূপ্লীনি; শৈখোঙ নত্রগা শৈতূপ ( stanza ) অমদদা শীজিন্নরিবা তানখোঙমরুশিং, য়ামত্রবদা পূংবা ওইনরিবা তানখোঙ-মরুশিং অত্থগী খোনকাপমশীং মায়্নে। তৌইগুম্বস্থুং খোনকাপমশীং মায়বা তানখোঙমরু অনীগী মস্থুংদা লৈবা তানখোঙমত্তেকশিং অত্থদি খোনকাপমশীং মায়্নদবা য়াই, হায়বদি, মওঙ অমতদা লৈত্তবা য়াই। খুদম—

> রারবা : পুন্সিসিনা ⋮ মূনা : মূনা : য়েংলম্মী //
> মতম : কৌবা : ঈপাকী ⋮ নুংনা : কোয়বা : খোঙবান্দা //
>
> ( দয়েন্দ্রজিৎ )

মসিদা 'রারবা পুন্সিসিনা' অমস্থুং 'মতম কৌবা ঈপাকী' হায়বা তানখোঙমরু অনী অসি পূংবা ওইনা লৈ অমস্থুং খোনকাপমশীং মায়্নে, অনীমক্তা খোনকাপ ৭। ৭ লৈ; তৌইগুম্বস্থুং অহানবা তানখোঙ-মরুদা খোনকাপমশীন ৩+৪ অমস্থুং অনীশুবদনা ২+২+৩ অস্থুম্না তানখোঙমত্তেকী মওঙ মায়্নদনা লৈ। অসিগুম্না,

> ঐগী : বাঁশী : মুংশিবা ⋮ তাবিয়ুনে : অশৈবা

হায়বসিদা লৈরিবা 'ঐগী বাঁশী মুংশিবা' অমস্থুং 'তাবিয়ুনে অশৈবা' হায়বা তানখোঙমরু অনী অসি খোনকাপমশীং মায়্নে, তৌই-গুম্বস্থুং অমদনা খোনকাপমশীন ২+২+৩ অমস্থুং অতোপ্পা অমত্থদনা ৪+৩ অস্থুম্না লৈ। খুদম অমগা অমুক নৈনরগা তানখোঙমরু অমস্থুং তানখোঙমত্তেকী খেন্নবা মুম্না খঙবা ঙমগনি—

### নত্তে নত্তে পুক্নাং থম্মোই চেনওমদবা লৈপাক

হায়বা শৈখোঙ অসি খোনকাপ ৪ গী তানখোঙমরুনা শাবনি হায়না লৌহ্না

নত্তে + নত্তে ⁝ পুক্নীং + থম্মোই / চেনওম + দবা ⁝ লৈপাক
=(২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + ২

অসুম্না তানখোঙমরু অমম্বং তানখোঙমতেক থায়দোকস্রা ? নত্রগা, খোনকাপ ৮ গী তানখোঙমরুনা শাবনি হায়না লৌহ্না

নত্তে নত্তে + পুক্নীং থম্মোই ⁝ চেনওমদবা + লৈপাক
=(৪ + ৪) + (৪ + ২)

অসুম্না থায়দোক্কস্রা ? 'নত্তে নত্তে' হায়বা শব্দক অসি তানখোঙমরুরা, নত্রগা তানখোঙমতেক্রা ? পুংবা ওইনরিবা শৈখোঙগা চাংদম্নরগা য়াহং অসিগী মতীকচাবা পাউথুম ফংগনি । পুংবা ওইনরিবা শৈখোঙ

### হুংশি-মম্নীক ঙাক্কনিদো নওগী মম্নীকশিংসে

হায়বসিগা য়েংনরুরবদি খোনকাপ ৪ গী তানখোঙমরুনা শাবনি হায়না লৌবদা চানদবা করিস্নু লৈতে । মরমদি মসিদা খোনকাপ ৪ । ৪ দা খোল্লেপ তারি—

হুংশি-মম্নীক ⁝ ঙাক্কনিদো / নওগী মম্নীক ⁝ শিংসে
=(২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + ২

খোনকাপ ৮ গী তানখোঙমরুনা শাবা ওইরবদি খোনকাপ ৪ । ৪ দা খোল্লেপ তারিবসি তাকম থোক্কে, মরমদি তানখোঙমরুগী মনুংদা খোল্লেপ তাবা য়াদে । অদুনা খোনকাপ ৪ গী তানখোঙমরুনা শাবনি হায়না লৌরগা শৈখোঙ অনীমক্তা ছন্দ চানরি ।

নত্তে ⁚ নত্তে ⁝ পুক্নীং ⁚ থম্মোই / চেনওম ⁚ দবা ⁝ লৈপাক
৪ + ৪ + ৪ + ২

হুংশি ⁚ মম্নীক ⁝ ঙাক্ক ⁚ নিদো / নওগী ⁚ মম্নীক ⁝ শিংসে
৪ + ৪ + ৪ + ২

শৈখোঙ অনী অসি চাংদম্নছনা পারগা 'নত্তে নত্তে' হায়বা শরাক অসিগী মতুংদা খোল্লেপ তারি হায়বা ঐখোয়না অহুম খঙবা ঙম্মী। মরম অহুনা 'নত্তে নত্তে' হায়বসি তানখোঙমরুনি, তানখোঙ-মতেক নত্তে।

[২২] মৈতৈ ছন্দদা খোনকাপ ৪দগী ১০ফাওবগী তানখোঙমরু শীজিন্নৈ। খোনকাপ ৭কী তানখোঙমরুনা শীজিন্নবা খ্বাইদগী হেন্নি। অসিগী মথংদা খোনকাপ ৪ অমসুং ৮গী তানখোঙমরুসু য়াম্না শীজিন্নবা উই। ( বাংলা ছন্দদা খোনকাপ ৬ কী তানখোঙমরুনা হৌজিক্কী মতমদা খ্বাইদগী হেন্না শীজিন্নৈ, তৌইগুম্বসুং মৈতৈ ছন্দদদি অহুক য়াম্না শীজিন্নদে। ) খোনকাপ ৯ অমসুং ১০গী তানখোঙ-মরুদি য়াম্না তাঙনা উবা ফংই। **খোনকাপ ৪দগী পীকপা অমসুং ১০দগী চাউবা তানখোঙমরু মৈতৈ ছন্দদা শীজিন্নদে।**

তানখোঙমরু মখল খুদিঙমক্কী মশাগী ওইবা তোপতোপ্পা ছন্দগুণ থম্না লৈ।

খোনকাপ ৪ গী তানখোঙমরুগী খোঙচত্তি থুই অমসুং মাংই। খোল্লুম্না মপুং ওইবা ছন্দদদি খোনকাপ ৪ গী তানখোঙমরুনা নম্না শীজিন্নৈ। খুদম—

(অ) পান্দা শিবা ⋮ মালঙবাম্নি //
 হুংদা শিবা ⋮ হুংশিবনি //

(আ) কেকে য়েকে ⋮ মঙক চৎনা ⋮চৎনা //
 দোলাইথক্তা ⋮ লারে নোম্না ⋮ হাইনা //

খোনকাপ ৬কী তানখোঙমরুদি চুম্নগী ম্না ঙাঙনবদা খায়দোকপা শরাক অমমমগা হাইফেৎ মান্নৈ অমসুং ময়ায়ওইম্নপা চাং অমদা চৎলি। খুদম—

মাধবী কুঞ্জদা ⋮ নোংমগী অহৌংবা / খোংখিবদো মপৌ ⋮ পোঙনা //
মিম্নবা মুম্নদা ⋮ থবোইগী তারদা / মৈম্নবেনে ঙদি ⋮ নৌনা //

খোনকাপ ৮গী তানখোঙমরুদি ভগ্না অমস্তুং তাশিন-খোম্নজিন্না অরাম্বা রাখল পুত্না চংলি। খুদম—

লুপা মহীনা লাকপগুম ⋮ মংলবা খাযন্দা //
খাদগী লাকপা মুংশিংনা ⋮ শিরিনা হুবদা //
ভাইবঙ মীরাওখোল তাত্রবা ⋮ চীরুবা মতমদা //
মহৌশাগী শৈশক্না ⋮ নঙগী নগুণ থারকপা //
মহাকপু কদায়দনো ! //

( দয়েন্দ্রজিৎ )

খোনকাপ ৯ অমস্তুং ১০গী তানখোঙমরুদি খোল্লুম্না মপুং ওইবা ছন্দদা শীজিন্নরম্মী। অহুনা মখোয় অসি অথুবা খোঙচত্তা অয়াংবা রাখল পুবা তানখোঙমরু ওইনা তৌরম্মী। হৌজিক্তি অতোপ্পা মথলগী ছন্দদা অরাম্বা রাখল পুবদসু শীজিন্নবা য়াওরে।

খোনকাপ ৯গী তানখোঙমরু :

কাপন্সি হায়বসু কল্লক্কে ⋮ তাপনি হায়বসু থল্লুদে

(চাওবা)

খোনকাপ ১০গী তানখোঙমরু :

নমথেকউ নমথেকউ অথুবা কোর ⋮
য়েংথোকউ য়েংথোকউ অপাকপা কোন //

খোনকাপ ৫ অমস্তুং ৭কী তানখোঙমরুগী শাজৎ (nature)-তি তানখোঙমরু অতৈগী শাজত্তগী খরা তোপ্পী। মখোয় অসি অমগা অমগা মৌলিক ওইনবা খোনকাপমশীং অনীগী তানখোঙমতেক্তা শাবা মরম্না মপুংফাদবা ( syncopated ) তানখোঙমরু ওইনা লৌবা য়াই। মখোয় অসি ঈরাঙহৌবা, অথকপা রাখল পুবা তানখোঙমরুনি।

খোনকাপ ৫গী তানখোঙমরু :

খোযরাঙ হৈন্দিদা ⋮ চৌন্দম হৈনিদা

খোনকাপ ৭কী তানখোমরু :

(অ) ভয়েঙলৈমা শিরৈমা ⋮ মৈতৈগীদি অলৈমা
(আ) তাথ্যচন্দ্র রাধরি ⋮ তায়চ-তক্কা অহেনবা

[২৩] মৈতৈ ছন্দদা তানখোঙমরুগী মহুংদা কায়াৎ ওইনা লৈরিবা তানখোঙমতেকশিং অসিবু শীন্দোকশীজিন তৌনবগী তোপ-তোপ্পা নিয়ম খরা লৈ। তানখোঙমরুগী মহুংদা লৈবা তানখোঙ-মতেকশিং অদু অমগা অমগা মান্নগনি, নত্ত্রগা মশীংগী মথংমনাও নাইনা শীনগনি—হায়বদি তেনশিল্লকপা নত্ত্রগা শাংদোন্নকপা মওঙদা থমগনি। গণিতকী linear equation (রৈখিক সমীকরণ)-গুম্না তানখোঙমরুগী মহুংদা তানখোঙমতেক অমগা অমগা তাইননা চৎপদা অচুম্বা ( straight ) পরীংগী চাংচৎ অমা লৈহনগদবনি। নিয়ম অসি ইন্দবা তানখোঙমরুদি ছন্দগী ঈথক হোৎহনবা ঙমদে। মরম অসিনা ৪+২+২ নত্ত্রগা ২+২+৩ অসিগুম্বা খোনকাপমশীন্দা তানখোঙ-মতেক থম্বা য়াই, অদুগা ৩+২+৩-দদি থম্বা য়াদে। কনা কনাগুম্বনা খোনকাপমশীং থীবদা ওন্নহুনা খোনকাপমশীন ৩+২+৩-গী তানখোঙ-মরু লৈবা য়াই হায়বসু য়াওই।

ঈশৈগী: মহম : শাঙৈদা ⁝ ঈহৌখিবা ছন্দদো

হায়বসিগী তানখোঙমরুশিং অসি খোনকাপ তরেৎনা শাবনি, অদুবু 'ঈশৈগী মহম শাঙৈদা' হায়বা তানখোঙমরু অসিবু খোনকাপ নিপালগী ওইনা লৌহুনা খোনকাপমশীন ৩+২+৩-দা থম্নবদি ছন্দ কায়গনি। অদুনা 'ঈশৈগী' হায়বা তানখোঙমতেক অসি খোনকাপ অনীদা চিংশিন্দুনা পাগদবনি। অদু ওইরবদি খোনকাপমশীন ৩+২+৩-গী মহুত্তা ২+২+৩ ওইনা থম্বা য়াগনি অমসুং ছন্দগী ঈথক হোৎহনবা য়াগনি। অদুনা খোনকাপমশীং লেপ্পগী মতাংসি ছন্দগী হিসাবতা খ্বাইদগী মরুওইবা রাকম্নি।

নিয়ম অসিগী মতুংইন্না মৈতৈ ছন্দদা চৎনরিবা তানখোঙমরুশিংবু মথাদা পীরিবা মওঙশিং অসিদা থায়দোকই। মওঙশিং অসিনা মৈতৈ ছন্দগী শাহৌ ( structure )-নি, হায়বদি, তানখোঙমরুগী মহুংদা লৈবা তানখোঙমতেকী খোনকাপমশীং অমসুং মশীন্দা ছন্দগী মপুংওইবা শাহৌ অদু লৈ।

| তানখোঙমরুপী অশাংবা | তানখোঙমতেক অনী থায়দোকপগী মওঙ | তানখোঙমতেক অহুম থায়দোকপগী মওঙ |
|---|---|---|
| ৪ — | ২+২ | |
| | চাইথি : মঙান ⁝ ঈচীক : খোয়া | |
| | নোঙ্গি : লৈবাং ⁝ ভঙাং : ভঙাং | |
| ৫ — | ৩+২ | |
| | য়েংলগী : মানা ⁝ ভুথনা ˙ মীৎয়া | |
| | ৩+২ | |
| | নোঙ্গি ! থাজনা ⁝ হুংশি : খোয়থুয়া | |
| ৬ — | ৩+৩ | |
| | হাপচগে ! থম্মোইদি ⁝ নৌবিয় ˙ থম্মোইনা | |
| | | ২+২+২ |
| | | পারম্মী : অহুৈ ⁝ |
| | | মতীক : মঙান ! চাউনা |
| | ৪+২ | |
| | হুংওয়িদা ! ঐদি ⁝ ওহোঙ্গা ! ঙলিথি | |
| | ২+৪ | |
| | ইঙেনগী ! অহীংবা ⁝ কপ্পা ! থাশিনা / | |
| | মাঙেম : থুম্বিবগে ⁝ শিহয়কপা ! পিবা | |
| ৭ — | ৪+৩ | ৩+২+২ |
| | অকংবগী ! থম্মোইদা ⁝ | পামজদে : ঙ্গিংচৎ ! ঐদি ⁝ |
| | মীৎমু ! পিয়াঙ : শিঙ্খো | পুন্সিমু ! ঈংহনবা ! ওমদবা |
| | ৩+৪ | |
| | য়েংলগী : হুংচীরনা ⁝ ময়োল : লোনবা : মীৎচিনা | |
| | | ২+২+৩ |
| | | লাইদ : ঈয়ীক ! পঙ্গ্‌বা ⁝ |
| | | হুংশি : য়েন্নীং ! হয়বা |

| তানখোঙমরুগী অশাংবা | তানখোঙমতেক অনী খায়দোকপগী মওঙ | তানখোঙমতেক অহুম খায়দোকপগী মওঙ |
|---|---|---|
| | ২+৫<br>চেক্লা : লাইথয়বনা ⋮ লোম্বী : হঞ্জিল্লকপদা | |
| | ৫+২<br>থীকথবিয়ুনে : কোক্তা ⋮<br>থোঙাল লাইক্ত : লীক্লা | ১+৩+৩<br>বসন্ত মময়া : লুখিবা ⋮<br>হে : অশেংবা : অশেংবা |
| ৮ — | ৪+৪<br>খোংলয়েনে : থাঙ্গমদনা ⋮<br>ঐপী · থম্মোই নৈকোন্নুংদা | ৪+২+২<br>অরিবগী : নাকেন : থাদা ⋮ |
| | ৫+৩<br>লেংহনবিয়ুনে : নওায়া.<br>লোনথগী : চায়নপুং | ২+২+৪<br>থাক : মঙান : লোদোকপগুম ⋮<br>চাংজৌ : পানা : অমথগী |
| | | ২+৩+৩<br>ঋতু কয়াদি : হৌখরে :<br>উাখ : নহাকপু : ফজবী |
| | ৩+৫<br>কংলবা : উকংনুংদগী.<br>খাম্বী : মৈখুল : লোকহনবা | ৩+৩+২<br>নিজরি : নচানা : ইমা |
| | | ২+৪+২*<br>মতম : থরদংগী বিদায় |
| ৯ — | ৬+৩*<br>খুংথিলগী : চেক্লাবু : ওইহুনা ⋮<br>পাইথরক্লোগবা : পাম্বুবা | ৩+৩+৩<br>থবালগী : থম্মোইদা : জহৌবা ⋮<br>হে : অথুম্বা : অথুম্বা |

* থবাম্মিচাক-য়েকপা মওঙশিং আস নৈতৈ ছন্দদা য়ামা তাঙনা শীজিনৈ

| তানখোঙমরুগী অশাংবা | তানখোঙমতেক অনী খায়দোকপগী মওঙ | তানখোঙমতেক অহুম খায়দোকপগী মওঙ |
|---|---|---|
| ১০ | — | ৪+৩+৩ |
| | | লোম্পানবা ; মীৎচিপী : তেঞ্জেনা |
| | | ৩+৩+৪ * |
| | | লৈমকোন। উচেকোন : সুংখিলৈকায় |
| | | ৪+৪+২ |
| | | নোংদমখোয়ি সুংখিথোইবা : মাপী |
| | | ২+৪+৪ |
| | | নূপী : ওহোকসু : সুংখিবনে |

[২৪] মৈতৈ ছন্দগী তানখোঙমতেক খায়দোকপগী মওঙশিং অসি ভারতীয় সঙ্গীতকী তাল মখায়দোক্কা অয়াম্বা মান্নে। তান-খোঙমরু অমসুং তাল খায়দোকপগী অমতওইবা মওঙ খরা মথাদা উৎলি—

| তানখোঙমরুগী খোনকাপ | | তানখোঙমতেক খায়দোকপগী মওঙ | | মান্নবা তালগী মমিং |
|---|---|---|---|---|
| ৪ | ... | ২+২ | ... | দ্বিমাত্রিক একতাল, ধুমালী |
| ৫ | ... | ২+৩ | ... | ঝাঁপতাল |
| ৬ | .. | ৩+৩ | ... | ত্রিমাত্রিক একতাল, দাদরা |
| ৭ | ... | ৩+৪ | ... | দীপচন্দী |
| | | ৩+২+২ | ... | তেওড়া, রূপক |
| ৮ | ... | ৪+৪ | ... | কাহারবা (কার্ফা) |
| | | ২+৩+৩ | ... | ত্রিপুট তিস্র (খা ভারতকী) |
| ১০ | ... | ২+৪+৪ | ... | সুলতাল (সুরফাক) |

* থবাম্বিচাক-য়েকপা মওঙ অসি মৈতৈ ছন্দদা য়াম্না তাওম্না শীজিন্নে।

[২৫] অমগা অমগা মাম্নবা নত্রগা পূংবা ওইনবা তানখোঙ-মরুশিংগী মপুংদা তানখোঙমন্তেক খায়দোকপগী মওঙ মাম্ননা অমদি মাম্নদনা লৈবা য়াই।

নুংশি : -খানৌ ⋮ এপী। খোয়নৌ / ঙসি : ইনৌ : নৌরে

শৈখোঙ অসিগী অহানবা তানখোঙমরু অহুম্মক অমগা অমগা মান্নে অমসুং তানখোঙমরু খুদিঙমক্কী খোনকাপমশীং মরিনি অহুগা খোনকাপমশীন্না ২+২নি।

অহুগা,

থম্মোই : -লৈকা। হাংজরে ⋮ হৈৎবিরো। নুংশিবা ⋮
পূপ্না থম্বা। অথুম্বা ⋮ লোইনা : চিংখোকপিদুনা

শৈখোঙ অসিগী তানখোঙমরুশিং অসি অমগা অমগা মান্নে অমসুং তানখোঙমরু খুদিঙদা খোনকাপ তরেৎ লৈ। তৌইগুম্বসুং খোনকাপমশীন্দি মান্নদে—অহানবা তানখোঙমরুদা ২+২+৩, অনী-শুবদা ৪+৩, অহুমশুবদা ২+২+৩, মরিশুবদা ৩+৫ অমুম্না লৈ।

## খোম্মোক্কী মখল

[২৬] খোনকাপকী চাং লেপ্পবশীদমক মৈতৈ ছন্দদা খোম্মোক্কী মখল অমুম্না খায়দোকপা য়াই—


খোংচোক
তিন্নদবা
তিন্নবা
অত্তেনবা
(অয়াংবা)
(.থানকাপ-চেন্নজবা)
[১]
অশাংবা
(য়ায়া-খীনবা)
(.থানকাপ-ইথিন্নাংবা)
[২]
মমৈত্তাবা
(বাহৈগী নল্লগা তানখোঙ-মত্তেকা অরোইবদা লৈবা)
মমু·চনবা
(বাহৈগী নল্লগা তানখোঙমত্তেকী অহৌবা অমসুং মরক্তা লৈবা)
অশাংবা
(অয়াংবা)
(থোনকাপ-চেন্নবা)
[৩]
অত্তেনবা
(য়ায় -থুবা)
(থোনকাপ-ইথিন্নাংবা)
(থোঙ্ময়াঙবা)
[৪]
অত্তেনবা
(অতপ্পা অথুবা)
(থোনকাপ-চেন্নবা)
(অরুম্বা)
[৫]
অশাংবা
(অতপ্পা-অখীনবা)
[৬]

মথক্তা উৎলিবা খোম্থোক মখলশিং অসিগী খুদম মথাদা পীরি :

"ভক্ত⁝ রাম⁝ -কৃষ্ণগী / পূজা ⁝ -অঞ্জলিশা⁝ লৈত্তেং⁝ -বা"

শৈখোঙ অসিদা 'রা', 'ম', 'গী', 'পূ', 'জা' অসিনচিংবা খোম্থোকশিং অসি মখল (১)-গী মহুংচল্লি। অসিগুম্বা খোম্থোকশিংদি মহৌশানা অতেনবনি, অদুনা মখোয় অসিবু 'খোনকাপ-চেম্নজবা' (স্বভাবমাত্রিক) হায়বদি মহৌশাগী খোনকাপ চেম্নবা হায়বা য়াই। অদুগা হোৎনবা য়াওদনা হায়দোকপা য়াই হায়দুনা মখোয় অসিবু 'অয়াংবা' (লঘু) হায়বস্থ য়াই।

শৈখোঙ অসিগী 'তেং' হায়বা খোম্থোক অসি মহৌশাগী খোনহায় মতুংইন্না অশাংবনি, অদুনা মসিবুস্থ 'খোনকাপ-চেম্নজবা' হায়বা য়াই। অসিগুম্বা খোম্থোক অসি থোইদোকপা হোৎনবা য়াওদনা হায়দোকপা য়াই, অদুনা মসিবুস্থ 'অয়াংবা' হায়বা য়াই। মরম অসিনা হায়রিবা খোম্থোক অসি মখল (৩)-গী মহুংচল্লি।

শৈখোঙ অসিগী 'ভক্ত', 'কৃষ্ণ', 'অঞ্জলি' হায়বা য়াহৈশিংসিগী মথংশীৎনা 'ভক্', 'কৃষ্', 'অঞ্', হায়বা খোম্থোকশিং অসিনা মখল (৫)-গী মহুংচল্লি। হায়রিবা মফমশিংসিদা বাঞ্জনময়েক পূনশিন্নবা মরম্না তিন্নবা খোম্থোক লৈহল্লি। খোম্থোক অমগী খোম্লিলগা মতুংগী থংনবা খোম্থোক-খোম্লিলগা তিন্নরি। মহৌশাগী খোনহায় মতুংইন্না খোম্থোকশিং অসি অতেনবনি। মরম অদুনা মখোয় অসিবুস্থ 'খোনকাপ-চেম্নজবা' হায়বা য়াই। তৌইগুম্বসুং মখোয় অসি হায়দোকপদা হোৎনবা অমা য়াওই। অদুনা মখোয় অসিবু 'অরূম্বা' (গুরু) হায়বা য়াই। অয়াংবা খোম্থোকুম্না মখোয় অসি মনীংতম্না শীজিন্নবা য়াদে, নিয়ম খরগী মথাপোম্ন শীজিন্নে (নিয়মশিং অসি মতুংদা হায়রকখিগনি)।

"ইচা ঋষি কন্যানা / বেদমন্ত্র শকখিবা"

শৈখোঙ অসিদা 'চা', 'ষি', 'ন্যা', 'বে' হায়বা খোম্বোকশিং অসি মখল (২)-গী মন্নুংচল্লি। খোম্বোকশিং অসি মহৌশানা শাংবা নত্তে, চিংথবা খোনগী ইথিল অমনা শাংহনবনি। তিন্নদবা খোম্বোক্কী মহৌশানা লৈজবা খোনকাপ্ন অম্নুম তৌনা শাংদোকহনবা মরম্না মখোয় অসিবু 'চিংখোক্তুনা-শাংবা' (প্রসার-দীর্ঘ) হায়বা য়াই। অহেনবা ইথিল অমনা মখোয় অসিগী খোনকাপ লেপ্পী হায়তুনা মখোয় অসিবু 'খোনকাপ-ইথিল্লাংবা' (প্রভাবমাত্রিক) হায়বা য়াই।

"ঈহৌহল্লো ধাশীগী থম্বোই / পাঞ্চজন্যগী খোল্লেম্না"

শৈখোঙ অসিদা 'ঈহৌহল্লো হায়বা ৱাহৈসিগী 'হৌ' অমসুং 'হল্' অতুগা 'পাঞ্চজন্যগী' হায়বা ৱাহৈসিগী 'পাঞ্' অমসুং 'জন্' হায়বা খোম্বোকশিং অসি মখল (৬)-কী মন্নুংচল্লি। হায়রিবা মফমশিংসিদা তপ্লবা ময়েক শীজিন্নরবসু তপ্নরিবা ময়েকশিংতুগী তিন্নবা খোম্বোক নত্রগা বাঙনমযেক্কী য়ানশিন্নবা খোম্বোক য়াওদে। 'ঈহৌহল্লো' হায়বা ৱাহৈসিগী 'হল্' অমসুং 'লো' খোম্বোক অনীসিগী মরক্তা অতুগা 'পাঞ্চজন্য' হায়বা ৱাহৈসিগী 'পাঞ্' অমসুং 'চ', 'জন্' অমসুং 'ন্য' খোম্বোকশিংসিগী মরক্তা অহাঙবা খক্তিক্তুং লৈ। অসিগুম্বা খোম্বোক মহায়দোক অসি য়াম্না তোয়না শীজিন্নদে, তৌইগুম্বসুং মসিদ লৈম্লেংগী হোৎনবা খোইদোকপা য়াওদবা মরম্না অসিগুম্বা মহায়দোক অসি ঐখোয়না হৈনৈ।

"ওয়ুমীঃ জক্তাঃ বাংঙম্ঃ-লোন / চান্দম্ঃ হৈনিদা"

শৈখোঙ অসিগী 'ঙম্', 'দম্' হায়বা খোম্বোকশিং অসি মখল (৪)-গী মন্নুংচল্লি। অসিগুম্বা খোম্বোকশিং অসি মহৌশানা তেনবা নত্তে, খোল্লুমগী ইথিলতনা মখোয়গী খোনকাপ চিংশিনবনি। মরম অদুনা মখোয় অসিবু 'চিংশিন্দুনা-তেনবা' (সংকোচ-হ্রস্ব) হায়বা

য়াই। করিগুম্বা ইথিল অমনা মখোয়গী খোনকাপকী চাং লেপহনবা মরম্না মখোয় অসিবুসু 'খোনক'প-ইথিল্লাংবা' হায়বা য়াই।

মৈতৈলোন্দা চৎনরিবা মহৌশাগী ওইবা খোম্থোক-মহায়দোকী নিয়মদা মহৌশানা রারেংদা শীজিন্নবা মহায়দোকী মতুংইন্না মখল (১), (৩) অমসুং (৫)-গী খোম্থোকশিং অসি ফংই। মরম অদুনা মখোয় অসিবু **'খোনকাপ-চেন্নজবা'** (স্বভাবমাত্রিক) কৌরিবনি। শৈনিম্থোই ছন্দলৈরেংদা চাংওইনা খোনকাপ-চেন্নজবা খোম্থোক ভাক্তা শীজিন্নে। করি করিগুম্বা মতমদা শীজিন্নদবসু য়াওই। শৈনিম্থোই ছন্দলৈরেং নৈনরকপা মতাংদা রাকম অসি খঙবা ঙমগনি। অদুগা য়েংশিনগদবা অমনা মখল (৫)-গী খোম্থোক-মহায়দোক অসি মহৌশাগী ওইনা ভোরবসু হোৎনবা অমা য়াওই, হায়বদি, অরূপনি। খোনকাপ-চেন্নজবা নত্তবা খোম্থোকশিং অসিবু– হায়বদি মখল (২), (৪), (৬)-কী খোম্থোকশিংবু **'খোনকাপ-অশেম্বা'** (কৃত্রিমমাত্রিক) হায়বা য়াই।

মখল (১) অমসুং (৩)-গী খোম্থোক হায়দোকপদা থোইদোকপা হোৎনবা চঙদে। অসিগুম্বা খোম্থোক হায়দোকপদা মতম পূন্নমক্তা মহৌশাগী ওইনা হৈনবা অমা লৈ। মরম অদুনা মখোয় অসিবু **'অয়াংবা'** (লঘু) হায়বা মিংথোল অসিনা খঙনৈ।

মখল (২) অমসুং (৪)-গী খোম্থোক্তি থোইদোকপা ইথিল (প্রভাব) অমনা হায়দোকহল্লি। খোনকাপ খেন্নরবসু অনীমক মহৌশাগী খোনহায়দগী হেন্দোকই হায়দুনা মখোয়বু **'খোনকাপ-ইথিল্লাংবা'** (প্রভাবমাত্রিক) হায়বা মখল অমা ওইনা থম্মী।

মতাং অসিদা অয়াংবা অরূপা অমসুং অতেনবা অশাংবা খোম্থোক শীজিন্নবগী মরমদা সংস্কৃতকা মৈতৈলোলগা খেন্নবসি য়েংশিন্নীঙাইনি। সংস্কৃততা অতেনবা খোম্থোক পূন্নমকপু অয়াংবা অমসুং অশাংবা খোম্থোক পূন্নমকপু অরূপনি হায়না লৌই। সংস্কৃতকী খোম্থোক-মহায়দোকী

থোইদোকপা মওঙ লৈবনা সংস্কৃত ছন্দদা অতেনবা অমস্রুং অয়াংবা, অশাংবা অমস্রুং অরাম্ববু অর্থ অমতদা শীজিন্নৈ। তোইগুম্বস্রুং মৈতৈ-লোলগী খোম্ৗোক-মহায়দোক্কী পর্যাপ্ত সংস্কৃতকীগা মান্নদে, মরম অদুনা অতেনবা খোম্ৗোক পুম্নমকপু অয়াংবা অদুগা অশাংবা খোম্ৗোক পুম্নমকপু অরাম্বা অসুম্না হায়বা য়াদে। অতেনবা অমস্রুং অয়াংবা হায়বসি মখল অমতগী চাং নত্তে; অশাংবা অমস্রুং অরাম্বা হায়বসিস্রু তোঙান তোঙানবা মখলগী চাংনি। অতেনবা অমস্রুং অশাংবনা খোম্ৗোক্কী মতমগী চাং খঙহল্লি অদুগা অয়াংবা অমস্রুং অরাম্বনা খোম্ৗোক্কী মরাম ( intensity ) হায়বদি খোম্ৗোক হায়দোকপদা হোৎনবগী চাং খঙহল্লি।

[২৭] **মৈতৈলোলগী খোম্ৗোক-মহায়দোক্কী নিয়মদা অতেনবা অমস্রুং অশাংবা স্বর খায়দোক্কে,** হায়বদি, তিম্নদবা খোম্ৗোক হায়দোকপা মতমদা অতেনবা স্বর অশাংবা স্বর অনী থৌওইনা থেম্নহন্দে—অতেনবা স্বরনা শাংনা হায়দোকপস্রু য়াওই, অশাংবা স্বরনা তেম্না হায়দোকপস্রু য়াওই। অতেনবা নত্রগা অশাংবা স্বরনা খোম্ৗোক ওইনা লৈরবস্রু অমদি খোম্ৗোক্কী মমৈ চম্নবস্রু তেম্না হায়দোকপা তিম্নদবা খোম্ৗোক অদুবু **অতেনবা খোম্ৗোক** কৌই। অতেনবা খোম্ৗোক অমা হায়দোকপদা চঙবা মতম অদু থোনকাপ অমগী চাংনি। অদুগা খোনকাপ অমগী চাংদগী হেন্না মতম চঙনা হায়দোকপা খোম্ৗোক অদুবু **অশাংবা খোম্ৗোক** কৌই। তিম্নবা তিম্নদবা খোম্ৗোক অনীমক করিগুম্বা ইথিল ( প্রভাব ) অমনা নত্রগা খোনহায়গী মতুংইন্না অতেনবা অশাংবা খোম্ৗোক ওইহনবা য়াই। চাংওইনা অশাংবা খোম্ৗোক অমমস্রু খোনকাপ অনী ওইনা লৌই।

মৈতৈ ছন্দদা অতেনবা অমস্রুং অশাংবা খোম্ৗোক খায়দোকপদা অতেনবা খোম্ৗোক তাক্লবগীদমক খোম্ৗোক্কী মথক্তা অশম-খুদম [+]

অমসুং অশাংবা খোম্মোক তাক্লবগীদমক খোম্মোক্কী মথক্তা অশম-খুদম [—] শীজিন্নৈ। অদুগা খোম্মোক্কী মশক শুনা খণ্ডহনবা মতাংদনা খুদম [ ০ ] না তিন্নদবা অতেনবা খোম্মোক, খুদম [ ॥ ]-না তিন্নদবা অশাংবা খোম্মোক, খুদম [+] না অরুম্বা খোম্মোক, খুদম [ ´ ]-না খোল্লুম য়াওবা খোম্মোক, খুদম [ — ]-না মচুংচনবা তিন্নবা অশাংবা খোম্মোক অমসুং খুদম [ ঃ ] না মমৈতাবা তিন্নবা অশাংবা খোম্মোক খণ্ডনগনি। খুদমশিং অসিনা মথক্কী শৈখোঙশিং অসিদা অসুম তৌনা খোম্মোক্কী খোনকাপ খণ্ডহনবা ঙম্মী।

+০ ০০ ˒০০ ০ ০ —০০০ + ঃ ॥
ভক্ত ˙ বাম ঃ কৃষ্ণগী / পুষ্প-অঞ্জলিনা ⋮ লৈতেং -বা = ৭ + ১২

০॥ ০॥ ০॥ ১ ॥০—০ — ০ ০
ইচা ঋষি কয়ানা / বেদমন্ত্র শৰখিবা = ১০ + ১০

০ ঃ —০ ॥০০ + / —০ —০০ ˒ +০
ঈহৌ হল্লো ঃ বাঁশীগী . থম্মোই/পাক্ক ঃ জন্মী ⋮ খোঙ্গেন্না
= (৬ + ৬) + (৭ + ৩)

[২৭] **হায়দোকপগী অয়াঙবগী * চাং খেন্নবা মতুংইন্না খোম্মোক্কী খোনকাপ খেন্নৈ। অয়াঙবগী চাং মথল অহুম্নি— অথুবা, ময়ায়ওইবা, অথীনবা।** ময়ায়ওইবা চাংগী মহায়দোক্লা ঐখোয়গী হৈনবা অমসুং হোনশা ওইনা তৌই। অয়াংবা খোম্মোক্তি ময়ায়ওইবা চাংদা হায়দোকই। খোল্লুম তাবা মতমদনা **য়াম্না-থুবা** চাংদা হায়দোকই। অরুম্বা খোম্মোক হায়দোকপগী অয়াঙবগী চাংদি **অতপ্পা-অথুবনি**, হায়বদি, ময়ায়ওইবা অমসুং য়াম্না-থুবগী মরক্তা লৈ। তিন্নদবা অশাংবা খোম্মোক্তি **য়াম্না-থীনবা** চাংদা হায়দোকই। মচুং-চনবা তিন্নবা খোম্মোক শাংনা হায়দোকপা মতমদনা অয়াঙবগী চাং **অতপ্পা-অথীনবনি**, হায়বদি, ময়ায়ওইবা অমসুং য়াম্না-থীনবগী মরক্তা লৈ। মরম অদুনা অয়াঙবগী চাং মতুংইন্না খোম্মোক্কী মথল অসুম্না হায়দোকপা য়াই—

---

* অয়াঙবা —speed, tempo.

**য়াম্না-থুবা**=মমৈতাবা তিন্নবা অতেনবা [´]  (খোল্লুম য়াওবা) (খোনকাপ-ইথিল্লাংবা)

**অতপ্পা-অথুবা**=মনুংচনবা তিন্নবা অতেনবা [+]  (অরূম্বা)

**ময়ায়ওইবা** { = তিন্নদবা অতেনবা [ ∘ ]
= মমৈত্তাবা তিন্নবা অশাংবা [ ঃ ] } (অয়াংবা) } (খোনকাপ-চেন্নজবা)

**অতপ্পা-অথীনবা**= মনুংচনবা তিন্নবা অশাংবা [—]

**য়াম্না-থীনবা**= তিন্নদবা অশাংবা [ ‖ ]  (খোনকাপ-ইথিল্লাংবা)

অরূম-অয়াংগী মতুংইন্না খোনকাপ-চেন্নজবা খোন্থো'ক মখল অনীনি, অতুগা য়াম্না-থুবা অমসুং য়াম্না-থীনবা চাংগী মতুংইন্না খোনকাপ-ইথিল্লাংবা খোন্থোক মখল অনীনি। অথুবা অমসুং অথীনবা চাংদি অমগা অমগা ওন্নতৈনৈ।

## খোনকাপকী পথাপ

[২৮] (ক) **করিগুম্বা তানখোঙমতেক অমতদা খোনকাপ-ইথিল্লাংবা খোন্থোক অমদগী হেন্না লৈবা য়াদে।**

খোনকাপ-ইথিল্লাংবা খোন্থোক্তা মহৌশাগী খোনহায় (উচ্চারণ) মনীংতম্মী। তানখোঙমতেক অমতগী মনুংদা অসিগুম্বা খোন্থোক অসি অমদগী হেন্না শীক্তিম্নরবদি খোনহায়গী নিয়ম মপান থোকপনি। মরম অতুনা

য়াম্না-থুবা ( খোল্লুময়াওবা ) খোম্থোক অমা য়াওরবা তানখোঙমতেক্কী মতুংদা য়াম্না-থুবা নত্রগা য়াম্না-থীনবা অতোপ্পা খোম্থোক অমতা লৈবা য়ারোই, অতৈগা য়াম্না-থীনবা খোম্থোক অমা য়াঁওরবা তানখোঙমতেক্তা য়াম্না-থুবা নত্রগা য়াম্না-থীনবা অতোপ্পা খোম্থোক অমতা লৈবা য়ারোই।

**(খ) খোনকাপ-ইথিল্লাংবা করিগুম্বা খোম্থোক্কা অয়াঙবগী চাং ওন্নতৈনবা খোম্থোক্কা পূন্না তানখোঙমতেক অমতদা শীজিন্নবা য়াদে।**

মরম অতৈনা য়াম্না-থুবা ( খোল্লুময়াওবা ) খোম্থোক য়াওবা তানখোঙমতেক্তা অতপ্পা-অথীনবা নত্রগা য়াম্না-থীনবা খোম্থোক লৈবা য়াদে, অতৈগা য়াম্না-থীনবা খোম্থোক য়াওবা তানখোঙমতেক্তা অতপ্পা-অথুবা ( অরাম্বা ) নত্রগা য়াম্না-থুবা (খোল্লুময়াওবা) খোম্থোক শীজিন্নবা য়াদে।

**(গ) অয়াংবা খোম্থোক শীজিন্নবদা য়াদবা করিগুম্বা অমতা লৈতে- মতম পূন্নমক্তা অমসুং মক্তম পুন্নমক্তা শীজিন্নবা য়াই।**

খোনহায়গী ( উচ্চারণগী ) মরুওইবা নিয়ম খরসি নীংশিংলগা খঙবা ঙমগনি- অয়াঙবগী চাং মখল মঙাগী খোম্থোক্কী মতিম্ন মখল পূন্নমক ছন্দদা লৈবা য়াদে, মতিম্ন মখল খরতমক লৈবা য়াই।

অক্তগী পোথমদা মখাগী মতিম্ন ১৫ অসি লৈবা য়াই—

(১) য়াম্না-থুবা+য়াম্না-থুবা ×
(২) „ +অতপ্পা-অথুবা ( অরাম্বা )
(৩) „ +অয়াংবা
(৪) „ +অতপ্পা-অথীনবা ×
(৫) „ +য়াম্না-থীনবা ×

(৬) অতপ্পা-অথুবা ( অরাম্বা ) + অতপ্পা-অথুবা (অরাম্বা)

(৭) „ + অয়াংবা

(৮) „ + অতপ্পা-অথীনবা

(৯) „ + য়াম্না-থীনবা ×

(১০) অয়াংবা + অয়াংবা

(১১) „ + অতপ্পা অথীনবা

(১২) „ + য়াম্না-থীনবা

(১৩) অতপ্পা-অথানবা + অতপ্পা-অথীনবা

(১৪) „ + য়াম্না-থীনবা

(১৫) য়াম্না-থীনবা + য়াম্না-থীনবা ×

মথক্তী ২৮(ক) অমসুং ২৮(খ)-গী পথাপ মতুংইন্না খুদম ×-গী মপাদা লৈরিবা মতিন্নশিং অসি ছন্দদা চৎনদে।

**[২৯] মৈতৈলোন্দা অতেনবা অশাংবা তিন্নদবা স্বর পূম্নমক অরাম্বা মতমদা অতেনবা ওইনা শীজিন্নে। মরম অদুনা তিন্নদবা স্বরনা চম্বা খোঙ্গোকপু মহৌশানা খোনকাপ অমা ওইনা লৌই। করি করিগুম্বা মফমদা তিন্নদবা স্বরনা চম্বা অশাংবা খোঙ্গোক উবা ফংই।** মতুদি :—

(ক) চুম্নগী-খোন্নিঙ্গ খণ্ডনবা, তুংগী-ঈহৌ-খণ্ডনবা অমদি কৌবা-খণ্ডনবা খোঙ্গোক অমতগী রাহৈগী মমৈতাংবা স্বর অদু অশাংবনি-হায়না লৌবা য়াই। খুদম—

মমারকাবরা লাজোইশা ⁝ কাম্লি কী কী শাউবনা

বা বা বা ! ⁝ লম্বোইবনসু ⁝ মীনম্বা !

হো ইমা ইমাও ⁝ ঐসু লাকে ইমাও

(খ) রাহৈগী অরোইবদা খোম্থোক নমশিনথ্রগা মতুগী মমৈদা স্বর লৈরবদি স্বর অহু অশাংবা ওইনা লৌবা য়াই। খুদম—

য়েংদ য়েংই তুমিন্না ⁝ যাদি ভাঙদ করিস্মু

(গ) সংস্কৃত বাংলানচিংবা অতোপ্পা লোন্দগী চঙলকপা রাহৈগী মমুংদা য়াওবা অশাংবা খোম্থোকশিং অহু হান্নগুম্না অহুম শাংহনবা য়াই। খুদম—

বীর ব্রজবাসী পোকচবীনি নঙ্দি

অসিগুম্বা খোম্থোকপু মতম পূন্নমক্তা অশাংবা খোম্থোক ওইনা লৌদবা য়াদে হায়বা করিস্মু লৈতে ; অহু ওইরবস্মু মখোয়বু চন্নফম মতুংইন্না শাংহনবা য়াই অমস্মুং শাংহল্লি।

(ঘ) ছন্দগী চন্নফম মতুংইন্না অতোপ্পা মফমশিংদস্মু তিন্নদবা স্বরনা চম্বা খোম্থোকপু অশাংবা ওইনা লৌবা য়াই। খুদম—

হৈনোবনগী লৈচীবু ⁝ চূপচরিবী চেক্লাদো ⁝
নঙগী মরূপলোইনিদো (শীতলজিৎ)

তৌইগুম্বস্মুং অসুম তৌনা শাংদোকহনবসি মহৌশাগী ওইদবনা মফম পূন্নমক্তা ফজনা থোক্কে।

**[৩০] তিন্নদবা খোম্থোক শাংদোকহনবগী মরমদা নিয়ম খরা লৈ।**

**(অ) করিগুম্বা তানখোঙমতেক অমদা তিন্নদবা খোম্থোক অমদগী হেন্না শাংদোকহনবা য়াদে।**

অসিগুম্বা খোম্থোক অসি হায়দোকপদা লৈয়েংগী খোইদোক-হেন্দোকপা হোংনবা অমা চঙই। খোম্নিল-ঈচেলগী খ্বাইদগী পীকপা, ঈথক্তা নত্রগা তানখোঙমতেক্তা য়াঙবগী (খোঙথাং পুবগী) চাংচৎ কায়হন্দনবা অসিগুম্বা খোম্থোক অসি অমদগী হেন্না শীজিন্নদে।

• ঃ + • • ॥ • • ঃ + • ॥ • •
কদায়ঃ নঙগী · বীণাদিঃ অদুক। নোবা। সুরদো ঃ
+ ঃ —•• • — •
মৈতৈ' লৈমগী ' থনাউদো
(শীতলজিৎ)

মথক্কী শৈখোঙ অসিদা শাংদোকহনবা তিন্নদবা খোম্ফোক শীজিন্নরি। তানখোঙমতেক অমদা শাংদোকহনবা তিন্নদবা খোম্ফোক, হায়রবদি য়াম্না-শীনবা খোম্ফোক অমদগী হেন্না শীজিন্নদে। *

॥ ॥
কদায় ঃ নঙগীঃ বীণাদি ঃ ··· ···· ····
নত্রগা
॥ ॥
কদায়! নঙগী ঃ বীণাদিঃ .... .... ....

অস্নুম্না ওইহল্লবদি ছন্দ কায়গনি। অদুগা করি করিগুম্বা মফমদা নিয়ম অসি ইন্দ্রবস্থ ছন্দ কায়দনা উবা য়াওই। তোইগুম্বস্থং কৃপ্না য়েংশিল্লবদি শাংদোকহনবা খোম্ফোকশিং অদু তোঙান তোঙানবা তানখোঙমতেক্কী মতুংদা লৈ হায়রবা খঙগনি।

থুদম—

• ॥ ॥ • ॥ ॥
কুবিঃ ৱিঃ মপুঃ দি =(৩+১)+(৩+২)
• ॥ ॥ ০ ॥ ॥
করিঃ পীঃ বারুঃ রি =(৩+২)+(৩+২)

* সংস্কৃতকী খোনহায় মতুংইন্না 'বীণা'-গী 'বী' অসি অশাংবা খোম্ফোক ওইকম থোকপনি, অদুগা 'সুরদো' হায়রবসিগী 'সু' অসিনা বাংলা খোনহায় মতুংইন্না অতোনবা খোম্ফোক ওইকম থোকপনি; অদুবু মসিদা মৈতৈ খোনহায়গী মতুংইন্না 'বী' অমসুং 'সু' অসি মথংশীংনা অতোনবা অমসুং অশাংবা খোম্ফোক ওইরি।

**(আ) করিগুম্বা তানখোঙমরু অমতদা থংন-থংননা খোম্থোক অনীদগী হেন্না শাংদোকহনবা য়াদে।**

০ ॥ ॥ ॥ ০ ॥ ॥ ॥
রাগি : নী গী : মহা : মে : লা /

-- ০ ॥ ॥ ॥ ০ ঃ ॥
য়াওরু : য় : সি : হে : অনৌ : বা

শৈখোঙ অসিগী অহানবা তানখোঙমরু অনীমক্তা থংন-থংননা শাং-দোকহনবা খোম্থোক অহুম অহুম লৈরি। মসি মৈতৈ খোনহায়গা ওম্নতৈনবনি, কা হেন্না থংন-থংন কোথবনা মহৌশাগী খোনহায় তাদে— অতুনা তাবদা হুংঙাইনা থোক্কে। শৈখোঙ অসি মখাগী অসুম্না পারবদি মহৌশাগী খোনহায় তাগনি—

০ ॥ ০ ॥ ● ॥ ০ ॥
রাগ : নীগী : মহা : মেলা /

— ০ ● ॥ ॥ ● — ০
য়াওরু : য়সি : হে : অনৌবা

অতুগা করি করিগুম্বা মতাংদা শৈখোঙ অমতগী মনুংদা চপমান্নবা ময়েক্লা শাবা খোম্থোকশিংগী মরক্তা শাংদোকহনবা অমসুং শাং-দোকহন্দবা অনীমক লৈবা য়াওই। খুদম—

০ ॥ ০ − + ০ ০ ০ ০ ০ ॥ + ০
কনানা : হায় : ভীম্নি : কনানা : উনা : মাল্লি (কমল)

মসিদা 'না' খোম্থোক মঙারক য়াওরি, তৌইগুম্বসুং অনী অমদি শাংদোকহল্লগা অহুম অমদি শাংদোকহন্দে।

**(ই) করিগুম্বা তানখোঙমতেক অমদা য়াম্না-থীনবা খোম্থোক শীজিন্নরবদি তানখোঙমতেক অতুদা অথুবা খোঙ-থাংগী করিগুম্বা খোম্থোক অমতা শীজিন্নবা য়াদে।**

মরম অতুনা তিন্নদবা খোম্থোক শাংদোকহনবা তানখোঙমতেক্তা অরাম্বা নত্রগা খোল্লুময়াওবা খোম্থোক শীজিন্নদে। অতুনা

। ॥ ০ ০ + • ॥ /
"য়াওক বসি" নত্রগা 'য়াওক: য়সি"

অসুম্না হায়বা য়াদে।

**(ঈ) তিন্নদবা খোন্থোক শাংদোকহনবগী মতাংদা মহৌশানা 'আ', 'এ'-না চম্বা খোন্থোক্না তিন্নদবা স্বর অতৈ অতৈনা চম্বদগী শাংদোকহনবদা মতীকচায় হায়না লৌনরবসু অর্থগী মতুংইনবা খোনহায়না খ্ৱাইদগী মতীকচাবনি হায়না লৌগবদনি।**

×॥ ।×
য়াকায়হৈবী নুজাগী/নুংদা চীকপা মীৎচিনা

শৈখোঙ অসিদা ঐখোয়না উরি— থুদম × অসিনা তাক্লিবা খোন্থোকশিং ('জা' অমসুং 'না') অসি 'আ'-না চম্বা ঙাক্তনি। মরম অদুনা শাংদোকহল্লিবা খোন্থোকশিং অসিদগী মখোয় অসিনা শাংদোকহনবদা হেন্না মতীকচাফম থোকপনি। অদুবু অর্থগী মতুং-ইনবা খোনহায়গী মতুংইন্না শাংদোকহল্লিবশিং অসিনা খ্ৱাইদগী মতীকচাবনি হায়না লৌরি।

(উ) করিগুম্বা তানখোঙমতেক অমদা তিন্নদবা খোন্থোক শাংদোকহনবা তারবদি তানখোঙমতেক্কী অহানবা খোন্থোকপু, মতীক চারবদি, খ্ৱাইদগী মফমচাবনি হায়না খনগনি; মতীক-চাত্রগনা তানখোঙমতেক্কী অরোইবা খোন্থোক অমসুং মতুসু মতীক-চাত্রগনা মরক্তা লৈবা খোন্থোকপু শাংদোকহনগনি। তৌইগুম্বসুং **শাংদোকহনবা খোন্থোক্তি মতম অয়াম্বদা তানখোঙমতেক্কী অহৌবা খোন্থোক ওইগল্লি।**

তৌইগুম্বসুং করি করিগুম্বা মফমদা মতীকচাবা চাদবগী মতুং-ইন্দবা য়াওই। থংনবা তানখোঙমতেক নত্রগা তানখোঙমরু খরদা পুংবা ওইনা মপা অমতদা শাংদোকহনবা খোন্থোক লৈরবদি ছন্দগী

খোঙথাং মান্নহন্নবগীদমক করি করিওহদা হেন্না মতীকচাবা খোম্থোক শাংদোকহনবগী মহুত্তা অতোপ্পা খোম্থোক শাংদোকহনবা য়াওই।

থুদম —

ঈথকা চাননা ⋮ মুংথিবা কোলোয়বা।

নোংগী ভাহাবু ⋮ শীন্নিবা (চাউবা)

শৈখোঙ অসিগী অহুমশুবা তানখোঙমরুগী অরোইবা খোম্থোক্কগী অরোইবগা তাইনবা খোম্থোক্কা শাংদোকহনবদা হেন্না মতীকচায়, তোইশুহন্সুং অহানবা তানখোঙমরু অনীগী অরোইবা খোম্থোক শাংদোকহনবা মরম্না অহুমশুবা তানখোঙমরুদস্সু অরোইবা খোম্থোক শাংদোকহল্লি। মতৌ অসিগুম্না মখাগী শৈখোঙ অসিদস্সু অহুমশুবা তানখোঙমরুগী অহানবা খোম্থোক্কা অনীশুবা খোম্থোক্কগী শাংদোকহনবদা হেন্না মতীকচারবস্সু অনীশুবা খোম্থোকপু শাংদোকহল্লি।

অতিয়া কোর্ব্তা: ইন্নিবা মবেকসে / পান্নবা কনা লৈ

[৩১] তিন্নবা খোম্থোক, হায়রবদি ব্যঞ্জন্না চম্বা অমসুং তিন্নবা স্বরনা চম্বা খোম্থোক্কী রাকম্না তোঙানবনি। মখোয় অসিদি মহৌশানা তিন্নদবা স্বরনা চম্বা খোম্থোক্কগী থন্না হেন্না শাংই। মরমদি ব্যঞ্জন্না চম্বা খোম্থোক্কী মহুংচনবা স্বর হায়দোক্লবা মতুংদস্সু অরোইবা ব্যঞ্জনময়েক হায়দোকপদা মতম থরগা হেন্না চঙই; মতৌ অদুগুম্না তিন্নবা স্বরগী মহুংদা মরুওইবা ( syllabio ) স্বরগী মহুংদা লৈবা মরুওইদবা ( non-syllabio ) স্বর অদু হায়দোকপদা মরুওইবা স্বর হায়দোক্লবা মতুংদস্সু মতম থরগা হেন্না চঙই। মরম অদুনা ব্যঞ্জন্না চম্বা অমসুং তিন্নবা স্বরনা চম্বা খোম্থোকপু তিন্নবা খোম্থোক ( যৌগিক অক্ষর ) কৌরিবনি। ছন্দগী মহুংদা শীজিন্নবা তারবদি মখোয় অসিবু খোনকাপ অমগী নত্রগা অনীগী ওইনা লৌগনি; হায়বদি, থন্না থুনা হায়দোক্নুনা তেনশিলহগদবনি নত্রগা থন্না থীম্না হায়দোক্নুনা শাংদোকহনগদবনি।

তৌইগুম্বস্থং **বাহৈগী নম্রগা তানখোঙমতেক্কী মমৈতাবা তিন্নবা খোম্থোক্তি অশাংবা ওইনা লৌবনা নিয়মনি।** অদুনা 'ইমোম', 'লাংলেন', 'সনাহল' হায়বা রাহৈশিং অসি মথংশীংনা খোনকাপ ৩, ৩, ৪নি হায়না লৌগনি। মমৈতাবা তিন্নবা খোম্থোক্তা অকনবা খোল্লূম তারবা মতমদা খোল্লূমগী ইথিলনা অতেনবা ওইগনি।

তানখোঙমতেক্কী নম্রগা রাহৈগী অরোইবা নত্তবা অতোপ্পা মফমদা, হায়বদি রাহৈগী নম্রগা তানখোঙমতেক্কী অহৌবা অমস্থং মরক্তা লৈবা তিন্নবা খোম্থোক্তি মহৌশানা অতেনবা ওইনা হায়দোকই। অস্থুম্না হায়দোকপা অসিদা হোৎনবা অমা চঙই, অদুনা মখোয় অসিবু **অরুম্বা খোম্থোক** হায়না খঙনৈ। থরা থীনবা খোঙথাংদা হায়-দোক্লবদি রাহৈগী অহৌবদা নম্রগা মরক্তা লৈবা খোম্থোকস্থু অশাংবা ওই। অসিগুম্বা মহায়দোক অসি লায়না পাঙথোকই অমস্থং মসিদা ঐখোয়গী মহৌশা ওইনা হৈনবা অমা লৈ।

রাহৈগী নম্রগা তানখোঙমতেক্কী অরোইবদা লৈবা তিন্নবা খোম্থোকপু **মমৈতাবা তিন্নবা খোম্থোক** কৌই। অদুগা রাহৈগী নম্রগা তানখোঙমতেক্কী অহৌবা অমস্থং মরক্তা লৈবা খোম্থোকপুনা **মনুংচনবা তিন্নবা খোম্থোক** কৌই।

[৩২] **করিগুম্বা তানখোঙমতেক অমদা অরুম্বা খোম্থোক (তিন্নবা অতেনবা খোম্থোক) লৈরবদি তানখোঙমতেক অদুগী অরোইবা খোম্থোক অদু মহৌশানা অম্লাংবা ওই। করি করিগুম্বদা অরোইবা খোম্থোক্তা খোল্লুম তাই, মদুদদি খোম্থোক অমতস্থু অম্লাংবা ওইদবা য়াই।**

মথক্তা হায়খ্রে, স্বরগী অরূম্বা হেঙ্গৎপা হস্ববগী মতুংইন্না তান-খোঙমতেক খায়দোকপা য়াই। তানখোঙমতেক্কী অরোইবদা স্বরগী অরূম্বা হস্থে, মরম অদুনা অরূম্বা খোম্থোক হায়দোক্লবগীদমক চঙবা হোৎনবা অদু মসিদা লৈবা য়াদে।

তোইগুম্বসুং তানখোঙমতেক্কী অরোইবা খোম্বোক্তা তাবা খোল্লূম্ন-স্ন তানখোঙমতেক থায়দোকপা য়াই। মতূংদদি তানখোঙমতেক্কী অরোইবদা অরূম্বগী চাং হেন্‌গৎলি—খোল্লূময়াওবা খোম্বোক অতূনা কনবদা (তীব্রতা-দা) অমসুং লূম্বদা (গাম্ভীর্য-দা) অতোপ্পা খোম্বোকশিংদগী হেন্নি। অতূনা তানখোঙমতেক্কী অরোইবদা খোল্লুম লৈতহুনা খোম্নিলগী অয়াঙবা ( speed ) হেন্‌গৎলবদি শোয়দনা হম্বগনি। মরম অতূনা তানখোঙমতেক্কী মসুংদা খোম্বোক পূন্নমক অরূম্বা ওইদে।

**অরূম্বা খোম্বোক শীজিন্নবা তানখোঙমতেক অতূগী খোম্বোক অমতা শাংদোকহনবা য়াদে, হায়বদি চিংখোক্তুনা-শাংবা খোম্বোক ওইবা য়াদে।**

খূদম—

```
        +     ∘     ∘  ∘    ∘+⁝   ∘ +     +     ∘    +•    ∘—●    • •
(অ)  পোকখ্রে⁝ যীশু⁝ মহম্মদ⁝ বুদ্ধ / পোকখ্রে⁝ গান্ধী⁝ মহাত্মা⁝ কয়া
          ×                  ×           ×      ×

        +     ⁝       ॥    ∘ ∘    +∘∘     +  ⁝     ▮
(আ)  চোংথোক ⁝ লো⁝ কুক ⁝ ক্ষেত্রগী⁝ লানকম⁝ দা /
                                    ×

                    +∘     +•     — •
                  থীন্নে⁝ তেদা⁝ থোংলো
                    ×      ×
```

মথক্কী শৈখোঙশিং অসিদা খূদম × অসিনা মখাদা লৈরিবা খোম্বোকশিং অসি শাংদোকহল্লবদি ছন্দগী খোঙথাং কায়না তাগনি।

**[৩৩] খোনহায়গী (উচ্চারণগী) নিয়ম ওাক্লা ছন্দগী মওঙ 'নত্রগা ফিদমগী মতুংইন্না খোম্বোক্কী খোনকাপ লেপকনি।**

মথক্তা হায়খ্রে, করি করিগুম্বা মখলগী খোম্বোক্কি শীজিন্নবগী মতুংইন্না অশাংবা ওইবা য়াই। চাংওইনা লৈবা নিয়মদি অসিনি—খোম্বোক খূদিংমক খোনকাপ অমনি হায়না লৌগনি, য়্রাহৈগী অরোইবদা লৈবা তিন্নবা খোম্বোক্তম্বু খোনকাপ অনীনি হায়না লৌগনি। ছন্দগী

চাং পুনবগীদমক য়াহৈ মপুম থুগায়দনা মথকী নিয়ম ইন্না তানখোঙ-মত্তেক থায়দোকপদা খোম্থোক শাংদোকহনবা নত্রগা তেনশিনহনবা য়াই। মতাং অসিদা, খোল্লমগী ইথিলনা তিম্নবা খোম্থোক তেনহনবা য়াই হায়বসি নীংশিংগদবনি অদুগা অয়াঙবগী চাং ( speed ) তোঙান তোঙানবা খোম্থোকমশীন অমত্তুং শীত্রিম্নবগী মরমদা য়াদবা মওঙশিং অহুম্ন ঙাম্না চৎকদবনি। করি করিগুম্বা মকমদা য়াহৈ মপুম থুগায়ছনা তানখোঙমরু নত্রগা তানখোঙমতেক থায়দোকপা য়াই হায়বসিমসু নীংশিংগদবনি।

[৩৪] তানখোঙমরু অমগা তানখোঙমরু অমগা খোনকাপমশীং মায়বা মকমদদা খোনকাপমশীং চানহন্নবনীদমক খোম্থোক চিংখোকচিং-শিন তৌবা য়াই। মতুদি, করিগুম্বা তানখোঙমরুদা মতম পূম্নমক্তা খোনকাপ ৪, খোনকাপ ৭, খোনকাপ ৮ শীজিন্নরবদি ছন্দগী খোঙথাং কায়হন্দনবা খোম্থোক তেনশিনহনবা নত্রগা শাংদোকহনবা য়াই।

— • ঃ — ০ ঃ<br>
মেল্লো লাউঃ মেল্লো লাউ / লোইন নীংখায়রে

• —০• + + +••<br>
সাহিত্যগীঃ পনম্নায়মক্তদা / হায় নথখায়রে (চাউবা)

মসিদা অহানবা শৈখোঙগী অহানবা তানখোঙদা তানখোঙমতেক থুদিঙমক্কী খোনকাপ ৫।৫ লৈহন্নবগীদমক 'মেল্লো' হায়বা য়াহৈগী 'মেল্' হায়বা খোম্থোক অসি শাংহল্লি। অসুম তৌনা খোনকাপমশীং অকক্লনা লৈগদবা মকমদদি ছন্দ কায়হন্দনবা খোম্থোক শাংদোকহল্লি। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা অকক্লবা খোনকাপমশীং হায়বদি অরেপ্পা মওঙ লৈতবা মকমদদি মমৈত্তাবা খোম্থোক নত্তনা অত্তৈ পূম্নমক্তি খোনকাপ-চেন্নজবা ওইগদবনি, হায়বদি অতেনবা খোম্থোক ওইনা লোগনি। খুদম—

ঈয়াওখোল অসিগী ময়ক্তা / তাইবঙ নওদি / লৈরি তুমথুম তান্দুনা .

শৈখোঙ অসিদা ( খোনকাপমশীন—১০+৫+৮ ) খোঙ্থোক পুন্নমক খোনকাপ-চেন্নজবা ওইগনি। খোনকাপমশীংগী অরোয়া চাংকক লৈতবা ঈচেলনাইবা ছন্দ পুন্নমক্তা খোঙ্থোক খুদিংমক খোনকাপ-চেন্নজবা ওইগনি।

[৩৫] কবি করিগুম্বা শৈখোঙদা তানখোঙ হৌত্রিবৈদা hyper-metric হায়বদি ছন্দদগী হেন্দোকপা রাহৈ অমা নত্রগা অনী শীজিন্নবা উই। অসিগুম্বা হেন্দোকপা রাহৈশিং অসিবু ছন্দগী হিসাবতা য়াওহন্দ্রাইদবনি। খুদম—

মকম খুদিঙ ঐহাকপু মীরৈবাক মচানি নীংলম্মী
থবায় শোক্লা মুংঙাইতে নিংদোন পোম্না কপ্লম্মী
অন্থবু—বৈতৈ লৈবাক্তদি লৈত্তেদো ঐনা পামজবা ইরৈবাক। (ইরৈবাক)

মসিদা মরূওইবা তানখোঙদি খোনকাপ ৮নি। অরোইবা শৈখোঙগী অহানবা তানখোঙ হৌত্রিবৈদা লৈরিবা 'অন্থবু' হায়বা রাহৈসি ছন্দ-লৈরেংগী মপাম্থোকপনি।

## খোল্লূম

### ( শ্বাসাঘাত / Stress )

[৩৬] স্বর লূম্বগী রাকম মথক্তা হাম্না হায়খ্রে। রাহৈ খুদিংগী অহৌবদা স্বরগী অরাম্বা মহৌশানা হেল্লি হায়বসিমু হায়খ্রে। অসি-দগী হেন্দোকপা খরসু ইতত্তনা উবা ফংই, রাহৈপরেংগী মমুংদা করিগুম্বা খোঙ্থোক অমনা মনাক্তা লৈবা খোঙ্থোক পুন্নমকপু নক্কৎথি। অমুম তৌনা স্বর লূম্বা হেক্কৎপা অসিগী মমিং খোল্লূম কৌই। ইংরেজী ছন্দদা মসিবু stress নত্রগা accent হায়না খঙনৈ। মসি ভারতীয় সঙ্গীতকী তালগী 'সম্'-গা* চপমান্নবমক

* তবলাগী তাল খুদিংমক অচৌ-অপীক নাইনা শন্নক কনায়কম থোক্লা থারদোকই। অহানবা শন্নকী অহানবা মাত্রাবু 'সম' হায়না খঙৈ। হায়রিবা-মকম অসিদগী তবলা য়েবা হৌই।

নত্রবানু মওঙ অমতা ওইনা তৌই। খুৎকোয় (আবর্ত)† খুদিঙদা 'সম্' অমমম লৈ, খোল্লুমদি চঙবগী মতুংইন্না তাই।

মহৌশাগী খোনহায়দগী হেন্দোক্না শাফু কমা হায়দোকপা মরম্না অসিগুম্বা খোল্লুম অসি ঐখোয়দা তোঙাম্না ফাওই।

কখোক্লবা পুন্সিনি / পীখোক্লবা হিংবনি

মৈতৈ ফীখেং হোংলগা / মৈতৈ খৌনা লাকখিনি

·ছুংখি ছুংখি ⋮ শেৎনরসি / পান্থ পান্থ ⋮ কান্নরসি

শৈখোঙশিং অসিদা মথক্তা খুদম / চিংবা খোম্থোকশিংদা খোল্লুম তান্নি। মসিদা খোম্থোকশিং অসি শাফু অমা য়াওনা পারবম্ মতম পুন্নমক্তা অসুন্না ঙাক্তা পাগদবনি হায়বদি লৈতে।

[৩৭] মৈতৈ ছন্দদা খোম্থোক্কী খোনকাপ অমসুং ছন্দশৈরেংগী শাজত্তি অয়াম্বা মতমদা খোল্লুমগী মতুং ইল্লি। 'তাইবঙ-বীণা' হায়বা রাহৈ অসিগী খোনকাপমশিং ৪ক্লা নত্রগা ৫রা হায়বসি খোল্লুমগী মতুংইন্না লেপকনি। হৌজিক্কী মৈতৈলোন্দগী অরিবা মৈতৈলোন্দনা খোল্লুম শীজিন্নবা য়াম্না হেল্লি। চৎনবী লোল য়াম্না শীজিন্নবা শৈরেংদা মহৌশানা খোল্লুম য়াম্না তাগল্লি।

**[৩৭ ক] খোল্লুম তাবা মতমদা লৈম্লেং থপ্পা য়াম্না থুই, মরম অদুনা খোল্লুমতাবা খোম্থোক্তি য়াম্না থুবা চাংদা হায়দোকই।**

**[৩৭ খ] খোল্লুমদি তিন্নবা খোম্থোক্তদা তাবা ওইনা তৌই; তিন্নদবা খোম্থোক্তা খোল্লুম তারবদি স্বর অদু থরা চিংখোক্লপা তিন্নবা খোম্থোকা মান্নহনগদবনি।**

† করিগুম্বা তাল অমগী অহানবা মাত্রাকাওবা কোয়রকপা খুৎকোয় অমবু 'আবর্ত' নত্রগা 'আবর্তন' কৌই।

/ /
মমায় মাগী অইংবা / খকচরম্মী মপা ঐনা

/ /
চুপ্পীং চুপ্পীং চুব্বমদে/তুম্বা কায়খিনি কিবনা (মীনকেতন) :

মথক্কী শৈখোঙ অনী অসিদা মথক্তা খুদম / চিংবা খোঙ্গোকশিংদা খোল্লুম তারি। মসিদা ঐখোয়না উরি, খোল্লুমতাবা খোঙ্গোক পূম্নমক অসি তিম্নবা খোঙ্গোক্লি। অতুগা

/ /
হো ইমা ইমাও / ঐগী লাক্কে ইমাও

মসিদনা খুদম চিংলিবা 'ইমা' হায়বা রাহৈসিবু 'ইমা-া' অমসুং 'লাক্কে' হায়বা রাহৈসিবু 'লাক্কে-এ' অসুম্না হায়গদবনি।

[৩৭গ] **খোল্লুম য়াওরবদি তিম্নবা খোঙ্গোক পূম্নমক তেনশিল্লি।** খোল্লুম য়াওবা তিম্নবা খোঙ্গোক্ন রাহৈগী মমৈতাবা ওইরবসু মতু তেনশিনগনি। খোল্লুম্না লৈয়েং চিংশিলহনবা অমসুং য়াম্না-থুবা খোনহায় লৈব মবম্না অসুম্না তৌহল্লিবনি। মরম অতুনা

• / + • + • • + • • / + • •
অয়েৎ-সেঙ্গা তিংদুনা / নওবু কয়ম কংসিবা (অঙাংহল)

হায়বা শৈখোঙ অসিদা রেফ-চিংবা খোঙ্গোক খুদিঙমক খোনকাপ অমতগীনি। খোল্লুম তারমত্রবদি অসুম্না ওইবা য়ারয়োইদবনি।

[৩৭ঘ] খোল্লুময়াওবা তিম্নবা খোঙ্গোক্না হেক থংনবা মতুংগী খোঙ্গোক অতু স্বরময়েক অমতনা শারবদি করি করিগুম্বদা স্বরময়েক অতুগী খোনকাপ মাঙখি *। স্বরময়েক অতু মতম অতুদা য়াম্না-থুবা খোনহায়দা লায়দোকপা মরম্না অশোকপা স্বর ( vowel-glide ) অমা ওইবদগী হেন্দে।

* অসুম্না খোঙকাপ মাঙখিবা অসিবু ইংরেজীদা elision কৌই

লৈংথিরবা ⁝ ঐগী ভায়েরী

মৈগী থবাল ⁝ থাথলে অতিয়াদা

মথক্কী শৈথোঙশিং অসিদা—

ভায়েরী = ভায় + (এ) + রী

অতিয়াদা = অত্ + (ই) + য়াদা

অসুম্না ব্রেকেট মনুংদা লৈরিবা খোম্থোকশিং অসিগী থোনকাপ লূপম্রি।

[৩৭৬] খোল্লমগী ইথিলনা য়াম্না-থুবা খোনহায় শীজিন্নবদগী ভানখোঙমতেক অমতগী মনুংচনবা খোম্থোকশিংগী ছন্দলাংদাই (metrical liaison) * ওইনৈ। মরম অহুনা

আদগী অসে কনানো / মানি হায়বনি অচানবী

হায়বা শৈখোঙ অসিগী মখাদা লৈই চিংলিবা শব্দকশিং অসি

আদগী অসে = আ + দৈ + সে = আদৈসে

মানি হায়বনি = মা + নেই + নি = মানেইনি

অসুম্না য়াম্না-থুবা খোনহায়গী মতুংইন্না খোল্লুম ভাহম্নবগীদমক খোম্থোক ৫।৫ গী মহুত্তা খোম্থোক ৩।৩ ওইনা লৌবা য়াই। অহুগা

করিয়ে করি ⁝ গেরুয়া শেৎপা / উৎ চাইরবি ⁝ নহারুম

হায়বা শৈথোঙ অসিদা 'করিয়ে', 'গেরুয়া' হায়বা য়াহৈশিং অসি খোম্থোক ২।২ ওইনা লৌগনি, মরমদি

---

* ছন্দগী থোনকাপ চানবা খোম্থোক তিনশিন্নবমু 'ছন্দলাংদাই' (ছন্দঃসন্ধি) কৌই।

/ ০ / •
করিয়ে—কর্ + ইয়ে , গেরুবা—গের্ + উবা

অসুন্না 'ইয়ে' অমসুং 'উরা' অসি খোম্থোক অমমম ওইনা লৌরি।

[৩৭ চ] খোল্লূম তাবা মতমদা লৈয়েংদা অকনবা শাফূ পীবা মরম্না খোল্লূম অমুক তাখ্রবা মতুংদা লৈয়েংগী ঙাইহাক্তং পোথাবা চঙই। মরম অদুনা তানখোঙমতেক অমতদা থংন থংনবা খোম্থোক্তা করিগুম্বা মতমদসু খোল্লূম তাবা য়াদে। অদুগা তানখোঙমতেক অমদা খোল্লূম অমুক্তগী হেন্না তাবসু য়াদে। মরমদি তানখোঙমতেক খুদিঙদা স্বরগী অরূম্বা অদু কাখৎ কুমথ চাং অমদা লৈ অমসুং চাং অদুগী অহোবা অরোইবা মতুংইন্না তানখোঙ-মতেক্কী খায়দোকফম খঙবা ঙম্মী। খেল্লূম অনী তানখোঙমতেক অমতদা লৈরবদি চাং অসিগী ঈচেল অদু মাযকৈ অমতদা চেম্বা য়ারোই, স্বরগী অরূম্বা অদু মরক্তা হায়রবদি তানখোঙমতেক অমা য়োৎদ্রিবৈদা হম্বরগা অমুক হেঙ্গৎখিগনি, মরম অদুনা খুদক অদুদা তানখোঙমতেক অতোপ্পা অমা হৌবে হায়না নীংগনি।

অদুগা তানখোঙমতেক্কী মনুংদা খোল্লূমগী মতুংদা লৈবা থংনবা খোম্থোক অদু অয়াংবা ওইগনি।

তানখোঙমরু অমতদা অনীরক্তগী হেন্না খোল্লূম থংন থংননা তাবা য়াদে। তোঙান তোনবা তানখোঙমতেক্কী মনুংদা লৈরবসু খোল্লূম অমগা খোল্লূম অমগা থংননা লৈহন্দবনা ফে।

• / — • / : + •
ফিজেৎ ওল্লে ⋮থমখাক হোংলে / করি লৈম্রিবা (চাউবা)

হায়বসি

— • • / : + •
*ওনে /ফংলেং :খমখাক লোংলে / করি নৈরিবা*

হায়রবদি তাবদা হুংডাইতে।

[৩৭ ছ খোল্লুম তাবা মতমদা লৈয়ে, কম্না খঙ্গা মরম্না খোল্লুম হৰিনবা হৌনশানি। মরম অদুনা **থংনবা তানখোঙমক্কদা নত্রগা তানখোঙমতেক্তা য়ামদ্রবদা খোল্লুম অমুক্তি তাগনি।**

[৩৭ জ] খোল্লুম তাবা মতমদা য়াম্না-থুবা খোনহায় লৈবা অমস্তুং লৈয়েং থুনা খঙ্গা মরম্না **খোল্লুমথোক** ( **শ্বাসাঘাতপ্রধান** ) **ছন্দদা থ্বাইদগী তেনবা তানখোঙমরু হায়বদি খোনকাপ মরিগী তানখোঙমক্ক অমস্তুং তানখোঙমরু খুদিঙদা থ্বাইদগী য়ামদবা তানখোঙমতেক হায়বদি তানখোঙমতেক অনানা নম্না শীংজিন্নে।** অসিগুম্বা খোল্লুমথোই ছন্দলেরেং থরগী তাল্লোল (বোল্) মখাগী অস্তুম্না পুথোকপা য়াই —

/ • • / / • • / / • • / /
(অ) ধিন্ তা : তা ধিন্ ধিন্ ত · তা ধিন্ / ধিন্ তা তা ধিন্. ধিন্

/ — / / — / / — / /
(আ) ঘিন্ তাং ঘিন্ : ঘিন্ তাং ঘিন্ / ঘিন্ তাং ঘিন্ : ঘিন্

• / • / • / • / • / • / /
(ই) নাতিন্! নিতাং : নাতিন্! নিতাং / নাতিন্! নিতাং : থাং

/ • / • / • / •
(ঈ) তুক্কা : তাক্কা : তুক্কা : তাক্কা

• / / • • / / •
(উ) তাঘিন্ : ঘিন্তা : তাঘিন্ : ঘিন্তা

মথক্কী খুদমশিং অসিদা তানখোঙমরু খুদিঙদা খোল্লুম ২ । ২ তারি। তানখোঙমক্ক অমদা খোল্লুম অমতা ' াবস্তু য়াই—

| • • • | • • •
(ঊ) ধিন্তা । ধাধা ! তিন্তা ! তাত (১বা খোম্বোক্তা ভাবা)

• / • • • / • • • / • • /
(ঋ) মুচুম : চুভা : মুচুম্ চুচা মুচুম চুভা : চু (২বা খোম্বোক্তা ভাবা)

• • / • ০ • / •
(৯) তেতু তুন্‌না : কেতু : তুন্‌তা (৩শুবা খোম্বোক্তা ভাবা)

• • • / • • • /
(এ) তাতা । নাতিন্ : থাথা : নাতিন্ (৪শুবা খোম্বোক্তা ভাবা)

[৬৭ ঝ] খোল্লমগী মমাঙদা লৈবা খোম্বোক অহু অরাম্বা ( তিম্নবা অতেনবা ) ওইবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মতুদা ছন্দগী ফজরোলদি ( ফজবগী লোনচত্তি ) ইনগদবনি। মরম অতুনা

+ / • • • • • / • • / • • •
ঝিল্লুর : শিবী : অকেবা / খংলি : মমীং : মমিদা

হায়বসিদগী

+ / + / + ৬ ০ ০ / • • • / ০
হল্লিন : হল্লিন : হায়জবা / তাবি : -খিদে : মহাক্না

হায়বসিনা তাবদা ঙুংঙাই অমসুং ছন্দগী ফজবা হেল্লি। অনীশুবা শৈখোঙগী অহানবা তানখোঙমরুদা **তানখোঙমতেক খুদিংগী অরাম্বা খোম্বোক অমমম হায়বদি মশীং মান্নবা লৈবসিনা ছন্দগী ফজরোল ঙাক্লি।**

অসুম তৌনা শৈখোঙ অনীমক অসি খোনকাপকী নিয়মদা কায়ত্রবসু অহানবা শৈখোঙ অসিদা ফজরোল শুনা ঙাক্তবনা ফজবা রাংলি ( ৪১শুবা মতাংদা য়েংলগা রাফম অসি খঙবা ঙমগনি )।

## শৈখোঙগী খোঙচৎ

**( Cadence/লয় )**

[৩৮] মথক্তা (২৭শুবা মতাংদা) খোম্থোক অমমমগী অয়'ঙবগী য়া হায়খ্রে। মৈতৈ ছন্দদা শৈখোঙ অমতদা তোঙান তোঙানবা খোম্থোক তিন্নবা লৈ হায়বসিসু উৎখ্রে। মরম অদুনা মৈতৈ কবিতাগী খোনহায়দা অয়াঙবগী চাং ইতত্তুনা হোংই হায়বা য়াই। তৌই-শুম্সুং নিয়ম নাইদনা পংহোং হোংবদি নত্তে। মসিগী মরমদসু য়াব-য়াদবা পথাপ লৈ। খুদম—

• • • • •‖ — •• —• • • ০
পীবিয়্নে ইমা / নৌরবা নঙগী ⋮ সুয়দো।

হায়বা শৈখোঙ অসি হাইফেত্তুং হোংদোক্ত না।

• • • • • ‖ —+ • —• ⌐ + ০
পীবিয়্নে ইমা / শুঙ্কংপা। নঙগী˙ খে'ঙ্গ্রেন্দো।

অসুম্না হায়বা য়াদে।

মরমদি, খো.ম্থাক খুদিঙগী অয়াঙবা অমমম লৈবত্রু নত্তবা, **শৈখোঙ খুদিঙগী খোঙচৎ (cadence/লয়) অমমমসু লৈরি-বনি।** খোঙচৎ অসিগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা মথলগী খোম্থোক লৌশিল্লি নম্রগা থাদোকই। মথক্কী শৈখোঙ অসিগী খোঙচৎকা চান্নবা মরম্না শৈখোঙ অসিদা অরাম্বা খোম্থোক শীজিন্নবা য়াদে।

শৈখোঙগী খোঙচৎ মখল অহুম্নি— **অথুবা** (দ্রুত), **অতপ্পা** (ধীর) অমসুং **অথৌনবা** (বিলম্বিত)। হায়রিবা খোঙচৎ **অহুমসিগী** অমদা ঐখোয়না কবিতা পানরিবনি।

অথুবা খোঙচৎকী শৈখোঙদা য়াম্না-থুবা খো'ম্থোক অমদগী হেন্না খোম্থোক অতৈদি মহৌশানা অয়াংবা ওই। খুদম—

• / •• / ••• • / •• • / ••
শরৎ ঋতু ⁝ লাক্লতুনা / মোমোম্নরে ⁝ মাদেম অসে

অতু ওইরবসু খোনকাপকী পথাপ ভাক্সা অতোপ্পা মথলগী খোম্থোকসু করি করিগুম্বা মতমদা শীজিন্নে। খুদম -

•‖ ◦ •• ◦‖ • • / — • / ••
কনাগী লালা ⁝ কনাগী ঊখে / মোইনা তাওথরে (চাউবা)

**অতপ্পা খোঙচৎকী শৈখোঙদা** মহোশানা অয়াংবা অমসুং অরাম্বা, হায়বদি খোনকাপ-চেন্নজবা খোম্থোক শীজিন্নে। খুদম —

+•• + : +•• : • • + • +••
(ই) পুঙগে: তাইবঙ⁝ পুম্বনু / প্রেম! -গী অপেংবা ⁝ লংহীনা

(গৌরকিশোর)

খোনকাপকী পথাপ ইন্না অথীনবা খোম্থোকসু করি করিগুম্বা মতমদা শীজিন্নবা য়াই।

•‖ • ⁝ +•• + ⁝ + ⁝ +••◦
(ঈ) নচা⁝ বিবেক⁝ নত্ৰনে / নোংচুপ⁝ মাৱকৈ⁝ থুংনবু

◦ ⁝ + ⁝ +•• •⁝ — ◦ +••
ভারত⁝ -খোঙেল⁝ নিনখিবা / মখৌ পোঙনা⁝ খোংখিবা

ভক্তি-অঞ্জলি)

**অথীনবা খোঙচৎকী শৈখোঙদা** অয়াংবা অমসুং অথীনবা (অতপ্পা-অথীনবা অমসুং য়াম্না-থীনবা) খোম্থোক শীজিন্নে। য়াম্না-থুবা অমসুং অতপ্পা অথুবা ( অরাম্বা ) খোম্থোক্তি অথীনবা খোঙচত্তা শীজিন্নদে। খুদম—

— ‖ •‖ —◦ ◦‖ •
(উ) খোংজ্রে⁝ ইমা⁝ ঐগী বীণাসে /

—• •—◦ —⁝ •••
ঐগী⁝ অচম্বা⁝ থুংখৎ! -লিদদি (চাউবা)

• ঃ — • ‖ — ‖
(ঊ) মতম: কুইনগী / তুংদা

— ঃ —• • • —ঃ ••
লেঙশিল ঃ -মক্রে / ইমা: মৈতৈ ˙ -চন্থ

—ঃ •—• —ঃ •— •
মৈতৈ: সাহিত্য / -মন্দির ˙ মথুংদা (কমল)

শৈখোঙগী খোঙচৎ খেন্নবা মতুংইন্না ছন্দগী মথল খায়দোকপগী মরম অছুমশুবা শরাক্তা নৈনর্বাক্ক।

## মান্নখৈ

( **Rime** মিল নত্রগা মিত্রাক্ষর )

[৩৯] **শৈখোঙ অনীগী মথৈতাবা খোম্নোক নত্রগা শৈখোঙ অমতগী মনুংদা লৈবা শরুকশিংগী মথৈতাবা খোম্নোক মান্নবনু মান্নখৈ কৌই।** মসিবু **খোনখৈহন** (অন্ত্যানুপ্রাস) হায়নসু খঙনৈ। মান্নখৈ লৈবা খোম্নোক-খোম্নলদি ভাবনা পুন্নাং অমসুং নাকোংদা ঈথক হোৎহনবগ লোয়ননা ছন্দগী চাংচৎ অমসু খঙহল্লি।

শৈখোঙগী অরোইবদা মান্নখৈ লৈবা ছন্দবু **খৈমান্নবা ছন্দ** অমসুং শৈখোঙগী অরোইবদা মান্নখৈ লৈতবা ছন্দবুনা **খৈমান্নদবা ছন্দ** হায়না খঙনৈ।

মথাগী নিয়মশিং অসিগী মতু ইন্না মান্নখৈ লৈ লৈতে খঙনগনি—

(১) ব্যঞ্জনা চম্বা ভিন্নবা খোম্নোক্কা অরোইবদা লৈরবদি অরোইবা খোম্নোক অদুগী অরোইবা ব্যঞ্জন অমসুং মদুগী মমাঙগী থংনবা স্বর মান্নগদবনি, স্বরনা চম্বা ভিন্নবা খোম্নোক ওইরগনা অরোইবা স্বর অমসুং মদুগী মমাঙগী থংনবা ব্যঞ্জন মান্নগদবনি।

(২) ভিন্নদবা খোম্নোক্কা অরোইবদা লৈরবদি অরোইবা

খোম্মোক অহুগী অরোইবা স্বর অমসুং মহুগী মমাঙগী থংনবা ব্যঞ্জন মান্নগদবনি। থুদম—

নোংপোক্কী কোয়ৌ খোঙথাক্নম ভারতকী থমজি লংলাইক্নম
প্রকৃতি ইমাগী সুংভাইবা শান্নক্নম
চাক্লব থম্মোইগী অবাবা কেক্লক্নম।

(দয়েন্দ্রজিৎ)

'খোঙথাক্নম, লংলাইক্নম' অমসুং 'শান্নক্নম, কেক্লক্নম' হায়রিবশিং অসিদা লৈরিবা মান্নৈখ অনী অসি অহানবা নিয়মগী মতুং ইনবনি অদুগা 'নোংপোক্কী, ভারতকী' অমসুং 'ইমাগী, থম্মোইগী' হায়রিবশিং অসিদা লৈরিবা মান্নৈখ অনী অসিনা অনীশুবা নিয়মগী মতু ইনবনি।

লৌক্তিক মৈতৈ ছন্দদা মসিন চপা তিন্নবা খোম্মোক্কী নক্লগা তিন্নবা খোম্মোক্কী অরোইবা স্বর অদু মান্নবগা মহুগী মমাংগী থংনবা ব্যঞ্জন মান্নত্রবসু মান্নৈখ মথংদা অমা ওইনা লৌননি। অসিগুম্বা মখলগী মান্নৈখ অসিবু মপুংফাদবা মান্নৈখ কৌই।

কুমনো কুমনেন মাংখিদোন নংম্রাম পাগি পায়মকোন
মৈরেক মৈনিন লাংহনা
খুরেন খুম - খুদিংছনা
নিংথৌতুরেল চেনখম নোংমেন-লীক্লা চাইবওম
মঙান চোইংহল্লক্লে—
যাইবা হুমথুন যাকায়রে

(ভারতনা নীংতম্লবদা)

মসিদা 'লাংহনা, খুদিংছনা' অমসুং 'চোইংহল্লক্লে, য়াকায়রে' হায়রিবশিং অসিদা লৈরিবা মান্নৈখ অনী অসি মপুংফাদবা মান্নৈখনি।

[৩৯ ক] অয়াম্বা মতমদা থনব শৈখেও অনী অনীদা মান্নৈখ লৈ। করি করিগুম্বদা থংনবা শৈখোঙ মরি মসিদা মওঙ অমতদা নক্লগা তোঙান তোঙানবা মওঙদা মরক থন্না থম্না লৈবসু য়াওই।

থংনবা শৈথোঙ মরি মরিদা লৈবা য়াবা মায়থৈগী মওঙ মখাদা উৎলি—

(অ) পামেল উঙ্কে মথক্তা খোবোঙনমা খোংলিবী .... ক
মালেম লৈদা তায়কউ হাদ হেক্লা শকহেনবী, .... ক
তাগ চন্দ্র ঐহাক্তা ওাইংাক পাওমেয়খিসি, .... খ
মৈতৈ তমদই লাকপরা চেক্লা নপাউ তাখিসি ॥ .... খ

(নীলবীর)

(আ) নোংলৈ চুংশিং লাকপদা থাকয় শেংনবরস্থ ... ক
নপাম্বোমগী পাঙলনা লমথুও খোগে থরসি .... খ
থবক পাঙমরবস্থ খাওঙ্ থক্তা মাঙল'স্থু .... ক
অনীংবগী পাঙলদি মাঙবা নাইহনগঙুসি। .... খ

(সোনামণি)

(ই) চেক্লি তংপা নাইদনা ইপোম চাউনা উচেম্না .... ক
কম্না কম্না রৈবন্ম নুংপাকশিংনা লৈংদো, ... খ
লাইক্লে হোংলৈ মৃথংকে ময়েকশংনা তাবদো, .. খ
সুকমুং নুংলু য়ায়মগে চেক্লি থোইনা লংবম্না। .... ক

(দমেন্দ্রজিৎ)

মথক্কী খুদম (অ) দা অহানবা অমস্থুং অনীশুবা অহুগা অহুমশুবা অমস্থুং মরিশুবা শৈথোঙদা মায়থৈ লৈ। খুদম (আ)-দা অহানবা অমস্থুং অহুমশুবা অহুগা অনীশুবা অমস্থুং মরিশুবা শৈথোঙদা মায়থৈ লৈ। খুদম (ই)-দনা অহানবা অমস্থুং মরিশুবা অহুগ অনীশুবা অমস্থুং অহুমশুবা শৈথোঙদা মায়থৈ লৈ। মথক্কী খুদমশিং আসগী মতুংইন্না শৈথোঙ মরি মরিগী মতুংদা মদক থন্না থন্না মায়থৈ লৈবগী মওঙশিং অসি শন্না ককথথ, কথকথ, কথথক অমস্থুন্না থম্বা য়াই। তোঙান তোঙানবা মওঙগী শৈথোঙ মরি মরি অসি তাইনহন্নাংবা মওঙদা অমুক তাইনহনবা য়াই—

ককথথ, কথকথ, কথথক
ককথথ, কথথক, কথকথ

কখকখ, ককখখ কখখক
কখকখ, কখখক, ককখখ
কখখক, ককখখ, কখকখ
কখখক, কখকখ, ককখখ

ককখখ কখকখ
ককখখ. কখখক
কখকখ, কখখক

ককখখ কখকখ, ককখখ, কখকখ
কখকখ, কখখক, কখকখ, ককখখ অসিনচিংবা।

(অহুমশুবা শরুক অসি শেনিংশ্লোই ছন্দলৈবেং অমসুং সোনেট নৈন-রকপা মতাংদা মান্নথে মওঙ অতোম্সু উবা ফংগনি।)

## শৈতূপ

( **Stanza** স্তবক )

[৪০] **শৈখোঙ কয়ামকক্সু মওঙ নাইনা শীন্দুনা থম্লগা শেম্বা শৈরেংগী শরুক অহুবু শৈতুপ কৌই।**

শৈতূপ অমদা য়ামদ্রবনা শৈখোঙ অনীদি লৈগনবনি. তোই-গুম্বসুং শৈখোঙ অসুক্তুগী হেনবা য়াদে হায়বা থোইদোকপা অকন্নবা লৈতে। ঈচেলনাইদবা, হায়বদি খোল্লেপ অমসুং লোল্লেপ তিন্নবা তাবা ছন্দদদি শৈখোঙ ২, ৪, ৬. ৮না শাবা শৈতূপ্লা চাওইনা চৎলৈ; তূমাঙুদবা মশাংগী শৈখোঙনা শাবা হায়বদি শৈখোঙ ৩, ৫, ৭নচিংবগী শৈতূপসু কয়া কয়াগুম্বা মতমদা শীজিন্নৈ; অদুগা কবিতা মশা অমতদা অতেন-অশাং চাং মান্নবা মথল অমতগী শৈতূপ্লা নম্না শীজিন্নৈ। ঈচেলনাইবা, হায়বদি খোল্লেপ অমসুং লোল্লেপ তিন্নবা

তাদবা ছন্দদদি কবিতা অমতগী মমুংদা মতম অয়াম্বদা অতেন-অশাং চাং মান্নদবা তোঙান তোঙানবা মখলগী শৈতূপ শীজিন্নৈ। অসিগুম্বা ছন্দদদি অয়াম্বা মতমদা য়াম্না শাংবা শৈতূপ শীজিন্নগল্লি। ( অহুমশুবা শরুক্তা ঈচেলনাইবা অমসুং ঈচেলনাইদবা ছন্দগী মরম নৈনরক্লগা য়াফম অসি শেংনা খঙবা ঙমগনি। )

হৌজিক্কী শৈরেং সাহিত্যদা মখলমখেল কয়াগী শৈতূপ মওঙ উবা ফংলি। অদু ওইরবসু মওঙ চপমান্নবা খৈমান্নবা শৈখোঙ অনীনা শাবা শৈতূপ্পা মৈতৈ শৈরেংদা শীজিন্নবা খ্বাইদগী হেল্লি। **মওঙ চপমান্নবা ( হায়রবদি, অতেন-অশাং অমসুং ছন্দগী শরুক খাম্ন-দোকক্ষম মান্নবা ) খৈমান্নবা শৈখোঙ অনীনা শাবা শৈতূপ অসিবু মান্নখত্রাং ( couplet/যুগ্মক ) কৌই।** খুদম—

কোয়্যৌ নোংনা য়াংবরা পম্মৌ ইপানা মরাংই।
মাঙেম নৈ-না লুম্বরা পঙেম ইমানা মরুমই॥

মান্নখত্রাং নত্তবা তোঙান তোঙানবা মওঙগী শৈখোঙনা শাবা শৈতূপসু মৈতৈ শৈরেংদা শীজিন্নৈ।

মমাঙন্দৈদা শৈতূপকী মমুংচনবা শৈখোঙ পূম্নমক অতেন-অশাং মান্নরম্মী অমসুং মখল অমতগী তানখোঙ শীজিন্নরম্মী। হৌজিক্কী যুগতা অয়াম্বা মতমদা উবা ফংই, শৈখোঙদা খোনকাপমশীং অমতগী তানখোঙ শীজিন্নরবসু শৈখোঙ খুদিঙগী তানখোঙমশীং নত্রগা শৈখোঙগী অশাংবা মান্নদনা লৈ। অদুগা করি করিগুম্বদা অমুক, শৈখোঙগী অশাংবা মান্নরগা তোঙান তোঙানবা খোনকাপমশীংগী তানখোঙ শীজিন্নবা উই।

( অহুমশুবা শরুক্তা মখলমখা অয়াম্বা শৈখোঙ অমসুং শৈতূপকী মরম শন্দোক্না অমুক নৈনরক্লি। )

# ছন্দগী ফজরোল

## ( Principles of Metrical Beauty )

[৪১] মৈতৈ ছন্দগী ফজরোল ঙাকপগী রাফমদা অহানবা খঙগদবদি অসিনি—ইংরেজী ছন্দগুম্না মৈতৈ ছন্দদি qualitative ওইবা মখলগী ছন্দ নত্তে, মসিগী মরুওইবা রাদি quantitative equivalence হায়বদি খোনকাপমশীং মান্নবনি ; মরমদি, তানখোঙমরু অমগা তান-খোঙমরু অমগা খোনকাপমশীং মান্নহনবা, তানখোঙমতেক খুদিঙদা লৈফম থোকপা মশীংগী খোনকাপ লৈহনবা—অসিনচিংবা রাফমশিং অসিনা মৈতৈ ছন্দ নৈনবগী মরুদা লৈ। মান্নবা খোনকাপমশীংগী চাংচৎ অমমম্না মৈতৈ ছন্দগী মউ অমমম্নি, মসিদা ছন্দলৈরাংশিংনা শাৎলিবনি। অমরোমদা হায়রগা, মান্নবা চাংচৎ অসিনা মৈতৈ ছন্দগী লৌফম্নি অমসুং ছন্দগী ফজবা পূম্নমক মসিদগী থোরক্লিবনি।

মৈতৈ ছন্দদা ঐখোয়না উবা ফংই—খোনকাপ অমা নত্রগা অনীগী খোম্থোক্লা তোঙান তোঙানবা খোনকাপমশীংগী তানখোঙমতেক শাই ; তানখোঙমতেক অনী নত্রগা অহুম্না তোঙান তোঙানবা মখলগী তানখোঙমরু শাই ; তানখোঙমরু কয়ামরুম পুল্লগা শৈখোঙ অমা অমসুং শৈখোঙ কয়ামরুম পুল্লগা শৈতুপ অমা শাই। অহুনা মৈতৈ ছন্দ খায়দোক্‌নুনা য়েংলবদি মচন কয়ামরুমগী মশীংগী হিসাব ওইনা ফংগনি। অসুম্না মশীংগী হিসাবতা তোংবা মৈতৈ ছন্দগী শাজৎ (nature) অসিনা এরিষ্টোটলগী 'All things are determined by numbers' হায়বা মত অসি নীংশিংহল্লি।

অসুম তৌনা মশীংগী হিসাব মতুংইন্না চৎপা মান্নবা চাংচৎনা ছন্দগী মশাপূম্বদা চাংনাইবা তাম্বাগী ঈথক অমা হোৎহল্লি অমসুং ঈথক অসিনা মৈতৈ ছন্দগী শাথেক্তা ফজবগী শক্লোল মখলমথেন কয়া উৎ-লিবনি হায়বসি হান্নসু খঙলে।

ছন্দগী ফজরোল ঙাক্কবগীদমক অকক্কবা খোনকাপমশীংগী তানখোঙমরু মফমচানা শীনবা নত্তবা অতোপ্পা মরম খরস্তু খঙনীঙাই লৈ—

(১) মৈতৈ খানহায়গী নিয়মদা খোম্বোক্কী খোনকাপ থোইদোক্পা অকক্কদে ; তিন্নবা খোম্বোক অমস্তুং কনি করিগুম্বা মতমদা তিন্নদবা খোম্বোকস্তু তেনশিলহনবা অমস্তুং শাংদোকহনবা য়াই। অদুনা মৈতৈ খোম্বোক্কী খোনকাপকা মৈতৈ মুপীগী শমজি মমৈগা চাংদম্নবা য়াই—অমুকস্তু ঈবাঙহৌনা শাংনা চোইনা তাবা, অমুকস্তু লিল অমুবীগী ফৈদিগুম্না কোনশিন্দুনা থম্বা।

(২) অয়াংব খোম্বোক নত্তবা অতোপ্পা খোম্বোক, হায়বদি অরাম্বা অমস্তুং খোনকাপ-ইথিল্লাংবা খোম্বোক হায়দোকপদা লৈয়েংগী হোৎনবা চঙই। মরম অদুনা এখোয় অসি শীজিন্নবা মতমদা ছন্দগী ফজরোল ঙাক্কবগীদমক থোইদোকপা নিয়ম খরা ইনগদবনি। খোনকাপ-ইথিল্লাংবা খোম্বোক শীজিন্নবগী নিয়মদি মথক্তা হাম্না হায়খ্রে অদুগা অরাম্বা খোম্বোক্কী ফজরোলদি মখাদ ৭১ ক)-তুবা মতাংদা হায়রক্নি।

(৩) তানখোঙমতেক্তা অমস্তুং তানখোঙমরুদা মতৌ করম্না খোনকাপমশীং লেপ্পগে হায়বস্তু মথক্তা হান্না নৈনখ্রে। তৌইগুম্বস্তুং খোনকাপমশীং চুম্না লৈরবস্তু করি করিগুম্বদা তানখোঙমরুদা নন্দ্রগা তানখোঙমতেক্তা ফজবা বাংপা য়াই। অরাংপা অসি লৈহন্দনবা পাম্বেদি অরাম্বা খোম্বোক শীজিন্নবদা লৈ।

(৪) য়াম্না-থীনবা অমস্তুং নাম্না-থুবা খোম্বোক শীজিন্নবদা ফজরোল ঙাকপগী রাস্তু মথক্তা হায়খ্রে।

(৫) অথীনবা খোম্বোক্তি তানখোঙমতেক অমতদা অমদগী হেন্না শীজিন্নদবনা ফৈ। 'নোংদম্ব,' 'পোঙ্গেনবী' হায়বা রাহৈশিং অসি খোনকাপ ৫গী ওইনা লৌত্নুনা পারবদি ছন্দ কায়ত্রবস্তু মহৌশাগী খোনহায় তাদে।

(৬) ছন্দগী ফজরোল ঙাক্নবগীদমক য়াহৈ শীজিন্নবগী মরমদসু য়েংশিনগদবনি। (৪১ খ) শুবা মতাংদা য়াক্ষম অসি নৈনরক্লি।

[৪১ ক] অরূম্বা খোম্হোক য়াম্না শীজিন্নবা মৈতৈ ছন্দদা চৎনৈ, তোইগুম্বসুং মখোয়গী ফজং-ফজদবগ মরমদা য়াম্না চেকশিনগদবনি। অরূম্বা খোম্হোক শীজিন্নবদগী করিগুম্বদা ঙাবদা কয়ানবা য়াওই, অদুগা করিগুম্বদসু পুক্নীংদা থুক লাউই অমদি মুংঙাইবা পোকই। মরম অসিনা অরূম্ব খোম্হোক হাপ্পা মতমদা ফজরোল ঙাক্নবগী পাম্বৈশিং অসি শীজিন্নগদবনি—

(অ) **অরূম্বা খোম্হোকা নক্না তিন্নবা অশাংবা খোম্হোক লৈরবদি ফজরোল ঙাকপা য়াই।** মদুদি,

• + ঃ + ০ ঃ
থৌকথবিরো নপাউখোন / কুমগী অনৌবা লাইজগুম

ম'সিদা অহানবা তানখোঙদা 'পাউ' অমসুং 'খো'ন', অনাশুবা তানখোঙদা লাই' অমসুং 'গুম' হায়বা খো'ম্হোকশিং অসি নক্না লৈমিন্নদুন ফজরোল ঙাক্লি।

(আ) **পূংবা ওইনবা নম্রগা থংনবা তানখোঙমতেক নম্রগা তানখোঙমরু নম্রগা তানখোঙদা অরূম্বা খোম্হোক মশীং মান্নবা লৈরবদি ফজরোল ঙাকই।**

**শৈখোঙদা অরূম্বা খোম্হোকী মশীংনা হেন্নবদি পূংবা ওইনরিবা তানখোঙমতেক নম্রগা তানখোঙমরু নম্রগা তান-খোঙদা মান্নবা মশীংগী অয়াংবা খোম্হোক হাপ্পগা ফজরোল ঙাকই।** মদুদি,

\+ ׀ + + +
অবাং' চীংগী চীংদোন্দা / পামেল থক্তা থাংপয়া

\+ + + + +
অমম' লোকী লোক্‌ংদা / থৌদু নুংশুম ঙাবয়া (অঙাংহল)

\+ + + + + +
থাজগী থূজাওদা ⋮ কয়াংগী কৈকোম্দা /

\+ + + +
নী·বিবা কৈবাঙনা ⋮ তাম্নিবা (চাউবা)

• • ∘ •
লাইবক্তা ভমথ্রবোই / ওঃহোকপা নোংদম্না

অমগা অমগা থংনবা তানখোঙমরু নক্ত্রগা তানখোঙ অনীগী খোনকাপমশীং মান্নত্রবদি নিয়ম অসি লাম্হোক্লবস্তু ফজরোল ওাকই। লাম্হোকপা মক্ষম অতুদস্তু মহৌশানা খোনকাপকী চাং মতুংইন্না অরাম্বা খোম্হোক হাপ্পী, হায়বদি খোনকাপমশীংগী অথোই-অহেন মতুংইন্না অরাম্বা খোম্হোক্কী মশীংস্তু অথোই-অহেন নাই।

খুদম—

\+ + +
মতমগী ঈচেলনি / অস্নুপ কন্নবা

\+ + + + + +
থৈজুনা চংলি / মিংচংকী চীংদোল অথাংবা (কমল)

তৌইগুম্বস্নুং অসিগুম্বা লাম্হোকপা মওঙ অসি মতম পূম্নমক্তদি য়াদে—

\+ + +
য়ারোইদা য়ারোইদা থাঙবা /

\+ + +
থুংশেমগী চেকপল (নবদ্বীপচন্দ্র)

(ই) করিগুম্বা থোইদোকপা ভাবকী ইঙ্গিৎ পীননবগী-দমক পূংবা ওইনবা থংনবা তানখোঙমক্কদা অমদি তানখোঙদা অরাম্বা খোম্হোক শীজিন্নবদদি ফজরোলগী লৈই লাম্হোকপা য়াই।

\+
অরিবগী নাকেন-থাদা / অনৌবগী পাঞ্চজন্য /
খোঙংলোনে হে অনৌবা
(অরিবগী নাকেন-থাদা)

মসিদা অহানবা অমসুং অনীশুবা তানখোঙগী খোনকাপ মাইগী, তৌইগুম্বসুং অরুম্বা খোম্বোক শীঙ্গিন্নবদা ফজরোল ডাকে হায়না নীংগনি। ভাবকী মায়কৈরোমদগী য়েংলবদি, অরিবদগী অনৌব-রোমদা লাকপনা ছন্দগী সুর অসি নৌথরক্তুনা মথং মথং কুমথরককম থোকই। মরম অদুনা অনীশুবা তানখোঙবু অহানবা তানখোঙদগী হেন্না নৌবা সুরদা পুল্লিবনি।

[৪১ খ] ছন্দগী ফজরোল ঙাকপগী মতাংদা রাইৈ শীঙ্গিন্নবগী রাফমসু মরুওইবা অমনি।

(অ) শৈরেংদদি রারেংগুম্না ব্যাকরণগী চূপ্পী অদুক য়াম্না কন্না লাকশিন্দে, রাইহেগী মথংমনাও শীনবদা য়াম্না মনীংতম্মী। ছন্দগী মথাপোনবা মরন্না কর্তা, কর্ম, ক্রিয়ানচিংবা রাইহেপরেংগী শরুকশিং অসি থম্নীংবা মফমদা থম্ব য়াই। হায়রিবা শরুকশিং অসি ব্যাকরণগী নিয়ম মতুংইন্না থম্বদা ছন্দ কায়বা অমদি ফজবা মাঙবা য়াওই। শৈ-রেংদদি ছন্দ কায়দনবা অমসুং ফজনবরোমদা অয়াম্বা য়েংগদবনি।

(আ) তাবদা নৌনবা, থুন্নবা অমদি মুংঙাইনবগীদমক শৈরেং ইবদা রাইহেগী মহুংদা ময়েক মাঙখিবা, ময়েক হাপচিনবা, ময়েক শাংদোকপা, ময়েক থুপচিনবা নত্রগা থৈবা অসিনচিংবা মওঙশিং অসি লৈহনবা য়াই। হায়রিবা মওঙশিং অসিনা ছন্দগী ফজবা হেঙ্গৎহনবা য়াম্না য়াওই। খুদম, ইবুঙো—ইঙো; থরাম্নিচাক—থরান; পাম্মুবা—পাম্মু; মুংশিবী—মুংশি; লৈত্রি—লৈতরি; ক্যাংলোকফাং—কিয়াংলীক-ফাং; অতিয়া—অত্যা; অসিগুম্বা—অসুম্বা; থম্মোইদগী—থম্মোইদৈ; কদায়দগী—কৈদৈ; মতোম—মদোম অসিনচিংবা। মাঙখিবা ময়েক্কী মফমদা মহোশানা খুদম ( ' ) হাপ্তুনা ইনৈ। খুদম, অমতা—'মতা; ইয়াম্বা—'য়াম্বা; নমান্নবা—নমান্ন'; অমম্বা—অমম' অসিনচিংবা।

(ই) ছন্দ কায়হন্দনবা অমদি ফজবা হেঙ্গৎনবা করি করিগুম্বদা রাইহে অনী পূনশিল্লগা ময়েক নমশিনখিবা য়াওই। খুদম, মানি

হায়বনি—মানেইনি ; তৌগন্নু হায়রগা—তৌনোইবগা ; ৱারী শানরি নভ্রগা লীনরি—ৱারীনরি অসিনচিংবা।

(ঈ) শৈরেংদা ছন্দগী ফজবা ঙাক্নবগীদমক নামধাতুস্নু য়াম্না শীজিন্নৈ। খুদম, জগোইরি ; ঈশৈরি ; বিদায়রম্মী ; জবাঙৈ ; পাউখুম্নকই অসিনচিংবা।

(উ) হৌজিক্কী ৱারেংসাহিত্যদা শীজিন্নদব', শৈরেংদদা শীজিন্নবা অরিবা ৱাহৈ নভ্রগা ৱাহৈ কাঙলুপ কয়ামরুম লৈ—ইন্নুং শোবা তৈবা ; অমং য়াইথোঙ কুম্বা ; পায়ম ; খোমলেন ; চাউগোয়ন্নুং অসি-নচিংবা অনৌবা ৱাহৈগী মহুত্তা অরিবা ৱাহৈশিং অসি শীজিন্নরগা ছন্দগী ফজবা হেঙ্গৎপা মতাং য়াম্না য়াওই।

(ঊ) ছন্দগী ফজবা ঙাক্নবগীদমক ৱাহৈদা অহেনবা বিভক্তি অমসুং প্রত্যয় তপ্পা য়াওই। খুদম—

> চেক্লা নঙবু কনানো ?
> অমদম কৈদবু খোংবনো ? (চাউবা)
>
> হায়জকম কনা লৈ
> তেংবানবদি পুম্বদা
> নত্তনা নখোঙবু থম্বাল ! (মীনকেতন)

(ঋ) কন্নি করিগুম্বদা নিয়মগী মপান্থোকনা সমাস তৌনবা ৱাহৈস্নু ছন্দগী ফজরোল ঙাক্নবা শীজিন্নবা য়াওই। খুদম, ঙাওরবা পুক্নীংগী রাখল—ঙাওর-পুক্নীং-রাখল ; লাঙলবা থম্মোইগী খোঞ্জেল—লাঙল-থম্মোই-খোঞ্জেল।

(৯) শৈরেংদা ছন্দগী ফজবা হেঙ্গৎনবগীদমক অয়াম্বা মতমদা অরিবা লোল অমসুং অনৌবা লোল, অইবা লোল অমসুং ঙাঙনবা লোল য়ান্ননা থম্বা য়াওই। খুদম—

> মিংচৎ হায়বা নহাকপু অমদম কৈদা লৈপ্রবা !
> তরেৎ-সেঙ্গা তিংদুনা নঙবু কয়ম কংসিবা !! (অঙাংহল)

মসিদা 'কৈদা' হায়বা রাহৈসি ঙাঙনবা লোলনি অতুগা 'তরেৎ-সেঙ্গা' হায়বসিনা অরিবা লোলনি। অসুম তৌনা অহানবা শৈখোঙদা অইবা লোল অমসুং ঙাঙনবা লোল য়াম্নমা শীজিন্নরি অতুগা অনীশুবা শৈখোঙদনা অরিবা লোল অমসুং অনৌবা লোল য়াম্নমা থম্লি।

(এ) করিগুম্বদা শৈরেংগী ছন্দ ফজনবগীদমক চপমান্নবা অর্থ চেনবা অতোপ্পা লোলগী রাহৈগা মৈতৈলোলগী রাহৈগা পূনশিন্দুনা রাহৈ অমতা ওইনা শীজিন্নবা য়াওই। খুদম—

বসন্তগী চৌক্রবা অহৌংদা / সুংশি-প্রেমগী ঈংলবা ঈপাক্তা
বিশ্বতা ইবঙমালেমসে ওসিদি / শান্তি-ঈচীক হনখবে নুংঙাইনা

[৪১ গ] মথক্কী ১৩শুবা মতাংদা তানখোঙমরুগী মহুংদা লৈবা তানখোঙমতেক্কী মশীন নৈনখ্রে। মতুদা খোনকাপ ৭কী তানখোঙমরু নত্তবা অতোপ্পা তানখোঙমরুদা তানখোঙমতেক খায়দোকপগী করিগুম্বা মওঙ অমতদা খোনকাপ অমগী তানখোঙমতেক য়াওদে। তৌইগুম্বসুং কনা কনাগুম্বনা বাংলা ছন্দগী মওঙ লৌতুনা খোনকাপ ৪গা তানখোঙমরুদা খোনকাপমশীন ৩+১ অমসুং ১+৩গী মওঙদা খোনকাপ অমগী তানখোঙমতেক শীজিন্নবা য়াওই। অসিগুম্বা মওঙশিংসিদি অয়াম্বা মতমদা রাহৈ থুগায়তুনা শেম্বা তানখোঙমতেক্তা খোনকাপ অমগী তানখোঙমতেক অসি শীজিন্নবা উই। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা মওঙগী তানখোঙমতেকমশীন্দা ছন্দঈথক লৈহনবা য়াদে। অতুনা মৈতৈ ছন্দগী ফজবা ঙাকপা তারবদি অসিগুম্বা মওঙদা তানখোঙমরু শেম্লোইদবনি, হায়বদি খোনকাপমশীন ৩+১ অমসুং ১+৩-গী মওঙশিং অসি শীজিন্নরোইদবনি। রাফম অসিদা, খোনকাপ অমগী তানখোঙমতেক হায়বগা খোম্থোক অমগী তানখোঙমতেক হায়বগা মান্নদে হায়বসি ঐখোয়না নীংশিংগদবনি। মরমদি খোম্থোক

অমদা খোনকাপ অনী লৈবা য়াম্না য়াওই। করি করিগুম্বা মতমদ খোনকাপ অহুমফাওবা লৈ।

মতাং অসিদা মথক্কী ১৮শুবা মতাংগী খুদম অহু অমুক হন্না য়েংশিন্নীঙাইনি—

নোংও ⁝ চুথ ⁝ -য়ো

হনুবা ⁝ হ ⁝ -হুবী ⁝ তাউথয়ে:
লাংঝীং ⁝ মতোন ⁝ থুম্বংলো

পাংশোয় ⁝ নুয়া ⁝ -বা ⁝ তেকথংলো

মসিদা 'য়ো', 'হ' অমসুং 'বী' খোম্থোক খুদিঙমক অসি শাংদোক-হন্দুনা খোনকাপ অনীনা শারি। অহুগা ২২শুবা মতাংদা খোনকাপ ১০গী তানখোঙমক্লগী খুদম অহুসু অমুক্কা হন্না য়েংসি—

নমথেকউ। নমথেকউ ⁝ অপীকপা কোয়

য়েংথোকউ। য়েংথোকউ : অপাকপা কোন

ম.সিদা মহৌশাগী খোনহায় মতুংইন্না 'কোর' অমসুং 'কোন' হায়রবা খোম্থোকশিং অসিদা খোনকাপ ২।২ লৈকম থোকপান, তৌইগুম্বসুং খোল্ল ম তাবা মরম্না খোনকাপ অমমম লৈ। অহুগা হায়রিবা খোম্থোক খুদিঙমক অসি য়াহৈ মপুম অমমম ওইরবসু তানখোঙমতেক অমদ্দমদি নত্তে—'অপীকপা কোর' অমসুং 'অপাকপা কোন' অস্নুন্না তানখোঙ-মতেক অমমমদা য়াহৈ ২।২ লৈরি।

অস্নুম তৌনা মথক্কী খুদমশিং অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী—খোম্থোক অমনা শাবা তানখোঙমতেকপু হাইফেং য়েংবদা খোনকাপ

অমগী ওইনা উহ্না খোনকাপমশীন ২+৩ নত্রগা ৩+২-বু ১+৩ নত্রগা ৩+১ ওইনা লৌখিবা য়াই; অহুগা খোনকাপ অমগী য়াহৈগা অতোপ্পা য়াহৈ অমগা পূম্না শাবা য়াহৈ অনীগী তানখোঙ মতেকপু য়াহৈ অমমমগী তানখোঙমতেক থায়দোক্নুনা খোনকাপ অমগী য়াহৈ অহুবু তানখোঙমতেক অমা ওইনা লৌখিবা য়াই। মখম অহুনা লাম্না লৌখিবা য়াবা মওঙশিং অসিগী মরমদা ঐখোয়না চেকশিনগদবনি।



## অহুমশুবা শরুক

### ( ছন্দগী শাথেক অমসুং শক্লোন )

# মৈতৈ ছন্দগী মখল

মৈতৈ ছন্দগী হিসাবতা খোনকাপনা লমওইশ ওইরবসু অমসুং খোনকাপমশীন মতুংইন্না ছন্দগী তোঙান তোঙানবা মওঙ (pattern) পুথোক্লবসু শৈখোঙগী খোঙচৎ ( লয ) মতুংইন্না মৈতৈ ছন্দগী মখল খায়দোকই, খোনকাপমশীং নত্রগা খোস্থোকমশীন মতুংইন্না খায়দোক্কে। ভারতীয় সঙ্গীততা তাল য়াওদবা রাগ-রাগিনী লৈবগুম্না মৈতৈ ছন্দদসু সংস্কৃত সাহিত্যগী গৌড়ী, বৈদর্ভীনচিংবগী মওঙগুম্না মবেং ( style ) মখল মখল লৈ। অহুনা খোনকাপকী নিযমনা মৈতৈ ছন্দগী মখল খায়দোকপা য়াদে।

**শৈখোঙগী খোঙচৎ অহুমগী মতুংইন্না মৈতৈ ছন্দ মখল অহুম খোক্লা খায়দোকই—অথুবা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা খোল্লুমথোই ছন্দ ( শ্বাসাঘাতপ্রধান ছন্দ ), অতপ্পা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা শৈনিঙ্থোই ছন্দ ( তানপ্রধান ছন্দ ) অমসুং অথীনবা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা খোন্নিঙ্থোই ছন্দ (ধ্বনিপ্রধান ছন্দ )।**

[ সংস্কৃত ছন্দশাস্ত্রগী মতুংইন্না ছন্দ মখল অনীতনি—বৃত্ত অমসুং জাতি। মরুওইনা ময়েক ( বর্ণ ) নত্রগা খোস্থোক ( অক্ষর ) মশীং থীহুনা শেম্বা ছন্দবু বৃত্ত অহুগা খোনকাপ ( মাত্রা ) মশীং থীহুনা শেম্বা ছন্দবু জাতি কৌই। সংস্কৃততা বৃত্ত ছন্দবু অক্ষরবৃত্ত নত্রগা বর্ণবৃত্ত অহুগা জাতি ছন্দবুনা মাত্রাবৃত্ত হায়নসু খঙনৈ।

মৈতৈ অমসুং সংস্কৃত ছন্দগী খেন্নবা য়াম্না লৈরবসু সংস্কৃতকী তোটক, ভুজঙ্গপ্রয়াত, পঞ্চচামর, রুচিরা, মন্দাক্রান্তা অসিনচিংবা বৃত্ত ছন্দগী শৈওঙশিং অসি মৈতৈ ছন্দদা উবা ফংই।]

# মৈতৈ ছন্দলৈরেং

ছন্দ মথল খুদিঙমক্কী তানখোঙমশীন কয়ামরুম লৈ, মদুবু ছন্দলৈরেং ( Metrical structure/ছন্দোবন্ধ ) কৌই। শৈখোঙ খুদিঙদা তানখোঙ (পদ) অমতা লৈবা ছন্দলৈরেংবু তানখোঙ-অমচৎপী ( একপদী নত্রগা একাবলী ) হায়না খঙনৈ। শৈখোঙ খুদিঙদা তান-খোঙ অনী, অহুম অমসুং মরি লৈরবদি মথংশীংনা তানখোঙ-অনীচৎপী ( দ্বিপদী ), তানখোঙ-অহুমচৎপী (ত্রিপদী) অমসুং তানখোঙ-মরিচৎপী (চৌপদী নত্রগা চতুষ্পদী) কৌই। হায়রিবা ছন্দলৈরেংশিং অসি তানখোঙমরুগী খোনকাপমশীং খেন্নবা মতুংইন্না অমুকস্তু খায়দোক্নি ; অদুগা শৈখোঙগী অতেন-অশাং হায়বদি খোনকাপমশীং মতুংইন্না অতেনবা ( লঘু ) অমসুং অশাংবা ( দীর্ঘ ) হায়না মথল অনী থোক্না খায়দোকপস্তু য়াওরি।

করি করিগুম্বা ছন্দলৈরেংদা তানখোঙমরু-খায়বা অয়াংবা খোল্লেপ মাঙখিদুনা তানখোঙমরু অনী তিন্নখিবা য়াওই। খুদম—

\+ •  ••  + •  + •  + •  • •  + •  + •
ভৎল . -বস্থ ⁝ লেংনা ⁝ লেংনা / লেংজ ⁝ -ম্রিদো ⁝ ভৎনা ⁝ ভৎনা //
=৮+৮

\+ •  + •  + ••  • ⁝  • ⁝  • •
পাপনা ⁝ চাক্লবা ⁝ পুম্পিগী / ঈথৈ ⁝ পম্বেং ⁝ অগে //  =৮+৮

# অতপ্পা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা শৈনিস্থোই ছন্দ

অতপ্পা খোঙচৎকী শৈখোঙদা মহোশানা অরাম্বা য়াথল পুই অমসুং খোম্মোক খুদিঙমক্তা শৈনিনখোন ( স্বর ) অমমম লোয়নৈ। অসিগুম্বা মথলগী শৈখোঙনা শাবা ছন্দবু অতপ্পা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা শৈনিস্থোই ছন্দ কৌই। মসি ইংরেজীগী Mixed নত্রগা

Composite Metre-গী মওঙনি। বাংলা ছন্দশাস্ত্রদা অসিগুম্বা মথলগী ছন্দবু যৌগিক, বর্ণমাত্রিক, অক্ষরবৃত্ত অমদি তানপ্রধান অসি-নচিংবা মিংশিং অসিনা খঙনৈ। সংস্কৃতকী বৃত্ত ছন্দবুসু অক্ষরবৃত্ত নত্রগা বর্ণবৃত্ত হায়না খঙনৈ, অদু ওইরবসু বাংলাগী অক্ষরবৃত্ত নত্রগা মৈতৈগী শৈনিঙ্খোইগা সংস্কৃতকী অক্ষরবৃত্তগা মান্নে হায়না লৌবদি য়াদে।

শৈনিঙ্খোই ছন্দদা খোঙ্খোক খুদিঙমক খোনকাপ অমমম ওইনা লৌই। করি করিগুম্বা য়াহৈগী অরোইবদা তিন্নবা খোঙ্খোক য়াও-রবতদা খোনকাপ অনী ওইনা লৌই। তানখোঙমরুগী মন্নুংদা তপ্নবা ব্যঞ্জন অমদি তিন্নবা স্বরনচিংবা তিন্নবা খোঙ্খোক কয়ামরুম য়াওরবসু অসিগুম্বা অরোইবগী খোঙ্খোক মথল অসি নত্তবা খোঙ্খোক অতৈ পুন্নমক্তি খোনকাপ অমমম ওইনা লৌগনি। তৌইগুম্বসুং খোনকাপকী নিয়ম অসিতনা মসিগী মশক লাকপা য়াদে।

শৈনিঙ্খোই ছন্দগী খোঙচত্তি অতপ্পনি। অদুনা মসিবু অতপ্পা খোঙচংকী ছন্দ কৌরিবনি। ছন্দ অসিগী কবিতা পাবা মতমদা অশেংবা খোঙ্খোক-খোম্লিল (অক্ষরধ্বনি) নত্তবা অচিংবা শৈনিনখোন অমমম লোয়নৈ। মসিবু সংস্কৃততা 'তান' অমসুং ইংরেজীদা 'vocal drawl' হায়না খঙনৈ। খোঙ্খোক-খোম্লিলগা অচিংবা শৈনিনখোন অসিগা তিন্নখিদুনা করি করিগুম্বা মতমদা খোঙ্খোক-খোম্লিলবু নক্সং-খিবা য়াওই অমসুং শেংনা তাবা ফংই। শৈনিঙ্খোই ছন্দগী শৈখোঙশিং অসি শৈনিনখোনগী ঈচেল অমনি হায়না লৌবা য়াই। করিগুম্বা ঈচেল অমদা নুংদুম অচৌ-পিশক মথল মথল ছুস্বরগা মাগী মাগী লৈফম ফংখিবগুম্বা শৈনিনখোনগী ঈচেল অসিদসু তিন্নদবা অমদি তিন্নবা খোঙ্খোকশিংগী লৈফম লায়না ফংই। খোম্লিল-ঈচেলগী শন্নক অমমমসিনা শৈনিঙ্খোইগী খোনকাপ অমমম্নি। মপুংফাবা মন্নেক অমমম্না ( ঃ, ঃ, ৎ অসিনচিংবা অসিদি মশীং থাদে ) অসিগুম্বা শন্নক

অমমস্থু চাউরাক্না খণ্ডহল্লি। মরম অহুনা অয়াম্বা মতমদা ময়েক মশীং শীরগা খোনকাপকী হিসাব ফংবা য়াই। খোম্থোক-খোম্নিলতনা শৈনিম্থোইগী খোনকাপ অমমম মপূংফাহনবা ঙমদে। অশেংবা খোম্নিলগী হিসাবতা মাম্নদবা খোম্থোকশিং অহুস্থু শৈনিম্থোইদা মাম্নবা য়াই। ঈশৈদা স্থুর য়াওবগুম্না মসিদস্থু অচিংবা শৈনিনখোন অমা মতম পূম্নমক্তা য়াওই। মসি য়াওত্রবদি শৈনিম্থোই ছন্দগী কবিতা ওইবা য়াদে।

ছন্দগী ঈথক হায়বসি মহৌশানা রাখৈপরেংগী অতোপ্পা মওঙশিংবু নঙ্কাত্তুনা মওঙ অমা অনীতদা শাদোং ওইহুনা হৌরকই। শৈনিম্থোই ছন্দদদি হায়রিবা ঈথক অসি খোম্থোক্কী মওঙ অতৈ অতৈ নঙ্কাত্তুনা মরুওইবা স্বরগী খোন্নিলদা শাদোং ওইরগা হৌরকই। মরুওইবা স্বরগী খোন্নিলনা ছন্দ অসিগী মপূংনি, ব্যঞ্জনচিংবা ময়েক অতৈ অতৈদি মরুওইবা স্বরগী মখাপোল্লি অমস্থুং ছন্দগী মপানগী শককম শেম্নবা লৈবনি হায়না লৌই। মরম অহুনা ছন্দলৈরেংগী হিসাবতা ব্যঞ্জনচিংবা মরুওইদবা খোম্নিলগী মমল থোইদোক্না থমদে। খোম্থোক্কী স্বরগা শরূকপু মপূং ওইনা লৌরগা শৈনিম্থোই ছন্দদা লীচিং অমতা ওইবা খোম্নিল-ঈচেল অমা থোকহল্লি অমস্থুং খোম্নিল-ঈচেল অসিগী শরূক অমমম্না খোম্থোক মখল পূম্নমক্কী মফম পীবা ঙম্মী হায়বসি শৈনিম্থোইগী মখল নৈনরকপা মতাংদা উবা ফংগনি।

অশেংবা খোম্থোক-খোম্নিলবু মপূং ওইনা লৌদনা মহুবু অচিংবা স্থুর অমগী মখাপোলহনবা মরম্না শৈনিম্থোইগী শৈখোঙ তানখোঙ-নচিংবা ছন্দগী শরূকশিংদা খোম্থোক য়াম্না হাপ্পা য়াই। মরম অহুনা **হৌজিক খোনকাপ ওতগী হেনবা মশীংগী তানখোঙমরু শৈনিম্থোই ছন্দদা শীজন্নবা য়াওরক্লি।**

অতোপ্পা মখলগী ছন্দগা শৈনিম্থোই ছন্দগা খেন্নবা থঙগে হায়-রবদি অচিংবা স্থুর অসি য়াওবরা য়াওদবরা, খোম্থোকপু নঙ্কাত্তুনা খোম্নিল-ঈচেল অমা চেনবরা চেন্দবরা হায়বা অসি য়েংগদবনি। খোন-কাপকী হিসাবতনা ছন্দগী মখল খঙবা ঙম্লোই।

শৈনিঙ্থোই ছন্দদা রাহৈগী অরোইবা তিন্নবা খোঙ্থোকপু খোন-কাপ অনী ওইনা লৌবগী মরম খঙবা তারবদি শৈনিঙ্থোইগী অতোপ্পা মওঙ অমগা খঙগদবনি। রাহৈ খুদিঙমকপু নকুবা রাহৈ অতৈ অতৈগা তিন্নদনা থম্বনা মৈতৈ খোনহায়গী তোপতোপ্পা মওঙ অমনি। শৈনিঙ্থোই ছন্দদা হায়রিবা মওঙ অসি মরাঙকায়না উবা ফংই। মৈতৈ ছন্দগী তানখোঙমকু অমমম্বু খোঙ্থোক কয়ামকুমগী অপূনবা অমনি হায়না লৌদনা রাহৈ কয়ামকুমগী অপূনবা অমা ওইনা লৌগদবনি। রাফম অসি মরুওইনা শৈনিঙ্থোই ছন্দগী মতাংদা চুম্মী হায়বা য়াই। মৈতৈ খোনহায়গী নিয়ম মতুংইন্না রাহৈ খুদিঙগী অহানবা স্বরনা লুম্বা খ্বাইদগী হেন্লি অতুগা রাহৈগী অরোইবদা খ্বাইদগী হম্বে। তৌইগুম্বসুং তিন্নবা খোঙ্থোকপু খোনকাপ অমগী ওইনা লৌতুনা হায়দোক্লবদি খোনহায় খরা থুগনি। মবম অতুনা লৈয়েংগী থবক থুজিনবা অমা চঙই। তৌইগুম্বসুং স্বরগী অরাম্বা হম্বা মফম অতুদা অসিগুম্বা থবক অসি ওইথোক্কে, রাহৈগী অরোইবা খোঙ্থোকপু খোন-কাপ অমগী ওইনা লৌতুনা পারবদি রাহৈগী অরোইবদা স্বরগী অরাম্বা হেন্নংলি। তৌইগুম্বসুং অতুগুম্বা মওঙদি মৈতৈ খোনহায়না ওন্নতৈনৈ। মরম অতুনা শৈনিঙ্থোই ছন্দদা রাহৈগী অরোইবা তিন্নবা খোঙ্থোকপু খোনকাপ অমগী ওইনা লৌদনা খোনকাপ অনীগী ওইনা লৌনৈ। স্বরগী অরাম্বা হম্বরকপা মফম অতুদা খোঙথাং খরা তপথরকপা হায়বদি হৌনশানি। মরম অসিনসু রাহৈগী অরোইবা তিন্নবা খোঙ্থোকপু শাংদোকহনবসি মহৌশানি। হায়বদি, শৈনিঙ্থোই অসি অতপ্পা খোঙচৎকী ছন্দ ওইবা মরম্মা মফম অ'দিদা মহৌশানা খোনকাপ-চেন্নজবা খোঙ্থোক শীজিন্নৈ।

শৈনিঙ্থোই ছন্দনা মৈতৈ সাহিত্যদা শীজিন্নবা খ্বাইদগী হেন্লি, মরমদি চুম্নগী রা ভাঙনবদা অমসুং রারেংদা শীজিন্নবা নিয়ম অতু মসিদনা খ্বাইদগী হেন্না শীজিন্নৈ।

শৈনিম্থোই ছন্দগী শাজৎকী মরমদা হায়রিবা অসিদগী মসিগী অতোপ্পা মগুণ খরসু খঙবা ঙমগনি। শৈনিম্থোইগী অচিংবা সুর নত্রগা খোম্লিল-ঈচেলগী শরূক অমমমগী মসুংদা খোম্থোক পূন্নমক লূপথিবা মরম্না খোনকাপ অনীবু খোনকাপ অমদা চিংশিনবা য়াই। শৈনিনখোনগী পাম্বৈনা খোনকাপ চিংশিনবগী পাঙ্গল অমা লৈবসিনা শৈনিম্থোইগী তোপতোপ্পা মগুণ অমনি। খুদম—

+ + • + + • + : + + •
হায়রম্মী : নোংবান্না / নোক্রেম : হায়গ্রেম্না //

+ ০ • + •• • • • • + •
খুমজদে খর্ম্ব'দ / তাথীবা : য়াহৈনা //

মসিদা অহানবা শৈখোঙদনা অনীশুবা শৈখোঙদগী তপ্পবা ময়েক অমসুং তিন্নবা খোম্থোক য়াওবা হেল্লি। অদু ওইরবসু খোনকাপ-মশীংদি শৈখোঙ অনীমক্তা ৬+৬ লৈ। অসুম তৌনা তপ্পবা তপ্পদবা ময়েক, তিন্নবা তিন্নদবা খোম্থোক পূন্নমক শৈনিনখোন্দা লূপ্তুনা খোনকাপকী লীপুন অমদা ছন্দগী খোঙথাং কায়দনা চৎজল্লি। শৈনিম্থোইগী তোঙান তোঙানবা খোম্থোক্কী মরক্তা অহাঙবা হেক হেক লৈ অমসুং অহাঙবশিং অদু অচিংবা শৈনিনখোন্না মেনশিল্লি। মরম অদুনা অয়াংবা খোম্থোক্কী মফমদা অরাম্বা খোম্থোক হাপ্লবসু ছন্দ কায়দে।

অতম্মা খোঙচৎকী ছন্দ ওইবা মরম্না শৈনিম্থোই ছন্দদা জগোই-শাথেক নত্রগা অথুবা খোঙথাং, অমদি তন্দেমান্দেবা নত্রগা অকেবগী ভাব করিগুম্বদম্ব লাক্তে—পুক্নীংচঙবা, লাকশিনবা অমসুং অরূম্বা ভাবতমক লাকই। অদুনা শৈনিম্থোই ছন্দনা অরূম্বা অমদি লূপথবা য়াথলগী অথোইবা শাদোংনি। মরম অদুনা অরাংবা থাক্কী কবিতাদি শৈনিম্থোই ছন্দদা অয়াম্বা ইনৈ। মৈতৈ ছন্দদা ধ্রুপদকুম্না সুর

ব্লাংলা পানবা য়াবা ছন্দ মসিতনি। বাংলা পয়ারগী অক্সা শৈনিন-খোন অহু মসিদা য়াওবা ময়মা মসিবু বাংলাগী পয়ারজাতীয় ছন্দ নত্রগা তানপ্রধান ছন্দগী মখলদা থম্বা য়াই।

শৈনিংহোই ছন্দগী অতোপ্পা মগুণ অমসু লৈ। মসিদা রাহৈগী মরক মরক্তা অহাঙবা লৈবা ময়মা মনাইতম্মা লোল্লেপ তাবা য়াই। অহুনা থুগায়বা রাহৈগী শরক্তা ওইবা নত্তবা তানখোঙমতেক্কী মতুংদা মতেকওইবা অমদি মপুংফাবা লোল্লেপ মখল অনীমক তাবা য়াই। মরম অসিনা ছন্দ অসিদ লোল্লেপকা খোল্লেপকা তিন্নদনা তাবসু য়াই। অহুনা ছন্দ অসিদা ঈচেলনাইবা কবিতা ইনরিবনি।

ছন্দ অসিদা শৈনিনখোনগী পাম্বৈন অমরোমদা খোনকাপ চিং-শিলহনবা য়াওবগুম্না অমরোমদা অমুক করি করিগুম্বদা অতেনবা খোম্হোক শাংদোকহন্দুনা অশাংবা খোম্হোক ওইনা শীজিন্নবসু য়াওই। অহুনা মতম পুন্নমক্তা খোম্হোক মশীং থীরগা খোনকাপকী হিসাব কংবা য়াদে।

**খোনকাপমশীং মতুংইন্না শৈনিংহোই ছন্দগী তানখোঙমরু মখল অনী শুই—খোনকাপ মরিনা শাবা অমসুং খোনকাপ তরুক্তা শাবা।**

**(১) খোনকাপ মরিনা শাবা (Tetramoric)-**

তিন্নদবা তানখোঙমরু=অনী : অনী

তিন্নবা তানখোঙমরু=অনী : অহুম : অহুম

নত্রগা

অহুম : অহুম : অনী

খুদম—

(ক) নঙগী : লম্বী : ঐগী : লম্বী / খঙ্গ্র : বম্বু : নঙনা : ঐনা //

পুবি : রিদো : চেংনা : মুনা / লোইদ : বনা : চিংবি : মুনা //

মসিদা য়াওরিবা তানখোঙশিং অসি তিন্নদবা তানখোঙমরুনা শাবা ওাক্তনি। তানখোঙমরু খুদিঙমক্তা খোনকাপ মরি অমসুং তানখোঙমতেক খুদিঙমক্তা খোনকাপ অনী লৈ।

(খ) লোয়া : লোয়া ⁝ লৈকা : মুংদা / লেমন : য়িবা ⁝ মুংশি : কোন্দা /
কনাখো : লাক্লিবা ⁝ নত্তু //

মসিদা য়াওরিবা তানখোঙ অহুম অসিগী মসুংদা অহানবগী অনীদি তিন্নদবা তানখোঙমরুনা শাবনি অতুগা ইকোন কোনবা তানখোঙনা তিন্নবা তানখোঙমরুনা শাবনি।

**(২) খোনকাপ তরুক্তা শাবা ( Hexamoric ) তানখোঙমরু**

=অহুম : অহুম ॥ মরি : অনী ॥ অনী : মরি ॥ অনী : অনী : অনী

খুদম—

বসন্ত : ঙমজনা ⁝ থুম্নবা : খোঙেন্না /
নিল্লম্মী · ইনাক্তা ⁝ ইমা : ইমা : হায়না //

# শৈনিন্থোই ছন্দলৈরেং

শৈনিন্থোই ছন্দগী খোনকাপ মরিনা শাবা তানখোঙমরুগী তানখোঙ-অনীচৎপী ছন্দলৈরেংবু শামুখোঙথাংগা মান্ননা চীংলেম্মী হায়দুনা শামুখোঙ ছন্দ কৌই। মসি মরুওইনা বাংলা পয়ারগা মান্নে অতুগা খোনকাপ ৮+৮=১৬কী শৈখোঙনা শাবা সংস্কৃত পজ্ঝটিকাগা মান্নবা মওঙসু য়াওরি। মখাদা পীরক্লিবা ছন্দলৈরেংগী মওঙশিং অসিনা রাকম অসি চুম্মী হায়বা তাক্লি।

**[ক] খোনকাপ মরিনা শাবা তানখোঙমরুগী শৈনিন্থোই ছন্দলৈরেং—**

(১) **অতেনবা তানখোঙ-অনীচৎপী (লঘু দ্বিপদী) নত্রগা অতেনবা শামুখোঙ ছন্দ।**

**খোনকাপমশীন—৮।।৬**

ছন্দলৈরেং অসি বাংলা লঘু পয়ারগা মওঙ অমতনি। বাংলা ছন্দদা লঘু পয়ারবু শম্না পয়ার হায়রগ্‌নু খঙৈ। মসিদা চাংওইনা থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মান্নখি (মিল নত্রগ মিত্রাক্ষর) লৈগনি অমসুং শৈখোঙগী অরোইবদা মপুংফাবা খোল্লেপ (পূর্ণযতি) তাগনি। শৈখোঙ খুদিঙদা খোনকাপ ৮+৬=১৪, হায়বদি, অহানবা তানখোঙদা খোনকাপ ৮ অমুগা অনীশুবা তানখোঙদা খোনকাপ ৬ লৈগনি। অনীশুবা তানখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরুদি খোনকাপ অনানা শাবা মপুংফাদবা তানখোঙমরু ওইগনি। অদুনা অতেনবা শামুখোঙ ছন্দগী শৈখোঙদি তানখোঙমপুংফাদবা (অপূর্ণপদী/cata-lectic) ওইগনি। খুদম—

লাম্মী পুম্বা : ওাওবা কৈনা / চেল্লি শমজি . থায়না //
=(৪+৪)+(৪+২)=৮+৬

য়েরুভেম্না : ভংনা ভংনা / তাল্লি পাইনা : পাইনা //
=(৪+৪)+(৪+২)=৮+৬

শৈখোঙগী অহানবা অমসুং অনীশুবা তানখোঙমরুদা, হায়বদি মরিশুবা অমসুং নিপালশুবা খোনকাপতা মান্নখি লৈরবদি শৈদিথোই অতেনবা তাখোঙ-অনীচৎপীবু শামুখোঙ অপোবা ছন্দ কৌই অদুগা অহানবা, অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা তানখোঙমরুদা, হায়বদি, মরিশুবা নিপালশুবা অমসুং তরানীথোইশুবা খোনকাপতা মান্নখি লৈরবদি শামুখোঙ অকুপ্পা ছন্দ কৌই। শামুখোঙ অপোবা ছন্দগা বাংলা তরল পয়ারগা মান্নৈ অদুগা শামুখোঙ অকুপ্পা ছন্দগা বাংলা মালঝাঁপ পয়ারগা মান্নৈ।

মধুমতী ⁝ কুন্দো যাতী / মোক্লি লৈকা ⁝ ফম্না // —৮+৬
লৈহৌপাম্বা ⁝ খোইমুলাবা / পাইরি চংনা ⁝ ভংনা // —৮+৬

শামুখোঙ অকুপ্পা ছন্দ—

কজবপী ⁝ মকাদপী / লাক্লি মুংগী ⁝ পাউদি //
কপথোইবা ⁝ মুংশিখোইবা / কংদে উবা মাদি //

ছন্দলৈরেং অসিগী অহানবা অমস্থুং অহুমশুবা শৈখোঙদা মায়খৈ মওঙ অমা অছুগা অনীশুবা অমস্থুং মরিশুবদা মায়খৈ মওঙ অমা লৈরবদি মরক-থৎপা শামুখোঙ ছন্দ কৌই। মসিগা বাংলা পর্যায়সম পয়ারগা মান্নে। খুদম—

ঐয় মানি ⁝ মঙস্থ মানি / পূমখকসে ⁝ মানি // —৮+৬
কয়িপীনো ⁝ খেম্নরিবা / অমতপী ⁝ শকসে // —৮+৬
খঙনদবা ⁝ পুম্বসিপী / খঙনকমদি ⁝ মানি // —৮+৬
কয়িপীনো ⁝ খঙনদবা / মানি পুম ⁝ -মকসে // —৮+৬

অহানবা অমস্থুং মরিশুবা শৈখোঙদা মায়খৈ মওঙ অমা অছুগা অনীশুবা অমস্থুং অহুমশুবা শৈখোঙদা মায়খৈ মওঙ অমা লৈরগনা ছন্দলৈরেং অসিবু ময়ায়-মায়বা শামুখোঙ ছন্দ (মধ্যসম পয়ার) কৌই। খুদম—

লৈক' ফম্না ⁝ শাচ্ছত্রনা / লৈহৌ কচ্ছ ⁝ -মক্লে // —৮+৬
মপ্ত মাবু ⁝ পোশময়ক্লে / পোম্বী চেক্লা ⁝ -ফিংবা // —৮+৬
পাইখোময়ক্লে ⁝ মাগিনীনা / ভদি ভাওনা ⁝ ভংনা // —৮+৬
মেংবহৈবা ⁝ কর্বিখিংনা / পেম্না মেংজ ⁝ -ময়ক্লে // —৮+৬

## (২) অশাংবা তানখোঙ-অনীচৎপী (দীর্ঘ দ্বিপদী) নত্রগা অশাংবা শামুখোঙ ছন্দ।

### খোনকাপময়ীন—৮॥১০

অশাংবা শামুখোঙ ছন্দবু বাংলা ছন্দদা দীর্ঘপয়ার নত্রগা মহা-পয়ার হায়নস্ত্র খঙনৈ। মসিদা চাংওইনা থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা

মাম্নখৈ লৈগনি অমস্তুং শৈখোঙগী অরোইবদা মপূংফাবা খোল্লেপ তাগনি। শৈখোঙ খুদিঙদা খোনকাপ ৮+১০=১৮, হায়বদি, অহানবা তানখোঙদা খোনকাপ ৮ অছুগা অনীশুবা তানখোঙদা খোনকাপ ১০ লৈগনি। অনীশুবা তানখোঙগী অরোইবা তানখোঙ-মরুদি খোনকাপ ৬না শাবা হেন্দোক্লা-মপূংফাবা তানখোঙমরু ওইগনি। অছুনা অশাংবা শামুখোঙ ছন্দগী শৈখোঙদি হেন্দোক্ল'-তানখোঙ-মপূংফাবা ( অতিপূর্ণপদী/hyper-catalectic ) ওইগনি। খুদম—

লৌবিয়ুনে ⋮ লৎনদনা / ঙাঙ্‌‌ানবা ⋮ নঙগী সনাখুৎনা // =৮+১০
অবাবগী ⋮ চৈনাখোন / লেংফবিবা ⋮ অসে কপ্পা কপ্পা // =৮+১০
থীকথবিয়ু⋮ মুংশিলাইজ / মুংশিলাইজ ⋮ -খোনবা থুত্তুদগী // =৮+১০
চামজগে ⋮ খুম্নাখাদো / মীৎকী লাইজ ⋮ -সিনা ভোমবগী // =৮+১০

অসি নত্তবা খোনকাপ ৮+৮=১৬না শাবা অশাংবা শামুখোঙ ছন্দ মথল অমস্তু মৈতৈ ছন্দদা উবা ফংই। মসিদস্তু চাংওইনা থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মাম্নখৈ লৈ অমস্তুং শৈখোঙগী অরোইবদা মপূংফাবা খোল্লেপ তাই। তানখোঙ অনীমক্তা খোনকাপমশীং চপ-মাম্নবা তানখোঙমরু অনী অনী লৈ হায়ছুনা মসিবু তানখোঙমাম্নবা শামুখোঙ ছন্দ কৌই। মসি অরিবা বাংলা পয়ারগী মওঙনি। অরিবা যুগতা বাংলা পয়ারগী খোনকাপমশীং ৮+৮, ময়ায়যুগতা ৮+৭ লৈরম্বদগী হৌজিক ৮+৬তা লাক্কুনা লেপ্লরে। শৈখোঙনা ছন্দগী মরুওইবা মচাক নত্তে হায়বসি খঙবা রাস্তুনা কনা কনাগুম্বনা খোনকাপ ৭+৭-পু ৮+৬-কা মাম্ননা লৌবা য়াওই। তানখোঙ মাম্নবা শামুখোঙ ছন্দ অসি সংস্কৃত পজ্ঝটিকা ছন্দগা মওঙ অমতা ওইনা ভৌই। খেন্নবা হায়ববু পজ্ঝটিকা ছন্দদনা মাপলগুবা খোনকাপ অছু অরাম্ব (গুরু) ওইগনি অছুগা মসিগীনা অছুগুম্বা অরাম্বা অমাংবঃ খোনকাপ ওইগনি হায়বগী অকক্নবা নিয়ম লৈতে। [মতাং অসিদা

নীংশিংগদবা রা অমনা পজ্ঝটিকা ছন্দ অসি সংস্কৃত মাত্রাবৃত্তগী মন্নুংচল্লি। বাংলা মাত্রাবৃত্ত ছন্দগা সংস্কৃত মাত্রাবৃত্তগা চপমান্নবা অর্থদা শীজিন্নদে। অদুনা তানখোঙমান্নবা শামুখোঙ ছন্দ অসি বাংলা মাত্রাবৃত্তগী মওঙ নত্রবসু সংস্কৃত মাত্রাবৃত্তগী মন্নুংদা লৈবা পজ্ঝটিকাগা মওঙ মান্নরিবনি। ]

খুদম—

চুপ্পী পূম্বা ⋮ থাবহুনা / চাইথোম্বক্রে ⋮ ঈকু কন্না //
চেত্থবরে ⋮ বাংম লাম্না / ঐগী মীপী ⋮ কাউবহুনা //

## (৩) অত্তেনবা তানখোঙ-অহুমচৎপী।

**খোনকাপমশীন—৮।।৮।।৬**

ছন্দলৈবেং অসি বাংলা লঘু ত্রিপদীগা মান্নদে। শৈখোঙ খুদিঙদা খোনকাপ ৮+৮+৬=২২, হায়বদি, অহানবা তানখোঙদা খোনকাপ ৮, অনীশুবা তানখোঙদা খোনকাপ ৮ অদুগা অহুমশুবা তানখোঙদা খোনকাপ ৬ লৈগনি। অহুমশুবা তানখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরু অদু খোনকাপ অনীনা শাবা মপুংফাদবা তানখোঙমরু ওইগনি। অদুনা ছন্দলৈবেং অসিগী শৈখোঙদি তানখোঙমপুংফাদবা ( অপূর্ণপদী/catalectic ) ওইগনি। মসিদা চাংওইনা শৈখোঙগী অহানবা অমসুং অনীশুবা তানখোঙদা অদুগা থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মান্নথে লৈগনি। অদুগা অহানবা তানখোঙ অনীদা মান্নথে লৈবা অদু শেংনা উৎননবা শৈখোঙ খুদিঙমক পরেং অনী থোক্না থম্মে। [বাংলা লঘু ত্রিপদীদি খোনকাপ ৬কী তানখোঙমরুনা শাবা শৈনিঙ্খোই ( তানপ্রধান ) ছন্দনি। মসিগী খোনকাপমশীং ৬+৬+৮ =২০-নি। খোনকাপ ৮+৮+৬-কী তানখোঙ-অহুমচৎপী ছন্দসু বাংলা ছন্দদা উবা ফংই। অদু ওইরবসু লঘু ত্রিপদী নত্রগা দীর্ঘ ত্রিপদী (লাচাড়ি)-নচিংবা করিগুম্বা মিংথোল অমতনা মসিবু খঙনদে। মসি বাংলা ছন্দদা হান্না লৈরমদে, নৌনা পুশিল্লকপনি। ]

খুদম—

ব্রজ বৃন্দা ⋮ -বনগী 'য়ায়দা / নীংথিরবা ⋮ কুঞ্জবন্দা /
ঙাম্নি য়াথ ⋮ -কানা // =৮+৮+৬
শোরহূনা ⋮ কৃষ্ণমাময় / নীংজহূনা ⋮ ময়ুঙোয়
ঙাইরি ওয় ⋮ -থোইনা // =৮+৮+৬

## (৪) অশাংবা তানখোঙ-অহুমচৎপী।

**খোনকাপমশীন—৮।।৮।।১০**

মসি বাংলা দীর্ঘ ত্রিপদীগা মান্নৈ। দীর্ঘ ত্রিপদীবু বাংলা ছন্দদা লাচাড়ি হায়নসু খঙনৈ। শৈখোঙ খুদিঙদা খোনকাপ ৮+৮+১০ =২৬, হায়বদি, অহানবা তানখোঙদা খোনকাপ ৮, অনীশুবা তানখোঙদা খোনকাপ ৮ অমসুং অহুমশুবা তানখোঙদা খোনকাপ ১০ লৈগনি। অহুমশুবা তানখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরু অহু খোনকাপ ৬না শাবা হেন্দোক্লা-মপুংফাবা তানখোঙমরু ওইগনি। অহুনা ছন্দলৈরেং অসিগী শৈখোঙদি হেন্দোক্লা-তানখোঙমপুংফাবা ( অতিপূর্ণপদী/hyper-catalectic ) ওইগনি। মসিদা চাংওইনা শৈখোঙগী অহানবা অমসুং অনীশুবা তানখোঙদ অহুগা থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মান্নবা লৈগনি। অহানবা তানখোঙ অনীদা মান্নবা লৈবা অহু শেংনা উৎননবা শৈখোঙ খুদিঙমক পরেং অনী খোল্লা থন্নৈ। খুদম—

লৈজগেনে ⋮ সুংশিথোইবা / পাম্মুথোইবা : ফজথোইবা //
ঙাঙ্গানবা ⋮ নওগী থুম্নাথাদা // =৮+৮+১০
হোনবিহূনা ⋮ ঐগী হিসে / পুবিরোনে ⋮ পুন্সি অসে
অবা' পুন্না ⋮ মুংপা লমদমহুদা // =৮+৮+১০

## (৫) অতেনবা তানখোঙ-মরিচৎপী।

**খোনকাপমশীন—৮।।৮।।৮।।৬**

মসি বাংলা লঘু চৌপদীগা মান্নদে। বাংলা দীর্ঘ চৌপদীগী

ছন্দলৈরেংদা মসিগা মান্নবা য়াওই। বাংলা লঘু চৌপদীগী খোনকাপমশীং ৬+৬+৬+৫ = ২৩ অহুগা দীর্ঘ চৌপদীগীনা ৮+৮+৮+৬= ৩০ নত্রগা ৮+৮+৮+৭ = ৩১ নত্রগা ৮+৮+৮+১০ = ৩৪-নি।

ছন্দলৈরেং অসিগী শৈখোঙ খুদিঙদা খোনকাপ ৮+৮+৮+৬ =৩০, হায়বদি, অহানবা তানখোঙ অহুম্মক্তা খোনকাপ ৮।৮ লৈগনি অহুগা মরিশুবা তানখোঙদা খোনকাপ ৬ লৈগনি। অহুনা মসিগী শৈখোঙদি তানখোঙমপূংফাদবা ( অপূর্ণপদী/catalectic) ওইগনি। মসিদা চাংওইনা অহানবা তানখোঙ অহুমদা নত্রগা থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মান্নখে লৈগনি। অহানবা তানখোঙ অনী নত্রগা অহুমগী মান্নখে শেংনা উৎননবগীদমক শৈখোঙ খুদিঙমক পরেং অনী থোক্লা খায়গনি। খুদম -

ঐগী কাব্য ⋮ -কুঞ্জ নিন্না / খোংলচনা ⋮ ছন্দবীণা /
চিংখোবক্লে ⋮ নৈনা নৈনা / নুংগী য়াবা ⋮ -খানবু //
=৮+৮+৮+৬
শোদোরক্লে ⋮ মাথাখোম্না / য়াগিনবু ⋮ ওইরহুনা /
খক্লগনু ⋮ মহৌ চেন্না / নঙগী মাইক ⋮ শজয়বু // =৮+৮+৮+৬

মথক্কী খুদম অসিদা শৈখোঙ খুদিঙগী অহানবা তানখোঙ অহুমদা মান্নখে লৈ।

কবি বানো ⋮ কবিনোনে / নঙনা হায়রি ⋮ -বত্রবুনে /
মহুমক্তি ⋮ হায়বিগনু / খাঙবা ঙমদে ⋮ ঐদি // =৮+৮+৮+৬
খঙখিবনি ⋮ খাজ মানা / তাখিবনি ⋮ সাক্ষী ওইনা /
অহুইঙদা ⋮ হায়নখিবা / কাউরবয়া ⋮ নঙাদি // =৮+৮+৮+৬

মথক্কী খুদম অসিদা শৈখোঙ খুদিঙগী অহানবা অমসুং অনীশুবা তানখোঙদা মান্নখে লৈ।

## (৬) অশাংবা তানখোঙ-মরিচৎপী।
## খোনকাপমশীন—৮॥৮॥৮॥১০

মথক্তা ঐখোযনা উথ্রে—বাংলা দীর্ঘ চৌপদীগী ছন্দলৈরেং মখল হুমগী মতুংদা মসিগ মান্নবা যাওবি। মসিগী শৈখোঙ ৮+৮+৮+১০ =৩৪, হাযবদি, অহানবা তানখোঙ অহুম্মক্তা খোনকাপ ৮,৮ লৈগনি অমুগা মরিশুবা তানখোঙদা খোনকাপ ১০ লৈগনি। মরিশুবা তানখোঙগী অবোইবা তানখোঙমরুদি খোনকাপ ৬না শাবা হেন্দোক্লা-মপুংফাবা তানখোঙমরু 'ইগনি। অমুন মসিগী শৈখোঙদি হেন্দোক্লা-তানখোঙমপুংফাবা ( অতিপূর্ণপদী/hyper catalectic ) ওইগনি। মসিদা চাংওইনা অহানবা তানখোঙ অহুমদা নত্রগা অনীদা অমুগা থংনবা শৈখোঙ অনা অনীদা মান্নখৈ লেগনি। অহানবা তানখোঙ অনী নত্রগা অহুমগী মান্নখৈ শেংনা উৎননবগীদমক শৈখোঙ খুদিঙমক পরেং অনী থোক্লা খাযগনি। খুদম—

সনাপুংদা পোমজখিবী / লোইবী চৌংদা কেঙ্গুখিবী /
শাপ্পা চমু নুবা চাইবী / পুম্সিচুপ্পা ⁝ শাংখি মৈয়োম্বা //
=৮+৮+৮+১০

মশাবীবু ⁝ লেৎনবগী / মৈনংনবা ⁝ অবাকমগী /
থাওজখিদে ⁝ মপুমাগী / ভমথীববা ⁝ থৌদা ইনমুবা //
=৮+৮+৮+১০

মথক্কী খুদম অসিদা শৈখোঙগী অহানবা তানখোঙ অহুমদা মান্নখৈ লৈ।

থুম্মীদকো ⁝ হে অথুবী / মুংশিদকো ⁝ হে মুংশিবী /
পোক্লফম্নি ⁝ নঙসে ঐগী / পেনবা নাইদে ⁝ নঙবু য়েংজবগী //
=৮+৮+৮+১০

থক্লা খাবু ⁝ কোনবসিদা / কোয়না কোয়না ⁝ থিক্লবদা /
লৈতে নঙপা ⁝ মাম্নবদি / পেনবা নাইদে ⁝ নঙবু কৌজবগী //
=৮+৮+৮+১০

মথক্কী খুদম অসিদা শৈখোঙ খুদিঙগী অহানবা তানখোঙ অনীদা মাম্নখৈ লৈ।

**[খ] খোনকাপ তরুক্পা শাবা তানখোঙমক্কুগী শৈনিঙ্ঘোই ছন্দলৈরেং—**

**(১) তানখোঙ-অমচৎপী।**

**খোনকাপমশীন —৬।।৫ নত্রগা ৬।।৬**

খোনকাপ ৬।।৫গী তানখোঙ-অমচৎপীবু অরিবা বাংলা ছন্দদা একাবলী হায়না খঙনরম্মী, হৌজিক্পা 'ষণ্মাত্রপর্বিক অপূর্ণ একপদী' হায়না খঙনরে। মসিগী শৈখোঙ খুদিঙদা খোনকাপ ৬+৫ = ১১না শাবা তানখোঙ অমমমতা লৈগনি অত্থগা তানখোঙগী অরোইবা তানখোঙমক্কু অত্থ মপূংফাদবা ওইবনা শৈখোঙস্থু মপুংফাদবা ( অপূর্ণ-পদী/catalectic ) ওইগনি অমস্থুং থংনব শৈখোঙ অনী অনীদা মাম্নখৈ লৈগনি। খুদম—

যেংখি যেংখিবদা ⋮ কম্বিনো ঙসি // =৬+৫
পুক্নীং হুখরে⋮ তেংবান অসি // =৬+৫
চাইখরে মঙান ⋮ নোংদোন শাংনা // =৬+৫
কম্বিগী খোম্বাংনো ⋮ মাম্নকৈ শীম্না // =৬+৫

একাবলীগী অনীশুবা তান খাঙমরুদা খোনকাপ অমা হেম্না হাপ্পবদি অরিবা বাংলা ছন্দদা দীর্ঘ একাবলী হায়না খঙনরম্মী। হৌজিক্পা 'ষণ্মাত্রপর্বিক পূর্ণ একপদী' হায়না খঙনরে। মৈতৈ ছন্দদস্থু খোনকাপ ৬+৬ = ১২না শাবা দীর্ঘ একাবলীগী মওঙ অসি উবা ফংই। খুদম—

মঙমগী ঈচেলনা ⋮ চেম্থরি লেপ্পনা // =৬+৬
ঙাইরমদে কনাবু ⋮ য়েংলমদে মশাক্পা // =৬+৬
লায়রবা লম্লেবা ⋮ নিংথৌ চাকনিবা // =৬+৬
লৈত্তে মঙোম্দদি ⋮ কম্বিস্থু খেম্নবা // =৬+৬

## (২) তানখোঙ-অনীচৎপী।

### খোনকাপমশীন—১২॥৮ নপ্রগা ১২॥১১

বাংলা ছন্দদা খোনকাপ ১২॥৮-গী ছন্দলৈরেংবু ৬॥৬॥৮ অসুম্না তানখোঙ অহুম থোক্লা লৌহুনা লঘু ত্রিপদী হায়না খঙৈ। মৈতৈ ছন্দদনা খোনকাপ ১২॥৮ অসুম্ন তানখোঙ অনী থোক্ল লৌহুনা তানখোঙ-অনীচৎপী ওইনা লৌই। মসিবু তানখোঙ অহুমচৎপী (ত্রিপদী) ওইনা লৌবদি চুমদে। মরমদি, মসিগী শৈখোঙ খুদিঙদা ময়ায়ওইবা খোল্লেপ অমখক্তা লৈ। অহুন মসিবু তানখোঙ-অনীচৎপী ওইনা লৌফম থোকই। মসিগী শৈখোঙ খুদিঙদা খোনকাপ ১২+৮=২০ হায়বদি, অহানবা তানখোঙদা খোনকাপ ১২ অহুগা অনী-শুবা তানখোঙদা খোনকাপ ৮ লৈগনি। অনীশুবা তানখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরু অহু মপুংফ দবা তানখোঙমরু ওইগনি। চাংওইনা অহানবা তানখোঙমরু অনী নপ্রগা অহুমদা অহুগা থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মান্নথে লৈগনি। খুদম—

মাধবী কুঞ্জদা ⋮ নোংমগী অহীংদা / খোংখিবদে নোয়না ⋮ নোয়না //
=(৬+৬)+(৬+২)=১২॥৮

মিরবা সুরদা ⋮ খম্মোইগী তারদা / য়ৈরবেনে ঙসি ⋮ নোনা //
=(৬+৬)+(৬+২)=১২॥৮

অহুগা খোনকাপ ১২॥১১-গী ছন্দলৈরেংবু ৬॥৬॥৬॥৫ অসুম্না তানখোঙ মরি থোক্লা লৌহুনা বাংলা ছন্দদা লঘু চৌপদী হায়নঃ খঙৈ। মসিগীসু শৈখোঙ খুদিঙদা ময়ায়ওইবা খোল্লেপ অমখক্তা লৈ। অহুনা মৈতৈ ছন্দদা মসিবু তানখোঙ-অনীচৎপী ওইনা লৌই। মসিগী শৈখোঙ খুদিঙদা খোনকাপ ১২+১১=২৩, হায়বদি, অহানবা তানখোঙদা খোনকাপ ১২ অহুগা অনীশুবা তানখোঙদা খোনকাপ ১১ লৈগনি। অনীশুবা তানখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরু

অহু মপূংফাদবা তানখোঙমক্ক ওক্কগনি। চাংওইনা অহানবা তান-খাঙমক্ক অনী নত্রগা অহুমদা অহুগা থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মাম্নখৈ লৈগনি। খুদম—

থুংওম্নিদা ঐদি ⁝ ওস্থোক্লা ঙসিদি / অথাম্বগী বঁ,শী ⁝ খোংলকপসিদা //
=(৬ + ৬) + (৬ + ৫) = ১২||১১

কয়ম্বা মত্রনো ⁝ কনাগী মপাউনো / থীকথবক্রিবসে ⁝ ঐগী থম্মোইদা //
= (৬ + ৬) + (৬ + ৫) = ১২||১১

(৩) তানখোঙ অহুমচংপী।

## খোনকাপমশীন—১২||১২||৮ নত্রগা ১২||১২||১১

ছন্দলৈরেং অসিগী শৈখোঙগী অহানবা তানখোঙ অনীদা অমস্থং থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মাম্নখৈ লৈগনি। শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙ অহু মপূংফাদবা ওইবনা মসিগী শৈখোঙদি তানখোঙমপূং-ফাদবা (অপূর্ণপদী/catalectic) ওইগনি। খুদম—

খোনকাপ ১২+১২+৮=৩২

লৈজদে ঐগীদি ⁝ ভক্তিসি নত্তনা /
থুয়াখাদা নঙগী ⁝ কচ্চনবা পেন্না—/
লৌবিম্নু ননাইগী ⁝ ভক্তি //
থম্মোইসি নত্তনা ⁝ লৈজদে অমত্তা /
ননাইগী লৈজবা ⁝ কচ্চবি অনিত্তা—/
পীবিম্নু পুন্সিগী ⁝ মুক্তি //

খোনকাপ ২+১২+১১=৩৫

পান্দম্মী নুংঙাইনা ⁝ পুক্নীং খোয়দানা /
সনা কংলৈপুংদা ⁝ জয়সিংহ নিংথৌনা /
প্রজাগী মঙ্গলতা ⁝ লাইনীং ওইনা //
তেখাওগী শামুবু ⁝ মথৃৎনা ফাখিবা /
নুংজাইবান থৌদ্র ⁝ পেৎনবা খোনাবা /
শোম্নম্নি ঙক্কবু ⁝ প্রজা পুম্বনা //

## (৪) তানখোঙ-মরিচৎপী।

### খোনকাপমশীন—১২।।১২।।১২।।৮ নত্রগা ১২।।১২।।১২।।১১

ছন্দলৈরেং অসিগী শৈখোঙ থুদিঙগী অহানবা তানখোঙ অনী নত্রগা অহুমদা অমসুং থংনবা শৈখোঙ অনী অনীদা মাপ্পৈ লৈগনি। মসিগী শৈখোঙস্থ তানখোঙ-মপুংফাদবা ওইগনি। খুদম—

খোনকাপ ১২+১২+১২+৮ = ৪৪

কনানো লাক্লিবা ⁝ মোমোম্না নোক্‌না /
থাবলনা চাম্লবা ⁝ লৈকোলবু ফাওহনা /
শাথেক খুদিঙদা ⁝ শৈনিলবু লাংহনা—/
কনানো ফজবী নওবু //

হাইদোকউ মায়থুম-কি ⁝ হন্মোইবা থাঙনা /
চেংলৌহু অমুক্তা ⁝ য়েলেগা মীৎলিনা /
হাপচগে থম্মোইসি ⁝ লৌবিম্ন থম্মোইনা—/
কনানো মুংশিবী নওবু //

খোনকাপ ১২+১২+১২+১১=৪৭

ইচৌবগী অহীংদা ⁝ কম্নদা থাশিনা /
মালেম থুম্লিসে ⁝ শিহুরকপা পিনা /
কনা মতুংলাংগী ⁝ কম্বিগী যাহুনা /
মুংশি-লাইজ-ঊম্না ⁝ শোদোরকপনো //

মালেমগী থোম্নাংব ⁝ উহুনা কনানা /
থেঙলবা তাংলোমা ⁝ থৌজালগী ঊম্নানা /
পিম্নাওবু ওইহনা ⁝ কয়ম্বা থম্মোইনা /
নোংদোন নোংলেনবু ⁝ হৈথম্নকপনো //

## ঈচেলনাইবা ছন্দ

শৈনিম্মোই ছন্দগী তানখোঙ-অনৌচৎপীদা হায়বদি শামুখোঙ ছন্দদ যুক্ষম ওইরগা খোল্লেপকা (ছন্দোযতি/metrical pause-গা) লোল্লেপকা (ভাবযতি/sense pause গা ) মরী লৈনদবা খোনকাপ মশীংনা পুন্দবা মনীংতম্বা ভাবকী ঈচেল পুবা ছন্দ মওঙ কয়ামরম পুখোক্লরক্লি। অসিগুম্বা মওঙশিং অসিগী ছন্দবু **ঈচেলনাইবা ছন্দ** হায়না খঙনৈ। মসি বাংলাগী প্রবহমান ছন্দগী মওঙনি। খেন্নবা হায়রবদু মৈতৈগী ঈচেলনাইবা ছন্দদা রাহৈগী নন্রগা তানখোঙমতেকী অরোইবা তিন্নবা খোম্মোক অচু শৈনিম্মেই ছন্দলৈরেং অতৈদা তৌবগুম্না মতম পুন্নমক্ত খোনকাপ অনী ওইনা লৌগনি হায়বগী অকরুবা নিয়ম লৈতে, চিংথোক-চিংশিনগী মতুংইন্না খোনকাপ অমত্তা লৈবসু য়াই, অনী লৈবসু য়াই। মসি শৈনিম্মেই ছন্দগা চাংওইনা লৈবা নিয়মদগী হেন্দোকপা অমনি অমূল্যধন মুখোপাধ্যায়না 'অমিতাক্ষর ছন্দ' হায়না মসিগী অনৌব মিংথোল অমা পুখোরক্লে। অমিতাক্ষর ছন্দসি মিত্রাক্ষর ( খৈমান্নবা ) নন্রগা অমিত্রাক্ষর ( খৈমান্নদবা ) ওইবা য়াই। মতা' আসদা খঙজিনগদবা অমনা বাংলা ছন্দদা মিত্রাক্ষরগা মিতাক্ষরগা চপমান্নবা অর্থদা শীজিন্নদে। মাইকেলনা হৌদোক্লম্বা অমিত্রাক্ষর ছন্দদি অমিতাক্ষর ছন্দ মথল অমনি। মসিগী মরমদা মথাদা নৈনরকখিগনি।

**ঈচেলনাইবা ছন্দবু পৌনা মখল অনী থোক্লা খায়-দোকই—(১) ঈচেলনাইবা শামুখোঙ ছন্দ অমসুং (২) মনীংতম্বা ছন্দ।** ঈচেলনাইবা শামুখোঙ ছন্দদি বাংলাগী প্রবহমান পয়ারগা মান্নে অচুগা মনীংতম্বা ছন্দনা বাংলা মুক্তবন্ধ নন্রগা মুক্তক ছন্দ অমদি ইংরেজী free verse-কী মওঙনি।

ঈচেলনাইবা শামুখোঙ ছন্দসি মান্নখৈ লৈবা লৈতবগী মতুংইন্না খৈমান্নবা ( মিত্রাক্ষর ) অমসুং খৈমান্নদবা ( অমিত্রাক্ষর ) অমুম্না

খায়দোকই অহুগা খোনকাপ ৮+৬=১৪ নক্ত্রগা ৮+১০=১৮-গী শৈখোঙনা শাবা মতুংইন্না অতেনবা অমসুং অশাংবা অসুম্না খায়দোকই। অহূন' ঈচেলনাইবা শামুখোঙ ছন্দ মথল মরিনি—(১) থৈমান্নদবা ঈচেলনাইবা অতেনবা শামুখোঙ ছন্দ (২ থৈমান্নবা ঈচেলনাইবা অতেনবা শামুখোঙ ছন্দ। (৩) থৈমান্নদবা ঈচেলনাইবা অশাংবা শামুখোঙ ছন্দ অমসুং (৪) থৈমান্নবা ঈচেলনাইবা অশাংবা শামুখোঙছন্দ। অহুগা মনীংতম্বা ছন্দন' থৈমান্নদবা মনীংতম্বা ছন্দ, থৈমান্ন'া মনীংতম্বা ছন্দ অমসুং য়ান্নবা মনীংতম্বা ছন্দ অসুম্না অহুম খোক্লা খায়দোকই। মনীংতম্বা ছন্দ অসি হৌজিক্তি শৈনিংঙ্গোই, খোন্নিংঙ্গোই অমসুং খোল্লমথোই ছন্দ মথল অহুম্মক্তা শীজিন্নরে। ঈচেলনাইবা ছন্দ পূন্নমকসি অতেনবা নক্ত্রগা অশাংবা তানখোঙ অনীচৎপীদা য়ুম্ফম ওইহুনা শেম্বনি। হৌজিক্তি কনা কনাগুম্বনা তানখোঙ-অহুমচৎপীদসু ঈচেলনাইবা ছন্দ শীজিন্নবা য়াওরে। অহু ওইরবসু চপ'গানা ফজবা মওঙদা শীজিন্নবদি ঙমগ্রি।

হায়খ্রিবা ছন্দ মথলশিং অসি মখাগী লাইয়েক (diagram) অসিদ মচা খায়না অমুক উৎলি।



# খৈমান্নদবা ঈচেলনাইবা অতেনবা শামুখোঙ ছন্দ

## ( অমিত্রাক্ষর ছন্দ/Blank Verse )

খৈমান্নদবা অতেনবা শামুখোঙ ছন্দদি মাইকেল মধুসূদনন্না হৌদোক্লম্বা বাংলা অমিত্রাক্ষরগী মওঙনি। মিল্টনগী blank verse-কী ফিদম লৌদুনা বাংলা অমিত্রাক্ষর ছন্দ চঙলকপগুম্না বাংলা অমিত্রাক্ষরগী মওঙ লৌত্নুনা মৈতৈ ছন্দদা খৈমান্নদবা ঈচেলনাইবা অতেনবা শামুখোঙ ছন্দ চঙলকখিবনি। অসিগী মমাঙদা ঈচেলনাইবা ছন্দ মওঙ অমতা মৈতৈ ছন্দদ লৈরমদে। মৈতৈ সাহিত্যগী অনৌবা যুগকী শমযানবা দরেন্দ্রজিৎ, নবদ্বীপচন্দ্র অমসুং মীনকেতন্না অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মওঙসি মৈতৈগী পোন্থোক্তা শহানব পুশিল্লক্নবা হোৎনবিখি; অদুবু মহৈদি চপচানা য়ানখিদে। খুদম ওইনা—দরেন্দ্রজিৎকী কংসবধ, নবদ্বীপ অমসুং মীনকেতনগী মেঘনাদবধকাব্য অনুবাদ। কবিশিং অসিনা মাইকেলগী অমিত্রাক্ষর পয়ার ছন্দগী মসুংদা ভাবকী মনীংতম্বা চৈথেং অমা লৈফম ৎৎ দগতু লৈহন্নবদি হোৎনৈ অদুগা বাংলা পয়ারগী খোনকাপ ৮।।৬ তা খোন্নেপ তাগদবা অদু মৈতৈ খুলঙছন্দগী মওঙ লৌত্নুনা খোনকাপ ৭।।৭ তা তাহনবদগী পয়ারগী অরাম্বা অরেম্বা খোঙথাং অদু লৈহনবা ঙমদে। তপ্পবা ময়েক মবাঙ-কায়না অমসুং মচন চানা শীজিন্নদুনা ঈথকহৌবা খোন্নিল লাংহনবগী ফজ্রবা অমা অমিত্রাক্ষর ছন্দদা লৈফম থোকপদুসু কবিশিং অসিগী খোন্থোক্তা চপচানা পুবকপা ঙমদে। মরমশিং অসিনা অমিত্রাক্ষরগী শৈখোঙ খুদিঙদা খোনকাপ ১৪ লৈবা অমসুং মান্নখৈ লৈতবগী মওঙশিং অদু কবিশিং অসিনা লৌরবসু মাইকেলগী অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মওঙ তাহনবা ঙমদ্রিবনি। চুম্নগী শামুখোঙ ছন্দগা ঈচেলনাইবা শামুখোঙ ছন্দগা খেন্নবদু মুন্না খঙলগা অমিত্রাক্ষর ছন্দগী তশেংবা শকফম উবা ঙমগনি।

মাইকেলনা হৌদোক্লম্বা অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মপুংদি খোনকাপ ১৪না শাবা শৈখোঙগী পয়ার, হায়বদি, শামুখোঙ ছন্দগী লৈরেংনি। চুম্নগী পয়ারদা তৌবগুম্না অহানবা খোনকাপ ৮দা ময়াম্নওইবা খোল্লেপ অতুগা অরোইবা খোনকাপ ৬তা মপুংফাবা খোল্লেপ তাগনি। অতুগা লোল্লেপকা খোল্লেপকা মক্ষম অমতদা তাদে। অর্থ অমদি ভাব মপুংফাবগী মতুংইন্না শৈখোঙমশীং অমসুং খোনকাপমশীং অকক্নদনা লোল্লেপ ( ছেদ ) তাগনা, খোল্লেপকী মতুংইন্না লোল্লেপ তাগনি হায়বগী নিয়ম লৈতে। চুম্নগী পয়ারদদি মপুংফাবা খোল্লেপ তাবা অতুদা মপুংফাবা লোল্লেপ তাগদবনি, হায়বদি, শৈখোঙ খুদিঙমক্তা মপুংফাবা ভাব মল্লগা অং অমমম ফোংদোক্কদবনি। অতুগা খেন্নবা অমনা চুম্নগী পয়ারদা শৈখোঙ অনা অনাদা মান্নখে লৈবত্থু অমিত্রাক্ষর ছন্দদদি লৈতে। মান্নখে লৈতে হায়বগাদমক মাইকেলগী অনৌবা ছন্দ অসিবু 'অমিত্রাক্ষর ছন্দ' হায়না খঙনখ্রবনি। অদুবু অমিত্রাক্ষর ছন্দ হায়না খঙনরিবা মাইকেলগী অনৌবা ছন্দ অসিগী মওঙ পুন্নমক য়েংলবদি অমিত্রাক্ষর ( খৈমান্নদবা ) হাযবা মিংথোল অসিনা মসিগী চপচাবা মিংথোল ওইক্ষম থেংকে। অদুনি মান্নবে লৈতবা অসিতনা অমিত্রাক্ষর ছন্দগী মরুওইবা রা নত্তে। ছন্দ অসিগী মরুওইবা রাদি মনীংতম্বা ভাব পুথুনা ঈথক-ইপোম নাইনা চেল্লিব। মসিগী ছন্দঈচেল অসিনি। মধুসূদনগী মমাঙদা লৈরম্বা ভারতকী কবিশিংনা ছন্দগী মপানগী খুঙ্গীবু শাম্না মরুওইনা লৌরম্মী। অদুনা ভাবকী মনীংতম্বা ঈচেল পুবা য়াদবা অরিবা ছন্দ পয়ার, ত্রিপদী অমসুং চৌপদীদা মখোয়গী কাব্যশৈরোল শন্নম্মী। মনীংতন্না চেন্থনীংবা ভাবপু অম্মম তৌনা অকক্নবা খোনকাপকী লমথৈম্নুংদা থিংথুনা থম্নম্মী। মধুসূদন্না মতাক্কী অমিত্রাক্ষর ছন্দদা খোনকাপকী অকক্নবা লমথৈ লাম্থোক্তুনা ভাবকী মনীংতম্বা ঈচেল পুথোকপা হৌখি। খুদম অমতং য়েংলগা মতৌ করম্না অমিত্রাক্ষর ছন্দদা মনীংতম্বা ভাবকী ঈচেল চেন্থহনবগে হায়বত্থু খঙবা ঙমগনি—

মাইৈ-বাংমদা চত্তুনা / কৌজক্লববদি //
অমুক্কং পুক্কীং নঙনা / লাকচগনি পুক্কীং //
পুম্বা, ★ নমথেক্কুনা লোইনা / অর্থগী শবলাং, ★ //
ভেংবানপুম্বগী তপুনবা / পুক্কীংনা লৈরিবা //
বিশ্বলাক অড সোনা, ★ / ছন্দগী ঈচৌনা //
লমচৌংলিবা ★ খঙীখিংগী / খিল্লনা তাক্লিবা //
লমনচড়দা। ★ ★

চুম্নগী পয়ারদ শৈখোঙ অমমমদা মপূংফাবা ভাব অমমম ফোংদোকপা অড়গী মহূত্তা মসিদনা খোনবাপ ১৪গী লমথৈ লাম্থোক্কুনা শৈখোঙ কযামরুম লাম্না মথং মথং ভাবকী ঈচেল কয়া চেম্থরকপা উরি। অম্মুম্না মনী তগ্না ঈচেল অমা লৈহননা য়াবিবসি লোল্লেপকা খোল্লেপক মরী লৈনদনা, হায়বদি, শৈখোঙগী মশীং শককুদনা অমম্সুং খোনকাপশীং অবরুদন শৈখোঙগী মরক্ত ওইরবসু অরোইবদ ওইরবসু ভাবকী মতুংইন্না লোল্লেপ তাবদগী নি। মরম অসিনা মাইকেলগী অমিত্রাক্ষর ছন্দবু অখিল প্রবহমান লঘু পয়ার হায়নসু খঙনৈ। ছন্দ অসিগী মরুওইবা রাফম অমন'—চুম্নগী পয়ারদা মান্নথৈনা ফজহনবা শরূক অড়গী মহূত্তা ছন্দ অসিদন তপ্নবা মযেক শীঞ্জিন্নড়না তপ্নবা মযেক্কী ফজব খোন্নিল মযাম হাপচিল্লগা মান্নথৈ লৈতবগী অরাংপা অড় মেনশিনবগা লোয়নন খোঞ্জেলগী ফজরবা ঈথক অমসু হোইহল্লি। খোঞ্জেলগী ঈথক অসিনা ভাবকী ঈচেলবু হেন্না মথায় কলহল্লি অমসুং ফজহল্লি।

মধুসূদনগী অমিত্রাক্ষরগা মওঙ থক্সিক্ক খেন্নবা ঈচেলনাইবা ছন্দ মখল অমসু মৈতৈ ছন্দদা উবা ফংই। মওঙ অতৈ পুন্নমক্তি অমিত্রাক্ষরগা মান্নে অড়গা অমিত্রাক্ষরদা তৌবগুম্না শৈখোঙগী মম্নুংদা তাগন্নীংবা মফম অমদা মপূংফাবা খোল্লেপ তাহন্দে, ময়ায়ওইবা গোল্লেপ তাবা মফম অড়দা তাহল্লি। মসি বাংলা ছন্দদসু নবীনচন্দ্র সেননা শীঞ্জিন্নবা উই।

খুদম—

ঙকই নঙসে হে মীওইবা ! ** / হৌরি হুরিংচুম্না //
পুক্নীংদা করম্বা ঈথক ? ** / লেনবা মৈতে লোইবা নাইদে //
নঙগী থোরাং নঙগী খোংচৎ। ** /

পয়ারগী শৈখোঙ অনী অনীদা মাঙৈথে লৈবগী নিয়ম অচু থম্নগা মাইকেলগা অমিত্রাক্ষরগী মওঙ্ অতে পুম্নমক লোত্না রবীন্দ্রনাথনা ঈচেলনাইবা ছন্দ মথল অমগা শীজিন্নরম্মী। মসিসু মৈতে ছন্দদা চঙলক্লে। মসিবু মৈতে ছন্দদা থৈমান্নবা ঈচেলনাইবা অতেনবা শামুখোঙ ছন্দ হায়না খঙই। বাংলা ছন্দদনা সমিল প্রবহমান লঘু পয়ার হায়না খঙই। অমূল্যধন মুখোপাধ্যায়গী মতুংইন্না মসিবু মিত্রাক্ষর অমিত্রাক্ষরসু হায়নৈ। খুদম—

ঈথৈনা যোম্লবা শাথেক, পুবক্না নঙবা /
লাকখিবদো অচুইদা 'কিয়োন অশাংবা' /.
লৈতেংলবা, * তনৌরবা / নঙগী ককচাংদা //
কবিতাগী ঈথক তৌনা, * [illegible]
ঐগী নোংশিং লৈকোম্না. * / তাংরি অচুইগী //
লৈহৌ চেনবা হুংখি-বাকৈ / পুম্নবা চীনবানগী। ** //

রবীন্দ্রশৈরেংদা খোনকাপ ৮ + ১০ = ১৮গী ছন্দলৈরেংবু থৈমান্নবা অমসুং থৈমান্নদবা মওং অনীমক্তা ঈচেলনাইবা ছন্দ ওইনা শীজিন্নখ্রনা বাংলা ছন্দদা সমিল প্রবহমান দীর্ঘ পয়ার অমসুং অমিল প্রবহমান দীর্ঘ পয়ার হায়না খংনবা ছন্দ মথল অনী অমসু নৌনা পুশিল্লকখি। মৈতে সাহিত্যদা রবীন্দ্রকাব্যগী প্রভাব লাকপগা লোয়নননা ছন্দ মথল অনী অসিসু মৈতে ছন্দদা চঙবা হৌখি। অসুম্না চঙলক্লুনা হৌজিক মৈতে ছন্দদা থৈমান্নবা ঈচেলনাইবা অশাংবা শামুখোঙ ছন্দ হায়না খঙনরিবসি রবীন্দ্রগী সমিল প্রবহমান দীর্ঘ

তানখোঙ অমদি তানখোঙমরুশিং অহু তোঙান তোঙানবা পরেংগী মওঙদা শেম্মী অহুগা পরেংগী অরোইবদা মাম্নখৈ লৈরবস্ত্র পরেংগী খোনকাপমশীং মাম্নদে অমসুং তানখোঙ অমদি তানখোঙমরুগী খোন-কাপমশীংদস্মু মাম্নবগী মওঙ অমতা লৈতে। অহুগা খৈমাম্নদবা শাখেক্তনা মাম্নখৈ উৎনবা পরেং খায়দোকপগী মহূত্তা ভাবকী ঈচেল মতুংইম্না ঈচেলগী লমথেক উৎপা যানবা পরেং খায়দোকই। অহুনা খৈমাম্নবা খৈমাম্নদবা অনীমক্তা পরেংগী অতেন অশাং চাং মাম্নদে অমসুং পরেংগা শৈখোঙগা মাম্ননা লৈতে অহুগা পরেং থুদিঙগী মপূংফাবা খোল্লেপ তাগনি হায়বগী নিয়ম লৈতে। শৈখোঙগী অরেপ্পা চাং অমসুং শৈতূপকী অরেপ্পা মওঙ অমসু নাইদে। শম্না হায়রবদা, মসি শৈরেংগী অকক্নবা ফিরেপ অমতা ইন্দবা, নিয়মগী চূপ্পীদগা নাম্থোক্তুনা মনীংতম্না চৎপা অমসুং ভাবকী ঈথকইপোম ইন্দুনা তাউথবা অহুগুম্বা ছন্দনি। অহুনা অনৌবা মথলগী ঈচেল-নাইবা ছন্দ অসিবু **মনীংতম্বা ছন্দ** হায়না খঙনৈ। মসি ইংরেজী free verse-কী মওঙনি। তৌইঙম্বসুং ইংরেজী free verse-তদি মাম্নখৈ উৎনবগীদমক পরেং খায়বগী নিয়ম লৈতে অহুগা মৈতৈগী মনীংতম্বা ছন্দদদি খৈমাম্নবা খৈমাম্নদবা শাথেক অনীমক্কী নিয়ম লৈ। অহুনা মৈতৈগা মনীংতম্বা ছন্দগী মওঙ পূম্নমক্কা ইংরেজী free verse-কা চপমান্নে হায়না লৌব য়াদে। বাংলা ছন্দদা অসিগুম্ব' মথলগী ছন্দবু মুক্তক ছন্দ নত্রগা মুক্তবন্ধ ছন্দ হায়না খঙনৈ।

মনীংতম্বা ছন্দগী ওরুওইবা য়াদি মথেক নাইহনবনি, খেম্নবগী ঈথক হৌহনবনি মমাঙঙৈগী কবিশিংনা অমংওইবগী মওঙদদা য়েংশিল্লম্মী, অহুনা ছন্দনা মথলমথেল নাইনা ভাবকী মনীংতম্বা ঈচেল চেম্হনবা ঙম্নমদে কাক্তগী মওঙদ চাংচৎ অমদ চৎপা অমতওইবগী খোঙথাং থুগাযত্তনা শাথেক মথলমথেল পুবা অমসুং খেম্নবগী ঈথক-ইপোম হৌহনবা ছন্দগী মওঙ অমা চঙলক্লবসি মতমগী য়াওল মতুংইম্না মীওইবগী রাখল কূপশিল্লকপা, পুম্নিগী সমস্যা ফাংলকপা

অমদি লুশিল্লকপা অহুগা লোয়ননা মখলমথেল পাম্লকপদগীনি। ছন্দজগত্তা মখলমথেল পাম্বগী ঈহৌ অসি নোংচুপলোমদা হান্না লাকখি। ঈহৌ অসিদগীনি ইংরেজী free verse লাকখ্রিবা। মৈতৈ ছন্দদা ঈহৌ অসি য়োরকপা থোইনা কুইখ্রি, অনীশুবা পৃথিবীগী লাঙাও মতুংদা চঙলকপনি। ছন্দজগৎকী অনোবা ঈহৌ অসি করম করম্বা মওঙদা অমদি মচাক্তা তোংহুনা চঙলক্লিবনো অমুক্তং নৈনখি।

শৈরেংগী মচন্দি তানখোঙমরুনি। হান্না চৎনরক্লিবা ছন্দশিংসিদা তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙগী খোনকাপমশীংদা নভ্রগা শৈখোঙগী খোনকাপ অমদি মশেমদা নভ্রগা শৈতূপ মশেমদা অমতওইবা মপুং অমা লৈ। তোইগুম্বসুং হায়রিব, ফিরেপ পূম্নমক অসিদা অমতওইবগী মওঙ লৈত্রবসু ফিরেপ অমদবু লৈরবদি অমতওইবগী মওঙ অসিনা মখলমথেল নাইবা মওঙগা তিন্নহল্লগা শৈরেংগী ইঙ্গিৎচেনবা-মগুণ (ব্যঞ্জনাশক্তি) * হেন্গৎহনবা য়াই। অহুনা অনৌব যুগকী কবিশিংনা ফিরেপ অমদ নভ্রগা খরদা অমতওইবগী মওঙ থম্রগা ফিরেপ অতৈদনা মখলমথেল নইবগী মওঙ হ র্প ন্দুন শৈরেংছন্দদা অনৌব মখলগা শাথেক কযা পুশিল্লক্লি। অসিগী মথক্তা ময়ায়ওইবা খোল্লেপ অমসুং মপুংফাবা খোল্লেপকা মতেকওইবা লোল্লেপ অমসুং মপুংফাবা লোল্লেপকা তিন্নহনবা তিন্নহন্দবগী মতুংইন্নসু মখলমখা অয়াম্বা মখল-মথেল উৎপা য়াই। রাফম অসি মুন্না খঙবা তারবদি ছন্দদা লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ অনীগী খেন্নবা হান্না খঙগদবনি। খেন্নবা অসি খঙদ্রবদি মখলমথেল্লা মপুং ওইবা ছন্দগী মওঙ খঙবা ঙম্লোই, মখলমখা অয়াম্বা ঈচেলনাইবা ছন্দগী মরুওইবা অথুপ্পহু খঙদনা অহুম লৈগনি।

ঐখোয়না হান্না খঙখ্রে, লোল্লেপ হায়রগা খোন্নিলগী পোথাফস্থু খঙনৈ; অর্থচেনবা রাহৈ-কাঙলুপকী (phrase-গী) অরোইবদা মতেকওইবা লোল্লেপ অমসুং রাহৈপরেং নভ্রগা রাহৈপরেং-মতেকী

* ব্যঞ্জনাশক্তি—দ্যোতনাশক্তি>suggestiveness

অরোইবদা মপুংফাবা লোল্লেপ তাগনি। রারেংগী মওঙ পুন্নমক্তা মতেকওইবা লোল্লেপ অমসুং মপুংফাবা লোল্লেপ শেংনা উবা ফংই। খোল্লেপতি (metrical pause দি) অর্থ মপুংফাবা ঙাইদে, লৈয়েং থৎপগী অকক্পবা খোনকাপমশীং মতুংইন্না তাই। অদুনা খোল্লেপ তাফম মতুংইন্না ছন্দগী ফিরেপ থঙবা ঙম্মী। শৈরেংছন্দদা অকক্পবা খোনকাপ-মশীংগী মতুংইন্না খোল্লেপ তারবসু খোল্লেপকা লোল্লেপকা মফম অমতদা তাবা য়াম্না য়াওই, মতুদদি খোল্লিলগী লেপফমগা খোল্লেপকা মশা অমতা ওইখি। তৌইগুম্বসুং মতম পুন্নমক্তা মতু থোক্তে। অসুম্না পুম্না তাদবা মতাং অদুদদি খোঞ্জেল শোন্থরকপা, লুম্বা হন্থরকপা নত্রগা সুর-লৗচিং অমা লোইশিল্লবপা মতুংইন্না খোল্লেপ তাফম লেপ্পী। খোল্লেপ তাবা মতমদুদা লৈয়েংনা অমুক হায়দোকপা লোই অমসুং অমুক্তা হায়নবগী-দমক পাঙ্গল তানশিল্লি শৈরেংছন্দদা খোল্লেপকী লৈফম্না ছন্দ-লৈরেংগী ফিরেপ তাকই, লোল্লেপকী লৈফম্না মতুম্বী মরী থঙহল্লি। অদুনা লোল্লেপকা খোল্লপকা অনীসি তোঙান তোঙানবা হীরম পাঙথোক্লবগীদবক কবিতাদা শীঙ্গিন্নে। ছন্দগী ইঙ্গিৎচেনবা-মগুণ (suggestiveness) চেঙ্গৎহনবা তারবদি অমতওইবগা মথেল-নাইবগা পুলহনগদবনি। ঈচেলনাইবা ছন্দদা খোল্লেপনা অমতওইবগী অমসুং লোল্লেপন মথেলনাইবগী মওঙ থঙহল্লি।

মথক্তা হায়খ্রে, মনীংতম্ব ছন্দদি শরেংগী করিগুম্বা ফিরেপ অমতনা পুন্দে। অদু ওইরবসু মথেলনাইবনা মপুং ওইরগা অমত-ওইবগী য়ুম্ফম অমদ লৈতবদি য়াদে. শেরেংগী মচন ওইরিবা তান-খোঙমরুশিং অদু খোনকাপমশীং মান্নন্দ্রবসু অমতওইবগী লৗচিং অমদা তোঙান তোঙানবা শাৎেক পুদুনা চৎমিন্নবা য়াবগী মওঙদা লৈগদবনি। মনীংতম্ব ছন্দগী অথুপ্পদি শৈরেংগী মচন ওইরিবা তোঙান তোঙানবা মওঙগী তানখোঙমরুশিংবু লেংলিবা অমতওইবগী লংলা অদুদা লৈ। লংলা অসি ভাব অমসুং সুর অনী তিন্নদুনা শেম্বনি। কবি প্রতিভাগী মরুওইবা চাংয়েংসু লংলা অসিদা থুপ্তুনা লৈ। অদুগা মসিদা

তানখোঙগী অরেপ্পা মওঙ অমসু নাইদে, শৈখোঙ অমদা তানখোঙ অসুক লৈগনি হায়বগী নিয়ম কক্তে। পরেং অমদা তানখোঙ অমত্তা লৈবসু য়াওই, হায়বদি, পরেংগা তানখোঙগা মান্নবসু য়াওই। পরেং অমদা তানখোঙ অমা মপুংফাদবসু য়াওই, তানখোঙ অমদগী হেন্না লৈবসু য়াওই।

**মৈতৈ ছন্দবা হৌজিক শীজিন্নরিবা মনীংতম্বা ছন্দসি মথল অহুম্নি—খৈমান্নব', খৈমান্নদবা অমসুং য়ান্নবা।**

(১) খৈমান্নবা মনীংতম্বা ছন্দদা মপুংফাদবা মান্নখৈনা নম্না শীজিন্নবা উই। খুদম—

| | খোনকাপমশীং |
|---|---|
| ঊকায়থীবনা ⁝ ঙংশি মশক ⁝ থঙত্রবী ওইহল্লবী, ★ / | =৫+৪+৭=১৬ |
| নীংঙমদবনা ⁝ লোংনা থুপ্পা ⁝ তেংথাজয়বী, ★ / | =৫+৪+৫=১৪ |
| অঙুতাপনা ⁝ মৈখা লাংলক্লবী মুঙ্গাবা // | =০+৪+৯=১৩ |
| অদেংবা খাংলগী থাহোংদা / | =০+০+৯=৯ |
| প্রেমগী মন্দিরদ ⁝ তপ্না তপ্না কাখংলগা | =০+৬+৮=১৪ |
| য়াম্না ঊকায় ⁝ চঙ্গোহনা শোঙ্গবগুম / | =০+৪+৭=১১ |
| "চান্নখোইরবা ⁝ হৌগংলে" হায়না ⁝ খোঙ থীনবগুম // | =৫+৫+৪=১৪ |
| শাজাহানগী ⁝ অরোইবা মীৎয়েংদা / | =০+৪+৬=১০ |
| তাজমহল নঙবু কোল্লগা ⁝ মীৎকী পিগা লোয়ননা / | =০+৮+৭=১৫ |
| "মমতাজ" হায়না ⁝ অমুক্তং শোল্লম্বা / | =০+৫+৬=১১ |
| মুংশামগী অমা ⁝ লৈহৌরে নঙগী থম্মোইদা // | =০+৬+৮=১৪ |

(তাজমহল—যজনীকান্ত)

মথক্কী শৈরেংমতেক অসিদা শৈরেংছন্দগী করিগুম্বা কিরেপ অমত্তা ইন্দে তৌইগুম্বসুং তোঙান তোঙানব মওঙগী তানখোঙমরুনা মসিগী মঙন ওইরি। মসিদা য়াওরিবা তানখোঙমরুশিং অসি খোনকাপমশীং খেন্নবা মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা মওঙ কয়াদা লেরি। অদুগা মসি

তোঙান তোঙানবা মওঙগী শৈখোঙ অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই। অহানবা শৈখোংদা পরেং ৩ ( খোনকাপ ১৬+১৪+১৩=৪৩ ), অনীশুবা শৈখোঙদা পরেং ৪ ( খোনকাপ ৯+১৪+১১+১৪=৪৮), অহুমশুবা শৈখোঙদা পরেং ৪ ( খোনকাপ ১০+১৫+১১+১৪ =৫০ ) অসুম্না শৈখোঙশিং অসি খোনকাপমশীং মান্নবা লৈতে অহুগা শৈখোঙ খুদিঙমক পরেং কয়ামরুম থোক্লা খাযদোক্লি অমস্নং পরেং খুদিঙমক তানখোঙ অমমম ওইনা লৈরি। পবেংশিং অসি অতেন-অশাং চাং মান্নদে। অহুগ' মসিদ' শৈতূপ নাইনা শেন্বগী মওঙসু লৈতে। খোল্লেপ তাবা মফম অয়াম্বদা লোল্লেপ তাদব মরম্না ঈচেলনাইবা ছন্দগী মওঙ অমদি অহুম লৈ। অংগা লোল্লেপ তাব মফম মফমদা মান্নখে লৈ, অহুনা মান্নখৈনা ছন্দগী শাথেক শেংনা উৎলি। অহানবা অনীশুবা অমস্নং তরুকশুবা তরেৎশুবা পরেংদা মপুংফাবা মান্নখৈ লৈ, অসি নত্তবা পরেং অতৈদদি মপুংফাদবা মান্নখৈ লৈ। অহুগা মান্নখৈ লৈবদা পরেংমশীং অকরুদে পবেং অনীদা লৈবস্নু য়াওার, অহুম অমস্নং মবিদা লৈবস্নু যাওরি। অসুম তৌনা মৈতৈ কবিতাগী খৈমান্নবা মনীংতম্বা ছন্দগী মওঙ পূন্নমক মসিদা উবা ফংলি।

রজনীকান্তগী 'তাজমহল' কবিতাগী মশাপূম্বা খৈমান্নবা মনীংতম্বা ছন্দদা ইবনি হায়বদি য়াদে। মরমদি খৈমান্নবা পরেংশিংগী মরক মরক্তা খৈমান্নদবা পরেং য়াওরি। অহুনা কবিতা পুম্বগী রাফম ওইরবদি য়ান্নবা মনীংতম্বা ছন্দগী কবিতানি হায়না লৌবা তাই; ঈচেলনাইবা ছন্দগী কবিতা ওইনা য়েংলকপদস্নু মসিগী মপুংফাদবা শরুক খরা লৈ—মহুদি কবিতা অসিগী মশাদা লোল্লেপ অমস্নং খোল্লেপ তিমবগী শরুক্তা তিন্নদবগী শরুক্তগী হেন্নি, অহুনা ভাবকী ঈচেল মনীংতম্বা খরা রাৎলি।

রবীন্দ্রনাথকী 'বলাকা'র ছন্দ হায়না খঙনবা মহাক্কী বলাকা কাব্যগী কবিতা খরদা শীজিন্নবা ছন্দ মখল অহুগা মৈতৈগী খৈমান্নবা মনীংতম্বা ছন্দ অসিগা য়াম্না মান্নে, অহু ওইরবস্নু চপমান্নে হায়না

লৌবদি য়াদে। মহাক্কী 'পলাতকা'-গী ছন্দ অমসুং 'সাগরিকা'-গী ছন্দগা য়েংনরবসু অহুমশুায়, অহানবদা মান্ননা উরবসু মপুংদা খেন্নবা অমা অহুম লৈরম্মী। খুদম ওইনা বলাকা কাব্যগী তরাতরেৎশুবা কবিতাগী অহানবা শৈরুপ অসি অমুক্তং য়েংসি—

হে ভুবন
আমি যতক্ষণ
তোমারে না বেসেছিনু ভালো
ততক্ষণ তব আলো
খুঁজে খুঁজে পায় নাই তার সব ধন।
ততক্ষণ
নিখিল গগন
হাতে নিয়ে দীপ তার শূন্যে শূন্যে ছিল পথ চেয়ে।

মসিদা পরেংগা শৈখোঙগা মান্ননা লৈতে, পরেংগী অতেন-অশাং অমসু নাইদে, পরেং খুদিঙদা ছন্দলৈরেংগী ফিরেপ মপুংফানা লৈতে। অরোইবা পরেং নত্তবা পরেং খুদিঙগী অরোইবদা মান্নখৈ লৈ অমসুং মান্নখৈ লৈফম খেন্নবা মতুংইন্না পরেংশিং অসিগী অতেন-অশাংসু খেন্নরি। অহুগা পরেং খুদিঙগী অরোইবদা লোল্লেপ অমা নত্রগা অমা তারি, অহুনা পরেং খুদিঙগী অরোইবদা খোন্নিলগী পোৎথাফম ওইরি। লোল্লেপকা মান্নখৈগা মফম অমতদা লৈবনা মান্নখৈগী ইথিল কন্না চঙলি অমসুং ছন্দগী শাথেক্তা মচা খায়না উৎল্লি। অসুম্না মান্নবা শব্দক কয়া লৈরবসু খোল্লেপ তাফমদা চাউনা খেন্নরি। মথক্কী 'তাজমহল' কবিতাগী শব্দক অসিদা শৈখোঙগী অকরুবা খোনকাপ-মশীং লৈতে। অহুগা বলাকাগী ছন্দ অসিদদি শৈখোঙ খুদিঙগী খোনকাপ ৪ লৈ, অহুনা মায়কৈ অতৈ অতৈদা নিয়মগী চুপ্পী পুন্নরবসু খোনকাপ ১৪ খুদিঙদা খোল্লেপ তাবগা ফিরেপ অমদি

ইল্লি। মথক্কী বলাকাগী পরেংশিং অসি মখাগী মওঙ অসিদা শম্নগা হাকম অসি খঙবা ঙমগনি।

হে ভুবন * আমি যতক্ষণ * তোমারে না
বেসেছিনু ভালো ** ততক্ষণ * তব আলো *
খুঁজে খুঁজে পায় নাই * তার সব ধন। **
ততক্ষণ * নিখিল গগন * হাতে নিয়ে
দীপ তার * শূন্যে শূন্যে ছিল পথ চেয়ে। **

কবি Wordsworth কী Ode on the Intimations of Immortality-দসু পরেংগা শৈখোঙগা মান্নদবা, পরেংগা অতেন-অশাং চাং নাইদবা অমসুং শৈতুপ নাইদবা অসিনচিংবা মওঙশিং অসি লৈ। অদুনা চাউরাকপা ম'ংখয়েংদা মসিদা শীজিন্নরিবা ছন্দ অসি খৈমান্নবা মনীংতম্বা ছন্দ ওইনা উই।

| | Number of feet |
|---|---|
| There was \| a time \| when mead \| ow, grove, \| and stream, | =5 |
| The earth \| and eve \| ry comm \| on sight | =4 |
| To me \| did seem | =2 |
| Appa \| relled in \| celes \| tial light, | =4 |
| The glo \| ry and \| the fresh \| ness of \| a dream | =5 |

মসিদা পরেং খুদিঙগী তানখোঙমরু (foot) মশীং মান্নদবনচিংবা মনীংতম্বগী মওঙ য়াম্না লৈরবসু তানখোঙমরু মথক অমবু হন্না হন্না শীজিন্নরি। মসিদা iambic নত্তবা অতোপ্পা মথক্কগী foot অমতা শীজিন্নদে। অদুনা মসিগী অচেৎপা ফিরেপ অমা লৈ। মরম অসিনা Immortality Ode-কী ছন্দবু মনীংতম্বা ছন্দনি হায়না লৌবা য়াদে।

রবীন্দ্রনাথকী পলাতকা অমসুং সাগরিকাগী ছন্দগী ফিরেপসু Immortality Ode-কী ফিরেপ অসিগা চপমান্নে।

পলাতকাগী খুদম—

তানখোঙমরুমশীং

| | |
|---|---|
| মা কেঁদে কয় \| "মঞ্জুলী মোর \| ঐ তো কচি \| মেয়ে, | =৪ |
| ওরি সঙ্গে \| বিয়ে দেবে ? \| বয়সে ওর \| চেয়ে | =৪ |
| পাঁচ গুণো সে \| বড়ো ;— | =২ |
| তাকে দেখে \| বাছা আমার \| ভয়েই জড় \| সড়। | =৪ |
| এমন বিয়ে \| ঘটতে দেবো \| না কো।" | =৩ |
| বাপ বল্লে, \| "কান্না তোমার \| রাখো ; | =৩ |
| পঞ্চাননকে \| পাওয়া গেছে \| অনেক দিনের \| খোঁজে, | =৪ |
| জানো না কি \| মস্ত কুলীন \| ও-যে ! | =৩ |
| সমাজে তো \| উঠ্‌তে হবে \| সেটা কি কেউ ভাবো ? | =৪ |
| ওকে ছাড়্‌লে \| পাত্র কোথায় \| পাবো ? | =৩ |

সাগরিকাগী খুদম—

তানখোঙমরুমশীং

| | |
|---|---|
| সাগর জলে \| সিনান করি' \| সজল এলো \| চুলে | =৪ |
| বসিয়াছিলে \| উপল-উপ \| কূলে। | =৩ |
| শিথিল পীত \| বাস | =২ |
| মাটির পরে \| কুটিল-রেখা \| লুটিল চারি \| পাশ। | =৪ |
| নিরাবরণ \| বক্ষে তব, \| নিরাভরণ \| দেহে | =৪ |
| চিকন সোনা- \| লিখন উষা \| আঁকিয়া দিলো \| স্নেহে | =৪ |

খুদম অনীমক অসিদ শৈখোঙ খুদিঙগী তানখোঙমরুমশীং মান্নদনা লৈতে, অতুনা মনীংতম্বা ছন্দগী মওঙ হাইফেত্তি চঙই হায়বা য়াই।

অহু ওইরবসু শৈরেংছন্দগী ফিরেপ কয়ামরুম্মা মপুংওইনা লৈ। পলা-তকাগী পরেংশিং অসিদা খোনকাপ মরিগী তানখোঙমরুবু শৈরেংগী মচন ওইনা শীজিন্নরি, সাগরিকাগী পরেংশিংসিদনা খোনকাপ মঙাগী তানখোঙমরু শীজিন্নরি। খুদম অনীমক অসিদা চাংওইনা পরেং অনী অনীদা মান্নখে লৈ, শৈখোঙগা পরেংগা মান্নে, হায়বদি, পরেং খুদিঙগী মপুংফাবা খোল্লেপ তাই। চুম্নগী ছন্দ অয়াম্বদ' শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরু মপুংফাদনা লৈবা অহসু খুদম অনীমক অসিদা উবা ফংলি। অহুনা পলাতকা অমসুং সাগরিকাদা শীজিন্নরিবা ছন্দ অসি মনীংতম্বা ছন্দনি হায়না লৌবা য়াদে।

বলাকাগী খুদম অমগা য়েংসি—

খোনকাপমশীং তানখোঙমরুমশীং

যদি তুমি মুহূর্ত্তের তরে | ক্লান্তিভরে
দাঁড়াও থমকি', =১০+১০ —২
তখনি চমকি' | উচ্ছ্রিয়া | উঠিবে বিশ্ব |
পুঞ্জ পুঞ্জ বস্তুর পর্ব্বতে ; =৬+৮+১০ —৩
পঙ্গু মূক | কবন্ধ বধির আধা | স্থূল তনু
ভয়ঙ্করা বাধা =৪+৮+১০ —৩
সবারে ঠেকায়ে দিয়ে | দাঁড়াইবে পথে ; =৮+৬ —২

অণুতম পরমাণু | আপনার ভারে |
সঞ্চয়ের অচল বিকারে =৮+৬+১০ —৩
বিদ্ধ হবে | আকাশের মর্ম্মমূলে |
কলুষের বেদনার শূলে। =৪+৮+১০ —৩

ওগো নটী, চঞ্চল অপ্সরী | অলক্ষ্য
সুন্দরী, =১০+৬ —২
তব নৃত্য-মন্দাকিনী | নিত্য ঝরি' ঝরি' =৮+৬ —২

খোনকাপমশীং তানখোঙমক্কমশীং

তুলিতেছে শুচি করি' । মৃত্যুস্নানে বিশ্বের
জীবন । =৮+১০ —২

নিঃশেষ নির্ম্মল নীলে | বিকাশিছে
নিখিল গগন | =৮+১০ —২

মসিগী শৈখোঙশিংদা লৈরিবা খোনকাপমশীং য়েংলগা ফিরেপ অমগী মতুংইন্না শৈতূপ শেম্বগী ইঙ্গং ফংলি। অতুনা মসিবু মনীংতম্বা ছন্দগী কবিতানি হায়বা য়াদে। Christabel-নচিংবা কবিতাদ foot অমদি line-গী অতেন-অশাং চাং কক্তে, তৌইগুম্বসুং মখোয় অতুবু মনীংতম্বা ছন্দগী কবিতানি হায়না লৌন.দ, মরমদি মতুদসু ফিরেপকী চুপ্পা য়াওরি।

মথক্তা নৈনপ্রিবা খুদমশিং অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্লে—অপোবা মীৎয়েংদা বলাকা, পলাতকা অমসুং সাগরিকাগী ছন্দবু খৈমান্নবা মনীংতম্বা ছন্দগা মান্নে হায়না লৌনরিবতু কূপশিন্না য়েংলবদি অচুম্বনি হায়না লৌবা য়াদে।

খৈমান্নবা মনীংতম্বা ছন্দগা হাইক্নেৎ নকশিন্নবা ছন্দ মওঙ খরা মৈতৈ কবিগী কবিতাদসু উবা ফংই। খুদম—

খোনকাপমশীং

শেল কয়া খোমলুরে =০+৬=৬
ঐগী পুকৈদা ⋮ পৈতুনা থয়ে =৫+৫=১০
হীরা মণিমুক্তাগী ⋮ মাং তরে =৭+৪=১১
ইথন্তগী পাঙ্গলনা ⋮ পৈতুনা থয়ে। =৭+৫=১২
তুম্নীংবনা খুতুম চন্দুনা =০+৯=৯
তুমিৎ তাবদা তায়রিঙৈনা =০+৯=৯
য়াতারে তুমখুন তালে। =০+৭=৭
হৌগৎলকপদা ⋮ বন্দা ওইরয়ে =৫+৫=১০

| | খোনকাপমশীং |
|---|---|
| ঐদি বন্দী ওইরম্লে | =০+৭=৭ |
| ইবুঙো নঙগী ⁝ বন্দী ওইরম্লে | =৫+৫=১০ |
| ঐহাক্কী ইয়ুমসিমক্তদা। | =০+৯=৯ |

( ঐহাক বন্দীনি—বেদজিৎ )

মসিদা পরেংগী অমসুং তানখোঙমরুগী অতেন-অশাং চাং মাম্নব্রবসু শৈখোঙগা পরেংগা মান্নবা লৈ অমসুং শৈে'ঙ অমদা তানখোঙ অমদগী হেন্না লৈতে। অত্তগা তানখোঙমরু অমনা তানখোঙ অমসুং শৈখোঙ শাবসু য়াওরি। লোন্নেপকা খোন্নেপকসু তিন্নবা তাই, অত্তুন' মসিদা শীজিন্নরিবসি ঈচেল্নাইবা ছন্দ নত্তে। ছন্দগী ফিরেপ অমা নাইদবনা মনীংতম্বগী মওঙ হাইফেৎ চঙলবসু মসিবু মনীংতম্বা ছন্দ ওইনা লৌবদি য়াদে।

অতোপ্পা খুদম অমনা—

| | খোনকাপমশীং |
|---|---|
| শকথঙলবা অমনা থুক্লেঙসি ⁝ চেৎনা পায়খিবনা | =১০+৬=১৬ |
| ঙমদ্রে ঐদি চৎচবা ⁝ ইনীং তৌ-না | =৭ +৫=১২ |
| মানা ঐবু ⁝ লেপ্পনা চিংলি | =৪ +৯= ৯ |
| নাম্বোকপা ঙমদ্রবনা ⁝ ঐসু অত্তুমক ইল্লি | =৭ +৭=১৪ |
| হন্নফাওবা য়েংবিদে ⁝ কনখ্রবা থম্মোইনি | =৭ +৬=১৩ |
| পোথাদনা চিংবত্তনা ⁝ মাগী মথৌনি। | =৮ +৫=১৩ |
| | |
| মরূপকী নুংশিবা থাঙাঙনা ⁝ থৌনা হাপকৎপি | =৯ +৫=১৪ |
| পাঙথোকদবা ⁝ থবক কয়াসু / কোকথক্তা থোজৎপি | =১০+৬=১৬ |
| অথৌবশিংগী ⁝ থৌদাং কয়াসু / ঐহাক্তা কন্নকউই | =১০+৬=১৬ |
| মথোয়গী লম্বেলচু ⁝ তুং ইনগেসু থঙরুই | =৬ +৭=১৩ |
| নাপল ভৌরবা পুক্লীংনা ⁝ থন্দববু লৈরমদে | =৮ +৭=১৫ |
| 'চাওরম কারবা থম্মোইনা ⁝ কনাবুসু ফিরুদে। | =৮ +৭=১৫ |

( মহাক্কী শীচিংদা—চিত্রেশ্বর )

মসিদসু অতেন-অশাং মান্নদবা পরেং অমসুং তানখোঙমক্লগিং অসিনা মনীংতম্বগী মওঙ খরা লৈহল্লবসু পরেং মশীং অকক্লবা শৈতুপ শেম্বগী নিয়ম অমা ইল্লি। অদুগা লোল্লেপকা খোল্লেপকা তিন্নরা লৈবনা মনীংতম্বা ভাবকী ঈচেল অমা চেম্বহনবা ঙমদে, অদুনা মসি ঈচেল-নাইবা ছন্দ নত্তে অমসুং মরম অদুনা মনীংতম্বা ছন্দনি হায়না লৌবা য়াদে।

(২) খৈমান্নদবা মনীংতম্বা ছন্দদা ইংরেজী free verse-কী মওঙ পুন্নমক চপচানা লৈবা উই। মনীংতম্বা ছন্দমওঙ অতৈদদি অসুন্না চপচানা লৈবা উদে। ছন্দ অসিদা ইবা মৈতৈ অমসুং ইংরেজী কবিতাগী পরেং খরা চাংদমন্নদুনা য়েংলগা অনৌসিগী মশক খঙবগা লোয়নন্না মান্নবসু উবা ঙমগনি।

অহানবদা য়েংসি নীলকান্তগী 'নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী' কবিতাগী পরেং খরা—

হে পৃথিবী ! ⋮ চহী যুগ যুগ কয়া / চৎলক্লি ইতিহাসকী লামায়দা। //
লামথোক্লুই আটলান্টিক ⋮ মহাসাগর, /
পোখাক্লুই ট্রোয় লমদমগী ⋮ হেলেনগা লোয়নন্না, //
কৌক্রুচৌংগী চৌংদোম্বা ⋮ লেপ্লুনা য়েংলুই ⋮ হৌথ্রবা ইতিহাসতা ⋮ মণিপুরগী—/
কোয়মিন্নক্লুই পাখংবগা ⋮ গুরুগী ফানথোঙ, //
কম্লুই কিয়াম্বা ⋮ নিংথৌগী সভাদা / মাঙমিন্নক্লুই সন্ধ্যাদা ⋮ লাঙ্গোন লুখোইগা //
অগোই থারম্বী ⋮ শীজ লাইরোইবীগা / নাপদা চঙঙনা পাউহংলুই। //

মসিদা শৈরেংছন্দগী করিগুম্বা ফিরেপ অমতা ইন্দে অদুগা মনীংতম্বা ভাবকী ঈচেল অমা শৈখোঙ অমদগী শৈখোঙ অমা লান্দুনা হৌবদগী লোইবফাওবা মথং মথং চেম্বরি, শৈখোঙ নত্রগা পরেংগী অরোইবদসু

মান্নখৈ লৈতে। হায়রিবা মরমশিং অসিনা নীলকান্তগী পরেংশিং অসি খৈমান্নদবা মনীংতম্বা ছন্দগী চপচাবা খুদম্নি হায়বা তাকই।

নীলকান্তগী পরেংশিং অসিগা T. S. Eliot-কী The Journey of the Magi-দগী লৌথোকপা পরেংশিং অসিগা চাংদম্নহনা য়েংসি। T. S. Eliot-কী পরেংশিং অসিনা ইংরেজী free verse-কী মতৌ ফজনা তাক্লি। ( পরেংশিং অসিদা অশম-খুদম [ ´ ]-না accented syllable অমসুং [ – ]-না unaccented syllable খঙহল্লি। )—

All this | was a long | time a-go | I re-mem- | ber,

And I | would do | it a-gain, | but set | down

This set down |

This : | were we led | all that way | for

Birth | or Death ? | There was | a Birth, |

certainly, |

We had ev- | i-dence | and | no doubt. | I had

seen | birth and | death. |

But had thought | they were diff | -er-ent ; |

This Birth | was

Hard | and bitt | -er ag- | on-y | for us, |
like Death, our death. |
We re-turned | to our plac- | es, these king |
-doms,
But no long | -er at ease | here, | in the old |
dis-pen-sa | -tion,
With an al-ien peo- | ple clutch | -ing their
gods, |
I should | be glad | of an-oth- | er death. |

মসিদা উবা ফংলি—পরেং খুদিঙমকপু শেম্লিবা মচাকসি foot, হায়বদি, ইংরেজী ছন্দগী measure হায়রিবত্থনি। ইংবেজী foot-কী মওঙমতৌ পুম্নমক হায়রিবা measure অসিদা লৈ। ইংরেজী শৈরেংদা শীজিন্নদবা অত্থগা রারেংদা শীজিন্নবা করিগুম্বা measure অমতা ( খুদম ওইনা cretic, ionic, paeon ) মসিদা শীজিন্নদে। ইংরেজী শৈরেংগী accented অমসুং unaccented syllable তাইননা লৈমিন্নবগী নিয়ম অমতা লাক্ষোক্তে। তৌইগুম্বসুং মসিদা করিগুম্বা ফিরেপ অমা ইনবদি তৌদে অত্থগা তানখোঙমক ( foot ) মথল অমতনা মপূং ওইনা লৈতে; ভাবকী ঈচেল মতুংইন্না শৈবেংগী ঈথক হৌরি। অসুম তৌনা মসিদা free verse নত্রগা vers

libre-গী মওঙ পুন্নমক শুনা য়াওরি। নীলকান্তগী পরেংশিং অসিদসু মসিদা য়াওরিবা মওঙ পুন্নমকসি লৈ।

খৈমান্নদবা মনীংতম্বা ছন্দগী মওঙ অমনা নীলকান্তগী 'মণিপুর' কবিতাগী পরেংশিংসিদ উবা ফংই—

রথযাত্রা মুমিৎকী মুংখিলদা
কংশি, মাঙগঙ, পুংগী ⁝ মখোলগা লোয়ননা
"জয় জগন্নাথ" ⁝ "জয় জগন্নাথ"
নিল্লি মায়কৈ ⁝ পুম্বা মণিপুরগী
অদুবু মণিপুরগী ⁝ অভিয়াদদি
অমকপা, য়েংথীনবা ⁝ থম্মোইদগী খোয়কপা
লোইবা নাইত্রবা ⁝ চৈনবা খোল্লাউ
অমুবা অয়ংবা প্রোপগণ্ডা
কংগ্রেস, সোস্তেলিষ্ট, ⁝ কম্যুনিষ্ট, প্রজাশান্তি
হিংসা, অহিংসা, ⁝ রাজসিংহাসন।

মসিদা পরেং খুদিঙগী তানখোঙ অমমম চাংওইনা লৈরি। অদু ওইরবসু তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙশিং অসি অতেন-অশাং চাং মান্নদে। অদুনা মসি করিগুম্বা ফিরেপ অমদা তোংত্তুনা লৈ হায়বা য়াদে। লোল্লেপকা খোল্লেপকা অনী তিন্নদবগী শরূক য়াম্না য়াওবনা ঈচেলনাইবা ছন্দগী মওঙসু যায়া ফজনা লৈ।

অসি নত্তবা বাংলা 'গৈরিশ ছন্দ'-গা মান্নবা অতোপ্পা মওঙ অমসু মৈতৈগী খৈমান্নদবা মতীংতম্বা ছন্দদা উবা ফংই। খুদম—

| | খোনকাপমশীং |
|---|---|
| নঙগী বাঁশীতনা কবি—/ খোক্রোই মদুগী সুর, | =৮+৮ |
| পায়খৎলুনে পাঞ্চজন্য, / পায়খৎলু লীকুং তেন, | =৮+৬ |
| চোংখোক্লো কুরুক্ষেত্র' লানকমদা—থীম্নে তেঙ্গা খোংলো। | =১০+৬ |
| পক্ক্রবসু নখাদা করিসু / কৎলমু নথ্রাম অদুতা, | =১০+৮ |
| কল্পনাগী মূর্তি—/ ওইহল্লো অহীংবা মূর্তি। | =৬+৮ |

(বাঁশীগী থম্মোই ঈহৌরো)

ছন্দ মওঙ অসিদা শৈখোঙ খুদিঙমক অতোপ্পা শৈখোঙদগী তোঙানবা শরূক অমমম ওইনা লৈ; তানখোঙ অনী অনীনা শৈখোঙ অমমম শাই অমসুং তানখোঙগা তানখোঙমরুগা অমতা ওইনা লৈ, হায়বদি, তানখোঙমরু অমনা তানখোঙ অমা শাই। তানখোঙমরুগী খোনকাপমশীং অককন্দে; খোনকাপ ৪, ৬, ৮, ১০গী তানখোঙমরু শীজিন্নবা য়াই; অরাম্বা ভাবকী মতাংদা খোনকাপ ৮ অমসুং ১০ অতুগা অয়াংবা ওইরগনা খোনকাপ ৪ অমসুং ৬কী তানখোঙমরু শীজিন্নে। শৈখোঙ খুদিঙগী চাংওইনা তানখোঙ অনী অনী লৈরবসু ফিরেপ অমনা পুল্লি হায়বা য়াদে; মরমদি থংন থংনবা শৈখোঙশিং পূন্নরগা শৈতূপ শেম্বগী মওঙ লৈতে। অসিগুম্বা মওঙগী ছন্দ অসি বাংলা নাট্যকার গিরিশচন্দ্র ঘোষনা মহাক্কী নাটকতা অহানবা শীজিন্নখুনা বাংলা ছন্দদা পুশিনখি। অতুনা মসিবু বাংলা ছন্দদা **'গৈরিশ ছন্দ'** হায়না খঙনৈ।

অসুম তোনা খৈমান্নদবা মনীংতম্বা ছন্দগী মওঙ কয়া মৈতৈ কবিশিংগী কলমদগী অনৌবা শাথেক পুতুনা থোরক্লি।

(৩) য়াম্নবা মনীংতম্বা ছন্দগী মশক্তি মমিং অসিনা অতুম তাকচরি। মসিদা খৈমান্নবা মনীংতম্ব ছন্দ অমসুং খৈমান্নদবা মনীংতম্বা ছন্দ অনী য়াম্নতুনা লৈ। ছন্দ অসিগী কবিতাদি ভাবকী ঈচেল মতুংইন্না শরূক কয়ামরুম থোক্ল খায়দোক্লগা শরূক খরনা খৈমান্নবা, খরনা খৈমান্নদবা ওইনা শেম্বসু য়াওই অতুগা শরূক খায়দোক্তবসু য়াওই। খৈমান্নবা অমসুং খৈমান্নদবা শরূকশিং অতু মথংমনাওগী নিয়ম অককবা লৈতে। ঝলজিৎকী 'অমর কবিতা' শরূক খায়দোক্তুনা শেম্বা য়াম্নবা মনীংতম্বা ছন্দগী নীংথিজরবা কবিতানি। 'অমর কবিতা' গী শরূক অনীদং লৌথোক্তুন য়েংসি—

**মমাঙঙৈদা নোংমসু ইঙাগী অহানবা থুমিত্তা**
**কনাগুম্বা 'মক্ষ' অমা উজ্জয়িনী কোম্নুংগী**

থা-থি মাগী মেঘদূত পুক্নী'হূরবা থাহৈনা।
চৎখ্রে ঙসিদি কদায়দা মালবিকাগী 'বক্ষ'
হুংশিগী মৈচাক্লা ঙাওরবা ?
চৎখ্রে ঙসি কদায়দা
মমীত্তা উরম্বা নোংগী মপৈ ?
অদুবু মাঙগনি কদায়দা
মহাক্লা থা-রম্বা মেঘদূত ?

লৈখ্রে কদায়দা কবিতা
হৌজিক্কী নিনখোংবা মরক্তা ?
মমখয়ে অতিয়া কায়থানাগী মৈথুনা,
লূপখয়ে সহর
ট্রাম বসকী অনিনবা মরক্তা।
মতুংইমা মতমগী ভোয়ৈ
ভাউথরক্লি হাপু মপৈ মপৈ
মতমগী ঈচেল মথক্তা।
থনখ্রে অতিয়া অমোৎপা মনমা
থনখ্রে দৃশ্য অমোৎপা মপৈনা।
অদুবু, অমোৎপা পৃথ্রী মমায়দা
শাৎপগুম থম্বালনা
থোইনা ফেন্না পুক্নীং হূনা,
শাৎলি অমর কবিত, শিকত্রবা কবিতা
অতংপা লৈতনা মীওইবগী পুক্নী'দা।

অদুগা কবিতা মপূম অমমম ওইনা খন্নরবদি বেদজিৎকী 'ঐহাক বন্দীনি', নীলকান্তগী 'লম্মাঙনবা', 'নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী', 'মণিপুর', রজনীকান্তগী 'তাজমহল', 'পুন্সি' অসিনচিংবা কবিতাশিং অসি শরুক খায়দোক্তবা য়ান্নবা মনীংতম্বা ছন্দগী কবিতা ঙাক্তনি।

মনীংতম্বা ছন্দগী মরমদা ঐখোয়না কাউরোইদবা মরুওইবা য়াফমদি মথাগী মওঙশিং অসিনি।

(অ) মনীংতম্বা ছন্দদি ঈচেলনাইবা ছন্দ ওইগদবনি।

(আ) শৈরেংছন্দগী করিগুম্বা ফিরেপ অমতা ইল্লোইদবনি।

(ই) শৈরে ছন্দগী মচন, হায়বদি, তানখোঙমরু ঙাক্তনা শৈরেং শেমগদবনি। অতেন-অশাং মান্নবা তানখোঙমক য়াম্না য়াওরোই-দবনি, তানখোঙমরু মওঙ অমতা মপুং ওইনা লৈরোইদবনি।

কনা কনাগুম্বনা অপোবা মীৎয়েংদা রারেংকবিতাগী ছন্দবু (prose verse পু। মনীংতম্বা ছন্দগী ( free verse-কী ) মহুংচল্লি হায়না লৌই; তৌইগুম্বসুং রারেংকবিতাগী ছন্দদি ঈচেলনাইবা ছন্দ নত্তে, অদুনা মনীংতম্বা ছন্দগী মহুংচনবা য়াদে। [ রারেং কবিতাগী ছন্দগী মরমদা মতুংদা নৈনরক্নি। মদুদা রারেংকবিতাগী ছন্দ অমসুং মনীংতম্বা ছন্দগী খেন্নবা উবা ফংগনি। ]

# অথীনবা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা খোম্নিম্থোই ছন্দ

রাহে থুদিঙমক শেংনা হায়দোকপা অমসুং শৈখোঙ থুদিঙগী তানখোঙমরু পুন্নমক্তা খোম্থোক-খোম্নিলনা মপুং ওইবা ছন্দবু খোম্নিম্থোই ছন্দ কৌই। মসিগী খোঙচৎ য়াম্না তপ্পী, হাইহুমদে অমসুং মপূক লোয় হায়দুনা মসিবু অথীনবা খোঙচৎকী ছন্দসু হায়নৈ। অসিগুম্বা ছন্দ মখল অসিবু বাংলা ছন্দদা মাত্রাবৃত্ত ছন্দ, ধ্বনিমাত্রিক ছন্দ, ধ্বনিপ্রধান ছন্দ অসিনচিংবা মিংশিং অসিনা খঙনৈ। সংস্কৃত জাতি ছন্দবুসু মাত্রাবৃত্ত হায়না খঙনৈ। অদু ওইরবসু সংস্কৃত মাত্রাবৃত্ত ছন্দগা বাংলা মাত্রাবৃত্ত ছন্দগা চপমান্নবা অর্থদা শীজিন্নদে। মৈতৈ খোম্নিম্থোই ছন্দগা বাংলা মাত্রাবৃত্তগদি মওঙ অমতনি, অদুনা মৈতৈ খোম্নিম্থোই ছন্দগা সংস্কৃত মাত্রাবৃত্ত ছন্দগা মান্নে হায়না লোবা য়াদে। মুংঙাইবপাম্বা, পোত্থানীংবা, তন্দে-মান্দেবগী খোঙচৎনা ছন্দ অসিগী

তোপতোপ্পা মওঙনি ; অতুনা ছন্দ অসিগী মপাঙ্গল অতুক য়াম্না লৈতে। অতু ওইরবসু মসি মশকমতৌ শেম্বদা অমসুং হিসাবতা যাম্না চেকশিল্লি, অতুনা মসিবু **নুপীমান ছন্দ** হায়বা য়াই। তশেংবমক মসি নুপীমান ছন্দ হায়বতুমক্নি। ৱাহৈ শেংনা তাহনবা, খোন্নিলগী হিসাবতা কূপশিনবা, কেনা মৌনা তপ্পা চৎপা মওঙ পূম্নমক অসিনা মপাঙ্গল য়াওনা উত্রবসু পুরিব শাথেক অমসুং খোন্নিল অতুমথৈদি য়াম্না ফজহনবা, থুমহনবা অমসুং পুক্নীং হুহনবা ঙম্মী; তৌইগুম্বসুং নুপাগুম্না খোঙূপ তূবা, নুংথং পায়বদগী হৌত্তনা পুং ঈশৈ জগোইগী শিনফম, নিংথৌ মন্ত্রী লান্মীগী থবক পূম্নমক শুনা তৌবদি ঙমদে। শৈনিম্থোই ছন্দদা চেক্লাগী নুংশি-কোলোয়দগী হৌত্তুনা বজ্রগী অথূকপা অঙংবা খোল্লাউ, অমম্বগী থম্মোই কায়না থরাম্নিচাক্লা কপ্পগী খোপ্পেল-ফাওবা ফোংদোকপা য়াই; মরম অদুনা মসিবু **নুপামান ছন্দ** হায়বা য়াই। অসুম ভৌনা খোন্নিম্থোই ছন্দনা শিন শুবা য়াম্না হেল্লি।

খোন্নিম্থোই ছন্দদা খোন্নিল শেংনা তাহন্নবগীদমক য়াৱিবমখৈ হোৎনৈ, ৱাহৈ অমগী খোন্নিলনা ৱাহৈ অমগী মথক্তা তাহন্দে, তানখোঙ অমসুং তানখোঙমরুশিংসু য়াম্না শেংনা মচা খায়না তাহল্লি। শৈনিম্থোই ছন্দগুম্না করিগুম্বা সুরগী ঈচেল অমতা মসিদা য়াওদে, অতুনা মসিগী খোঙচৎ য়াম্না তপ্লিবনি। মসিদা তিন্নদবা স্বরনা চম্বা খোম্থোক্লা খোনকাপ অমা অতুগা তিন্নবা স্বরনা চম্বা খোম্থোক্লা খোনকাপ অনী ওইনা লোই। অতু ওইরবসু খোম্থোক-খোন্নিলগী চাং য়েংলগা করি করিগুম্বা খোম্থোক্তি শাংদোকহনবা নত্রগা তেন-শিলহনবা য়াই। **ৱাহৈ অমতগী মনুংদা লৈবা তিন্নবা ব্যঞ্জনগী মমাঙগী স্বর অদু খোনকাপ অনী ওইনা লোই; অনুস্বার অমসুং বিসর্গগী মমাঙগী স্বর অমদি তিন্নবা স্বর পূম্নমক খোন-কাপ অনী ওইনা লোই।** হায়খ্রিবশিং অসি নত্তবা স্বর অতৈ অতৈদি খোনকাপ অমতা ওইনা লোই।

খোন্নিস্থোই ছন্দদা ব্যঞ্জন্না চম্বা খোস্থোক হায়দোকপা মতমদা মরক মরক্তা খোনক্নমগী চাং কায়রকপা য়াওই। মসিনা মরম ওইদুনা সুরগী মূর্ছনা থোকখিবা য়াওই। খুদম—'ভারত' হায়বা রাহৈসি হায়বা মতমদা 'ভা-আ-রত' অসুন্না হায়বা য়াওই। মসিদা নীংথিজরবা সুর অমা থাকই—অমনা খোন্নিস্থোই ছন্দবু **'ঈশৈচেনবা ছন্দ'** ( গীতিধর্মী ছন্দ ) হায়নসু খঙনৈ।

শৈনিস্থোই ছন্দগা খোন্নিস্থোইগা করম করম্বা মরমদা খেন্নবগে হায়বদু খরগা কুপ্প নৈনরগা খোন্নিস্থোইগী মশক অমুকসু হেন্না নীংথিনা খঙগনি। শৈনিস্থোই ছন্দদা তিন্নবা খোন্নিলবু মতম অয়াম্বদা খোনকাপ অমতা ওইনা লৌই, অদুগা খোন্নিস্থোইদদি তিন্নবা খোন্নিল পূন্নমক অশাংবনি—মরম অদুনা খোনকাপ অনী ওইনা লৌই। শৈনিস্থোই ছন্দদা খোস্থোক্কী খোন্নিলদা সুরগী ঈচেল অমা মপুংওইনা য়াওই অদুগা খোন্নিস্থোই ছন্দদনা খোস্থোক-খোন্নিলগী চাংনা মরুওইনা লৌই। অদুনা শৈনিস্থোই ছন্দগুম্না খোন্নিস্থোই ছন্দদা খোন্নিল নত্রগা খোনকাপ চিংশিন্নবা 'থোইদোকপা পাঙ্গল' অদু য়াওদে। ছন্দ মথল অনীমক্তা খোন্নিল শাংদোকহনবা য়াই, তৌইগুম্বসুং খোন্নিস্থোইদনা শাংদোকহনবা হেন্না য়াওগল্লি। শৈনিস্থোইগুম্না খোন্নিল চিংশিন্নবা 'থেইদোকপা পাঙ্গল' য়াওত্রবসু খোন্নিস্থোইদা খোন্নিল চিংশিনবা য়াবগী নিয়মদি লৈ। শৈনিস্থোই ছন্দদা সুরগী অরুম্বা অরেম্বনা মরুওইনা লৈ অদুগা খোন্নিস্থোই ছন্দদনা অথকপা ( ঈরাঙহৌবা ) অমসুং অথুম্বগী শরুক্কা হেল্লি। শৈনিস্থোই ছন্দদা মহৌশানা তুমাগুদবা খোনকাপমশীংগী মপুংফাবা তানথোঙমরু শীজিন্নদে, তৌইগুম্বসুং খোন্নিস্থোই ছন্দদদি তুমাগুদবা, হায়বদি, খোনকাপ ৫, ৭-নচিংবগী তানথোঙমরুসু শীজিন্নৈ। খোন্নিস্থোই ছন্দদা **'থোইদোকপ তানথোঙমরু'** অমসুং **'চুম্নগী তানথোঙমরু'**—অসুম্না তানথোঙমরু মথল অনী থোক্না লৈ। তপ্নবা ময়েক্না শেম্বা অতেনবা তানথোঙমরুবু 'থোইদোকপা তানথোঙমরু' কৌই। অদুগা তপ্নদবা ময়েক্না শেম্বা

অশাংবা তানখোঙমরুবু 'চুম্নগী তানখোঙমরু' কৌই। খোইদোকপা তানখোঙমরুদা তিম্নবা খোম্মোক লৈবা মফম অত্থদা খোম্নিল শাং-দোকই, তৌইগুম্বসুং চুম্নগী তানখোঙমরুদদি তিম্নবা খোম্মোক য়াওদবনা খোম্নিল শাংদোক্কে। শৈনিম্মোই ছন্দনা অতপ্পা খোঙচৎকী ছন্দনি অত্থগা খোম্নিম্মোই ছন্দনা অধীনবা খোঙচৎকী ছন্দনি। শৈ-নিম্মোই ছন্দদদি ঈচেলনাইবা ছন্দ লৈবা য়াই অত্থগা খোম্নিম্মোইদদি লৈবা য়াদে। শৈনিম্মোইদদি খোম্মোক্কী য়ারা খোম্নিলবু ফাজিল্লগা অহেনবা স্থরগী ঈচেল অমনা শৈখোঙশিং অত্থদা শায়ে, খোম্নিম্মোইদদি অহেনবা স্থরগী ঈচেল অসি লৈতে।

**খোম্নিম্মোইগী তানখোঙমরুদি অতেন-অশাংগী চাং মতুং-ইন্না, হায়রবদি, খোনকাপমশীং মতুংইন্না মথল মরি শুই—খোনকাপ মরিনা শাবা, খোনকাপ মঙানা শাবা, খোনকাপ তরুক্না শাবা অমসুং খোনকাপ তরেৎনা শাবা।**

(১) **খোনকাপ মরিনা শাবা (Tetramoric) তান-খোঙমরু**=অনী : অনী। খুদম—

চীক : চীক ⋮ লাউ : -য়বা / ঈং : -লবা ⋮ থাবু //
য়েং : -লগা ⋮ নাহে : -বদি / করি : -শীনো ⋮ মক্ক //

মসিদা তানখোঙমরু খুদিঙগী খোনকাপ মরি লৈ অত্থগা শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরুদি মপুংফাদবা তানখোঙমরুনি।

(২) **খোনকাপ মঙানা শাবা (Pentamoric) তান-খোঙমরু**=অহুম : অনী ॥ অনী : অহুম। খুদম—

বসন্ : -তনা ⋮ চুপ্ : -লবদা / মুম্লে : মায়কৈ ⋮ মরি //
মচুগী : মঙ ⋮ কয়া : উইথ / উইথ : মঙ ⋮ -অমি //

মসিদা তানখোঙমরু খুদিঙগী খোনকাপ মঙা লৈ অহুগা শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরুনা মপূংফাদবা তানখোঙমরুনি।

**(৩) খোনকাপ তরুক্না শাবা ( Hexamoric ) তানখোঙমরু** — অহুম : অহুম ॥ মরি : অনী ॥ অনী : মরি ॥ অনী : অনা : অনী। খুদম—

চৌরবা : ঙক্লা ⁝ লৈরাং : পবেং / ঈগ্লাঙ : কৌনা ⁝ কোঞ্জরি //
লেঙ লেঙ : চৎপা ⁝ শম্লাং ! মপৈ / নীংথু : য়ৈনা ⁝ শারবি //

মসিদা তানখোঙমরু খুদিঙগী খোনকাপ তরুক লৈ অহুগা শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরুনা মপূংফাদবা তানখোঙমরুনি।

**(৪) খোনকাপ তরেৎনা শাবা ( Heptamoric ) তানখোঙমরু** = মরি : অহুম ॥ অহুম : মবি ॥ অহুম : অনী : অনী ॥ অনী : অনী : অহুম। খুদম—

মপুগী : নোংদম ⁝ ·খোন্দি : কজবগী ⁝ শক্তরি //
করিগী ! তেংথারি ⁝ পূরমক : মাগী ⁝ খোজালনি //
অরাবা ! কিজোম্না ⁝ লাকপদা ! মাইকবা ⁝ পুত্নুনা //
করিগী ⁝ কিকরি ⁝ নহাক্না ⁝ অরাবনি ⁝ খন্দুনা //

মসিদা তানখোঙমরু খুদিঙগী খোনকাপ তরেৎ লৈ অহুগা শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরুনা মপূংফাদবা তানখোঙমরুনি।

শৈনিম্মোইগুম্না খোম্নিম্মোইগীসু তানখোঙ-অমচৎপী, তানখোঙ-অনীচৎপী, তানখোঙ-অহুমচৎপী অমসুং তানখোঙ-মরিচৎপী ছন্দলৈরেং লৈ। ময়ায়ওইবা খোল্লেপনা খায়দোকপা তানখোঙগী মশীং মতুংইম্না ছন্দলৈরেংশিং অসিগী মওঙ লেপ্পী। মথক্কী অহানবা খুদম অহুম অসি মপূংফাদবা তানখোঙ-অনাচৎপীনি অহুগা ইকোন কোনবা খুদম্না তানখোঙ-অমচৎপীনি। মসিগী মতুংদা অহানবগী, হায়বদি, খোনকাপ

মন্নিনা শাবা তানখোঙমরুগী তানখোঙ-অনীচৎপীগী অতোপ্পা মমিং অমদি 'খোম্নিঙ্খোই শামুখোঙ ছন্দ' কৌই। মসি বাংলাগী মাত্রাবৃত্ত পয়ারগী মওঙনি। খোম্নিঙ্খোই ছন্দলৈরেং অতৈ অতৈগী খুদম অমনীদং মখাদা পীরি।

**(অ) খোনকাপ মঙানা শাবা তানখোঙমরুগী তানখোঙ-অহুমচৎপী।**

**খোনকাপমশীন—১০ ⁞ ১০ ‖ ১৪**

নুংনা চনবা ⁞ লমশাং শীংনা /
মতমগী রথ ⁞ চংলি কম্না /
লম্ময়হুনা ⁞ তমথীরবা কাংখোঙ //

**(আ) খোনকাপ তরুক্না শাবা তানখোঙমরুগী তান-খোঙ-মরিচৎপী।**

**খোনকাপমশীন—১২ ‖ ১২ ⁞ ১২ ‖ ৮**

ঈপাক্লা নঙগী ⁞ খোক্কুনা খোঙদা /
লৌরি খুম্বা-উক্কুল ⁞ মতমচুপ্পদা /
জাহ্নবী যমুনা ⁞ নঙগী লীক্লাংনা /
হাইরি থবাক ⁞ -থক্তা //

খোম্নিঙ্খোই ছন্দদা ঈচেলনাইবা ছন্দলৈরেং শীজিন্নদে। মরমদি ঈচেলনাইবা ছন্দদা লৈক্ষম থোকপা লোম্লেপ অমসুং খোম্লেপ তাকমগী মনীংতম্বতু নিয়ম অসিগী ছন্দদা লৈতে। হৌজিক কনা কনাগুম্বনা খোম্নিঙ্খোইদসু ঈচেলনাইবা ছন্দগী শৈরেং ইবা হোৎনবদি উই, অদুবু মহৈ য়াল্লহনবদি ঙমদ্রি।

# অথুবা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা
# খোল্লূমথোই ছন্দ

চাউরাকপা মীৎয়েংদা খোন্থোক-খোন্নিলগী অকক্লবা মশীংগী মতুংইন্না তানখোঙমরু খায়দোকপা অমসুং তানখোঙমরু খুদিঙগী খোন্থোক-খোন্নিল মশীং থীরগা খোনকাপকী চাউরাকপা হিসাব ফংবা য়াবা অমদি তানখোঙমরু খুদিঙগী য়ামত্রবদা খোন্থোক অমদা খোল্লূম তাবা ছন্দ মখল অদুবু খোল্লূমথোই ছন্দ কৌই। খোল্লূম য়াম্না তোয়না তাবা মরম্না ছন্দ অসিগী খোঙচৎ থুই। অদুনা মসিবু অথুবা খোঙচৎকী ছন্দ হায়নসু খঙনৈ। অসিগুম্বা ছন্দ মখল অসি মমাঙ-ঙৈদা নাউথেম অমদি নাউশুম ঈশৈ, ফৌশু ঈশৈ, থাবলচোংবী ঈশৈ, হীরোয় ঈশৈ, ষঞ্জেন্নহ ঈশৈ অসিনচিংবা অরায়বা অয়াংবা ভাবকী খুলঙঈশৈদা শীজিন্নরম্মী। অদুনা মসিবু খুলঙছন্দ হায়না খঙনৈ। বাংলা ছন্দদা অসিগুম্বা মখলগী ছন্দবু লৌকিক ছন্দ নত্রগা ছড়ার ছন্দ হায়না খঙনৈ। অসি নত্তবা স্বরমাত্রিক, স্বরবৃত্ত, স্বরাঘাতপ্রধান, প্রাস্বরিক, বলপ্রধান, শ্বাসাঘাতপ্রধান অসিনচিংবা মিংথোল কয়ামরুমসু ছন্দ অসিগী অতোপ অতোপ্পা মমিং ওইনা হৌজিক্কী বাংলা ছন্দদা শীজিন্নবা উই। ইংরেজী ছন্দদনা মসিবু Folk Metre হায়রগা খঙনৈ। বাংলা লৌকিক ছন্দ অমদি ইংরেজী Folk Metre-গা মৈতৈ খুলঙছন্দগা মখলদা তিন্নরবসু মওঙদি খেন্নৈ।

মমাঙঙৈদদি মসি লরায় থরায়গী খুল্লক লৈরক্তা শরুবা ঈশৈতগী ছন্দ ওইনা শীজিন্নরম্মী। হৌজিক্তি কোন্নুংলোলদসু অসিগুম্বা ছন্দগী শৈরেং য়াম্না ইনরে। মসি অরায়বা ভাবকী শৈরেং ইবদা নন্না শীজিন্নরবসু অরুবা ভাবকী শৈরেংদসু অদুম শীজিন্নৈ। অদুনা মৈতৈ সাহিত্যগী অরিবা যুগতগী হৌজিক্কী যুগ ফাওবা অরুবা অরায়বা ভাবকী কাব্য মখল অনীমক ছন্দ অসিদা ইনরক্লি। হৌজিক ফাওবদা ইনরক্লিবা মৈতৈ কাব্য অয়াম্বদি নিয়ম অসিগী ছন্দদা ইবা ওইনা

তৌই। মরম অসিনা ছন্দ অসিবু মৈতৈ কাব্যগী থরায় পুবা চেক্লা ওইনা লৌনৈ।

চাংওইনা অসিগুম্বা ছন্দদা খোম্হোক খুদিঙগী খোনকাপ অমমম ওইনা লৌই, হায়বদি, স্বরময়েক কয়া শীজিন্নবগে হায়বহু য়েংলগা অম্নাম্বা মতমদা খোনকাপকী হিসাব ফংই। অদু ওইরবসু খোন-কাপমশীং থীরগা ছন্দ অসিগী তশেংবা মশক খঙবদি ঙমদে। অসিগুম্বা ছন্দদসু মরক মরক্তা করি করিগুম্বা খোম্হোক্তি খোনকাপ অনী ওইনা লৌই। অদুগা খোনকাপ অমমখায় ওইনা লৌবা খোম্হোকসু মরক মরক্তা য়াওই অমসুং খোনকাপ অনীনা অমদা, খোনকাপ অহুম্না অনীদা নত্রগা অমদা চিংশিনবসু য়াওই। শৈনিম্হোই অমসুং খোম্নিম্হোই ছন্দগী হিসাবতসু স্বরগী খোম্হোক্লা মরুওইনা লৈ অদুগা শৈনিম্হোইদদি রাহৈগী অরোইবা তিন্নব' খোম্হোক নত্তনা খোম্হোক অতৈ অতৈদি খোনকাপ অমা ওইনা লৌই। মরম অদুনা খোম্হোক-খোম্নিলগী হিসাব মতৌদা য়েংলুরবদি খোল্ল্মথোই ছন্দ অসি শৈনিম্হোই অমসুং খোম্নিম্হোইগা খরমখৈ থেন্নরবসু পূমথেন থেন্নে হায়না লৌব'দ য়াদে। খোম্হোক চিংথোক-চিংশিনগী মরমদসু ছন্দ মখল অ'সিগা শৈনিম্হোই অমদি খোম্নিম্হোই ছন্দগা অদুক য়াম্না থেন্নদে। তৌইগুম্বসুং খোল্ল্মথোইগা ছন্দ মখল অতৈশিং অসিগা পূমথেন থেন্নবা মায়কৈ অমদি লৈ হায়বসি কূপ্না য়েংশিল্লুরবসু তাবদা অহুম খঙবা ঙম্মী।

হো-ো ইমা-া ইমাও ⋮ ঐহ্র লাকে-ে ইমাও

নো-ো-ং চুই-ই লাকয়- ⋮ য়েম্লাক ভূপম্বা-া ময়াকে

নম্বো মাল্লি-ি লাকয় ⋮ চৈত শুদ্-া-া মরাকে

মথক্কী থোল্ল্মথোই ছন্দগী শৈখোঙশিং অসি য়েংলগা ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী—শৈনিম্হোই, খোম্নিম্হোই অমসুং খোল্ল্মথোই অহুম-

অসিগী মরক্তা খোনকাপকী হিসাব মতৌ অমদি খোম্থোক চিংথোক-চিংশিন্দা অথোই-অহেন খরা লৈরবস্তু মপুংওইনা খেন্নবদি লৈতে। অতুনা হৌজিক ঐখোয়না খন্নগদবদি, খোনকাপকী হিসাবতা অমসুং খোম্থোক চিংথোক চিংশিন্দা মান্নদবা খরা লৈবসিতনা খোল্ল মথোইগী তোপতোপ্পা মওঙ ওইগদরা—নত্রগনা ছন্দ অসিগী থোইদোক-হেন্দোকপা মওঙ করিনো? ছন্দ অসিদা শৈখোঙ খুদিঙগী তানখোঙমরু খুদিঙদা চাংনাইনা খোম্থোক অমা নত্রগা অনী নত্রগা অহুমদা অকনবা খোল্ল্ম তাই। অসুম্না চাংনাইনা খোল্ল্ম তাবগী মওঙ অসি ছন্দ অতৈদা লৈতে, হায়বদি, মসিনা ছন্দ অসিগী থোইদোকপা মওঙনি। খোল্ল্ম তাবা অসিনা মরম ওইতুনা তানখোঙমরুদা য়াওবা রাহৈগী ব্যঞ্জন্না চম্বা খোম্থোক অতু চিংশিল্লগা তেনশিন্না হায়দোকই অমসুং মসিনা ছন্দগা খোঙচৎ থুহল্লি। তৌইগুম্বসুং খোম্নিম্থোই ছন্দদা ব্যঞ্জন্না চম্বা খোম্থোক পূন্নমক অশাংবা ওইনা লৌবনা নিয়মনি অমসুং হায়বিবা ছন্দ অসিগী খোঙচৎসু তপ্পা অৎগা শৈনিম্থোই ছন্দদনা ব্যঞ্জন্না চম্বা অরোইব খোম্থোকপু অশাংবা ওইনা লৌই অমসুং মসিগী খোঙচৎসু অতপ্পন। খোল্ল ম তাবগী থোইদোকপা পাঙ্গল অমসুং খোঙচৎ থুবা অসিনা খোল্ল মথোই ছন্দদা তোপতোপ্পা মওঙ অমা লৈহল্লিবনি। মরম অসিনা খোল্ল্মথোইগী তানখোঙমরুশিং অসিবু খোম্থোক-ইনবা (syllabic) হায়দতুনা খোল্ল ম-ইনবা (stressed) হায়বনা চুম্মী। খোম্নিম্থোই অমদি শৈনিম্থোই ছন্দগী তানখোঙমরুশিংদা খোল্ল ম সুক্তা তাদে হায়বদি য়াদে। অতু ওইরবসু খোল্ল্মথোই ছন্দদা তাবগুম্না মরাঙকায়না অমদি চাংনাইনা তাদে।

ছন্দ অসিদা খোল্ল্ম তাবা তিন্নবা খোম্থোক অতু অতেনবা ওইনা লৌই। খোল্ল্ম তাবা মরম্না লৈম্নং কন্না থৎলি অমসুং মসিনা মরম ওইতুনা খোম্থোক চিংশিল্লি; অতুনা হায়দোকপদা থুই অমসুং য়াংই। তৌইগুম্বসুং খোল্ল্মথোই ছন্দসু মৈতৈগী চৎনবী খোন-কাপকী পথাপ মথাপোল্লি। মরম অতুনা ছন্দ অসিদসু মরক মরক্তা

খোম্হোক শাংদোকহনবা য়াই অমম্সুং খোল্লূম তাবগা মরী লৈনদনা চুম্নগী চাংদগী হেন্দোক্লা খোম্হোক তেনশিলহনবা ম্নাওই। তিম্নবা খোম্হোক্তা তাত্রবদি খোল্লূমগী মপাঙ্গল চপচানা ফাওদে। অত্থুনা ছন্দ অসিদা তিম্নদবা স্বরনা চম্বা খোম্হোক্তা খোল্লূম তারবদি মত্থদম্থু থরা কনশিন্না তিম্নবা খোম্হোক্নুম্না পাগদবনি।

খুদম—

সে সে ে সেবোত্তি-ি ⋮ লাইশ্রম মচা তবোত্তি-ি

নঙগা ঐগা-া কাওনসি-ি ⋮ কনানা ঙমগে-ে য়েংনসি-ি

লৈশাবী কীদূপ শীংনসি-ি ⋮ পাখং থৌরী-ী শীংনসি-ি

(খাঃ)॥

খোল্লূম য়াওবা খোম্হোক্কী মতুংদা লৈবা খোম্হোক অম্থু তানখোঙমতেক অত্থুগী মম্নুংচল্লবদি অয়াংবা ওইগদবনি। খোল্লূম তানবা হোৎনরুরবা মতুংদা লৈয়েং অসি পোথানীংই, খুদক অত্থুদা অমুক হন্না চিংশিন্দুনা হায়নবা হোৎননীংদে। খোল্লূম য়াংবা ছন্দদি কোনকমগুন্না অকক্নবা মওঙদা হান্না চন্দূনা থম্বনা ছন্দ অসিদা য়াহৈ অমবু থুগাইরগা তানখোঙমতেক অনী থম্বা য়াই। শৈনিম্হোইগুন্না ছন্দ অসিদা অহেনবা করিগুম্বা খোম্নিলগী ঈচেল লৈতে, খোম্হোক অমগা খোম্হোক অমগা য়ৈশিন্নত্থুনা লৈ। অকনবা খোল্লূম য়াওবা তিম্নবা খোম্হোক্কা মত্থগা তাইনবা অত্তেনবা খোম্হোক্কা তিম্নত্থুনা শেম্বা তানখোঙমতেক্কী মতুংদা লৈবা থংনবা তানখোঙমতেক্তা অতপ্পা খোঙচৎ অমা লাকই। মতৌ অসুম্না খোম্হোক শীনবা মরম্না ছন্দ অসিগী খোঙচত্তা ঈথক করিমতা হোদে।

**খোনকাপমশীং মতুংইন্না খোল্লূমথোই ছন্দগী তানখোঙমক্ক মথল তরেৎনি—খোনকাপ মরিনা শাবা, খোনকাপা**

**মঙান৷ শাব৷, খোনকাপ তক্লক্লা শাব৷, খোনকাপ তরেৎনা শাব৷, খোনকাপ নিপালনা শাবা, খোনকাপ মাপলনা শাবা অমসুং খোনকাপ তরানা শাবা।**

**(১) খোনকাপ মরিনা শাবা তানখোঙমক্ল — অনী : অনী খুদম —**

২

হয়ুম : য়াম্নবা ⁝ খোঙাং : -কোহে /

শীংজল্ ⁝ -লুচো ⁝ হায়ব ⁝ গাহে /

কোবু ⁝ -য়কপা ⁝ য়ান্ন : -বাহে ! // = (৪ + ৪) + (৪ + ৪) + (৪ + ৪)

নঙনা ⁝ চাকপু ⁝ হায়র : -গাহে /

কোগাক : চক্টোক ⁝ নমথী : -বীবু /

চাকপু ⁝ শানা ⁝ পীজ : গেহে ! // = (৪ + ৪) + (৪ + ৪) + (৪ + ৪)

মসিদা খোস্থোক মরিনা তানখোঙমরু অমমম শারি অতুগা তানখোঙ খুদিঙদা তানখোঙমক অনী অমসুং শৈখোঙ খুদিঙদা তান-খোঙ অহুম অহুম লৈ। তানখোঙমরু খুদিঙগী অনীশুবা অমসুং অরোইবা খোস্থোক্তা চাংনাইনা খোল্লম তারি। অতুগা অহানব শৈখোঙগী অহানবা তানখোঙমরুদা 'য়াম্নবা' হায়বা তানখোঙমতেক অসি খোনকাপ অনীদা চিংশিল্লি।

মৈতৈগী ফোঙ ঔশৈ অয়াম্বা খোনকাপ মরিনা শাবা খোল্লম-থোই তানখোঙমরুগী তোঙান তোঙানবা ছন্দলৈরেংদা ইবা শৈরেং

ঙাক্তা ওইনা তৌই। মরম অচুনা খোনকাপ মশিনা শাবা তানখোঙ-মরুশী খোঙ্গ মখোই ছন্দসৈরেংবু কৌওরোল ছন্দ হায়না খঙনৈ।

## (২) খোনকাপ মঙানা শাবা তানখোঙমরু

=অহুম : অনী ॥ অনী : অহুম

থুদম—

(অ) বা বা : ঝর ঝম বাঃ /

বা বা । ঝর ঝম বাঃ । // =৫+৫

বা বাঃ বা বা ! ঝর ঝম বা /

বা বা : ঝর ঝম বা ! // =৭+৫

( মৈতৈ কবিতা—মীনকেতন )

(আ) খোয়রাঙ। হৈনিদা /

চীংহুম : হৈনিদা—// =৫+৫

ওয়গী । তক্তা । বাংওয়োল /

চীংহুমঃ হৈনিদা । // =৭+৫

( মৈতৈ কবিতা—মীনকেতন )

মথক্কী থুদম অনীমক অসিদা অনীশুবা শৈখোঙগী অহানবা তানখোঙমরু নত্তনা তানখোঙমরু থুদিঙমক খোনকাপ মঙানা শাই অমস্তুং তানখোঙমরু অমমম্না তানখোঙ অমমম ওইরি অহূপা শৈখোঙ

খুদিঙদা তানখোঙ অনী অনী লৈ। খুদম অনীমক্তা তানখোঙমরু খুদিঙগী খোম্থোক অনী অনীদা চাংনাইনা খোল্ল,ম তাম্নি।

মৈতৈগী ভেংথারোল অয়াম্বা অসিগুম্বা তানখোঙমরুগী ছন্দ-লৈরেংদা ইবা ওইনা ভৌই। মরম অহুনা খোনকাপ মঙানা শাবা তানখোঙমরুগী খোল্ল,মথোই ছন্দলৈরেংবু ভেংথারোল ছন্দ হায়না খঙনৈ।

## (৩) খোনকাপ তরুক্তা শাবা তানখোঙমরু

—মরি : অনী ‖ অনী : মরি ‖ অহুম : অহুম ‖ অনী : অনী : অনী

খুদম—

(অ) ভীং-ভীং: ভীং-ভীং চাউরো /

ভীং-ভীং: ভীং-ভীং চাউরো // —৬+৬

১½ 1½

নুমিৎনা কাম্নিদৈ: কাহৌরো /

১½ ১½

থবীনা হম্বিদৈ: হম্বহৌরো // —৬+৬

(আ) হৈলোক ওাবৈ : বানি / লীক্লং খোংবি: বানি // —৬+৬

১

লেৎ কাম্বু: লেগাক কাম্বু / কাবদকদে : কাম্বু // —৬+৬

(ই) মুকোক : মুকোক: চাংশপ /

মথম্: থুলি: অম্-অম্ // — ৬+৬

মতুংলাংগী : বাবনা / থম্মৌ পাবুং: লখোইরে // — ৬+৬

১
---

(ঈ) শত্রেশ্বী : থোয়রো / নহুম পোক্লেন: শাবিগে /

লাই থুবাক: থুবিগে // — ৬+৬+৬

মথক্কী থুদমশিং অসিদা তানখোঙমরু থুদিঙমক খোনকাপ তরাক্লা শাই অমসুং তানখোঙমরু অমমম্লা তানখোঙ ওইহনা লৈ। শৈখোঙ থুদিঙমক্তা তানখোঙমরু থুদিঙগী খোম্থোক অনীদা নত্রগা অহুমদা চাংনাইনা খোল্লম তারি। অতুগা থুদম (অ), (আ) অমসুং (ঈ)-দা চুম্নগী চাংদগী হেন্দোক্লা খোম্থোক চিংশিনবা রাহৈ খরা য়াওবসু উরি।

মৈতৈগী লাইরা তীনরাদা খোল্লমথোইগী খোনকাপ তরাক্ল' শাবা তানখোঙমরুগী ছন্দলৈরেংনা নম্না শীজিন্নৈ। মরম অহুনা অসিগুম্বা তানখোঙমরুগী ছন্দলৈরেংবু **লাইবারোল ছন্দ** হায়না থঙনৈ।

## (৪) খোনকাপ তরেৎনা শাবা তানখোঙমরু

= মগি : অহুম ‖ অহুম : মরি ‖ মঙা : অনী ‖ অনী : মঙা ‖ অহুম : অনা : অনী ‖ অনী : অনী : অহুম

থুদম—

২
---

(অ) কোন্নৌ : নোংমা : বাংবম্না / পন্থৌ : ইপামা : মরাংই // — ৭+৭

২
---

মালেম : নৈমা : লুখনা / পলেম : ইবামা : মক্লমই // — ৭+৭

(আ) পহৌ-ইংখোল : মরুআউকোন / হরাইমতোন: য়েন্নৌলাং //
=৭+৭

পিদোম্বী: মুঙ্গাকোন / পেতোম্বীনা: ঙৈখোলাং // =৭+৭

হুংশিরৈতে: পুরৈতে / খোইমুরাবা : লোমুম্ব // =৭+৭

পাইবিরক্লো : তোংক্রবা / তৌত্রীখোংবা : ভাচৌবা // =৭+৭

(ই) চীংলা: পাংপা : ইঙেরৈ / চিন্নদনা কেনখিবা /

কম্নকই // =৭+৭+৩

(ঈ) ঈবাই: ভানবা: নৈশিংনা /

পাংমাম : কোনশাং : খমদি /

পামক্লে দে // =৭+৭+৪

(উ) নিংথৌ: -য়েনগী: শগোলদি / মমৈ: গে গে আউবনি /
২

অঙৌবা: শগোল: তোংবমা // =৭+৭+৭

মথক্কী খুদমশিং অসিদা (ই) অমসুং (ঈ)-গী অরোইবা তানখোঙ-মরুশিং অসি মথংগীংনা খোনকাপ অহুম অমসুং মরিনা শাই। মরম অদুনা (ই) অমসুং (ঈ)-গী শৈখোঙশিং অসি তানখোঙমপুংফাদবা শৈখোঙনি। হায়রিবা তানখোঙমরুশিং অসি নত্তবা অতৈ পুন্নমক্তি

খোনকাপ তরেৎনা শাব ডাক্তুনি। শৈখোঙ খুদিঙমক্তা তানখোঙমরু খুদিঙগী খোঙ্হোক অমদা নত্রগা অনীদা চাংনাইনা খোল্ল্ম তারি। অছুপা খুদম (অ) অমম্লুং (উ)-গী য়াহৈ খবদা খোনকাপ অহুম্লু খোনকাপ অনীদা চিংশিল্লি।

মৈতৈ পেনাঙ্গৈশৈ অয়াম্বদা অসিগুম্বা খোল্ল্মথোই তানখোঙ-মরুগী ছন্দলৈরেং শীজিন্নৈ। মবম অছুনা খোনকাপ তরেৎনা শাবা খোল্ল্মথোই তানখোঙমরুগী ছন্দলৈরেংবু পেনাছন্দ নত্রগা চৈজীৎলোল ছন্দ হায়না খঙনৈ।

### (৫) খোনকাপ নিপালনা শাবা তানখোঙমরু

=মরি : মরি ‖ মঙা : অহুম ‖ অহুম : মঙা ‖ মরি : অনী : অনী ‖
অনী : অনী : মরি ‖ অনী : অহুম : অহুম ‖ অহুম : অহুম : অনী

খুদম—

হো-য়া-য়া-য়া ! হোহো ⁝ য়ায়া /

য়া-য়া-য়া-য়া : হোহো : য়ায়া // —৮+৮

য়ায়া ⁝ হোহো ⁝ হো-য়া-য়া-য়া /
১ ৩ ২

'সিবু থোইনা : কয়াওবা : লৈকয়া // —৮+৮
(লৈবনে)

মসিদা তানখোঙমরু খুদিঙমক খোনকাপ নিপালনা শারি অছুগা তানখোঙমরু অমমম্না তানখোঙ অমমম ওইনা লৈ অমম্লুং তানখোঙ অনী অনীনা শৈখোঙ অমমম শারি। তানখোঙমরু খুদিঙগী মরিগুবা অমম্লুং নিপালগুবা খোঙ্হোক্তা চাংনাইনা খো'ল্ল্ম তারি অছুগা অয়োইবা শৈখোঙগী অয়োইবা তানখোঙমরুদা 'থোইনা' হায়বা য়াহৈ অসি

খোনকাপ অহুমদা চিংখোক্লি অম্বগা য়াহৈ অতৈ অতৈদনা খোনকাপ অমমম চিংশিল্লি।

অসিগুম্বা তানখোঙমক্কী ছন্দলৈরেংদি লাইচয়াওবগী লাইবৌ চোংবদা ছোই লাউবগী লাইবৌরোলদগী খোয়কপনি। ময়ম অচুনা খোনকাপ নিশালনা শাবা খোল্ল,মখোই তানখোঙমক্কী ছন্দ-লৈরেংবু লাইবৌরোল ছন্দ হায়না খঙনৈ।

(৬) খোনকাপ মাপলনা শাবা তানখোঙমক্ক

=তক্লক : অহুম ‖ অহুম : অহুম : অহুম

খুদম—

(অ) নোংজাবী :নোংজাবী : তঙাংবী /

য়াশিনা : কুচুদা ! হৈরবী /

ইপারি: পাখোয়েল: অকনবা /

ওইজয়ো : নশাবী: মুংশিবা // =১+১+১+১

(আ) লাপথ্রবা : থবায়না : থম্লিবা /

অহীংগী: তন্দনবু: ওইদুনা /

মুংখিলগী: চেক্লাবু ; ওইদুনা /

পাইবিয়ক্লোগবা : পাম্নুবা । // =১+১+১+১

( মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচৎ—ইবুঙোহল )

মথক্কী খুদম অনী অসিমক তানখোঙ মরি মরিনা শাবা শৈখোঙ ভাক্কনি। তানখোঙমক্ক অমমম্মা তানখোঙ অমমম শারি অমসুং

তানখোঙমরু খুদিঙদা খোনকাপ মাপল মাপল লৈ অহুগা তানখোঙ-মরুগী খোম্বোক অনী অনীদা চাংনাইনা খোল্লূম তারি।

অসিগুম্বা খোল্লূমথোই তানখোঙমরুগী ছন্দলৈরেংদি অঙাং কপ্পা অমসুং ভূম্বা থেম্বগী শৈরোলদা অয়াম্বা শীজিন্নৈ। মরম অহুনা খোনকাপ মাপলনা শাবা খোল্লূমথোই তানখোঙমরুগী ছন্দলৈরেংবু **নাউথেমলোল ছন্দ** হায়না খঙনৈ।

## (৭) খোনকাপ তরানা শাবা তানখোঙমরু

=মরি : অহুম : অহুম ॥ অহুম অহুম : মরি ॥ মরি : মরি : অনী ॥ অনী : মরি : মরি

খুদম—

অমথেক ! অনীথেক: পাথেক-পাথুম /

অহুমথেক : মরিথেক : খাইদেম-লবায় /

লৈমকোন ˙ উচেক্কোন ! ঙুংশি-লৈকায় /

উবোলে ! উবোলে ! লে-লে-লে-লে // =১০+১০+১০+১০

মথক্কী শৈখোঙ অসি তানখোঙ-মরিচৎশীনি। মসিদা তান-খোঙমরু খুদিঙগী খোনকাপ তরা তরা লৈ অহুগা তানখোঙমরু অমমম্না তানখোঙ অমমম শারি অমসুং তানখোঙমরু খুদিঙগী খোম্বোক অহুম অহুমদা চাংনাইনা খোল্লূম তারি।

উরাউবী শাম্নবগী মরোল অয়াম্বা অসিগুম্বা তানখোঙমরুগী ছন্দলৈরেংদা ইবা ওইনা তৌই। মরম অহুনা খোনকাপ তরানা শাবা তানখোঙমরুগী খোল্লূমথোই ছন্দলৈরেংবু **উরাউবীরোল ছন্দ** হায়না খঙনৈ। খোনকাপ তরেৎনা শাবা তানখোঙমরুগী খোল্লূম-থোই ছন্দলৈরেংদা শেম্বা উরাউবী মরোল কয়ামরুমসু ঐখোয়না তাবা

ফংই। অতু ওইরবস্সু মসিগী মশীং থোইনা য়ামদবনা খোনকাপ তরানা শাবা তানখোঙমরুগী খোল্লু মথোই ছন্দলৈরেংতবু অসিগুম্বা মিংথোল অসিনা খঙনরিবনি।

খোল্লু মথোই ছন্দদসু তানখোঙ-অমচৎপী, তানখোঙ-অনীচৎপী, তানখোঙ-অহুমচৎপী অমসুং তানখোঙ-মরিচৎপী ছন্দলৈরেং মখল মরি অসিমক লৈ। হায়রিবা ছন্দলৈরেংশিং অসি শৈনিন্থোইগীগুম্বা অকক্নবা খোনকাপ মশীংনা অতেনবা অশাংবা থায়দোক্তে অতুগা ছন্দলৈরেং মখল খুদিঙমক্তা শৈখোঙগী খোনকাপমশীং হেন্দোকহেল্লিন লৈবদি য়াওই। শৈরেং অমতদা তোঙান তোঙানবা খোনকাপমশীংগী শৈখোঙ য়ান্নবা লৈবসু য়াওই, হায়বদি, তানখোঙ-মপূংফাবা শৈখোঙগা তানখোঙ মপূংফাদবা নত্রগ হেন্দোক্লা-তানখোঙ-মপূংফাবা শৈখোঙগা অমদি অকোনবগী শৈখোঙ মখল অনী অসি য়ান্নবা শৈরেং মশা অমতদা লৈবা য়াওই। অতুগা শৈনিন্থোইগুম্বা মপূংফাদবা শৈখোঙ ডাক্তনা শাবা অমদি হেন্দোক্লা-মপূংফাবা শৈখোঙ ডাক্তনা শাবা ছন্দলৈরেংসু খোল্লু মথোই ছন্দদা লৈ: মরম অতুন ছন্দ অসিদা ছন্দলৈরেং মখল খুদিঙমক **শৈখোঙ-য়ান্নদবা** অমদি **শৈখোঙ-য়ান্নবা** অশুম্বা অনী থোক্লা থায়রি। অতুগা শৈখোঙ-য়ান্নদবা অমসুং শৈখোঙ-য়ান্নবা মখল অনীমক্তা ছন্দলৈরেংশিং অসি অমুক তোঙান তোঙানবা মওঙদা য়ান্নবা অমসুং য়ান্নদবগী মতুংইন্না মচা কয়ামরুম থোক্লা থায়দোকপা য়াই। খোল্লু মথোই ছন্দগী মখলমচাশিং অসি মথাগী লাইয়েক (diagram) অসিদা উৎলি—

## খোল্লমথোই ছন্দ (খুলঙছন্দ)

| খোনকাপ ৪গী | খোনকাপ ৫গী | খোনকাপ ৬কী | খোনকাপ ৭কী | খোনকাপ ৮গী | খোনকাপ ৯গী | খোনকাপ ১০গী |
| --- | --- | --- | --- | --- | --- | --- |
| তানখোঙমরু | তানখোঙমরু | তানখোঙমরু | তানখোঙমরু | তানখোঙমরু | তানখোঙমরু | তানখোঙমরু |
| কৌশুবোল | ভেংথাবোল | লাইবাবোল | চৈজীংলোল | লাইবোবোল | নাউথেমলোল | উরাউবীবোল |
| তানখোঙ | তানখোঙ | তানখোঙ | তানখোঙ | তানখোঙ | তানখোঙ | তানখোঙ |
| ১॥২॥৩॥৪ | ১॥২॥৩॥৪ | ১॥০॥৩॥৪ | ১॥২॥৩॥৪ | ১॥২॥৩।৪ | ১॥২॥৩॥৪। | ১॥২॥০॥৪ |

### শৈখোঙ-য়ান্নদবা

| মপুংফাবা | মপুংফাদবা | হেন্দোক্লা-মপুংফাবা |
| --- | --- | --- |

### শৈখোঙ-য়ান্নবা

| মপুংফাবা + মপুংফাদবা | মপুংফাবা + হেন্দোক্লা-মপুংফা | মপুংফাদবা + হেন্দোক্লা-মপুংফাবা | মপুংফাবা + মপুংফাদবা + হেন্দোক্লা-পুংফাবা |
| --- | --- | --- | --- |

খোম্ল মথোই ছন্দগী ছন্দলৈরেংশিংগী থূদম কয়ামরুম মখা পীরি।

**খোনকাপ মরিনা শাবা তানখোঙমরুগী খোম্ল্ মথোই ছন্দলৈরেং ( ফৌগুরোল ছন্দ )—**

**(১) শৈখোঙ-য়ান্নবা তানখোঙ-অমচৎপী।**
**খোনকাপমশীন—৪॥৪, ৪॥২, ৪॥৩**

(ক) তানখোঙ-মপুংফাবা শৈখোঙ ( ৪॥৪ )—

ফৌবী কাংপা ⁝ পাখংথৌনি

হৈজৌং লানবা ⁝ নুমাথৌনি

ফৌবু লঙবা ⁝ পাখংগীনি

মুংশি লঙবা ⁝ নুমাগীনি

পান্দা শিবা ⁝ মালঙবান্নি

হুংদা শিবা ⁝ মুংশিবনি

ভৌত্রী মঙ্গোল ⁝ চুমদবও

হুংদাং লৈকায় ⁝ কোয়গমবও

লাংবম খোইহা ⁝ থুমজলমু

বাইথুংদনা ⁝ বাজসমু

উয়াং উকৈ ⁝ কায়দোংনীংদে

নচল ঐনা ⁝ য়াজনীংদে

(খ) তানখোঙ-মপুংফাদবা শৈখোঙ ( ৪॥২ )—

নোংশী খয়াম ⁝ নীক্লে

চীঙ্ লাইবাউ ⁝ নিরে

খম্নোই খোম্লীং ⁝ কায়ে

মুংশি-মহুম ⁝ শারে

হনৌরেম্বী ⁝ কেয়ে

কেনৌবাবা ⁝ ভাওরে

(গ) হেন্দোক্লা-মপুংফাবা শৈখোঙ (২॥৬) —

চখোয় শিঙ ⁝ তেতু রেতু তুতু

লৌরক পুংলোল ⁝ তুম্-তুম্ উথুম্ তুম্-তুম্

যেংথৌ মপাল ⁝ পেপে রেপে পেপে

নিংনিংখোম্বী ⁝ হরিনোংনাং নিংনিং

চংনিংখোম্বা ⁝ খোইনীং ঈশৈকোম্বা

খোয়নৌকোনগী ⁝ নৈমা উরেম্বীনা

কেকে রেকে ⁝ মঙক চৎনা চৎনা

লোশাই থক্তা ⁝ নাক্লে নোয়া হাইনা

## (২) শৈখোঙ-য়ান্নবা তানখোঙ-অমচৎপী।

(ক) মপুংফাবা অমসুং মপুংফাদবা য়ান্নবা—

২ ২

নো-ং৲-ম্ : নো-ং৲-ম্ ⁝ খগাইত্তোং =৪ + ৩

২ ১ + ১

চা-া : -নবা লৈ ⁝ -ত্তে ত : -খেন-থাঙ =৪ + ৪

ঙহি : শেন্দাঙ ⁝ পুনীংদে

খোংবাল : লাইবা ⁝ তম্নীংদে =৪ + ৩

মথক্কী খুদম অসিদা অনীশুবা শৈখোঙনা তানখোঙ-মপুংফাবা শৈখোঙনি অদুগা শৈখোঙ অতৈদি তানখোঙ-মপুংফাদবা ওাক্তনি। অমুম তৌনা মসিদা তানখোঙ-মপুংফাবা অমসুং তানখোঙ-মপুংফাদবা শৈখোঙ মথল অনী য়ান্নদুনা লৈরি।

(খ) মপুংফাবা অমসুং হেন্দোক্লা-মপুংফাবা য়ান্নবা—

ঙপুং : -লাইমু ⁝ মতৈ : মনাওনা =৪ + ৫

খোংনাং : অটা ⁝ ঙকৈ : থক্কা =৪ + ৪

চীল্লোক : -ননা ⁝ তম : -অরি =৪ + ৪

তেঙ্গোল : অহুম ⁝ খোকপগী : বারী =৪ + ৫

মসিদা অহানবা অমসুং অরোইবা শৈখোঙনা হেন্দোক্লা-মপুংফাবা শৈখোঙনি অদুগা অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা শৈখোঙনা মপুংফাবা

শৈথোঙনি। অস্মুম্না মসিদা মপূংফাবা অমস্তুং হেন্দোক্লা-মপূংফাবা শৈথোঙ মখল অনা য়াম্নহ্নবা লৈরি।

(গ) মপূংফাদবা অমস্তুং হেন্দোক্লা-মপূংফাবা য়াম্নবা—

খুন্নু ⁝ খরঙ ⋮ খুন্নু : খরঙ : কুকু =৪ + ৬

মঙন । মক্ল ⋮ চাজরো =৪ + ৩

কুকু : কুকু ⋮ কুকু  কুকু : কুকু =৪ + ৬

চায়ীক : পরেং ⋮ লৌজরো =৪ + ৩

মসিদা অহানবা অমস্তুং অহুমশুবা শৈথোঙনা হেন্দোক্লা-মপূংফাবা অহুগা অনীশুবা অমস্তুং অরোইবনা মপূংফাদবা শৈথোঙনি। অস্মুম ভৌনা মসিদা মপূংফাদবা অমস্তুং হেন্দোক্ল-মপূংফাবা মখল অনী য়াম্নহ্নবা লৈরি।

(ঘ) মপূংফাবা, মপূংফাদবা অমস্তুং হেন্দোক্লা-মপূংফাবা য়াম্নবা—

২ (over -স্নো·ৱৌ)

শোংঙ । চুখ ⋮ -স্নো·ৱৌ =৪ + ২

২ (over হৱবা), ২ (over হ-(অ)), ২ (over -তাউথরো)

হৱবা । হ-(অ) ⋮ -হুবী ⁝ -তাউথরো =৪ + ৪

লাংখীং । মভোন ⋮ থুম্বংলো =৪ + ৩

২ (over -বী- ৗ)

পাংশোর : নুম্না ⋮ -বী- ৗ ⁝ ভেকথংলো =৪ + ৫

মথক্কী খুদম অসিদা অহানবা অমসুং অহুমশুবা শৈখোঙনা তানখোঙ-মপুংফাদবা, অনীশুবা শৈখোঙনা তানখোঙ-মপুংফাবা অমসুং মরিশুবনা হেন্দোক্লা মপুংফাবা শৈখোঙনি। অসুম তৌনা মসিদা মপুংফাবা, মপুংফাদবা অমসুং হেন্দোক্লা-মপুংফাবা শৈখোঙ মথক অহুম য়ান্নন্না লৈরি।

## (৩) শৈখোঙ-য়ান্নদবা তানখোঙ-অনীচৎপী।
## খোনকাপমশীন—৮ ॥ ৮

ঙসি লাইরেন ⋮ নোংজাদাহে / পম্বৌ-শূমাঙ ⋮ চাউগোয়দাহে //

মুংশি' থূজেং ⋮ পান্মুনা পায় / নাচল মখোঙ ⋮ শাহুনাহে //

তঙ্গণঙ্গরেং ⋮ পরেংবু লেং / লাইরেল মখেক ⋮ খেক্ক্নাহে //

২

থাবল-ইপোম ⋮ খেঙ্গোংবু লাং / খোঙথাং হাপ্পা ⋮ তাহে চোংসিহে //

## (৪) শৈখোঙ-য়ান্নবা তানখোঙ-অনীচৎপী।

মুংশিকোনগী ⋮ থম্মোইকোন্দা / চৌক্লা উচৌক ⋮ -খোনবী // −৮+৬

পলেম নওগী ⋮ য়াইবীকোন্দা / লাঙোঙ্গগে ⋮ মপোক খুদিঙ // −৮+৮

## (৫) শৈখোঙ-য়ান্নদবা তানখোঙ-অহুমচৎপী।
## খোনকাপমশীন—৮ ॥ ৮ ॥ ৮

[ মথক্তা লামায় ১৩৭-তা পীখিবা খোল্লমখোই ছন্দগী খোনকাপ মরিনা শাবা তানখোঙমক্কগী খুদম উৎপা ফোঙুরোল ছন্দলৈরেং অহু য়ান্নদবা তানখোঙ-অহুমচৎপীনি। ]

(৬) শৈখোঙ-য়াম্নবা তানখোঙ-অহুমচৎপী।

শীথরক্লে ⋮ খোরায়েম্না / থ্রা-থ্রা থ্রা-থ্রা ⋮ থ্রা-থ্রা থ্রা থ্রা /

কবি লোংলোন ⋮ -পাউলো //

=৮+৮+৬

মালেম লীচৎ ⋮ নাইদবনু / ভিন্নাও শীংনা ⋮ তূক্কচরে /

তাকপনিদে ⋮ তাকপনিদে //

=৮+৮+৮

(৭) শৈখোঙ-য়াম্নবা তানখোঙ-মরিচৎপী।
খোনকাপমশীন—৮ ‖ ৮ ‖ ৮ ‖ ৮ ‖ ৮

২ ১ ১ ২

তোং তোং তোংক্রম্বা ⋮ চক্কক নাক্কক চবায়বা /

১ ১ ২

লাই মোয়োক মশীং থী ⋮ থাদোই কৌইদা /

১ ১ ১ ১ ১

ভিমু ভিমু ঙাংশঙ ঙাঙ ⋮ মতোন সনা চিচৌ /

১ ১

চিচৌ চাচৌ ⋮ ময়া ফাক ময়া খুম //

২ ১ ১ ২

ক্লোন কোন ক্লোন্দুম্বা ⋮ হীফু য়াইফু হুদোনবা

১ ১ ২

লপত্রে খগাই কায়দোংবা ⋮ উরে য়া-য়া /

কেকু কোং-কাং   কেকু কোং-কোং /

উয়ে য-য়া   উয়ে য়া য়া //

মথক্কী থুদম অসিদা চুম্নগী চাংদগী হেন্দোক্না খোম্হোক চিংশিনবগী শরূক য়াম্না য়াওরি   অসুম তৌনা খোল্লমথোই ছন্দদা খোম্হোক চিংশিনবগী মওঙ হান্নসু থেংনব্রে।

## (৮) শৈখোঙ-য়ান্নবা তানখোঙ-মরিচৎপী।

লোণী প ংকা : থম্বালখোংদা / খোইনাং উথুম ⋮ লাবা অনা /

ঈশৈ কাংন ⋮ কাংনচুনা / মিত্তাক্চরি ⋮ থম্বাল-লৈহী //
=৮+৮+৮+৮

ভৌত্রা খোংবা ⋮ যজেম্নহা / শীংনথক্লে ⋮ চেক্লাশিংগো /

খোলহেক শুনা ⋮ হেক্রুচুনা / থম্মোই খোন্না ⋮ খোন্না //
=৮+৮+৮+৬

অসুম তৌনা খোনকাপ মঙানা শাবা, তরেৎনা শাবা, নিপালনা শাবা, মাপলনা শাবা অমসুং তরানা শাবা তানখোঙমরুগী খোল্লম-থোই ছন্দলৈরেংশিংদসু, হায়বদি তেংথারোল, চৈজীংগোল, লাইবৌ-রোল, নাউথেমলোল অমসুং উরাউবীরোল ছন্দদসু শৈখোঙ-য়ান্নদবা অমদি শৈখোঙ-য়ান্নবা তানখোঙ-অমচৎপী, তানখোঙ-অনীচৎপী, তান-খোঙ-অহুমচৎপী অমসুং তানখোঙ-মরিচৎপী উবা ফংই।

খোল্লমথোই ছন্দ অসি বাংলা শ্বাসাঘাতপ্রধান ছন্দগী মথলদা চিংলবস্ত্র ফৌগুরোল ছন্দ নত্তনা খোল্লমথোই ছন্দগী মওঙ অতৈদি

হায়রিবা বাংলা ছন্দগী মখল অসিদা উবা ফংদে। সংস্কৃত অমসুং প্রাকৃততদি খোল্লমথোই ( শ্বাসাঘাতপ্রধান ) ছন্দ লৈতে। বাংলা লৈবাক্কী ঢোল, সাঁওতাল পুংলোল অমসুং বিহারগী লোকনৃত্যগী তালদা মৈতৈ খোল্ল মথোই ছন্দগী, হায়বদি ফৌশুরোল ছন্দগী শৈখোঙ-য়াম্নদব তানখোঙ-অনীচংপী ছন্দশৈংবেংগা হাইফেং মান্নবা মওঙ উবা ফংই। মতুদি—

(অ) সাঁওতালগী পুংলোল :

"দি-পিব্ : দি-পাং | দি পিব্ : দি-পাং |
দি-পিব্ : দি পাং | তাং"

"তু তুব্ : তুয়া । তু-তুব্ : তুযা ¦ তু-তুব্ তুযা | তু"

(আ) বিহারগী লোকনৃত্যগী তাল :

"ছ্যা″-র‍্যা : র‍্যা′-র‍্যা | ছ্যা″-র‍্যা ব্যা′-র‍্যা । ছ্যা″-র‍্যা :
র‍্যা′-র‍্যা | ব্যা″— "

(ই) বাংলাগী ঢোল মরোল :

"লাক্ চ : ড়া চড়্ | লাক্ চ : ড় চড়্ |
লাক্ চ : ড়া চড়্ চড় — "

নত্ত্রগা,

"টাক্ ডু : মা ডুম্ | টাক্ ডু : মা ডুম্ |
টাক্ ডু : মা ডুম্ | ডুম্"

নত্ত্রগা,

"গিজ-তা : গি-জোড়্ | গিজ্-তা : গি-জোড়্ |
গিজ্-তা : গি-জোড় | গাং"

(বাংলা ছন্দের মুলসূত্র — অমূল্যধন মুখোপাধ্যায়)

ফৌশুরোল ছন্দ নত্তবা খোল্ল মথোই ছন্দগী মওঙ অতৈগা মান্নবা ছন্দমওঙদি বাংলা শ্বাসাঘাতপ্রধান ছন্দদা উবা ফংদে। মরমদি

বাংলা শ্বাসাঘাতপ্রধান ছন্দ নত্রগা লৌকিক ছন্দগী মপুংওইবা তান-খোঙমরুদি খোনকাপ মরিনা শাবা ঙাক্তুনি, হায়বদি, খোনকাপ মরিগী তানখোঙমরু নত্তবা অতোপ্পা মথলগী করিগুম্বা তানখোঙমরু অমতবু বাংলা শ্বাসাঘাতপ্রধান ছন্দদা মপুংওইবা তানখোঙমরু ওইনা শীজিন্নদে।

মৈতৈ ছন্দদা খোল্লমথোইগী ঈচেলনাইবা ছন্দ মহৌশানা শীজিন্নদে। তৌইগুম্বসু অঙাংহল, শীতলজিৎনচিংবা অনৌবা যুগকা কবি খরগী শৈরেংদা ঈচেলনাইবা খোল্লমথোই ছন্দগা মওঙ উবা ফংই। খুদম—

(অ) স্বপ্না লাইক্ত লমদম্না ⋮ —নীংথিজবা মতমদা
* * * * *
থুমন নোংথায় মচাদি ⋮ থুংনা থনবা খম্বনা
নাংথম শর্মা নন খোল্লুন ⋮ নৌরেন থুত্তা পায়ত্তুনা,
বা মৈয় চিকদা লেপ ⋮ মচেম খয় কৌবীনা
চিনাও কাওদোন থংত্তুনা, ⋮ মজাইবেম্মা থোইবীনা
চিয়ংষত্নদা তোংশিল্লে, ⋮ কেপে লোক্তাক লমদমদা
কাওরেন ফাবা চংপদী ⋮ হোন্দোয়ক্লে হি অদো।

(বম্ব-থোইবী-শৈয়েং অহুমশুবা শরুক—অঙাংহল)

(আ) তুমত্তনা লৈবী চনুশং ⋮ হৌদোক্লগে হায়ত্তুনা
কাব্য বীণা হুন্দোকপা ⋮ অবলা মিংথোল হোংত্নুনা
ভারত-লৈমা শাযোন-ও ⋮ থুংলাই তন্না পায়রকপা
বৃটিশ-নাংথা অকনবা ⋮ মমায় তুংহল্লখিবা
কাউ'এ নচা ঐখোয়না ⋮ কাউরোই মতম পুম্বদা
নীংশিংতুন নৈগনি ⋮ নঙনা তাকপা মন্ত্রদা।

(সরোজিনী নাইডু—শীতলজিৎ)

বাংলাদসু (খোল্লমথোই শ্বাসাঘাতপ্রধান) ছন্দদদি ঈচেলনাইবা ছন্দগী কবিতা হান্না লৈরমদে। হৌজিকসু অসিগুম্বা ছন্দগী বাংলা কবিতা য়াম্না তাঙনা উবা ফংই।

## খোঙচৎ য়াম্নবা

ছন্দগী খোঙচৎ মতুংইন্না খায়দোকপা ছন্দ মখল অহুমগী মরুমদা নৈনখ্রে। রাক্ষম অসিগী মতাংদা খঙজিনগদবা অমনা কবিতা মশা অমতদা তোঙান তোঙানবা খোঙচৎ লৈবা য়াই হায়বসিনি। অথুবা খোঙচৎকী মফমদা অতপ্পা, অতপ্পগী মফমদা অথীনবা খোঙচৎ শীজিন্নবা করি করিগুম্বদা উবা ফংই। শৈখোঙ অমতদা শরূক অমনা খোঙচৎ অমদা অহুগা শরূক অতৈনা অতোপ্পা খোঙচত্ত' শীজিন্নবসু উই। তোঙান তোঙানবা খোঙচৎকী তানখোঙমরু নত্রগা তানখোঙ নত্রগা শৈখোঙনা কবিতা অমতদা লৈরবদি মখোয় অহুগী মপুংওইবা খোঙচৎ অমা লৈহনবগদবনি। অহু নত্রবদি মখোয় অহু ছন্দ মখল অহুম অসিগী মহুং চন্দনা লৈগনি। শৈখোঙ অমতদা অথুবা অমসুং অতপ্পা খোঙচৎ লৈবা য়াই ; অহু ওইরবসু থুবা হেনবা খোঙচৎকী মফমদা তপ্পা হেনবা খোঙচৎ শীজিন্নগদবনি, মহুগী ওন্নতৈনবা তৌবদি য়াদে। মরম অহুনা অতপ্পা খোঙচৎকী মফমদা অথীনবা খোঙচৎ শীজিন্নবদি য়াই অহুগা অথীনবা খোঙচৎকী মফমদা অথুবা নত্রগা অতপ্পা খোঙচৎ শীজিন্নবদি য়াদে।

## ছন্দগী খোঙচৎ অমসুং মখল লেপ্পদা খোনকাপ

খোনকাপকী নিয়মনা মৈতৈ ছন্দগী মখল খায়দোকপা য়াদে হায়বসি হান্নসু হায়খ্রে। মৈতৈ ছন্দগী য়ুম্ফমদি তানখোঙমরুনি অমসুং তানখোঙমরুগী মশক খঙবনা খোনকাপমশীংদনি। তৌই-গুম্বসুং খোনকাপকী চাংচৎ নত্তবা ছন্দগী গুণ অতৈ অতৈসু লৈরি, মহুগী মতুংইন্না ছন্দগী খোঙচৎ অমদি মখল পুখোকপা য়াই। মৈতৈ ছন্দগী খোনকাপনিয়মদি অমতনি অমসুং হোংবা নাইদে, ছন্দগী খোঙচৎ অমসুং মখলদা নন্দুনা লৈতে। করি করিগুম্বা কবিতাদা

তানখোঙমরুমশেম অমসুং খোনকাপমশীংদগী থোইদোকহেন্দোকপা ভাব শব্দগা খোঙচৎকী ইঙ্গিৎ ফংবা য়াওই। অদুগা খোনকাপ-শীং হোংদনা থম্নবসু তোঙান তোঙানবা শাথেক্ত নম্রগা খোঙচত্তা কবিতা অমবু পাবা য়াই। অদুনা তোঙান তোঙানবা ছন্দগী মখল নৈনবা মতাংদা হায়খ্রিবা খোনকাপকী রাফমশিং অদু মওঙ শুনা মপুংফারবা কবিতাদদা ঙাকই, অয়োবা মওঙশিং অদু মপুংফানা থমদ্রবদি য়াদে হায়বা থোইদোকপা লৈতে।

## মৈতৈ ছন্দগী ফূরূপ *

মপুং ওইবা তানখোঙমরুগী খোনকাপমশীং খেন্নবা মতুংইন্না ছন্দগী তোঙান তোঙানবা মওঙ লৈ। হায়রিবা মওঙশিং অসিনা ছন্দগী মখল খায়দেক্ত্রবসু মখোয় অসিবু মথক্তা নৈনখ্রিবা ছন্দ মখল অহুম আসগী তোঙান তোঙানবা শাথেক নম্রগা শক্লোল ওইনা লোরগা ছন্দগী তোঙান তোঙানবা ফূরূপ খায়-দোকপদি য়াই। মদুদি খোনকাপ মরিগী ছন্দ খোনকাপ মঙাগী ছন্দ, খোনকাপ তরুক্কী ছন্দ অসিনাচংবা। হায়রিবা ফূরূপশিং অসিনা ছন্দগী মরূম ( weight ) ৎঙইহল্লি। ছন্দগী ফূরূপ খায়দোকপগী অতোপ্পা মওঙ অমনা শৈখোঙদা তোঙান তোঙানবা অয়াংবগী চাং পুবা খোম্বোক্তা মশীন মতুংইন্না ওইবা য়াই। মথক্তা অন শুবা শরুক্কী ২৭শুবা মতাংদা অয়াঙবগী চাং মতুংইন্না খায়দোকপা খোম্বোক মখল মঙাগী রা গায়খ্রে—অয়াংবা, অরাম্বা, অথীনবা ( অতপ্পা অথীনবা ), য়াম্না-থীনবা, য়াম্না থুবা। মখোয় অসিগী মমুংদা অয়াংবা খোম্বোক্তবু মতম পুম্নমক্তা শীজিন্নবা য়াই খোম্বোক মখল অতৈ পুম্নমক্কীদি অমগা অমগা তাইনবা শীজিন্নবগী য়াবা য়াদবা নিয়ম লৈ। অনীশুবা শরুক্কী

* শিরগ' ফূ (চফূ) কায়নবা কাঙলুপ্পু ফূরূপ কৌই। ম'সদ'দ চুম্নগী কাঙলুপ্পু খঙনরি।

মতাং ২৮ (গ`-দা মখোয় অসিগী অমগা অমগা তিন্নবা যাবা যাদবা মওঙশিং অতু উংগ্রে।

শৈখোংদা তোঙান তোঙানবা অযাঙবগী খোংথ্বাক শীজিন্নবা মতুংইন্না ছন্দগী ফূরূপ মথ'গী অস্নুন্না পাযদোক্পা যাই ঃ

**(১) অয়াংবা ছন্দ—**

ছন্দ অসিগী শৈখোঙদা অযাংবা খোংথ্বোক্তমক শীজিনৈ অমস্নুং শৈখোঙ থুদিঙমক অতপ্পা খোঙচত্তা নভ্রগা অথীনবা খোঙচত্তা পাবা য়াই।

**(২) অশেংবা অকাম্বা ছন্দ—**

ছন্দ অসিগী শৈখোঙদা অযাংবা অমস্নুং অকাম্বা মখল অনীনী খোংথ্বোক শীজিনৈ। মসিগী খোঙচত্তি অতপ্পনি অমস্নুং মসদা শৈনিন্না মপুংওইনা লৈ হ'যবিবা মওঙশিং অসি শৈনিংথ্বোই ছন্দদা লৈ। অছুনা অশেংবা অকাম্বা ছন্দ হায়রগা শৈনিংথ্বোই ছন্দবু খঙনৈ।

**(৩) য়াম্নবা অকাম্বা ছন্দ—**

ছন্দ অসিগী শৈখোঙদা অয়াংবা অমস্নুং অকাম্বা খোংথ্বোক শীজিন্নবগা লোয়ননা অথীনবা অমস্নুং য'ম্ন-থানবা খোংথ্বোকসু লমজাম্বা ওইনা করি করিগুম্বদা শীজিনৈ। তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা তানখোঙ-মতেক অমতদা অমুক্তগী হেন্না খোংথ্বোক য়াম্নবা যাওদে।

**(৪) অশেংবা অথীনবা ছন্দ—**

ছন্দ অসিদা অয়াংবা অমস্নুং অথীনবা মখল অনীগা খোংথ্বোক শীজিনৈ অমস্নুং মসিগী খোঙচত্তি অথীনবনি। মওঙশিং অসি খোন্নিংথ্বোই ছন্দদা লৈবা মরম্ন অশেংবা অথীনবা ছন্দ হাযবগা খোন্নিংথ্বোই ছন্দবু খঙনৈ।

**(৫) য়াম্নবা অথীনবা ছন্দ—**

অয়াংবা অমস্নুং অথীনবা খোংথ্বোক্কা লোয়ননা য়াম্না-থীনবা

খোম্হোকস্থু লমলাম্বা ওইনা করি করিগুম্বদা শীজিন্নৈ। অসুম্না খোম্হোক য়ান্নবা শীজিন্নবা মতমদা য়ান্নবা অথানবা ছন্দ ওই।

(৬) য়াম্না-থীনবা ছন্দ—

ছন্দ অসিগী শেখোঙ খুদিঙদা য়াম্না থীনবা খোম্হোক অমদগী হেন্না শীজিন্নৈ। খোম্হোক অতে অতেনা অয়াংবা নত্রগা অথানবনি। মসিসু অথীনবা খোঙচৎকী ছন্দনি।

(৭) অশেংবা অথুবা ছন্দ—

মসিনা খুলঙছন্দ নত্রগা খোল্লমথোই ছন্দগী মওঙনি। মসিগী খোঙচত্তি অথুবনি ছন্দ অসিদা মহৌশানা অয়াংবা অমসুং য়াম্না থুবা মথল অনীগী খোম্হোক শীজিন্নৈ। অরাম্বা খোম্হোকসু ফজরোল ভাক্রগা শীজিন্নবা য়াই।

(৮) য়ান্নবা অথুবা ছন্দ—

অশেংবা অথুবা ছন্দদা শীজিন্নবা খোম্হোকশিং অতুগা লোয়ননা করি করিগুম্বদা লমলাম্বা ওইনা অথীনবা অমসুং য়াম্না থীনবা খোম্হোকসু শীজিন্নবা য়াওই। অসুম্না খোম্হোক য়ান্ননা শীজিন্নবা মতমদা য়ান্নবা অথুবা ছন্দ ওই।

মতাং অসিদা নীংশিংগদবদি মৈতৈ ছন্দগী খোনকাপনিয়ম মরু-ওইনা অমতনি হায়বসি ন। মথক্তা হায়খ্রিবা ছন্দগী মরুপশিং অসি মফম পুন্নমক্তা খোনকাপনিয়ম অতু মরুওইবা কাঙলোলশিং অতুগা লোয়ননা ইনগদবনি।

মৈতৈ শৈরেংগী করি করিগুম্বা শৈখোঙদা করিগুম্বা খোম্হোক মথল অমনা মপুং ওইনা লৈবা য়াওই। অয়াংবা খোম্হোক্তা হায়রিবা খোম্হোক মথল অতুগা তিন্নহনা তোপতোপ্পা খোঙচৎ অমসুং মথল অমা থোরকই খোম্হোক মথল মভা লৈবা অতুগী মতুংইন্না হায়খ্রিবা অশেংবা ছন্দ মওঙ মভা অসি লৈবা য়ারিবনি। অশেংবা ছন্দগী

শৈখোঙদা লমলাম্বা খোম্থোক হায়বদি লৈফম খোক্তবা খোম্থোক করি করিগুম্বদা লৈবা য়াওই অমসুং মতুদগী য়াম্নবা ছন্দ খোরকই ; তৌইগুম্বসুং **লমলাম্বা খোম্থোক্তি করিগুম্বা তানখোঙমতেক্কী মনুংদা অমদগী হেন্না লৈবা য়াদে** অমসুং শৈখোঙদসু মখোয়গী মশীং য়ামদে, অদু নত্রবদি খোঙচৎকী মওঙ মাঙই। অদু ওইরবসু মসিমদি য়াদবা মঙদে, মতদি মরক্তা লমলাম্বা খোম্থোক শীজিন্নবনা খোঙচৎ হোংলকপা য়াওবতুদা করি করিগুম্বদা ছন্দবু পুক্নীং তুহনবা, শাথেক ফজহনবা অমসুং ইঙ্গিৎ চেনহনবা য়াওই।

## মৈতৈ ছন্দদা অনৌবা মওঙ খরা

(১) অতপ্পা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা শৈনিম্থোই ছন্দবু খোনকাপ ৪ অমসুং ৬কী ছন্দনি হ'য়না লৌনর্ক্লি। তৌইগুম্বসুং ছন্দ মখল অসিদা খোনকাপ ৭, ৭, ৮ অমসুং ১০না শাবা তানখোঙমরুসু হৌজিক্কী মৈতৈ শৈরেংদা উবা ফংই।

(২) হান্নদগী চৎনরকপা নিয়ম মতুংইন্না অথৌনবা খোঙচৎকী ছন্দ নত্রগা খোন্নিম্থোই ছন্দদা খোনকাপ ৪, ৫, ৬ অমসুং ৭কী তানখোঙমরুতমক শীজিন্নগদবনি। তৌইগুম্বসুং খোনকাপ ৮গী তানখোঙমরুসু কনা কনাগুম্বনা হৌজিক শীজিন্নবা উই।

(৩) শৈনিম্থোই ছন্দ অমসুং খোম্নিম্থোই ছন্দ মখল অনীমক্তা খোনকাপ ২ অমসুং ৩গী তানখোঙমতেক ঙাক্তা অদুগা খোম্ল মথোই ছন্দদনা খোনকাপ ২, ৩, ৪, ৫ অমসুং ৬কী তানখোঙমতেক ঙাক্তা শীজিন্নগদবনি হায়বসি মৈতৈ ছন্দগী চৎনরক্লিবা নিয়মনি। তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি কনা কনাগুম্বনা শৈনিম্থোই অমসুং খোম্নিম্থোই ছন্দদসু খোনকাপ ৪, ৫ অমসুং ৬কী তানখোঙমতেক শীজিন্নবা য়াওরে।

(৪) হান্না চৎনরকপা নিয়ম মতুংইন্না তানখোমতেক্কী খোন-কাপমশীন্দ ৩+১ অমসুং ১+২-গী মওঙশিং অসি মৈতৈ ছন্দদা লৈরক্তে. তৌইগুম্বসুং বাংলা পর্বাঙ্গগী মাত্রামশীন লৌহনা হৌজিক্কি মৈতৈ শৈরেংদসু কনা কনাগুম্বন' পুশিল্লকপা য়াওরে।

## শৈখোঙ অমসুং শৈতূপকী তোঙান তোঙানবা মশেম

মথক্তা হান্না নৈনখ্রে—মৈতৈ ছন্দগী মরুওইবা মচন্দি তানখোঙ-মরুনি অমসুং খোনকাপমশীং মান্নবা তানখোঙমরু অমদি তানখোঙ কয়ামকম্না শৈখোঙ, শৈতূপ অসিনচিংবা শেম্মী। সংস্কৃততা অসুম তৌনা শেম্বা মওঙশিং অসিগী মমিং অমমম লৈ, মতুদি—অনুষ্টুপ্, ত্রিষ্টুপ, ইন্দ্রবজ্রা, স্রগ্ধরা মালিনী, মন্দাক্রান্তা, শার্দ্দূলবিক্রীড়িত অসিনচিংবা। ইংরেজীদসু dimeter, trimeter, tetrameter, pentameter, hexameter, heptameter, Romantic metre ( iambic tetrameter ), Heroic verse ( iambic pentameter), Alexandrine verse (iambic hexameter) অদুগা বাংলাদনা পয়ার, একাবলী, দ্বিপদী, ত্রিপদী, চৌপদী অসি-নচিংবা মিংশিং অসি মতম কুইনগী মমাঙদগী শীজিন্নরক্নি। মৈতৈগীসু শামুখোঙ, তানখোঙ-অমচৎপী, তানখোঙ-অনীচৎপী, তানখোঙ-অহুম-চৎপী, তানখোঙ মরিচৎপী অসিনচিংবা ছন্দলৈরেংশিং অসি লৈরক্নি। মৈতৈ ছন্দলৈরেংশিং অসিদা শীজিন্নবা শৈখোঙ কয়াগী তোঙান তোঙানবা মশেম ঐখোয়না থেংনখ্রে। অদুগা' মতুদগী হেন্দোকপা মওঙ কয়াসু হৌজিক মৈতৈ শৈরেংদা নৌনা চঙশিল্লকপা উরি।

মথাদ' উৎলিবা শৈখোঙমশেমশিং অসিদা তানখোঙ খুদিঙমক তানখোঙমরু অমনা শাবা ঙাক্তা ওইনা লৈরি, হায়বদি, তানখোঙগা তানখোঙমরুগা মান্ননা থম্লি।

## শেখোঙ

# খোনকাপ মরিগী ছন্দ

### ( মপূংওইবা তানখোঙমরুদা খোনকাপ মরি লৈবা )

**তানখোঙ-অনীচৎপী :**

তানখোঙমপূংফাবা— ৪/৪//

তানখোঙমপূংফাদবা— ৪/২//

হেন্দোক্লা-তানখোঙ-মপূংফাবা— ৪/৬//

**তানখোঙ-অহুমচৎপী :**

তানখোঙমপূংফাবা—৪/৪/৪//

তানখোঙমপূংফাদবা— ৪/৪/২//

হেন্দোক্লা তানখোঙ-মপূংফাবা— ৪/৪/৬//

**তানখোঙ-মরিচৎপী :**

তানখোঙমপূংফাবা— ৪/৪/৪/৪//

তানখোঙমপূংফাদবা— ৪/৪/৪/২//

হেন্দোক্লা তানখোঙমপূংফাবা— ৪/৪/৪/৬//

**তানখোঙ মঙাচৎপী :**

তানখোঙমপূংফাবা—৪/৪/৪/৪/৪//

তানখোঙমপূংফাদবা—৪/৪/৪/৪/২//

[ তানখোঙ মঙাচৎপী ছন্দলৈরেংদি খোনকাপ মরিগী ছন্দদা শীজিন্নে অমম্বং য়াম্না তাঙনা উবা ফংই । ]

# খোনকাপ মঙাগী ছন্দ

### ( মপূংওইবা তানখোঙমরুদা খোনকাপ তরূক লৈবা )

**তানখোঙ-অনীচৎপী :**

তানখোঙমপূংফাবা—৫/৫//

তানখোঙমপূংফাদবা—৫/৩//

হেন্দোক্লা-তানখোঙমপূংফাবা— ৫/৬//

**তানখোঙ-অহুমচৎপী :**

তানখোঙমপূংফাদবা—৫/৫/৩//

**তানখোঙ-মরিচৎপী :**

তানখোঙমপূংফাদবা— ৫/৫/৫/৩//

## খোনকাপ তরুক্কী ছন্দ

( মপুংওইবা তানখোঙমরুদা খোনকাপ তরুক লৈবা )

তানখোঙ অনীচংপী :

তানখোঙমপুংফাবা—৬/৬//

তানখোঙমপুংফাদবা—৬/৩//

তানখোঙ-মরিচংপী :

তানখোঙ মপুংফাদবা—৬/৬/৬/৩//

তানখোঙ-অহুমচংপী :

তানখোঙমপুংফাদবা—৬/৬/২//

হেন্দোক্লা তানখোঙমপুংফাবা—৬/৬/৮//

## খোনকাপ তরেৎকী ছন্দ

( মপুংওইবা তানখোঙমরুদা খোনকাপ তরেৎ লৈবা )

তানখোঙ-অনীচংপী :

তানখোঙমপুংফাবা—৭/৭//

তানখোঙমপুংফাদবা—৭/৪//

তানখোঙ-মরিচংপী :

তানখোঙমপুংফাবা—৭/৭/৭/৭//

তানখোঙমপুংফাদবা—৭/৭/৭/২//

তানখোঙ-অহুমচংপী :

তানখোঙমপুংফাবা—৭/৭/৭//

তানখোঙমপুংফাদবা—৭/৭/৪//

## খোনকাপ নিপালগী ছন্দ

( মপুংওইবা তানখোঙমরুদা খোনকাপ নিপাল লৈবা )

তানখোঙ-অনীচংপী :

তানখোঙমপুংফাবা—৮/৮//

তানখোঙমপুংফাদবা—৮/৬//

হেন্দোক্লা তানখোঙমপুংফাবা—৮/১০//

তানখোঙ-অহুমচংপী :

তানখোঙমপুংফাদবা—৮/৮/৬//

হেন্দোক্লা তানখোঙমপুংফাবা—৮/৮/১০//

তানখোঙ-মরিচংপী :

তানখোঙমপুংফাবা—৮/৮/৮/৮//

তানখোঙমপুংফাদবা—৮/৮/৮/৫//

## খোনকাপ মাপলগী ছন্দ

( মপুংওইবা তানখোঙমরুদা খোনকাপ মাপল লৈবা )

তানখোঙ-অনীচংপী :

তানখোঙমপুংফাবা—৯/৯//

তানখোঙ-অহুমচংপী :

তানখোঙমপুংফাবা—৯/৯/৯//

তানখোঙ-মরিচংপী :

তানখোঙমপুংফাবা—৯/৯/৯/৯//

## খোনকাপ তরাগী ছন্দ

( মপুংওইবা তানখোঙমরুদা খোনকাপ তরা লৈবা )

তানখোঙ-অনীচংপী :

তানখোঙমপুংফাবা—১০/১০//

তানখোঙ-অহুমচংপী :

তানখোঙমপুংফাদবা—১০/১০/৫//

## শৈখোঙমশেম অতৈ খরা

তানখোঙ অনীচংপী : ৫/৮//; ৬/৪//; ৭/১১//; ৮/১১//

তানখোঙ-অহুমচংপী : ৭/৭/০//; ৭/৭/৪//; ৮/১০/৬//

## শৈতূপ

হৌজিক মৈতৈ শৈরেংদা মথক্লমথা অয়াম্বা শৈতূপ উবা ফংই। মখোয় অতুগী অকক্লবা মশীং হায়বা য়াম্না লুই। থ্বাইদগী হেন্না শীজিন্নগনবা শৈতূপ খরগী মওঙ মতাং অসিদা উৎলি।

শৈতূপ শেম্নগী মথলমথা অয়াম্বা মওঙ লৈরবস্যু অমম্নুং অকক্লবা খোনকাপমশীংগী তানখোঙমরুনা মসিগী মরুওইবা মচাক ওইরবস্যু মতম

অয়াম্বদা ঐখোয়না উবা ফংগনি, মংদি অকক্লবা তানখোঙমরূমশীংগী তানখোঙনা মসিগী মরুওইবা শরূক অমমন ওইনা লৈ। শৈতূপকী মচুংচনবা শৈখোঙশিংগী তানখোঙমশী মান্নরবা য়াই, তৌইগুম্বসুং তানখোঙ খুদিঙগী খোনকাপমশীংদি মরুদা মংনৈ। অতুগা মতম অয়াম্বদা শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরু মপুংফাদবা মরম্লা অরোইবা তানখোঙ অতু মপুংফাদে অমসুং করি করিগুম্বদা শৈতূপকী মচুংদা অকায়বা শৈখোঙ শীক্তিন্নবা য়াওই।

শৈতূপকী শৈখোঙশিংদা খোনখৈহন নত্রগা মান্নখৈ লৈরবদি মতম অয়াম্বদা শৈখোঙ তোঙানবগা লোয়ননা তোঙান তোঙানবা অর্থ চেনবা রাহৈনা লৈগল্লি। লাইরিক অসিদা ক, খ, গ, ... ... ... অসিনচিংবা ময়েক্লা শৈতূপকী মচুংদা খোনখৈহন লৈবগী নিয়ম উৎলি। করিগুম্ব শৈতূপ অমবু ক-খ-খ-ক হায়বা থুদম অসিনা তাক্লবদি- শৈতূপ অতুদ শৈখোঙ মরি অদুগা অহানবা অমসুং মরিশুবা, অনিশুবা অমসুং অহুমশুবা শৈখোঙগী মরক্তা মান্নখৈ লৈ হায়বা থঙনগনি।

## শৈখোঙ অনীগী শৈতূপ

অমগা অমগা মওঙ মান্নবা অমসুং খৈমান্নবা শৈখোঙ অনীনা শৈতূপ শেম্বগী নিযম অসি মমাঙতৈদগী হৌজিককফাওবদা চংনরক্লিবা খুাইদগী পান্নবা নিয়মনি। মমাঙতৈদদি মসি নত্তবা অতোপ্পা করিগুম্বা মখলগী শৈতূপ লৈরমদে। শামুখোঙ, তানখোঙ-অহুমচংপী-নচিংবা ছন্দলৈরে পূন্নমকসি অসিগুম্বা মওঙগী শৈতূপ্তা ইবা ঙাক্তনি। মখলমখ, অয়াম্বা ছন্দলৈরেং নৈনবা মতাংদা অসিগুম্বা শৈতূপ কয়াগী মওঙ উৎশ্রে।

হৌজিক করি করিগুম্বদা উবা ফংই—অসিগুম্বা শৈতূপকী শৈখোঙ অনী অতু মওঙ পুম্মান মান্নদে; মতুদি—

থনখি মীৎকূপ কয়াদা / অহোংগী মমৈদ / ঙংলবা থাবলনা // =৮+৬+৬
মুহ'গুম তুম্নীংবনা / ঙইথম্নক্রুবদি ঐগী / কেম্নবা পুক্লিনা // =৮+৮+৬

অতুগা অয়াম্বা মতমদা উবা ফংই—শৈখোঙ অনা অতুগী তানখোঙমশীং মাম্নদে ; মতুদি—

পীবিম্ন পুক্লিগী / নোংদম্বা // =৬+৩
পাক্লবা থম্মোইদো / তেংবানবু কোনঙম্ব' / পীবিম্নুনে ঐগী / লমজীংবা //
=৬+৬+৬+৩

# শৈখোঙ অহুমগী শৈতূপ

অসিগুম্বা মথলগী শৈতূপ অসি হান্ন লৈরমদে, হৌজিক্ত নৌনা শীজিন্নরকপনি। মসিদা তোঙান তোঙানবা মওঙদা মান্নখৈ লৈহনবা য়াই ; মতুদি ক-ক-ক, ক খ-ক, ক-খ-খ, ক-ক-খ। অতুগা শৈখোঙ অহুম্মক মওঙ মান্ননা, হায়বদি, ছন্দলৈরেং অমতদ থম্বা যাই
মতুদি—

থেঙলবা অচৌংদা / থিংত্রনা ইন্দ্রিখোঙ / শিকন্নি ঐদি, // =৬+৬+৫
লৈরম্নে অমুক্কী / মেঙলবা মঙাম্বা / ইবুঙো নঙদি, // =৬+৬+৫
উচম্নে মচুগী / সমুদ্র ঈম্নায়দা / লৈরম্নে নঙদি। // =৬+৬+৫

তানখোঙমশীং মাম্নদবা তোঙান তোঙানবা মওঙগী শৈখোঙনসু অসিগুম্বা শৈতূপ অসি শেম্বা য়াই। অহানবা শৈখোঙ অনীনা পীকপা অমস্তুং অহুমগুবনা চাউবা—অতুগুম্বা শৈতূপনা অয়াম্বা চৎনৈ ; মতুদি—

লৈনা লৈনা লৈতবা / মালঙপাম্বা // =৭+৫
উনা উনা উদবা / মঙানসিদা // =৭+৫
লেংলিদো মীওইবনা / কংবনাইদবা পিগী / শোইবনাইদবা
পরেং / মতমচুপ্পদা। // =৭+৭+৭+৫

# শৈখোঙ মরিগী শৈতূপ

অসিগুম্বা শৈতূপ অসি মৈতৈ শৈরেংদা য়াম্না তোয়না পীজিন্নে ! ক-খ-ক-খ, ক-খ-খ ক, ক ক-ক খ, চ ক-ছ-ক, অসুম্না তোঙান তো-ঙানবা মওঙদা মান্নখৈ লৈহনবা য়াই। অদুগা শৈখোঙশিং অদু ছন্দলৈরেং অমতদা থম্বা য়াই ; মদুদি—

মীৎচিনা মীৎচিদা / তমজরি থম্মোইগী / বাদি // =৬+৬+২

নোকমিবা চীনবানগী / ইঙ্গিৎন ঈহৌরি / লোম্না। // =৬+৬+২

পাম্বোম্না পাম্বোমদা / য়েত্ত্না ঈরাঙ / হৌনা // =৬+৬+২

থম্মোইগা থম্মোইগা / লান্নরি অথুপ্পা / লন্দি। // =৬+৬+২

অদুগা তোঙান তোঙানবা মশীংগী তানখোঙনা শাবা শৈখোঙনসু অসিগুম্বা শৈতূপ শেম্বা য়াই। হৌজিক য়াম্না চৎনরিবা অসিগুম্বা মখল খরগী খুদম মখাদা পীরি।

(ক) অহানবা, অনীশুবা অমসুং মরিশুবা শৈখোঙনা পীকপা অদুগা অহুমশুবনা চাউবা—

খঙলম্নোই কনাসু / মালেমসিদা, // =৭+৪

মাকাম্বরিদো ঙসিদি / ইবানীদা // =৭=৪

হৈথরক্লি লেপ্তনা / নো-দোক্ষগী লাইজনা / ঈচৌকখোম্না থেঙথ্রবা /
অহৌংসিদা, // =৭+৭+৭+৪

হায়ম্নোসবা নপাউদো / হায়রোগবা। // =৭+৪

(খ) অহানবা অমসুং মরিশুবা শৈখোঙনা চাউবা, অনীশুবা অমসুং অহুমশুবনা পীকপা—

শংবৈ য়েনশীন / রামতুলসী / চরোং অঙৌবা / মরানা // =৬+৬+৬+৩

তিন্দুনা ফুংলবা / মনম সুংশিনা // =৬+৬

চেঙহৌগী চাইশেল / খুদোংদা হাপ্লুনা // =৬+৬
চৎলি শাথেকপুবা / হিদেন মায়কৈদা / চিনিচম্পাবন / কাওহনা। // =৬+৬+৬+৩

(গ) অহানবা অমস্তুং অহুমশুব শৈখোঙনা চাউবা, অনীশুবা অমস্তুং মরিশুবনা পীকপা—

খোংবিররোনে / মৈগী বীণাদো / খম্মোইনুংসিদা / ভাম্বোইহনা, // =৫+৫+৫+৪
চাইখোকচগে / মৈরাকশিংসে / য়াবানুংগী // = +৫+৪
চুখৎপিররো / ঐগী পুন্সিসে / নঙগী পূজাগী বাতি ওইনা, / =৫+৫+৫+৪
চাকথেকহনবিয়ু / তান্নোই তানা / নঙুংলাংগী। // =৫+৫+৪

# শৈখোঙ মঙাগী শৈতূপ

শৈখোঙ মঙাগী শৈতূপতি হান্না লৈরমদে, হৌজিক্তি কন কনাগুম্বনা শীজিন্নবা য়াওরে। অসিগুম্বা মখলগা শৈতূপতা অহানবা, অনীশুবা, মঙাশুবা শৈখোঙনা চাউবা অতুগা অহুমশুবা অমস্তুং মরি-শুবনা পীকপা—অতুগুম্বা মওঙনা অয়াম্বা উই। খুদম—

খোংবিনি কনান / লুন্নবা থুন্নবা / তাহবঙ য়াকায়বা / খোঞ্জেলদা // =৬+৬+৬+৩
ইশাবু কাউহনা / ভাওরবা থম্মোইনা / তপোই শানবা / পুংলোন্দ ? //
অনৌবা ছন্দনা / কন্নবা উখৈগী // =৬+৬
খদৎকনি চূপ্নী / পুন্নসে ঐগী ? // =৬+৬
য়াকায়নি কন্নবা / অনৌবা অনীংবা / পুক্নী-সমুদ্র / -মুংসিদা ? // =৬+৬+৬+৩

# শৈখোঙ তরুক্কী শৈতূপ

খোনকাপ তরেৎকী তানখোঙমরুগুম্না শৈখোঙ তরুক্কী শৈতূপস্তু মৈতৈ শৈরেংদা য়াম্না চৎনৈ। মতুগী মন্নুংদা মখল খরবুনা পাম্না শীজিন্নবা হেন্নি। মখাগী অহানবা মখলগী শৈতূপতা অনীশুবা,

অহুমশুবা, মঙাশুবা, তরাকশুবা শৈখোঙ মরি অসি অমগা অমগা মায়ৈ অমসুং পীকই ; অতোগা অহানবা অমসুং মরিশুবা শৈখোঙনা মখোয় অসিদগী হেন্না চাউই অমসুং অনী অসি পূংবা ওইনা লৈ। মথুদি—

মেঙলবা মঙাম্ন / মৈরবেনে ঐনী / থোঙচৌন্দা— // =৬+৬+৩
কনাগী মপাউন / অনৌবা অয়ুক্কা // =৬+৬
কবিগী নিঙ্গরি / ঈচৌবা ঈমিত্তা ? =৬+৬
গ্রহ গ্রহ তুন্দুভি / থীঃক্লে মায়কৈ / মখিদা:— // =৬+৬+৩
অনৌবা খোনাগী / থাঙশাংনা ভসিদি // =৬+৬
কন্নান পুন্সিগী / বাহংগী য়োৎহ্লিংদি। // =৬+৬

অনীশুবা মখলগী শৈতূপতা অহানবা, অনীশুবা, মঙাশুবা, তরাকশুবা শৈখোঙ মরি অসি অমগা অমগা মায়ৈ অমসুং চাউই ; অতোগা অহুমশুবা অমসুং মরিশুবা শৈখোঙনা মখোয় অসিদগী হেন্না পীকই অমসুং পূংবা ওইনা লৈ। মঃদি—

লেঙলক্লে ইমা থাদোকহৈরবী / অমৃতকোন্দগী কূমথরক্লে, // =১০+১০
পৃথিবী ভসিদি খোযথুম্না / অশংবা ঈথক ঈহৌরক্লে। // =১০+১০
নোথজয়ে তম্পাক্তা মমাগী // =১০
মতম কুইনা কায়নরুরবী। // =১০
থকচরে অমৃত মপুক থন্না— / ওরায়না জগোই শাজয়ে নীক্লা, / =১০+১০
কীজোম্না মায়কৈ-লাইরেম্বাগী। কূপথয়ে নোংখোঙ শীনবা থুংনা। //
=১০+১০
(নোংজু খতু)

অসি নত্তবা মখল মথেল কয়াগী শৈতূপসু উবা ফংই। শৈতূপকী শৈখোঙমশীং অকরুদবা মরম্না শৈখোঙ তরেৎ, নিপাল, তরা অমসুং অসিদগী হেনবা মশীংগী শৈখোঙনা শাবা শৈতূপসু শীজিন্নৈ। শৈতূপকা শৈখোঙশিং অহু শৈথেক মাইবা ওইরবদি শৈখোঙমশীং

মাম্নবা অমস্নুং ছন্দলৈরেং অমতগী শৈখোঙনা শাবা শৈতূপশিংস্নু শৈথেক খেম্নবা মতুংইম্না মওঙ তোঙান তোঙাল্লি। অহুনা মথাগী শৈতুপ অনী অসি ছন্দলৈরেং অমতগী শৈখোঙ অনীনা শাবা ঙাক্তা ওইরবস্নু তোঙান তোঙানবা মওঙদা উরি।

(অ) শরুগনি বক্সনা / বীণ'-শৈরোল অথুম্বা /
নোংপোক-খোঙেল মপাঙগা /
শৈথেং শহুম্নবদা। // - ৭+৭+৭+৭
নোংচূপ-উমং অশোঙবা হুয়েল লাম্নাউ নিল্লিবা /
শৈহেক্কম ওইরনি /
মুংশি-খাঙেল কয়াগী। // = ৭+৭+৭+৭
(ভাবতনা নীংহল্লবদা)

(আ) "মুংশিবগী মহূত্তি /
ফিবা খঙদে ভাইবঙদা, /
ঙম্বা নত্তে শিনবদি
সনা খুজি লীপীংনা— // = ৭+৭+৭+৭
ঐগী মুংশিবসিনা //
শিংলগেকো নঙোন্দা।" /
অসি হায়না মমানা
চুপচবম্মী মচাদা। // = ৭+৭+৭+৭
(মোইবুং খুজি)

ঐখোয়না অমুক নৈনত্রবস্নু অহুম খঙবা ঙম্মী, তোঙান তোঙানবা মওঙদা মাম্নখৈ লৈহনবা অমস্নুং মপুংওইবা তানখোঙমরু মাম্নহনবনা অশাংবাশৈতূপ শেম্বা য়ারিবনি। অশাংবা শৈতূপশিংদদি অয়াম্বা মতম-দা শৈখোঙশিং অহু অতেন-অশাংদা, হায়বদি, তানখোঙমশীংদা খেম্ননা লৈ। অহু নত্রবদি, য়াম্না শাংবসিনা অসিঙম্বা শৈতূপশিং অসি পাবদা মুংঙাইনা থোক্রম্লোইদবনি। অতেন-অশাং খেম্নবসিনা ভাবকী ঈচেলদা ইঙ্গিং চেলহনবদস্নু খুদোংচাহল্লি।

# উচনশৈরেং

## ( Sonnet / চতুর্দশপদী কবিতা )

ইয়ুরোপকী সাহিত্যদা সোনেট (sonnet)* হায়না খঙনরিবা শৈখোঙ তরামরিন শাবা, করিগুম্বা ভাব অমসুং মুংবান ( অনুভূতি ) অমবু য়াম্না তাশিনখোমজিন্না অমদি মপুংফানা উৎপা কবিতা মখল অমবু মৈতৈ সাহিত্যদা **উচনশৈরেং** হায়না খঙনৈ। মসিদা হান্নদগী শেমঙনা থম্বা শৈওঙগী উচন অমদা কবিতাগী ভাবকী মূর্তি অমু লমঙৈ থাত্তনা চপচানা হাপচিল্লি। ভাবকী মূর্তি অসিগা লোয়ননা কবিগী মশাদগী থোকপা মুংবান অমসু উচন চান হাপচিনবা ঙমজবদি অসিগুম্বা মখলগী কবিতা ওইবা য়াদে। অসুম্না হান্নদগী চন্দুনা থম্বা উচন্দা শেম্মী হায়জনা মসিবু উচনশৈরেং কৌরিবনি। বাংলা সাহিত্যদা অসিগুম্বা মখলগী কবিতাবু মাইকেল মধুসূদনন্না **চতুর্দশপদী কবিতা** হায়না মমিং থোল্লম্মী।

ইং কুমজা চাতরাহুমদোইগুবদা ইতালীদা অহানবা সোনেট ইবা হৌখিবনি হায়না লৌনরক্লি। তৌইগুম্বসুং কনা কনাগুম্বা খরনা ইং কুমজা চাতরামাথোইগুবগী পর্তুগীজ কবি গিদো ড আরেৎসওই ( Guido D' Arezzo )-না অহানবা হৌদোকখিবনি হায়রি। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু চপচাবা মওঙদা নীংথজবা সোনেট অহানবা ইবদি ইতালীগী মমিংচৎলবা কবি ফ্রান্সিস্কো পেত্রার্কনি। মহাক্না ইং কুমজা চাতরামরিগুবগী ময়ায়রাইদা কয় কজবা সোনেট য়াম্না ইখি। মতুংদা ইতালী কবি দান্তে অমসুং টাসোনসু কজরবা সোনেট কয়া পুখোকখি অমসুং ইতালীদগী ইয়ু-রোপকী লমদম অতৈ অতৈদসু শন্দোরক্লুনা সোনেট ইবা হৌনখি। অসুম তৌনা শন্দোরকপসিনা ইং কুমজা চাতরাতরাকগুবদা ইংরেজী সাহিত্যদা অহানবা সোনেট চঙলকখি। রাট অমসুং সারে না ইংলণ্ডদা

*Sonnet হায়বা ৱাহৈসি ইতালী ৱাহৈ Sonnetto ( ঈশৈ ) দগী লাকপনি।

ইহান হান্না সোনেট ইবা হৌদোকখি, মতুংদ' মহাকবি সেক্সপীয়ারনা মওঙ খজিক্কুং হোংদোক্তুনা অনৌবা মওঙগী সোনেট পুথোকখি। ইংরেজী সাহিত্যদা সেক্সপীয়ারগী মতুংদা মিলটন, রার্ড্‌সরার্থ, কীট্‌স, সুইনবার্ণ, রোসেটি অসিনচিংবা কবিশিং অসি অথোইবা সোনেট-লেংবনি হায়না মমিং চৎখি। বাংলাদা সোনেট অহানবা ইবদি মাই-কেল মধুসূদন্নি। মাইকেল মধুসূদনগী মতুংদা রবীন্দ্রনাথ দেবেন্দ্রনাথ সেন, অক্ষয়কুমার বড়াল, প্রমথ চৌধুরী, সত্যেন্দ্রনাথ দত্ত, মোহিতলাল মজুমদার অসিনচিংবা কবিশিং অসিস্তু বাংলা সোনেট ইখি।

মৈতৈ সাহিত্যগী অনৌবা যুগকী কবি খবনা সোনেটকা হাইফেৎ মান্নবা কবিতা ফনা ইনবা য়াওববসু দরেন্দ্রজিৎকী 'স্মৃতি' হায়বা কবিতা অদু নত্তুনা অতৈদি খেন্নবগী শরুক্তা য়াম্নবনা সোনেটকী শীংদা চনবা য়াদে। মহাক্কী 'স্মৃতি' কবিতা অসি পেত্রার্ক, সেক্সপীযার, মধুসূদন্নচিংবা অতোপ্পা লোলগী কবিশিংনা ইবা সোনেট মওঙগা খরা খেন্নরবসু মসিদা সোনেটকী, হাযবদি, উচনশৈরেংগী তঙায়ফদনা লৈফম থোকপা মরুওইবা মওঙশিং অদুদি শুন লৈ। অদুনা মসিবু মৈতৈ সোনেট নম্রগা উচনশৈরেংগী অহানবা পোত্থোক ওইনা লৌবা য়াই অমসুং মরম অসিনা দরেন্দ্রজিৎপু মৈতৈ সাহিত্যগী অহানবা সোনেট-লেংবনি হায়বগা লোয়ননা হৌজিকফাওবদদি মহাক্না অমত-ঙায়বা মৈতৈ সোনেট-লেংবা কবিনি হায়নসু য়াই।

বাংলা সোনেট অহানবা হৌদোকপা মাইকেল মধুসূদন্ন 'পদ' পু শৈখোঙ ওইনা লৌদুনা সোনেটপু চতুর্দশপদী কবিতা হাযনা কৌরম্ল-বসু চতুর্দশপদী ওইরগতা, হায়বদি, শৈখোঙ তরামরিনা শাবা ওইরগতা সোনেট ওইরে হায়না লৌবা য়াদে মরমদি শৈখোঙমশীং অকরুবতনা মসিগী মরুওইবা মওঙ নত্তে- মসিগী মতু' অমসুং মপান্দা, রাখল অমসুং শক্তমদা চানহনবগা লোয়নন হায়রিবা মাযকৈশিং অসিদা তোপতোপ্পা মওঙ খরসু লৈগদবনি। মসিদা অকরুবা শৈখোঙমশীংগী

মন্নুংদা ভাব অমবু মপুংফা।' মশক উৎকদবনি অমসুং অকনবা মুংবান অমবু শম্না ফোংদোক্কদবনি। অংগ' রাইহ চেকশিগা অমসুং অশক্কনা শীজিন্নবসু মসিগী মরুওইবা মওঙ অমনি। সোনেটকী মগুং অমসুং মপানগী মওঙশিং অসি মথাদ ১চ'গা'ন ৈনি।

মপানগী শরুক্তা সোনেট শেম্নগী তোপতে'প্পা নিয়ম থরা লৈ। নিয়মশিং অসিনা সোনেটকী মপানগী মওঙ শম্মী—

(১) ইতালী অমসুং ইংরেজী সোনেটকী শৈখোংদি iambic pentameter ওইবা -রম্না খোনকাপ তর'না শাই। বাংলা সো-নেটতি পয়'র নত্রগা মহাপযার ছন্দদ ইবা মনম্না খোনকাপ তরামরি নত্রগা তরানিপালনা শেখোঙ শাই। মৈতৈ সোনেটকী শৈখোঙসু শামুখোঙ ছন্দ নত্রগা পয়ারগী শেখোঙগুম্না খোনকাপ তরামরিনা শাই, তোংগুম্বসুং খোনকাপ ৭ ৭ তা খেংলেপ ভাবা মবম্না শামুখোঙ ছন্দগী শৈখোঙগা মওঙ মান্নদে। অতুনা চন্দ্রজিৎনা হৌদোক্লম্বা মৈতৈ সোনেটতি খোনকাপ তাবেংকী ছন্দদা ইব কবিতানি শামু-খোঙ ছন্দদসু মৈতৈ সানেট নত্রা। উনবৈশেলে ইব যানবনি নত্তে।

(২) সোনেট অমদ শাখোঙ তরমরি লৈ। পেত্রার্কান সোনেটতা শৈখোঙ তরামরি গী নব ভাব ফেংদোকপনী চাং মতুংইন্না শরুক অনী থাক্না থাম্নদোকই -অহানব শৈখোঙ নপালন ভাবকা মূর্তি উৎলি অরোইবা শৈখোঙ তরুক্তা মূর্তি মহুবু খংহল্লি অহানবা শৈখোঙ নিপালবু octave ( নিপালখোঙ/অষ্টক ) অমসুং অরোইবা শৈখোঙ তরুকপু se-tette ( তরুকখোঙ/ষট্‌ক ) অম্সুম্ন খণ্ডনৈ। Octave-কী শরুক্তা ক খ খ ক ক খ খ ক অসুম্না মান্নথৈ অনী লৈ, অতুগা s stette-কী শরুক্তা গ ঘ গ ঘ গ ঘ নত্রগ গ ঘ ঙ গ ঘ ঙ অসুম্না মান্নথৈ অনী নত্রগা অহুম লৈ। Octave-কী শরুকপু শৈখোঙ মরি মরিগী শৈতুপ অনী থোক্ল ৯মুক থায়দোকই। মথাদা পীরিবা কীট্‌সকা কবিতা অসি পেত্রার্কান সোনেটকী নংথিজরব। থুদম্নি—

OCTAVE

To one who has been long in city pent, ক
'Tis very sweet to look into the fair খ
And open face of heaven, to breathe a prayer খ
Full in the smile of the blue firmament. ক

Who is more happy, when with heart's content, ক
Fatigued he sinks into some pleasant lair খ
Of wavy grass, and reads a debonair খ
And gentle tale of love and languishment? ক

SESTETTE

Returning home at evening, with an ear গ
Catching the notes of Philomel,—an eye ঘ
Watching the sailing cloudlet's bright career, গ
He mourns that day so soon has glided by ঘ
E'n like the passage of an angel's tear গ
That falls through the clear ether silently. ঘ

সেক্সপীবিয়ন সোনেটতনা অহ নবা শৈ [illegible] পোই অহু শৈখোঙ অমমম কান্ন কান্ননা মান্নখৈ লৈবা শৈখে [illegible] কৈতুপ ( juntrain) অহুম অমস্তুং অরোইবা শৈখোঙ অমনা [illegible] (couplet) অমা ওইনা লৈ। অস্তুম ওোনা পেত্রার্ক ন সোনেটকী মান্নখৈ মরি নত্রগা মঙ অহুগা মহুক্ত। সেক্সপীরিয়ন সোনেটতনা মান্নখৈ [illegible] লে।
মহুদি—

Take all my loves, my love, yea, take them all; ক
What hast thou then more than thou hadst before? খ
No love, my love, that thou mayst true love call, ক
All mine was thine before thou hadst this more. খ
Then if for my love thou my love receivest, গ
I cannot blame thee, for my love thou usest; ঘ

But yet be blam'd, if thou thyself deceivest — গ
By wilful taste of what thyself refusest. — ঘ
I do forgive thy robbery, gentle thief, — ঙ
Although thou steal thee all my poverty, — চ
And yet love knows it is a greater grief — ঙ
To bear love's wrong than hate's known injury. — চ
　　Lascivious grace, in whom all ill well shows, — ছ
　　Kill me with spites; yet we must not be foes. — ছ

( *Shakespeare* )

অহুন পেত্রাকান অমস্তুং সেক্সপীয়রন সোনেটকী মওঙশিং অসি লৌরগা উচনশৈরেংগী মখেৎ মশীংসি অহুম থেক্লা থায়দোকপা য়াই— (১) ক খ খ ক, ক খ খ ক, গ ঘ গ, ঘ গ ঘ; (২) ক খ খ ক, ক খ খ ক, গ ঘ ঙ, গ ঘ ঙ; (৩) ক খ ক খ, গ ঘ গ ঘ, ঙ চ ঙ চ, ছ ছ।

হৌজিক সোনেটকী মওংগী শকফমদা করম করম্বা থোইদোক-হেন্দোকপা মাযকৈ লৈরগে হায়বদি অমুক নৈনরগা সোনেট শেম্বগী য়াফম অসি মপূংফাগনি। হান্নদগী শেমহুনা থম্বা নিয়মগী উচন অমদা কবিতাগী ভাবকী মূর্তি অহু উচন চানা হাপচিল্লগা সোনেট শেমগদবনি হায়বসি হান্না হায়ত্রে। কবিন' মহাক্কী মনুংহুঞ্জিন্না লৈগ্রবা নুংবান ( অনুভূতি ) অহুবু মহাক্কী অরা-নুংঙাই, নুংগী চৈনা-খোন, অনীংবা, কল্পনা অমস্তুং ধ্যাননা সোনেটকী উচন্দা লমওইগে থাহনা ওল্লগা চপচানা হাপচিনগদবনি। অস্থুন্না চপচ'না হাপচিন্দ্রবদি অচুম্বা সোনেট ওহবা য়াদে। ছন্দলৈরেংগী মতু দা ঈশৈগী শওম অমা শাংকায়হনা লৈ, ঈশৈ অহুনা সোনেটকী মশাদা চেন্নবা অথোইবা পোৎশক্নি। ঈশৈ অতুগী সুরদা মতুগী মতীকচাবা য়াহেলৈরেং হ'প-চিন্দুনা কবিন' মহাক্কী পুক্নিংগী ভাব অমস্তুং থম্মোইগী নুংবান অহুবু ঈশৈ ওইনা পুথোকপা মতম অদুদা সোনেট কবিতা নত্রগা উচনশৈরেং পোকই।

ইংরেজ কবি ডি, জি রোসেটিন হায়খি—

> A sonnet is a monument,
> Memorial from the soul eternity
> To one Dead deathless hour.

সোনেটতি মপূম ওইবা পাংশক অমা ওইগদবনি—ভাব অমা, কবিগী থুংদা ফাওবা মপূংফাবা মঙ গ অমা শৈশেং শৈখোঙদা ফোংদোক্কুনা মপূম অমতা ওইনা শাংকয়গদবনি। সোনেটকী ভাবতি মপানগী পাকচাউবদা রাংলবস্থ মথুংগী শক্তক্রুদি য়াম্না য়োশিন্না লুথগদবনি। অমরোমদনা চাংজ্রো যংদনা লুহবা অমবে মদন ঈথক ঈহৌ অতুগা অমরোমদস্থ অকনবা নিয়মগী চূপ্লা—অহুম অসনা খেংমান্নবা তিল্লবা মথুংহুঞ্জিনবা থুংবান অমনি সোনেটক পেক্রফম। ঈশৈকবিতা (গীতিকবিতা) দস্থ মথুংহুঞ্জনবা ... খেঞ্জন পুং—অ: ওইরবস্থ মহুদদি অসিগুম্বা অকনব চূপ্ল য়ংহদে ... চাংজ্রো লুথ্রবা ভাব অমস্থুং থুবান শৈরবস্থ অকনবা নিয়মগী লাপুন্না মসিগী তোপতোপ্পা মশক অমা নাইহল্লবনি।

মথক্তা হায়খ্রিবা মথুং অমস্থুং মপানগী নিয়মশিং অসি ঙাক্রগা সোনেট ইবা অরায়ব থবক নত্তে অদুনা মধুসূদন অমস্থুং রবীন্দ্র-নাথকী সোনেট কবিতাশিংদস্থ নিয়মশিং অসি শুনা ঙাক্তবা মতাং য়াওই। মধুসূদননা মান্নখে শী ... মগুঙদা পেত্রার্ককা নিয়ম ইল্লবস্থ অমস্থুং ভাবকা ... শম্বন্দ ... মিলটন ... গী যিদম লৌরবস্থ মহাক্কী সোনেটতি iambic pentameter গী শৈখোঙনা শেম্বগী মহুত্তা পয়ারগী খোনকাপ ৮+৬কা শৈখোঙনা শেম্মা। অদুগা নিপালখোঙ তরাকখোঙ থায়দোকপগী নিয়মস্থ মতম পূম্নমক্তা ইন্দে। মহাক্কী সোনেটতা পয়ারগী শৈখোঙ শীজিন্নরবস্থ অয়াম্বা মতমদা ঈচেলনাইবা ছন্দগী মওঙ লৈবা উই। রবীন্দ্রনাথকী সোনেটতদি পয়ার মহাপয়ার মওঙ অনামক্কী শৈখোঙ শীজিন্নে, হায়বদি, পয়ারগী

খোনকাপ ৮+৬-কী শৈখোঙ শীজিন্নদুনা ইবসু য়াওই। অদুনা মহাপয়ারগী খোনকাপ ৮+১০-গী শৈখোঙ শীজিন্নদুনা ইবসু য়াওই। মহাক্তি ঈচেলনাইবা অমসুং ঈচেলনাইদবা ছন্দ মওঙ অনীমক্তা সোনেট ইরম্মী। অয়াম্বা মতমদা মহাক্কী সোনেটতি শৈখোঙ অনীনা শাবা শৈতুপ তরেৎকী কবিতা ওইনা তৌই অমসুং মান্নথে শীজিন্নবদসু য়াম্না মনীংতম্মী। অদুনা মহাক্কী সোনেট মওঙদি পেত্রার্কান অমসুং সেক্সপীরিয়ন মওঙ অনীমক অসিদগী ফনা য়াম্না থাপতোকখ্রে। হায়-রিবা মওঙশিং অসি মহাক্কী 'চৈতালি', 'নৈবেদ্য', 'কড়ি ও কোমল' অসিনচিংবা কাব্যলাইরিকশিংদা উবা ফংই।

মৈতৈ সোনেট হৌদোকপা দরেন্দ্রজিৎকী সোনেটতি পেত্রার্কান সোনেটকী কোনফমদা (ছাচাদা) মান্নথে অমসুং শৈখোঙগী মওঙ খরা হোংদোক্লগা শেম্বনি. হায়বদি, মান্নথ্ব অমসুং শৈখোঙগী মওঙদা খরা খেন্নরবসু মপূংদি পেত্রার্কান সোনেটকী মওঙনি। কনা কনাগুম্বনা দরেন্দ্রজিৎকী কাব্যগুরুদি মধুসূদননি হায়বা য়াওই; তৌইগুম্বসুং হীরম অসিদা মহাক্কী গুরুদি পেত্রার্কনি। মধুসূদন নত্তে, মরমদি মধুসূদন্না মপানগী শরুক শেম্বদা পেত্রার্ককী ফিদম্না অয়াম্বা লৌরগা মহুংগী শরুক্তদি সেক্সপীয়ার. মিল্টন, বার্ড্সরার্থ নচিংবগী ফিদম্না অয়াম্বা লৌই। মথাদা পীরিব দরেন্দ্রজিৎকী কবিতা অসি য়েংলগা মহাক্কা কদায়-ফাওবা পেত্রার্ককী ফিদম লৌবগে হায়বদু খঙবা ঙমগনি—

## স্মৃতি

*নিশাকান্ত*

বায়ব পুন্সি'সিন মুন মুন য়েংলম্মী ক
মতম কৌব ঈপাক্কী নুংন কোয়ব খোঙবাল খ
পীক্ক পীক্ক হক্লিবা ময়েকলাব ময়িদ খ
মথক খঙগে ভাম্দুন মুন মুন য়েংলম্মী। ক
চেন্নি ভৎপ নাইদন ঈপোম চাউন ঈচেম প

নিপালখোঙ

কয় কয় মৈয়মগী নুংপাক'শংন লৈবদো, ঘ
লাক্লে হোৎনৈ মুখৎকে ময়েকশিংন তাবদো, ঘ
ঙকমুৎ মুৎলু য়ারমদে হেন্নি খোইন লংবন। গ

তরাকখোঙ

হয়'মুক্কুং য়ে'ঙ্গনা ময়েকতুন লাউরকখি, ঙ
খোঙ্গেম্নুন কৌবন ঊরাওখে'নবু নক্কংখি - ঙ
"মীওইপোক্কী লাকশিংগী অক'থোগী মণিনে, চ
মাঙকদ্রব কথান্দ খিলম্নব উরো'নে। চ
বিশ্বতাইবঙপানবন কপ্প কপ্প লোইখিনি, ছ
নুংদ টব ঐখোয়ন নোক্ক নোক্ক লৈফৌনি।" ছ

মসিদা ঐখোয়না উরি, দরেন্দ্রজিৎনা হোদোকপা মৈতৈ সোনেট নম্ভগা উচনশৈরেংগী শৈখোংনশীন্দ ক খ খ ক, গ ঘ ঘ গ, ঙ ঙ, চ চ, ছ ছ অসিনি। অদুগা অহানবা শৈখোঙ নিপান্দা ভাবকী শক্তম শাগৎলগা অরে'ইবা শেখোঙ তরাক্তা শক্তম অদু খঙহল্লি। অসুম্ব', পেত্রার্কান সোনেটতা ভাব ক্ষোংদোকপগী চাং মতুংহম্না নিপালখোঙ তরাকখোঙ খায়দোকপগী নিয়ম অদু চেকশিন্না ঙাক্লি অমসুং চাংজো-নাইদনা লুরবা ভাবকী মূর্তি অমবু মনুংহু ঙনখ্রবা হুংবানগী ঈথক ঈহোগা লোয়নননা নিয়মগী উচন অমদা য়াম্না তাশিনখোমজিন্ন অমদি অহেনবা রাহে শীজিন্নদনা চপচান থম্লি।

অদুগা মান্নখৈমশীন্দা য়েংলগা সেক্সপীরিয়ন সোনেট মওঙ হাই-ক্ষেৎ মানবা শৈখোঙ তরামরিনা শাবা কবিতা মখল অমসু মৈতৈ কাব্যদা উবা ফংই। মখাদা পীরিবা চিত্রেশ্বরগী কবিতা অসি অসিগুম্বা মখলগী কবিতানি—

### অরেপ্পা

ফু-বা পূবনা বসন্ত লাকপদা য়েনৌং হন্নি, ক
তমথীরবা নিংথমথা-উন্না মৈরবদা বছুনা মাঙনবা; খ
অহীংগী যুমমদা লৈমাং খিৎক্কা ফুগায়না শাংলি, ক

অমূক্না ওইবদা কন্নকপা থুংশিংনা থত্তুনা শান্নবা ; ধ
মপুংফান্নবা য়েংবদা পেন্নবা পুর্ণিমা থাজনি, গ
শূক্না মন্নবা অকিবা ফংলবা 'থাশি'না মতুংদা ঘ
ভাঙলবা থেনফমদা থম্মোই অনীনা শেমথিবা 'লৈপুন'নি, গ
থাঙবদা বান্নবা অকিবা শককমগী 'কান্নবব'না মমৈদা ঘ
মীপুম কন্নকপা নৌনা ফজবা 'নত'গী পুন্জিনি, গ
অহল ওইবগা ফিরুম্না কান্নবদা পোম্নদনা ভেংথা'নি, গ
লেপকন্নু, পোথান্নু, মান্নবৈ খুদিঙদা কোম্নবা য়েংউচো চ
কন্নম্বা মফমদা ভাইবন্তনা থিন্নিবা 'অরেপ্প'হু ফংবগে ? ছ
অরেপ্পদি লৈরে—, থাজত্রগা ঐবু 'ভে প্পদম্নু হংলুচো চ
'অরেপ্পা লৈতে' মসিভনা অরেপ্পনি মীপুমদা হান্নজগে। ছ

মসিদা চাং অমা নাইনা মান্নথৈ লৈরবস্নু অমস্নুং শৈথোঙ খুদিঙদা তানথোঙমরু অহুম অহুমগী চাংচং অমা লৈরবস্ন তোঙান তোঙানবা থোনকাপমশীংগী তানথোঙমরুনা অরেপ্পা ফিদম অমা ইন্দনা কবিতা অসি শারি। অতুনা ম'স অরেপ্পা মওঙ নাইবা উচন অমদা লৈতে। মরম অতুনা মসিবু অশেংব উচনশৈরেং অমা ওইনা লৌবা য়াদে ; তৌইগুম্বস্নুং বাংলা মুক্তবন্ধ সোনেটকুম্বা মথক অমা ওইনা লৌরগা অসিগুম্বা মওঙগী কবিতাবু মনীংতম্বা উচনশৈরেং হান্নবমথৈদি য়াই।

ছৌক্তিক কনা কনাগুম্বনা বাংলা সাহিত্যদা শৈথোঙ তরামরিগী কোনফম অ'স থুগায়তনা শৈথোঙমশীং হেন্না শীজিন্নরগা অনৌবা মওঙগী বাংলা সোনেট ওইন পুথোক্লবা যাওবি। মৈতৈ কাব্যদস্নু শৈথোঙমশীং নত্তব মওঙ লৈতে থরদা সানেটকী মওঙ চঙবা শৈথোঙ ১২, ১৬ অমস্নুং ১৮গী কবিতা উবা ফংই। তৌংগুম্বস্নুং মথোয় অসিবু সোনেটকী শীংদ চলহনবদি য়াদে। মরমদি সোনেটকী মস্নুংদা লৈফম থোকপা মওঙশিং অতু শৈথোঙ তরামরিদগা তারবদি মপুংফানা অমস্নুং ফজনা লৈহনবা য়াদে। অতুগা তরামরিদগী হেন্নবস্নু রাহৈ

অশরুনা থম্বা অমস্তুং য়াম্না তাশিনখোমজিনবা য়াদবদগী ভাবকী চীংলেম্বা অমস্তুং লাকশিনবা ফিভম অহু তাহনবা ঙমদে। অহুনা হৌজিক মৈতৈ সাহিত্যদা উরিবা—মওঙ খরদা সোনেটকা নকুবা, সোনেটমক্তি নত্তব', শেখোঙমশীং কায়বা কবিতাশিং অসিবু **উচন-শৈরেং শাপৈগী কবিতা** হায়না অতোপ্পা পথ্থে অমদা থম্বনা চুম্মী।

## বারেংছন্দ

### ( Prose rhythm )

শৈরেংগী ছন্দ লৈবগুম্ন' ৱারেংগীস্থু ছন্দ লৈ। ৱারেংগী ছন্দ অসিবু ৱারেংছন্দ হায়না খঙনৈ। অর্থ পাকচাউনা লোরবদি ছন্দ হায়বসি ললিত কলা পুম্নমক্তা লৈবা মওঙনি। নীংথিজবা ৱারেংদা অর্থগী নত্রগা ভাবকী ফজব লৈবগুম্না মসিগী মপানগী মশক অমদি খোম্লিল মশীন্না নাকোংদা ফাওহ্না থম্মোই য়োৗহনবা অমস্তুং সুংবানগী ঈহৌদা ইঙ্গিং চেলহনব মওঙস্থু লৈ হায়বা ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী। হায়বদি, ছন্দনাইবা ৱারেং লৈ হাযবসি ঐখোয়গী পুক্নংদা ফাওই। তৌইগুম্বস্তুং শৈরেংছন্দগী মওঙ পুথোক্লব' হোৎনবগুম্না ৱারেংছন্দগী মওঙ পুথোক্লবদি ঐখোয়না থোইদোক্না হোৎনরুদে। এরিষ্টোটলনস্থু শৈরেংছ‥। মান্নদব ৱারেংগী ছন্দ অম লৈ হায়বসি য়ারম্মী। কাইসের নচিংবা অফাওবা বক্তা অমস্তুং লেখকী ৱারেংদা ছন্দগী মওঙ শে‥ য়াওবা উই। লাটিন লোলগী অরোইবা যুগতা Vulgate Bible-নচিংবদস্থু ছন্দগী মওঙ উই। ইংরেজী ধর্মলাইরিকশিংদা লাইরিক অসিগী শহুম (প্রভাব) য়াম্না চঙই অমস্তুং ছন্দগী মওঙ য়াওবা ৱারেং কয়াদস্থু শহুম অসি উবা ফংই। ইংরেজী অমস্তুং বাংলানচিংবা লোল খরদদি ৱারেংছন্দগী মরম অসি নৈনত্তনা মসিগী মরমদা পোকপা ৱাহংশিং অহুগী পাউথুম খরমথৈদি ফংনরে। হৌজিক মসিদা মৈতৈ ৱারেংছন্দগী মরমদা খন্নদং নৈনসি।

ইংরেজী খোনহায়দা খোল্লূম্না খ্বাইদগী মরুওইবা মরম্না খোন্নমগী মৈফমদা ছন্দগী শাজৎ নন্দুনা লৈ। ইংরেজী শৈরেংছন্দগুম্না ইংরেজী ৱারে ছন্দদসু খোল্লূম্না খ্বাইদগী মরুওইবা খোন্নলগী মওঙনি। তৌইগুম্বসুং মৈতৈ ছন্দদদি খোল্লেপ তাফমদা ছন্দগী শাজৎ নন্দুনা লৈ। খোল্লেপ অনীগী মরক্তা লৈবা ৱাহৈকাঙলুপ 'phrase) নত্রগা তানখোঙমরুগী খোনকাপ মতুংইন্না মৈতৈ সাহিত্যদা শৈরেংছন্দ অমসুং ৱারেংছন্দ অনীমক্কী ৱাফম থম্লে। ছন্দনাইবা ৱারেংগী মচন্দি খোনহায় অমুক্তা হায়দোকপা ৱাহৈকাঙলুপনি। মসিবু **ৱারেংতান-খোঙমরু ( গদ্যপর্ব )** হায়না খঙনৈ। ছন্দনাইবা ৱারেংগী খুদম অমা য়েংসি—

তেংবানবা অসি তাইবঙমপুগী থুক্তা পায়বা বাণানি। অত নত্রবদি—শীতেল পামেল খুদিঙনা করম্না মচুগী ঊধক হোংগদগে, বসন্তদেৱীনা ঊনা লৈনা থুমিঙনা কনায়দগী মপুগী স্বর ইংগদগে? নোংমা চক্তী লক্ষকোটিগী বাংমদগী থবায়, পুক্নীং অমদি লান্মীগী মপোক্তা পোক্রবা পুম্নি অসিন পৃথিবীগী গর্ভদগী থোকখিবা অদুবু জগৎশেম্বা ইবুঙো মও ক্তী নৈনবা নত্তনা কবি ওইগদগে? প্ থবাদ লৈব থম্মোঃ খুদিঙমক তাইবঙমপুগী বীণা-মরী অমমম্নি। অদুনা মীওইবা খুদিঙমক্তা শক্তদবা অমদি শক্লক্রবা স্বর অমমম লৈনবিরবনি। স্বর ময়াম অসিগী অপুনবা সঙ্গীতকী ঊচেকবু সমাজগী খোঙলৈ অমদি ইতোল্লাসন হায়নীংই।

( মপুগী বীণা—সাহিত্য লৈচন )

মথক্তা হায়খিব পরেংশিং অসি ৱারেং ওইরবসু ছন্দনাইবনি হায়বসি কনানসু য়াদবা তৌরোই। পরেংশিং অসিগী ছন্দ নৈনরগা ৱারেংছন্দগী মওঙ খঙবা ঙমগনি।

শৈরেংছন্দদা তৌবগুম্না ৱারেংছন্দদসু খোনকাপ খেন্নবগী মতুং-ইন্না খোল্লেপ মথল অহুম্ন—অয়াংবা খোল্লেপ, ময়ায়ওইবা খোল্লেপ অমসুং মপুংফাবা খোল্লেপ। ৱারেংদা ৱাহৈকাঙলুপ অমমম্না, কয়া

করিগুম্বদা রাহৈ অমমগ্না তানখোঙমরু অমমম শেম্মী অমসুং অসিগুম্বা তানখোঙমরুগী মতুংদা অয়াংবা খোল্লেপ অমা তাই। তানখোঙমরু কয়ামরুম্না রারেংগী তানখোঙ হায়বদি রাহৈপরেংমতেক শেম্মী অমসুং মতুগী মতুংদা ময়ায়ওইবা খোল্লেপ তাই। অসিগুম্বা তানখোঙ অমা নত্রগা কয়ামরুম্না রাহৈংপরেং অমা শেম্মী অমসুং মতুগী মতুংদা মপুংফাবা খোল্লেপ তাই। শৈরেংদা তৌবগুম্না রারেংদসু হায়রিবা শব্দকশিং অসি রাহৈপরেং অমগী মমুংদা শুনা লৈবা য়াই অমসুং লৈতবা য়াই। মথক্কী পরেংশিং অসি খোল্লেপকী মতুংইন্না অসুম্না খায়দোকপা য়াই—

[ রারেংছন্দদসু শৈরেংছন্দগী অশম-খুদম //, /, ⋮ , ⁝ অসি শীজিন্নগনি। ]

১বা রাহৈপরেং—তংবানবা ⁝ অসি ⁝ তাইবঙ মপুগী ⁝ খুত্তা পাম্বা ⁝
বীণানি। //

২শুবা রাহৈপরেং—অতু নত্রবদি— ⁝ শীতেল ⁝ পামেজ ⁝ খুদিঙমা ⁝
কররু ⁝ মচুগী ঔথক ⁝ হোৌগদগে, /
বসন্ত দেবীন ⁝ ঊনা লৈনা ⁝ খুদিত্তদ ⁝ কদায়দগী ⁝
মপুগী ⁝ সুর ⁝ হৌগদগে ? //

৩শুবা রাহৈপরেং নোংমা ⁝ চকী অক্ষকোটিগী ⁝ বাংমদগী ⁝ খবায় ⁝ পুক্লীং ⁝
অমদি ⁝ জান্মাগী ⁝ মপোক্তা ⁝ পোক্লবা ⁝ পুম্পি ⁝ অসিনা ⁝
পৃথিবীগী ⁝ গর্ভদগী ⁝ থোকখিবা অত্রু ⁝ জগৎশেম্বা ⁝
ইবুঙো ⁝ মচাক্কী ⁝ শৈকৌ ⁝ নত্তনা ⁝ কয়ি ওইগদগে ? //

৪শুবা রাহৈপরেং—পৃথিবীদা ⁝ লেবা ⁝ থম্মোই ⁝ খুদিঙমক ⁝ তাইবঙ ⁝
মপুগী ⁝ বীণা ⁝ মরী ⁝ অমমত্তা। //

৫শুবা রাহৈপরেং—অদুন ⁝ মীওইবা ⁝ খুদিঙমক ⁝ শক্তদবা ⁝ অমাদ ⁝
শক্তক্লিবা ⁝ সুর ⁝ অমমম লৈনরিবনি। //

৬শুবা রাহৈপরেং সুর ⁝ ময়াম ⁝ অসগী ⁝ অপুনবা ⁝ সঙ্গীতকী ⁝ ঈচেলবু ⁝
সমাজগী ⁝ থোঙলে ⁝ অমদি ⁝ ইত্তোল্যসন ⁝ হায়নীংই। //

শৈরেংগী তানখোঙ' রুগুম্না রারেংতানখোঙমরুস্তু তানখোঙমতেক অনী নক্রগা অহুম্না শাগনি তানখোঙমরুগী মক্সংচনবা তানখোঙ-মতেক্কী অমগা অমগা লৈনবা চাং অমস্তুং খেন্নবদগী তানখোঙমরুগী খোইদোকপা ছন্দমওঙ থোরকই অমস্তুং ঈথক চেল্লি হায়বা থঙহল্লি। মৈতৈ ছন্দদা শৈরে'গুম্না রাবেংদস্তু খোনকাপকী মতুংইন্না ছন্দগী হিসাব তৌই। অদুগা মৈতৈ রারেংদা খোনকাপকী পথাপতি শৈনিস্থোই ছন্দগী নিয়ম অত্ত ইল্লি। হায়বদি, রাহৈগী অরোইবা তিন্নবা খোস্থোক নত্তনা খোস্থোক থুদঙমক খোনকাপ অমমম ওইনা লৌই, রাহৈগী অরোইবা তিন্নবা খোস্থো'ক্না খে নকাপ অনী ওইনা লৌই। শম্না হাযরবদা রারেংগী খোনকাপানয়মাদ খোনকাপচেন্নজবা খোস্থোক্কী নিয়মনি। মসিনা মৈতৈ খোনহায়গী মহৌশানা লৈবা নিযমনি। অহু ওহববস্তু .খানকাপকী মরমদ মৈতৈ খোনহাযগী নিয়ম য়াম্ন অকক্লদে, খোন্নিল-ঈহৌগী অথোই অহেন মতুংহন্না রাহৈগী অরোইবা তিন্নব. খে স্থো'ক নত্তবা খোস্থে ক অতৈস্তু শা দোকহনবা য়াই।

রারে'দস্তু চাংওহনা তানখোঙমতেক অমমমদা খোনকাপ অনী, অহুম নক্রগ. মরি লৈ। করি করিগুম্বদা খোনকাপ অমত. লৈবস্ন য়াওই অদুগ মরিদগী হেন্না লেবস্তু উবা ফংই। রারেংগী তানখোঙ-মতেক অমদ রাহেমপূম অমা নক্রগা অমদগী হেন্না লেগনি অদুগা রাহৈগী শরুক্না তানখোঙমতেক শেম্বদি য়াদে। মরম অদুন তান-খোঙমরু অমদা রাহৈমপূম কয়ামরুম লৈগনি।

শৈরেংগী তানখোঙমরুগা রারেংগী তানখোঙমরুগা মরুওইনা খেন্নবদি অসিনি—শৈরেংদা তানখোঙমরুগী মহুংচনবা তানখোঙ-মতেকশিং অহু মাম্নগনি নক্রগা খোনকাপকী চাং মতুংইন্না শীনগনি; তৌইগুম্বসুং রারেংদদি মথলমথা অয়াম্বা পাম্বৈনা তানখোঙমরুগী মহুংদা তানখোঙমতেকশিং অহু শীল্লি। মথক্কী পরেংশিং অম্বিদা য়াওরিবা তানখোঙমতেকশিং অসি খোনকাপকী করম করম্বা চাংদা

লৈরগে য়েংথসি :

তানখোঙ-
মরুমশীং

১বা য়াহৈপরেং—(৩+২=) ৫ ⋮ (৩+৩=) ৬ ⋮ (২+২+৩=) ৭ // .... ৩

২শুবা য়াহৈপরেং—(২+৪=) ৬ ⋮ (৩+৩+৩=) ৯ ⋮
[৩] ⋮ (৩+৩+৪=) ১০ /
(৩+৩=) ৬ ⋮ (২+২+৩=) ৭ ⋮
[৪] ⋮ (৩+২+৪=) ৯ // .... ৮

৩শুবা য়াহৈপরেং—[২] ⋮ (২+৫+৪=) ১১ ⋮ (৩+৩+৩=) ৯ ⋮
(৩+৩+৩=) ৯ ⋮ (২+৩=) ৫ ⋮ (৪+৪=) ৮ ⋮
(৩+৩= ৬ ⋮ (৪+৩+৩=) ১০ ⋮
(৩+৩=) ৬ ⋮ (২+৪=) ৬ // .... ১০

৪শুবা য়াহৈপরেং—(৪+২=) ৬ ⋮ (৩+৪=) ৭ ⋮ (৩+৩=) ৬ ⋮
(২+২+৪=) ৮ // .... ৪

৫শুবা য়াহৈপরেং—[৩] ⋮ (৩+৪= ৮ ⋮ (৪+৩+৪=) ১১ ⋮
(২+৪+৫=) ১১ // .... ৪

৬শুবা য়াহৈপরেং—(২+৩+৩=) ৮ ⋮ (৩+৩+৩=) ৯ ⋮
(৩+৩=) ৬ ⋮ (৩+৫+৩=) ১১ .... ৪

মসিদা তানখোঙমরু ৩৩থক লৈ। মসিগী মনুংদা তানখোঙ-মরুগী নাকল অনীদা অশম খুদম [ ] পীরিব অসিদা তানখোঙমতেক অমমম লৈ। অসিগুম্বা তানখোঙমরু ৪থক য়াহৈপরেং ৩দা লৈ। অসিগুম্বা তানখোঙমরুদা করিগুম্বা ছন্দগী ঈথক অমত্তা হোদে, মরম অতুনা অকুপ্পা মীৎয়েংদা মখোয় অসিবু ছন্দগী তানখোঙমরু হায়বা য়াদে। থাঙ্গৎশেংবমক মখোয় অসি ছন্দদগী হেন্দোকপা (hypermetric) য়াহৈ অমমম ওইবদগী হেন্দে। য়াহৈপারংগী মনুংদা ছন্দঈচেল হোবা মকম অতুগী মমাঙদা মখোয় অসি মতম অয়াম্বদা লৈগনি। করিগুম্বদা ছন্দঈচেলগী মরক থৎনা অহস্নং অরোইবদসু উবা ফংই। ঈথকহোদবা য়াহৈশিং অসিদা নেৎলগা ছন্দঈথক্তু পোঙ তাউহনগদবনি, করি করিগুম্বদা ছন্দগী পোঙ লাক্নুনা অসিগুম্বা য়াহৈশিংসিদা থেংলগা লেপ্পী। শৈরেংদসু করি করিগুম্বদা অসিগুম্বা অহেনবা

রাহৈ শীজিন্নবা উই, তৌইগুম্বসুং মখোয় অসি রারেংদনা হেন্না শীজিন্নৈ। *

থোইদোকহেন্দোক্লা য়েংশিনগদবদি অসিনি—মথক্কী থুদম অসিদা মথলমখা অয়াম্ব তোঙান তোঙানবা মওঙদা খোনকাপকী চাং থম্নগা তানখোঙমরুগী মচুংদা তানখোঙমতেক শীন্দুনা লৈ। শৈরেংদা তানখোঙমতেক অহুম্ন করিগুম্বা তানখোঙমরু অমা শারবদি অহানবা তানখোঙমতেক অনা নম্রগা অরোইবা তানখোঙমতেক অনী নম্রগা অহুম্মক মাম্নগনি। তানখোঙমতেক অনা মাম্নবা মতাংদা হেন্না পীকপা নম্রগা শাংবা তানখোঙমতেক অমন তানখোঙমরুগী অহোবদা নম্রগা মমৈদা লৈগনি, অদুগা মরক্তদি করিগুম্বদসু লৈতে। তৌইগুম্বসুং রারেংদদি মচু য়াই, মরক্কী তানখোঙমতেক পীকপা নম্রগা শাংবা হায়বদি ঈথক যাম্না হোৌবা ছন্দগী তানখোঙমরু শী'জিন্নবনা রারেংগী থোইদোকহেন্দোকপা মওঙ অচু নাকোংদা ফাওই। মথক্কী থুদম অসিদা তানখোঙমরু ৫দা তানখোঙমতেক অহুম অহুম লৈ। মচুগী মসুংদ মথক্তা হায়খ্রিবা শৈরেংগী নিয়ম অসি ইনবা তানখোঙমরু ১০নি ('খুত্ত পাযব বীণানি', শীঙেল পাংমেল খুদিঙদা', 'মচুগী ঈথক হৌগদগে' অসিনচংবা)। অদুগা মাম্নবা তানখোঙমতেক অনী য়াওরবসু 'শক্তদব অমদি শক্র ক্রবা', 'অমদি ইভোল্যুসন হায়নীংই' হায়বা তানখোঙমরুশিং অসিদি শৈরেংদা চৎনদে।

অসিত নত্তনা, র'রেংদা অমগা অমগা মান্নদবা তানখোঙমতেক অহুম্না তানখোঙমরু শেম্বা য়াই, শৈরেংদদি য়াদে। অসিগুম্বা তানখোঙমরু অহুমথক মথক্কী থুদম অসিদা উরি ('মপুগী সুর ইগদগে', 'চহী

* শৈরেংগী মচুংদা যারেংগী মওঙ চঙলকপা অদিনা অয়াম্বা মতমদা অনৌবা মওঙগী মখেল অমা থোকহল্লি অমসুং শৈরেংগী ইঙ্গিংচেনবা-মগুণ হেন্দংহল্লি। মসি লোল পুরমক্তা ছন্দগী অথুম্না কাঙলোল অমনি। শৈরেংদা ছন্দগী হেন্দোকপা বাহৈ হায়দি বারেংগী মওঙ পুশিল্লকবগী পাহৈ অমনি।

লক্ষকোটিগী ৱাংমদগী', 'সুর অমমম লৈনৱিবনি' )। মায়দবা তান-খোঙমতেক অহুম লৈবা মতমদা মখোয় অহুগী মথংমনাও থোইদোকপা অকক্লদে, হায়বদি, অচৌ অপীক থায়দনা তানখোঙমরুগী অহোৱদা নত্রগা অরোইবদা নত্রগা মরক্তা তানখোঙমতেক খুদিঙমক লৈহনবা য়াই।

য়াফম অমনা শৈরেংদ খোনকাপ ১০দগী হেনবা তানখোঙমরু শীজিন্নদে, ৱারেংদদি মসিদগী হেনবা খোনকাপমশীংগী তানখোঙমরুসু শীজিন্নৈ। অহুগা শৈরেংদা খোনকাপ মাপলগী তানখোঙমরু য়াম্না উবা ফংদে, তৌইগুম্বসুং ৱ রেংদদি য়াম্না মরাঙকায়না শীজিন্নৈ। শৈরেংদা তানখোঙমরু শেম্বগী মওঙ অহু নত্তবা মওঙ অতৈ অতৈদসু ৱারেংদা তানখোঙমক শেম্বা য়াই।

শৈরেংছন্দগা ৱারেংছন্দগা মরুওইনা খেন্নবদি মসিনি—শৈরেংছন্দদা অমতওইবগী চাংচৎনা মরুনি অহুগ' ৱারেংছন্দদনা মথেলনাইবনা মরুনি। শৈরেংদা মহৌশানা শৈখোঙগী ময়ুংচনবা তানখোঙমরুশিং অহু ম'ন্নৈ, শৈখোঙগী অরোইবা তানখোঙমরু অহু মপুংফাব খোল্লেপকী মমাঙদা লৈবা মন্নম্না অয়াম্বা মতমদা তেল্লি; তানখোঙমরুশিং অহু খোনকাপ মান্নবা মথং মথং লৈতব মতমদদি করিগুম্বা মওঙ অমনা খোনকাপকী নিয়ম থমগনি। তৌইগুম্বসুং তানখোঙমরুশিং অহু থংন থংনন' মান্নদবা নত্রগা করিগুম্বা মওঙ অমা নাইনা খোনকাপকী নিয়ম লেপ্তবনা ৱারেংগী নিয়মনি। ৱারেংদদি ৱাহৈপরেংগী মঙুংচনবা তানখোঙমরুশিং অহু ঙুংবানগী ঈহৌ মতুংইন্ন করি করিগুম্বদ' তেন-শিল্লকই, করিগুম্বদা শাংদোরকই। তৌইগুম্বসুং ৱাহৈপরেংগী অরোইবদা লাক্লবদি অসিগুম্বা খোঙথাং অসি হন্দোরকই, অয়াম্বা মতমদা অরোইবা তানখোঙমরুদা ওন্নতৈনবা মওঙ লাকই। মসিনা ৱারেংগী থরুম অয়াং চাং মান্নহল্লি। অসিগুম্বা খোঙথাং অসিদগী ৱারেংছন্দগী থোইদোকহেন্দোকপা মওঙ থোরকই।

ৱারেংদা থংন থংনবা তানখোঙমরুশিং অতু মহৌশানা খোনকাপমশীং মান্নদে। থংন থংনবা তানখোঙমরু অনীগী খোনকাপমশীং মান্নবা মতাং অতুদনা মখোয় অতু তানখোঙমতেকমশীন্দা খেন্নগনি। অতুগা মতুদগী মান্নরবদি য়ানপ্রবদা শুপ্নবা ময়েক শীজিন্নবদা ওইরবস্তু খেন্নগনি, মতুনা খোনকাপ মান্নবা অমসুং তানখোঙমতেকমশীন অমতগী তানখোঙমরু অনীগী মরক্তা মান্নদবা মওঙ লৈহল্লি। অসুম তৌনা ৱারেংদা মথেললনাইবগী মওঙ লৈহল্লি।

ৱারেংদা মহৌশানা রাইহৈপরেং অমমমদা ছন্দগী ফিদম (আদর্শ) অমমম মপুংফানা লৈ, মরম অতুনা শৈতুপ শেন্নবা হোংনদে। অতু ওইরবস্তু শুংবান ঈহৌ কনবা ৱারেংদা করি করিগুম্বদা থংন থংনবা রাইহৈপরেং কয়ামরুম্না ছন্দ অমগী ফিদম শেম্বা উই। অসিগুম্বা মফমদা ফিদম অতু ঈথক য়াম্না চেনবা ছন্দগী মওঙদা লৈ। ঈথক য়াম্না চেনবা ছন্দ অসিনা ৱারেংগী তোপতোপ্পা তশেংবা ছন্দনি।

রবীন্দ্রনাথনা ৱারেং অমসুং শৈরেংগী খোঙথাংবু অসুম্না হায়রম্মী—'গদ্যের চালটা পায়ে চলার চাল, পদ্যের চালটা নাচের।' হায়বদি 'ৱারেংগী খোঙথাংনা লম্বীদা চৎপগী খোঙথাংনি, শৈরেংগী খোঙথাংনা জগোইগীনি।' ৱাফম অসি তশেংনমক অচুম্বনি। শৈরেংছন্দদা ভাব ফোংদোক্লবগী মতীকচাবা শাথেকশিং অদুবু ছন্দগী চূপ্পীনা পুল্লি। মতুদা পাঙ্গল অমা হাপথি—মতুনা ঐখোয়গী পুক্নীংদা য়্যৈরে। অতুগা চূপ্পী অসি থাদোক্লগ মহৌশাগী ওইবা ছন্দগী শক্তম অমা ফোংদোকপা য়াই। মসিনা ৱারেংগী ছন্দনি। চূপ্পী য়াওদনা চুম্না চৎপগী খোঙথাং ওইরবস্তু থোংচাদনা হাইরং হাইরংবা মওঙদা চৎলবদি থুঙাওবগী মওঙ তাগনি, মতুদা ফজবা মওঙ অমতা লৈরোই। চূপ্পী য়াওরবস্তু থোংচানা চৎপা ওন্নবদি ফজবা অমা অতুম লৈগনি। ৱাফমশিং অসি শুপচিল্লগা ৱারেংছন্দগী মশক অসি অসুম্না তাকপা য়াই—জগোই শাদনা চুম্না চৎপা মরম্না মফম থুদিওমক্তা চওবা

য়াবা, অরেপ্পা শাথেক নাইদবা, অকক্রবা নিয়ম লৈতবা মরম্না মহৌশাগী ওইবা ছন্দগী শক্তম অমা ফোংদোকপা. ভাবকী মতুংইন্না খোল্লেপ অমসুং শৈখোঙ হায়্নবদি বাহৈপরেং অমসুং বাহৈপরেংগী শরূক খায়দোকপা ছন্দ অদুবু বারেংছন্দ কৌই।

## রারেংকবিতাগী ছন্দ

## ( Prose-verse )

ছন্দনাইবা রারেং লৈ হায়বসি মথক্তা ঐখোয়না উখ্রে। রারেংদা ইবা কবিতাবু রারেংকবিতা হায়না শঙনরবসু ছন্দ যাওদবা রারেংদদি রারেংকবিতা ইবা য়াদে, ছন্দনাইবা রারেংদদ ইগদবনি; হায়বদি রারেংকবিতাগী ছন্দ অমদি লৈগদবনি। তৌইশুম্বসু চুম্নগী রারেংছন্দগা রারেংকবিতাগী ছন্দগা অমত্তনি হায়না লৌবদি য়াদে। চুম্নগী রারেং-ছন্দদদি শৈরেংছন্দগী ফিদম অমতা য়াওদে, অদুগ রারেংকবিতাগী ছন্দদদি রারেংছন্দগী মওঙ পূম্নমকসু লৈরগা শৈরেংছন্দগী ফিদম অমসু য়াওগদবনি। রাকম অসিদনি মনীংতম্বা ছন্দ নত্রগা free verse-কা রারেংকবিতাগী ছন্দ নত্রগা prose-verse-কা মকুওইনা খেম্নবা মতাং অমা ওইরিবসু। কনা কনাগুম্বনা রারেংকবিতাগী ছন্দবু মনীংতম্বা ছন্দগী মতুংচনবনি হায়না লৌবা য়াওই। তৌইগুম্বসুং অনী অসি তোঙান তোঙানবা মওঙ অমমমগী ছন্দনি। মনীংতম্বা ছন্দদি শৈরেং-ছন্দগী মচম্না শাই অমসুং মসিদা মচন শীনবগী মরমদা শৈরেংগী ফিদম অমত্তনা পুন্দে। অদুগা রারেংকবিতাদনা শৈরেংছন্দগী মচন, হায়বদি খোনকাপমশীংনা থায়দোকপা তানখোঙমরক অদু য়াওদে। অর্থচেনবা রাহৈকাঙলূপ ( phrase ) অমমম্না মসিগী মচাক্কি। মরম অদুনা রারেংকবিতাগী ছন্দদা খোল্লেপ অমসুং লোল্লেপ তিম্নদবগী রাকম

লাক্তে। অতুনা মসি ঈচেলনাইবা ছন্দসু নত্তে, তৌইগুম্বসুং মনীংতম্বা ছন্দদি ঈচেলন'ইবা ছন্দনি। য়ারেংকবিতাগী ছন্দদা মচন অময়ময় খণ্ডনবা মওঙদি খোনকাপ নত্রগা অতে'প্পা করিগুম্বা খোম্লিলগী মওঙ অমতনা ওইদে, অর্থ অমসুং ভাবকী মতুংইন্না মসিগী মচন খণ্ডবা গুম্মী। মসিদা শৈরেংচন্দগী মচন য়াওত্রবসু শৈরেংছন্দগী ক্ষিদমদি য়াওই। খুদম ওইনা মথাগী পরেংশিং অসি য়েংসি—

মৈগী থম্বাল ⋮ শাংলে অত্যাদা, =(২+৩)+(২+৩)
অনৌবা মঙান্দা =৩+৩
চাইথবে পৃথিবী =৩+৩
ময়ায়দ' তক্ষা থিনবা =৩+২+৩
মণি অপাংবগী লেম্পা'কুম =২+৪+৪
নীংথিজবে ভসিগী অত্যা', =৪+৩+২
মালেম-অমৃত কাপ্তুনা =৩+৩+৩
উদবা কনানা পায়ছনা =৩+৩+৩
পুখোয়ক্লে কনাগী দমক্তা। =৪+৬
খোংলক্লে মায়কৈ থুংনা ⋮ কনাগী বীণা! =(৩+৩+২)+(৩+২)

তুমিন তুমিন ⋮ চপ চপ লেপ্তুনা =(৩+৩)+(২+২+৩)
অমথা অহৌংগী =৩+৩
নোংমুংশাং ময়ক্তা =৪+৩
থ্যান তৌয়থা পামেলসু =২+৩+৩
নোংদোম্বা মথুং থাদত্তুনা =৩+৩+৪
লাম্লক্লে মপু ভয়', =৩+২+২
পৃথ্বীগী মায়া থাদোক্লে— =৩+২+৩
লৈমায়থক্তা ময়া হাইসংলে =৪+২+৩
থুনীং কাঙলগে মভাগুম। =৩+৩+৪
খোংলক্লে মায়কৈ থুংনা ⋮ কনাগী বীণা! =(৩+৩+২)+(৩+২)

( অঁকায়বা বীণাগী কায়দবা মুয় )

মসিদা অহানবা পরেং তরানা শৈতূপ অমা অমস্নুং অরোইবা পরেং তরানা শৈতূপ অমা শৈরেংছন্দগী ফিদম লোত্নুনা শেম্লি। অদুগা মসিদা খোল্লেপ তাদবা মফমদা লোল্লেপ অমতা তাদে, হায়বদি লোল্লেপকা খোল্লেপকা তিম্নদবগী মওঙ লৈতে; অদুনা মসি মরম অতৈ খন্নবস্নু ইচেলনাইবা ছন্দ নত্তে হায়বা খঙবা ঙম্মী অমস্নুং মরম অদুনা মসি মনীংতম্বা ছন্দ ( free verse ) নত্তে। অদুগা মসিগী মরক মরক্তা পূংবা ওইনবা হায়বদি অমগা অমগা খোনকাপমশীন মান্নবা পরেং নত্রগা তানখোঙমরু খরা য়াওরবস্নু শৈখোঙ অমস্নুং তানখোঙমরুগী অরেপ্পা মওঙ অমতা ইন্দে। অদুনা মসি শৈরেং-ছন্দগী মওঙ খরা চঙলবস্নু রারেংকবিতা ওইনা লৌগনি। মসিগা Walt Whitman-গী পরেংশিং অসিগা চাংদম্নদুনা য়েংসি—

> All the past | we leave behind,
> We debouch | upon a newer | mightier world, |
> varied world,
> Fresh and strong | the world we seize, | world
> of labour | and the march,
> Pioneers ! | O Pioneers !

> We detachments | steady throwing, |
> Down the edges, | through the passes, | up the
> mountains | steep
> Conquering, holding, | daring, venturing | as we
> go | the unknown ways,
> Pioneers ! | O Pioneers !

মসিদা অহানবা পরেং মরিনা শৈতূপ অমা অমস্নুং অরোইবা পরেং মরিনা শৈতূপ অমা শৈরেংছন্দগী ফিদম লোত্নুনা শেম্লি। শৈতূপ

খুদিংগী অহানবা পরেংদা phrase অনী, অনীশুবা অমসুং অহুম শুবদা মরি অহুগ মরিশুবদা অনী লৈ। অমমমদা syllable মরি লৈবা phrase-না মপূং ওইরবসু খোম্লিনগী করিশুম্বা মওং অমা ইমা শরক অমমম খায়দোক্তে মরম অহুনা মসিস্থ রারেংকবিতা ওইনা লৌগনি।

অসি নত্তবা অতোপ্পা মওঙ কয়াদসু রারেংকবিতা ইবা য়াই।

মহুদি—

তানখোঙমরুমশীং

১ ২ ১ ২

অমরোমদা অমুক ⋮ উরিদো ঙসি = ২

১ ২ ১ ২

শকী সমুদ্র ⋮ ঊয়ায়সিদা— = ২

১ ২ ১ ২ ১ ২

শৃঙ্গার-মহাবীর ⋮ মুংশি-মুংওনগী ⋮ পাখৌরেল কয়া = ৩

১ ২ ১ ২ ১ ২

জাতিগী পাঙ্গলবু ⋮ তোংখি খাহুনা ⋮ চুপখোকপা ঙম্বা— = ৩

১ ২ ১ ২ ৩

মতমগী পাখৌরেল ⋮ যুগকী কীরাল পাযবা। = ২

১ ২ ১ ২ ৩

অমুকসু ঊরি ⋮ থুমন খম্বা মগুংলাংগী = ২

১ ২ ১ ২ ১ ২

কবোয়াই হৌগনবী ⋮ য়াজোইতোংবী ⋮ বীরাঙ্গনা কয়া— = ৩

১ ২ ১ ২ ১ ২ ১ ২

নোংবান খাবা ⋮ খম্বা খাবা ⋮ শক্রেম্বী চৈত্রা ⋮ লেডী ম্যেকবেথ = ৪

১ ২ ৩ ১ ২

মুপীগী ঊকায়খুম্বা ঙাকপা ⋮ পাখৌ নাইট = ২

১ ২ ৩ ১ ২

মুপীগী ঊকায়খুম্বা হাংপা ⋮ পাখৌ হিংচারেল— = ২

১ ২ ১ ২

মধুকৈটভ মহিষাসুর ⋮ চণ্ডমুণ্ড রক্তবীজ = ২

১ ২ ১ ২ ৩

হাংপা লৈতে ⋮ শক্রোল-সমুদ্রসিদা। = ২

( শক্রোল-সমুদ্র-ঊয়ায়দা )

মসিদা তানখোঙমতেক অহুমগী তানখোঙমক্ক য়াওরবস্থ তানখোঙমতেক অনীগী তানখোঙমরুন মপূং ওইনা লৈরি অদুগা তানখোঙমরুশিং অসি খোনকাপমশীন্দা থোইদোকপা অরেপ্পা মওঙ অমা ইন্দ্রবস্থ তানখোঙমক্ক অনীনা শাবা পরেংনা মপূং ওইনা লৈরি। অদুনা মসি শৈরেংগী মচম্ম শেমজ্রবস্থ শৈরেংছন্দগী ফিদমদি ইল্লি। অদুগা মসিদা পরেং মশীং অকক্লদনা শৈতূপ থায়দোকপা উরি অমস্থং শৈরেংদা য়াওবা অমদি য়াওদবা তানখোঙমরুগী মওঙ য়াম্মনা লৈরি।

অমনা—

তানখোঙমক্কমশীং

১ ২ ৩ ১ ২ ১ ২
কৌক্রু চৌংগী চৌংদোন্দা ⁝ ইবানীনা শাগৎলবা ⁝ উনাগী খাংপোক
= ৩

১ ২
নীংশিংলিবরা মনোরমা ?
= ১

১
নীংশিংলিবরা ?
= ১

১ ২ ১ ২ ১ ২ ১ ২
মওঙ নাইত্রবা ⁝ উনাগী খাংপোক ⁝ হায়কম খঙত্রবা ⁝ কৌক্রুগী ছুংশিং
= ৪

১ ২ ১ ২ ১ ২ ১ ২
পম্লেপফম খঙত্রবা ⁝ মীওইবগী পুন্সি ⁝ নঙতনা খঙবা ⁝ ঐগী থম্মোই।
= ৪

১ ২ ৩ ১ ২ ৩
ছুংশিংনা বা-বা শীংলকপা ⁝ নোংলৈনা উক-উক লৈশিল্লকপা
= ২

১ ২ ১ ২ ৩
ছুংশিংত্রবা মমশিল্লকপা ⁝ অমংবা নোংগী মপৈ
= ২

১ ২ ৩
নোংখাঙগী তথক্রবা শাথেক
= ১

১ ২
অকিবা নোংখোং।
= ১

( নীংশিংলিবরা মনোরমা—নীলকান্ত )

মসিদা অহানবা শৈখোঙ অহুম্না শৈতূপ অমা অতুগা অরোইবা শৈখোঙ তরাক্না শৈতূপ অমা শাবগী ইঙ্গিৎ লৈরি। শৈখোঙগী তানখোঙমরুমশীং মথংশীংনা ৩, ১, ১ অমসুং ৪, ৪, ২, ২, ১, ১ অসুম্না মথং মথং পীকথনা লৈরি। অতুগা তানখোঙমতেক অহুম্না শাবা তানখোঙমরু য়াওরবসু তানখোঙমতেক অনীনা শাবা তানখোঙমরুনা মপূং ওইনা লৈ। মতৌ অসুম্না মসিদা শৈরেংছন্দগী ফিদম লৈবা উরি। তৌইগুম্বসুং মসি শৈরেংছন্দগী মচম্না শাবদি নত্তে। মরম অতুনা মসিবু ৱারেংকবিতা ওইনা লোগনি।

অসি নত্তবা শৈতূপ খায়বগী ইঙ্গিৎ লৈতবা অমদি শৈতূপ খায়দবা মওঙদসু ৱারেংকবিতা হবা য়াই। খুদম—

য়েংউ থম্বাল অমম্বা থম্মে ইতু হাংদোক্লুনা
মেঙলব শক্তমসে মহৌশ লাইয়েবীনি।
মতমসে য়েংউ
চীক্করা, মেঙদরা, থম্মোইবু মুংঙন্দবরা ?
নোংসু ভাল্লি অতুগা অহীংসু চেনখ্রি
লম্বী থৎলি
খামলি
নোংচূপ চীংখোঙদা ভারমদাই খাজনা।
থম্বাল
নোংসু ভাল্লি অতুগা অহীংসু চেনখ্রি ॥

( অয়েকপা লাইশিংদা য়েংউ থম্বাল—পাচা মীতৈ )

অসিতা নত্তনা অতোপ্পা মওঙ কয়াদসু হৌজিক ৱারেংকবিতা কয়া ইনরক্লি। অতুগা ঈথকহৌদবা ৱারেংনা শৈরেংগী ফিদম ইন্দুনা হায়বদি শৈরেংছন্দগী মওঙদা শৈতূপ, শৈখোঙ, তানখোঙমরুনচিংবা খায়বগী ইঙ্গিৎ হাইফেৎ থম্নগা ভাবকী ঈহৌ অমগী ইঙ্গিৎকা লোয়নবা—ৱারেংকবিতা অমসুং শৈরেংকবিতাগী মরক ওইনা তৌবা

কবিতা মথল অমসু কনা কনাগুম্বনা ইমম্লি। তৌইগুম্বমদুং অসি-গুম্বা মথলগী কবিতা অসিদা ছন্দগী ঈথক য়াওদবনা মখোয় অসিবু ঈথকহৌদবা নত্রগা ঈহৌদবা কবিতা হায়বা য়াই। মহৃদি—

(অ) পূং ভরা তারকপদা
লৌরুংখংগী থোঙাম্বা
থঙদবা লৈতে ওইনাম মোহন।
—ওইনাম মোহনগী নমথে
য়েংদবা ঙমদে উরবনা
হেক্নে মপান কাঙজেবুংদগী
গৃহমন্ত্রীগী নমথেমক্কা।
থাওবা ঙমদে আফিসতা
ওইনাম মোহনগী নমথে।
মীগী চূল্লপ থকলবা
কেরাণীদা হায়জিনবী,
'নথূত্তগী চৎথ্রিবনি চে পূরমক'
পঙথহল্লি কেরাণী
নমত্তনা চূল্লপ থক্তোকই।

(ওইনাম মোহন—সমরেন্দ্র)

(আ) শ্রীপঞ্চমী য়োরকপদা
অনৌবা এন্নীঙ্‌ উরক্লে।
মুংথিলগী মমৈদা
উচেক বায়া মপৈ মপৈ পাইরক্লে।
অথংবা উনারক্কা
লৈ-মু চবুন চবুন থাৎলক্লে।
থোইমূ থোঙ্গেল তারক্লে।
শাবী শানৌ ভাওনরক্লে।

বসন্তগী মতমসিদা
খোংব্রে উচেক মচা অমদি
অক্লাদা মতু ইপোন পোম্ৰা লৈখ্রে।

(অমন্তনি—পদ্মকুমার)

ব্লারেংছন্দদা শৈরেংগী মচন য়ানবা য়াওবগুম্না ব্লারেংকবিতাগী মচন্দসু শৈরেংগী মচন খরা য়ানবা য়াই, ভোইগুম্বসুং মপুংওইনা য়াওহনবদি য়াদে। মথক্তা পীখ্রিবা খুদমশিং অসিদা শৈরেংগী মচন য়াওবা ব্লাইপেরেং য়াওখ্রি। মদুদি—

(অ) "মওঙ নাইত্রবা ⋮ উনাগী খাংপোক ⋮ হায়কম খণ্ডব্রবা ⋮
কৌক্ৰগী সুংশিং"

(আ) "মৈগী থবাল ⋮ শাংলে অত্যাদা
অনৌবা মঙাল্বা
চাইখয়ে পৃথিবী।" —অসিনচিংবা।

# শৈশেম উৎপা
## ( Scanning )

শৈরেং অমসুং কবিতাগী ছন্দমশেম তাকপবু শৈশেম উৎপা কৌই। শৈশেম উৎপা তারবদি অহানবদা শৈখোঙ খুদিঙমক্কী তানখোঙমতেক, তানখোঙমরু অমদি তানখোঙ খায়দোকনি অদুগা অশম-খুদমগী পাম্বৈনা খোম্বোক খুদিঙমক্কী মশক হায়বদি মখল তাকনি অমসুং শৈখোঙ খুদিঙমক্কী খোনকাপমশীন মচা খায়না উৎকনি। অদুদগী মথংমনাও নাইনা তানখোঙমরু, তানখোঙ, শৈখোঙ অমসুং শৈতুপকী মওঙ অদুগা শৈখোঙগী খোঙচৎ, ছন্দগী মখল অমসুং রূপ তাকনি। মখাদা মখলমখা অয়াম্বা ছন্দলৈরেংদা ইবা কবিতা কয়ামরুমগী শৈশেম উৎলি।

(১)

\+ •  + • • •  • • •  • •
য়েংখি : য়েংখিবদা : কয়িনো ! ঙগি //   = (২ + ৪) + (৩ + ২)

\+ :  • • •  + :  • •
পুক্নী : হুখরে ⋮ ভেংবান  অসি //   = (৩ + ৩) + (৩ + ২)

\+ • •  • :  + :  + •
চাইথরে : মতান : নোংদোন : শাংনা //   = (৩ + ৩) + (৩ + ২)

• • •  + + •  + :  + •
কয়িপী : থোয়াংনো : মায়ক : শীন্না //   = (৩ + ৩) + (৩ + ২)

তানখোঙমরু—খোনকাপ তরাক্না শাবা।

তানখোঙমরু—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—তানখোঙ-অমচৎপী, তানখোঙমপুংফাদবা ( অরোইবা তানখোঙমরু তেনবা )।

শৈতুপ—মান্নবা শৈখোঙ মরি, থৈমান্নবা ( ক ক-খ-খ )।

খোঙচৎ—অতপ্পা।

ছন্দগী মখল—শৈনিপ্পোই।

ছন্দগী ফুরূপ—অশেংবা অরুম্বা।

(২)

• • •  - • •  + • •  • + •  + • • •  + •  + •
মাথবা : কুমদা ⋮ নোংমপী · অহীংদা / থোংখিবদো : নোয়নবা ⋮ নোয়নবা //
= (৩ + ৩) + (৩ + ৩) + (৪ + ২) + ২

• • •  • • •  + + •  • • •  + • • •  • •  + •
মিরবা : সুবদ ⋮ থম্মোইপী : তাবদা / য়ৈরয়েনে : ঙসি ⋮ নোনা //
= (৩ + ৩) + (৩ + ৩) + (৪ + ২) + ২

তানখোঙমরু—খোনকাপ তরাক্না শাবা।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—তানখোঙ-অমচৎপী, তানখোঙমপুংফাদবা (অরোইবা তানখোঙমরু তেনবা)।

শৈতুপ—মান্নথবাং।

খোঙচৎ—অতপ্পা।

ছন্দগী মথল—শৈনিস্তোই।

ছন্দগী ফুরূপ—অশেংবা অরূম্বা

( ৩ )

••• —: —• •••• +—•

মপুগী : নোংদম : খোন্দি : কজবগী : শকুম্নি //

= (৩ + ৪) + (৩ + ৪) + ৪

••• —•• —•: •• +— •

করিগী : তেংথাবি : পুন্নমক : মাগী : খোঙ্জামলনি //

= (৩ + ৪) + (৫ + ২) + ৪

••• •—• —•• + •• ।••

অবাবা : ফিজোন্দা : লাকপদা : য়াইকবা : পুক্না //

= (৩ + ৪) + (৪ + ৩) + ৪

••• ।•• •+• •• •• —••

করিগী : কিক্রবি : মহাক্না : অবাবনি : থন্দুনা //

= (৩ + ৪) + (৩ + ৪) + ৪

তানখোঙমরু—খোনকাপ তরেৎনা শাবা।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অহুম্না শাবা।

শৈখোঙ—তানখোঙ-অমচৎপী, তানখোঙমপুংফাদবা ( অয়োইবা তানখোঙমরু তেনবা )

শৈতুপ—মান্নবা শৈখোঙ মরি, খেমান্নবা ( ক ক-খ-খ )।

খোঙচৎ—অথীনবা।

ছন্দগী মথল—খোম্নিস্তোই।

ছন্দগী ফুরূপ—য়াম্নবা অথীনবা।

(৪)

•: •• : ••• +• + : ••

বসন্ ⁝ ভনা ⁝ চুপ্ ⁝ অবদা / মুম্নে ⁝ মাম্নকৈ ⁝ মম্রি //

= (৩+২) + (২+৩) + (২+৩) + ২

••• : •• – • — • : • •

মচুপী ⁝ মঙ ⁝ কয়া ⁝ উইৎ / উইৎ ⁝ মঙ ⁝ জম্রি //

= (৩+২) + (২+০) + (০+২) + ২

তানখোঙমরু—খোনকাপ মঙানা শাবা।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—তানখোঙ-অনীচৎপী, তানখোঙমপুংফাদবা (অরোইবা তানখোঙমরু তেনবা)।

শৈতূপ—মাম্নথব্রাং।

খোঙচৎ—অথীনবা।

ছন্দগী মথল—খোম্নিম্মোই (য়াম্নবা)।

ছন্দগী ফুরূপ—য়াম্নবা অথীনবা।

(৫)

•´ +´ +´ •´ +´ •´ +´ •´

ঙসি ⁝ লাইরেন ⁝ নোংজা ⁝ দাহে / পম্মৌ ⁝ শূমাং ⁝ চাউগোয় ⁝ দাহে //

= (২+২) + (২+২) + (২+২) + (২+২)

+´ •´ +´ •´ •´ •´ •´ •´

মুংশি' · খুজেং ⁝ পাম্নু ⁝ না পায় / নাচল ⁝ মখোঙ ⁝ শাদু ⁝ নাহে //

(২+২) + (২+২) + (২+২) + (২+২)

•´ •´ •´ •´ +´ •´ +´ •´

ভঙপ ⁝ তরেং ⁝ পরেং ⁝ বু লেং / লাইরেন. মথেক ⁝ থেক্ ⁝ নাহে //

= (২+২) + (২+২) + (২+২) + (২+২)

•´ •´ +´ •´ +´ +´ •´

থাবল ⁝ ইপোম ⁝ থেঙ্গোং ⁝ বু লাং / খোঙথাং ⁝ হাপ্পা ⁝ তাহে।

২

+ •´

চোংসিহে // = (২+২) + (২+২) + (২+২) + (২+২)

তানখোঙমরু—খোনকাপ মরিনা শাবা।

তানখোঙ—তানখোমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—তানখোঙ অনীচৎপী, তানখোঙমপুংফাবা।

শৈতূপ—শৈখোঙ-য়াম্নদবা, শৈখোঙ মরি, খৈমান্নবা ( ক-ক-ক-ক )।

খোঙচৎ—অথুবা।

ছন্দগী মখল—খোল্ল মখোই।

ছন্দগী কুহ্নপ—অশেংবা অথুবা।

খোইদোকপা—খোনকাপ ৩গী মফমদা ২ (অরোইবা শৈখোঙদা ‘চোংসিহে’ )।

+´ +´ • ´ +´ •´ •´ •´ •´

শীথ : মক্লে ⁝ শোরা ⁝ য়েম্না / থ্বা-থ্বা : থ্বা-থ্বা ⁝ থ্বা-থ্বা : থ্বা-থ্বা /

•´ + ´ + ´

করি · নোংঙোন ⁝ পাউনো //

= (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ১) + ২

• ´ •´ + ´ •´ +´ +´ +´ •´

মালেম : লৈচৎ ⁝ নাইদ : ববু / তিল্লাঙ। শীৎলা ⁝ তুক : চরে /

+´ • ´ +´ • ´

তাকপ ⁝ নিদে ⁝ তাকপ : নিদে //

= (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২) + (২ + ২)

তানখোঙমরু—খোনকাপ মরিনা শাবা।

তানখোঙ—তানখোমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—তানখোঙ অহুমচৎপী।

শৈতূপ—শৈখোঙ-য়াম্নবা ; শৈখোঙ অনী, .বা শৈখোঙ তানখোঙমপুংফাদবা (অরোইবা তানখোঙমরু তেনবা) অমসুং ২শুবা শৈখোঙ তানখোঙমপুংফাবা ; খৈমান্নদবা।

খোঙচৎ—অথুবা।

ছন্দগী মখল—খোম্ল মখোই।

ছন্দগী মৃল্লপ—অশেংবা অথুবা।

(৭)

\+ • •• + • •• •• •• + • •• +•

লৌবি ⁝ য়ুনে ⁝ লৈন ⁝ দনা / তাঙ্গা ⁝ ৱবা ⁝ নঙগী ⁝ লনা ⁝ থুংনা //

=(২+২)+(২+২)+(২+২)+(২+২+২)

•• •• +• : + • •• •• +• +•

অৱা ! ৱগী ⁝ চৈনা ⁝ থোম / লেংক ⁝ য়িবা ⁝ অসে ⁝ কপ্পা ⁝ কপ্পা //

=(২+২)+(২+২)+(২+২)+(২+২+২)

\+ • •• + • + • + ০ + • + •

মীকপ ⁝ বিয়ু ⁝ হুংশি। লাইজ / হুংশি ⁝ লাইজ ⁝ থোনবা ⁝

\+• ০•

থূত্তু ⁝ দগী // =(২+২)+(২+২)+(২+২)+(২+২+২)

: •• •• ০• + • + • ••

চাম ⁝ জগে ⁝ থূমা ⁝ থাদো / মীংকী ⁝ লাইজ ⁝ সিনা ⁝

\+ • ••

তোম ! ৱগী // =(২+২)+(২+১)+(২+২)+(২+২+২)

তানখোঙমরু—খোনকাপ মরিনা শাবা।

তানখোঙ--তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ অশাংবা তানখোঙ-অনীচৎপী (অশাংবা শামুখোঙ), হেন্দোক্লা-তানখোঙমপূংফাবা (অরোইবা তানখোঙ-মরু শাংবা)।

শৈতূপ—মান্নবা শৈখোঙ মরি, খৈমান্নবা (ক-ক খ-খ)।

খোঙচৎ—অতপ্পা।

ছন্দগী মখল—শৈনিঙ্খোই।

ছন্দগী মৃল্লপ—অশেংবা অমম্ব।

(৮)

\+ •  ••  +•  ••  +•  +•  +•
লৈকা ⁝ কম্না ⁝ শাচ্চ ⁝ চুনা / লৈহী ⁝ কচ্চ ⁝ ময়ক্লে //
=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

••  ••  +•  +•  +∘  +∘  +•
মপু । মাবু ⁝ খোঙ  ময়ক্লে / পোম্বী ⁝ চেক্লা ⁝ শিংনা //
=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

\+ •  +•  ••  ∘•  ∘∘  +•  +•
পাইখো ⁝ ময়ক্লে ⁝ য়াগি ⁝ ণীনা / ঙসি । ঙাওনা ⁝ ঙংনা //
=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

\+ •  +•  ∘•  + •  +•  +•  +•
য়েংব ⁝ হৈবা ⁝ কবি ⁝ শিংনা / পেম্না ⁝ য়েংঙ ⁝ ময়ক্লে //
=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

তানখোঙমরু—খোনকাপ মরিনা শাবা।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—অতেনবা তানখোঙ-অনীচংপী (অতেনবা শামুখোঙ), তানখোঙমপুংফাদবা ( অয়োইবা তানখোঙমরু তেনবা )।

শৈতূপ – মায়বা শৈখোঙ মরি, খৈমায়বা ( ক-খ-খ-ক ) ( ময়ায়-মায়বা শামুখোঙ )।

খোঙচং—অতপ্পা।

**ছন্দগী মখল**—শৈনিফোই।

**ছন্দগী ফুরূপ**—অশেংবা অরূপ।

(৯)

\+ • •  +••  +• •  +••
লৈজদে ⁝ এগীদি ⁝ ঙাক্তসি ⁝ নঙনা /

• • • •  + •  +•••  + •
থুযাখাদা ⁝ নঙগী ⁝ কচ্চনবা ⁝ পেম্না — /

\+ •∘  •+•  +•
লোবিয়ু ⁝ নমাইগী ⁝ ঙক্তি //

=(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)+২

+ + • ••• + • • •••
থম্মোইসি : নত্তনা ⋮ লৈজদে ⁝ অমত্তা /
• + • +•• + •• • • •
ননাইগী ⁝ লৈজবা ⋮ কচ্চয়ি ⁝ অসিত্তা— /
• • • +•• + •
পীবিয় ⁝ পুন্সিগী ⋮ মুক্তি //
=(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)+২

তানখোঙমরূ—খোনকাপ তরাক্লা শাবা।

তানখোঙ—তানখোঙমরূ অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—তানখোঙ-অহুমচৎপী ( ১বা তানখোঙ অনীদা মায়খৈ লৈবা ), তানখোঙমপুংফাদবা ( অয়োইবা তানখোঙ-মরূ তেন্নবা )।

শৈতূপ—মায়থব্রাং।

খোঙচৎ—অতপ্পা।

ছন্দগী মথল—শৈনিঙ্খোই।

ছন্দগী ফূরূপ—অশেংবা অরাম্বা।

( ১০ )

+• • • • • +• +• • • • ⁝ • •
থুম্মী ⁝ দকো ⋮ হে অ ⁝ থুম্বী / নুংশি ⁝ দকো ⋮ হে মুং ⁝ শিবী
+ • +• + • +• + • + • +• +•••
পোক্ক⁝ ফম্মি ⋮ নঙসে ঐগী / পেনবা ⁝ নাইদে ⋮ নঙবু ⁝ য়েংজবগী //
=(২+২)+(২+২)+(২+২)+(২+২)
+(২+২)+(২+২)+(২+২)+(২+৪)

+• •• + • • • + • + • •• ••
থক্লা⁝ থাবু ⋮ কোনব ⁝ সিদা / কোয়না ⁝ কোয়না ⋮ থিক্ল ⁝ বদা /
+ • + • +• •• + • + • +• + •••
লৈত্তে ⁝ নঙগা ⋮ মায় ⁝ বদি / পেনবা ⁝ নাইদে ⋮ নঙবু ⁝ কৌজবগী //
= ২+২)+(২+২)+(২+২)+(২+২)
+(২+২)+(২+২)+(২+২)+(২+৪)

তানখোঙমরু—খোনকাপ মরিনা শাবা।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—অশাংবা তানখোঙ-মরিচৎপী ( ১বা অমসুং অরোইবা তানখোঙ অনীদা মায়থৈ লৈবা ), হেন্দোক্লা-তানখোঙমপুংফাবা ( অরোইবা তানখোঙমরু শাংবা )।

শৈতূপ—মায়খত্রাং।

খোঙচৎ—অতপ্পা।

ছন্দগী মখল—শৈনিস্থোই।

ছন্দগী ফুরূপ—অশেংবা অরূম্বা।

খোইদোকপা—খোনকাপ ৩গী মফমদা ২ ( অহানবা শৈখোঙগী ৪শুবা তানখোঙমরুদা ‘হে সুং’ )।

(১১)

• ০ : : + • :

শাবী ⁝ লাউ । লাউ ⁝ চৎসি লাউ // –(২+২+২)+(২+২)

+ + • + • + + • + • + • • • :

কন্নকপা : য়াম্মী ⁝ কপ্পাওবা · য়াম্মী / মাঙদা । থারো ⁝ লাউ //

=(৩+২)+(৩+২)+(২+২)+২

তানখোঙমরু—য়াম্নবা ( খোনকাপ ৪, ৫, ৬ না শাবা )।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—য়াম্নবা ( তানখোঙ-অমচৎপী, তানখোঙ-অনীচৎপী ); ১বা তানখোমরু অনীদা মায়থৈ লৈবা, তানখোঙমপুংফাদবা ( অরোইবা তানখোঙমরু তেনবা )।

শৈতূপ—ছন্দলৈরেং অমসুং তানখোঙমরু মায়দবা, তৌইগুমসুং থৈমায়বা শৈখোঙ অনী ( ১বা শৈখোঙ তানখোঙ-অমচৎপী, ২শুবা শৈখোঙ তানখোঙ-অনীচৎপী )।

খোঙচৎ—অতম্বা।

ছন্দগী মখল—শৈনিন্থোই ( থৈমান্নবা মনীংতম্বা )।

ছন্দগী মুরূপ—অশেংবা অরাম্বা।

( ১২ )

•—•  • :  — :  • •  •‖•  :  • •
বসন্ত : থাবল ⁝ থাঙ্ঙম: দবা / মকুনা : থল ⁝ লবা //
=(৪+২)+(৪+২)+(৪+২)+২

• • •  • ‖  — •  • ‖  • :  • ‖  • :
সমাজ : সিদা, ★ ⁝ খোংখি : গত্রা / বসন্ : তগী ⁝ কোকিল—★ //
=(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)+২

‖  — ‖  • • •  • :  • ‖  • ‖  • •
মী : ওইবা ⁝ সমাজ : থবায় / পুবা : সভ্য ⁝ তাগী //
=(২+৪)+(৩+৩)+(৩+৩)+২

• ‖  — • —:  • •  — •  • :  • •
খজি : য়োংকে ⁝ থৌরাং : লিবা / ভাইবঙ : উমং ⁝ সিদা, ★ //
=(৩+৩)+(৪+২)+(৪+২)+২

+•  • ‖  • ‖  • :  —•  • ‖  • •
থায় : হখি ⁝ গত্রা : মনীং / তম্না, ★ সভ্য ⁝ তাগী //
=(৩+৩)+(৩+৩)+(৩+৩)+২

• ‖  ‖ •  • :  • ‖
খখি : না-া  মিপাই : দনা ? ★ ★ /  …  —  —
=(৩+৩)+(৫+৩) …  …

তানখোঙমরু—খোনকাপ তরুরুা শাবা।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—তানখোঙ-অনীচৎপী, তানখোঙমপুংফাদবা (অরোইবা তানখোঙমরু তেনবা )।

শৈরূপ—✗, শৈখোঙ-মান্নবা, থৈমান্নদবা।

খোঙচৎ—অথীনবা।

ছন্দগী মখল—খোম্লিষ্পোই ( ঈচেলনাইবা )।

ছন্দগী স্বরূপ—অশেংবা অথীনবা।

খোইদোকপা—খোনকাপ ৩গী মকমদা ২ (অহানবা শৈখোঙদা 'থাবল', অনীশুবা শৈখোঙদা 'কোকিল', মরিশুবা শৈখোঙদা 'উমং' )।

[খোম্লিষ্পোই ছন্দশৈরেংদা ঈচেলনাইব' ছন্দ মহৌশানা শীজিন্নদে, তৌইগুম্বসুং মসিদদি শীজিন্নবা উরি। অসিগুম্বা ছন্দ অসি কনা কনাগুম্বনা মৈতৈ সাহিত্যদা নৌনা পুশিল্লক্রি, অতবু শৈনিষ্পোই ঈচেলনাইবা ছন্দগুম্না মওঙ তাহনবদি ওমক্রি।]

( ১৩ )

• :   +•   • :   •:   + •   ••   • •

বাহৈ : বাংম ⋮ দা চৎ । তুনা / কৌজ । ক্রর ⋮ বদি //

=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

• :   :   + :   + •   + •   • •   + •

অমুক্ : তং ⋮ পুক্নীং : নঙনা / লাকচ : গনি ⋮ পুক্নীং //

=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

+•   + :   • •   + •   +•   :   +:

পূম্বা, ★ নমথেক্ ⋮ তুনা : লোইনা / অর্থ : শম্ ⋮ বল্লাং, ★ //

=(২+২)+(২+২,+(২+২)+২

+ :   +•   • •   +•   +:   • :   • •

তেংবান : পূম্ব ⋮ গী অ : পূনবা / পুক্নীং । না দৈ ⋮ ন্নিবা //

=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

+•   :   ••   + •   +•   • •   + •

বিশ্ব : লোক ⋮ অত্র : য়োনা, ★ / ছন্দ : গী ঈ ⋮ হোনা //

=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

+ :   • •   + •   + •   +•   • :   • •

নমজাং : লিবা, ★ ⋮ শিল্পী ⋮ শিংগী / শিল্প : না তাক্ ⋮ লিবা //

=(২+২)+(২+২)+(২+২)+২

+ :   • •

নমদম : চুদা । ★ ★ ... ... ...   =(২+২) ... ... ...

তানখোঙমরু—খোনকাপ মরিনা শাবা।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—অতেনবা তানখোঙ অনীচৎপী ( অতেনবা শামুখোঙ ), তানখোঙমপুংফাদবা ( অয়োইবা তানখোঙমরু তেনবা )।

শৈতুপ—×, শৈখোঙ-মায়বা, খৈমায়দবা।

খোঙচৎ—অতপ্পা।

ছন্দগী মথল—শৈনিঙ্খোই ( ঈচেলনাইবা অতেনবা শামুখোঙ )।

ছন্দগী কুরূপ—অশেংবা অরূম্বা।

খোইদোকপা—ঈচেলনাইবা ছন্দ ওইবনা রাহৈগী অমদি তানখোঙমতেকী অয়োইবা তিন্নবা খোঙ্খোক অয়াম্বা খোনকাপ অমা ওইনা লৌরি।

( ১৪ )

• :   ॥   ••   + •   ••   • •   + • •   + + •

মতোক্ ⁝ তা ⁝ মণি : চেনবা / অৱা ⁝ বা খা ⁝ রো অনে : পুক্নীংগী //

=(২+২)+(২+২)+(২+২)+(৩+৩)

• :   • •   • :   + •   ••   ••   • + •

শাহল্ : অগে ⁝ জগোই, ★ : ঐগী / সুম ⁝ সিনা ⁝ অকায়বা :

• • •

বাশীগী, ★ //

=(২+২)+(২+২)+(২+২)+(৩+৩)

• :   • :   • • + •   + •   •   •   + + :

অহান : বা হৌ ⁝ বা অ : যুকী / চেক্লা : না, ★ ম ⁝ দোম খুংঙাই :

•••

অছুনা //

=(২+২)+(২+২)+(২+২)+(৩+৩)

+ •   • •   ∘ •   ••   + :   ••   • + • •   + •

শক্লি ⁝ বা সু ⁝ য় অ ⁝ ছুদা / তিলহন : অয় ⁝ গা খুংশিনা : খেংনা //

=(২+২)+(২+২)+(২+২)+(৪+২)

+ •   • :   + • + •

পেনজ : গে থম্ ⁝ মোইসে : ঐগী। ★ ★ / ... ... ...

=(২+২)+(২+২) ... ...

তানখোঙমরু—খোনকাপ মরিনা শাবা।

তানখোঙ—তানখোঙমরু অনীনা শাবা।

শৈখোঙ—অশাংবা তানখোঙ-অনীচংগী ( অশাংবা শামুখোঙ ), হেন্দোক্লা-তানখোঙমপুংফাবা ( অরোইবা তানখোঙ-মরু শাংবা )।

শৈতূপ— ×, শৈখোঙ-মাপ্পবা, খৈমাপ্পবা ( ক-ক-খ-খ )।

খোঙচৎ—অতপ্পা।

ছন্দগী মখল—শৈনিপ্পোই ( ঈচেলনাইবা অশাংবা শামুখোঙ )।

ছন্দগী ফুরূপ—য়াপ্পবা অরূম্বা।

খোইদোকপা—ঈচেলনাইবা ছন্দ ওইবনা য়াহৈগী অমদি তানখোঙমতেক্কী অরোইবা তিপ্পবা খোম্থোকশিং অসি খোনকাপ অমদা চিংশিল্লি।

( ১৫ )

```
‖   • • •          ••    + :     •‖   + + •    •∘ :
হে ! পৃথিবী ! ★  ⋮ চহী : যুগ যুগ : কয়া / চৎলক্লি : ইতিহাস :
                                               •  • + •
                                               কী লামায়দা। ★ ★ //
                          =(২+৩)+(২+৩+৩)+(৩+৩+৪)
 ++ :    + + :     ••     • :
লাম্থোক্লূই : আটলান্টিক ⋮ মহা : সাগর, ★ /
                                        =(৪+৪)+(২+৩)
 + • :     + + + •    ∘ + •    + ∘•
পোখাক্ই : ট্রোয় লমদমগী ⋮ হেলেনগা : লোয়ননা, ★ //
                                        =(৪+৪)+(৩+৩)
 + •   + •   + + •   + ••   + :   + ∘•
কৌক্রে : চীংগী : চীংদোম্বা ⋮ লেপ্লনা : মেৎলুই / হৌরূবা !
                                   ••+ ∘   ∘•    —•
                                   ইতিহাসতা ⋮ মণি : পুরগী— ★ /
                       =(২+২+০)+(৩+৩)+(৩+৪)+(২+৩)
```

```
+ :   • :   •+••   •••   + :
কোয়মিন্ : নকই ⁝ পাখংবগা ⁝ শুকপী : ফানখোঙ, ★ //
                                =(৩+৩+৪)+(৩+৩)
+:  •+•   ++•   •॥•   + :   • :   +• •
কম্লুই : কিয়াথা ⁝ নিংথৌগী : সভাদা / মাঙমিন্ : নকই ⁝ লম্যাদা ⁝
                                      + :    • + •
                                      লাঙোন ⁝ লুখোইগা //
                     =(৩+৩)+(৩+৪)+(৩+৩+৩)+(৩+৩)
• :   •+•   ••   + + • •   •••   +••
জগোই : শারম্মী ⁝ শীজ : লাইরোইবীগা / নাপদা ⁝ চঙহুনা
                                        ++ :
                                        পাউহংলুই । ★ ★ //
                          =(৩+৩)+(২+৪)+(৩+৩+৪)
```

তানখোঙমরু—য়াম্নবা ( খোনকাপ ৫, ৬, ৭, ৮, ৯, ১০না শাবা )।

তানখোঙ—য়াম্নবা ( তানখোঙমরু ১, ২, ৪না শাবা )।

শৈখোঙ—য়াম্নবা (তানখোঙ-অনীচৎপী, তানখোঙ-অহুমচৎপী)।

শৈতুপ— ✕, থৈমাম্নদবা, য়াম্নবা।

খোঙচৎ—অতম্বা।

ছন্দগী মখল—শৈনিস্থোই ( মনীংতম্বা )।

ছন্দগী ফুরূপ—য়াম্নবা অরূম্বা।

থোইদোকপা—খোনকাপ ৪গী মকমদা ৩ ( অহানবা শৈখোঙদা 'ইতিহাস' )।

য়ারেং অমসুং য়ারেংকবিতাগী ছন্দদা তোঙান তোঙানবা মওঙ লৈরবসু অরেপ্পা নিয়ম ইন্না শেমদবা মরম্না মওঙশিং অসিগী ফুরূপ অমসুং মখলদি থায়দোকপা য়াদে। হায়বদি, শৈরেংছন্দদা তৌবগুম্না খোম্থোকমশীন অমসুং খোঙচৎ (লয়) মশক নাইনা অকরুবা হিসাবতা ছন্দগী শরূক থায়দবা মরম্না ছন্দগী ফুরূপ অমসুং মখল থায়দোকপা

য়াদে। অচুনা ৱারেং অমস্লুং ৱারেংকবিতাগী তোঙান তোঙানবা ছন্দমশেম উৎপা য়ারবস্লু কূব্লাপ অমস্লুং মথল নাইনা উৎপদি য়াদে। মরম অচুনা মফম অসিদা ৱারেং অমস্লুং ৱারেংকবিতাগী ছন্দমশেম উৎনবা হোৎনজে।

---

# মরিশুবা শরুক

## ( ছন্দয়োলগী মরু )

## ছন্দঈথক অমসুং শৈরেংছন্দ

## ( Rhythm and Metre )

শৈরেংছন্দগী য়াফম নৈনবা তারবদি অহানবদা ছন্দঈথক্কী মরমদা শেংনা খঙগদবনি। মৈতৈলোন্দা ছন্দ হায়বা য়াহৈসি শৈরেংছন্দ (metre) অমসুং ছন্দঈথক (rhythm) অর্থ অনীমক্তা পোনা লীজিন্নবদগী শৈরেংছন্দ অমসুং ছন্দঈথক অনীসি তোঙান তোঙানবা মুংলোল ( concept ) অমমম্মি হায়বা অয়াম্বনা মতম পুন্নমক্তা নীংশিংনদে। শৈরেংছন্দদি ছন্দঈথক্কী শরুক অমা ওইনা লৈজবগনি।

রসকী মুংবানগা ছন্দগী ঈফাওগা য়াম্ন অথুপ্পা মরী অমা লৈনৈ। পুক্নীংদা রস ফাওরক্লবদি ছন্দঈথক্তা মথ ফোংদোকই। করিগুম্বা মওঙ অমদা রসপু ফাওরবদি মতুদা মশানা ছন্দ অতুন লোয়নরকই। অঙাংগী তথক তথকপা জগোইদসু মখল অমগী ছন্দ য়াওই, মীওইবগী আর্টকী খুৎশেম মমুংদসু ছন্দ য়াওই। য়াথংখনবশিংদি তেংবানবগী লীলা অসিদসু ছন্দগী কুম্মৈ উবা ফংই। ছন্দঈফাওগা লোয়ন লোয়ননা শিংলীদা ঈথক হৌরকই, ঈথক অতুনা মরম ওইতুনা পুক্নীংদা মত্রনা ওমম্ন্ৎপগুম মুংবঙনবা ভাব লাকই, "স্বপ্নো নু মায়া নু মতিভ্রমো নু" অসিগুম্বা ফিভম অসিদা লৈ। হায়রিবা মুংবান অসিনা কবিতা অমসুং ললিত কলা অতৈ পুন্নমক্কী থরায়নি।

হৌজিক ঐখোয়গী য়াহংদি—ছন্দঈফাওগী পোৎচঙ করিনো? ইন্দ্রিনা খঙবা য়াবা পোৎকী মমুংদা করম্বা নাওঙ ( লক্ষণ ) লৈরবদি ছন্দগী ঈফাও লাকপা য়াবগে? নুমিদাংয়াইগী অতিয়াদা মচুগী কুম্মৈদা, ঈশৈগী স্বরদা নত্রগা জগোইশাবীগী শাথেক্তা, তাজমহলগী খুৎশেমদা করম্বা মওঙ য়াওবগে—মতুগীদমক ঐখোয়না পুন্নমক অসিগী মমুংদা ছন্দ কোবা চেন্নবা লীচৎ অমা উবা ঙম্বা? মীৎ, নাকোংনচিংবা

ইন্দ্রিগী পাম্বৈনা মচু নত্রগা স্তুর নত্রগা শাথেক নত্রগা অহুগুম্বা মগুণ অমা নত্রগা অমা ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী। মখোয় অহু করম্না শীন্দুনা তাইনহল্লগা ঐখোয়না ছন্দনাইবা হায়না খঙনবা য়াবগে ?

কনা কনাগুম্বনা হায়, করিগুম্বা থৌদোক অমা হন্না হন্না থোকপনা ছন্দগী মওঙনি। মখোয়না হায়, চপমান্নবা মতমগী চাংদা থৌদোক অমা হন্না হন্না থোক্লগা মহুদা মতমগী শরূক খায়দোকই হায়বা খঙহল্লবদি মহুদা ছন্দ য়াওরে হায়বা য়াই। মরম অহুনা ঘড়ীগী পেন্দুলম্না হাইবা, ঈথকী অকা-অকুম অসিনচিংবদা ছন্দ য়াওই হায়বা য়াই। তৌইগুম্বস্নুং হায়রিবা ছন্দগী মওঙ অসিনা মসিগী মশক চপচানা তাক্লে হায়বদি য়াদে। করি করিগুম্বা মখলগী ছন্দদা থৌদোক হঙ্লিনবনা মরুওইবা মওঙ ওইনা লৈ ; অহুগা ছন্দগী অসিং গুম্বা মফম কয়ামরুমস্ত লৈ, মহুদা থৌদোক হঙ্লিনবগী মওঙ অসি স্নুকলৈ লৈতে নত্রগা লৈরবস্থ মহুনা ছন্দ য়াওই হায়বা খঙহন্দে। মুমিৎ তাবা মতমদা নত্রগা অচৌ অচৌবা লাইয়েকপশিংগী লাইশিংদা উবা মচুমশীন অহুদা হঙ্লিনবগী মওঙ লৈতে, তৌইগুম্বস্নুং মহুদা ছন্দঈথক য়াওদে হায়বদি য়াদে। ঈশৈশকপশিংনা ঈশৈ শকপা মতমদস্নু হঙ্লিনবগী মওঙ লৈতে। তৌইগুম্বস্নুং মহুদা ছন্দঈথক্তি অহুম য়াওই। মরুওইবা ম্নাদি অসিনি-- ছন্দঈথকী থবক্তি পুক্নীংগী নুংহৌ মতুংইন্না ঈথক হৌহনবনি, করিগুম্বা থৌদোকী হঙ্লিনবা মওঙ উৎপা অহুতা নত্তে।

করিগুম্বা চিংথোকচিংশিন য়াবা পোৎ অমদা য়ৈরুরবদি ঈথক হৌরকই। ঐখোয়গী মপানগী ইন্দ্রিশিং অসিগী মশেম য়েংলবদি খঙবা ঙমগনি, মখোয় অসি চিংথোকচিংশিন য়াবা পোৎনা শাবনি। মপানগী জগৎকী থৌদোক থুদিঙমক অমস্নুং অহোংবা ( change ) পুম্নমক্লা মীৎ নত্রগা নাকোংগী চিংথোকচিংশিন য়াবা শিংলীদা য়ৈরগা ঈথক হৌহল্লি অমস্নুং ঈথক অহুগী ঈহৌনা থোপকী শিংলীদা য়ৌথিহুনা

মুংবান পোকহল্লি। হুম্বিং খুদিঙগী মপানগী জগৎকা মরী লৈনরক-
পনা মথলমখা অয়াম্বা ঈথক্কী ঈহৌনা ঐথোয়গী ইন্দ্রিশিং অসিবু
খুঙ্গৎলি। অদুগা করিগুম্বা খোইদোকপা মথলগী ঈথক্কী পথো
মতুংদা কজরবা চাংচং মওঙ অমা লৈবা মতম অদুদা ছন্দগী ঈকাও
লাকই।

চাংচং অসিগী তশেংবা মশক করিনো? শাজং অমত্তগী খো-
দোকপরেংগী মতুংদা করিগুম্বা খোইদোকপা গুণগী খেন্নবা লৈবনা
পুক্লীংদা ঈহৌ লাক্লবদি মতুদা ছন্দঈথক লৈ হায়ব য়াই। করিগুম্বা
খৌদোক অমা খঙবগা লোয়ন লোয়ননা অদুগুম্বা মথলগী খৌদোক
অমগা অমুক লাকহল্লীংই। নাকোংদা 'সা'-গী সুরনা য়ৈরগ নাকোংগী
পেন্নবা পুক্লীংদা মহৌশানা 'পা' নত্রগ অতোপ্পা স্বুর অমা অমুক
লাকহল্লীংই; মতৌ অদুগুম্না অঙাঙবা মচু উরগা অশংবা মচু উনীংবা
হায়বসি হৌনশানি। তৌইগুম্বসুং অনীংবা হায়বদি খোকহল্লীংবা
খৌদোক অদু লাক্তুনা অতোপ্পা খৌদোক অমা লাক্লবদি পুক্লীংদা
ঈথক হৌরকই; অদুগা খোকহল্লীংবা অদু লাক্লবসু ঈথক মথল অমা
অমুক হৌরকই। অসুম তৌনা ঈথক হৌরগা মুংগী ঈগৌদা ইঙ্গিং
চেল্লকই। অসুম তৌনা তোঙান তোঙানবা খোনকাপমশীংগী ঈথক্লা
তোঙান তোঙানবা মওঙদা শীন্দুনা লৈবা নত্রগা খোকহল্লীংবা অমসুং
খোকহল্লীংদবা খৌদোক্কগী খোকপা ঈথক অদুনা ছন্দগী থরায়নি।
করিগুম্বা রাগরাগিণীগী আলাপনা সুর মথল মথল তাইনহনবা নত্রগা
লাই য়েকপদা মচু ময়াম তাইনবা উরগা মসিগী অচুম্বা খঙবা ঙমগনি।
মসিদা ঐখোয়না য়েংশিনগদবা হায়ববু তোঙান তোঙানবা খোনকাপ-
মশীংগী ঈথকশিংগী মরক্তা মুরবা লৈত্তনবা নত্রগা সঙ্গীতকী লোলদা
হায়রগনা মখোয় অদু অমগা অমগা 'বিবাদী' ওইনদনবা শীনবা
অসিনি। ঈথক মথল মথলনা তোঙান তোঙানবা মওঙদা তাইনবদগী
মুংগী ঈহৌ মতুংইন্না অকুপ্পা ঈথক হৌরকই। অকুপ্পা ঈথক অসিনা
মুংগী ঈহৌগী মহুৎশিনবা শক্তম্লি।

তৌইগুম্বসুং মথেলনাইবা নত্তবা অতোপ্পা মওঙ অমসু ছন্দদা লৈগদবনি। মতুদি—থোদোকপরেংগী মনুংদা করিগুম্বা মথল অমগী অমত্তওইবগী মরী অমা। ঈশৈদা স্বরগী মতুংইন্না মথেলনাইবা মওঙ লৈহল্লি, তালনা স্বর পুন্নমক অত্তুবু অমত্তওইবগী মরী অমদা লেংশিল্লি। ঈথক লৈবা মফম অত্তুদা মতম পুন্নমক্তা ফিভম অনীগী থৌওঙ উবা ফংই—অমনা চৎপা ( গতি ), অমনা লেপ্পা ( স্থিতি )। অয়াঙবগী থৌইন্লিন্না বরিগুম্বা মায়বৈ অমদা চৎনীংবা অমসুং অরেপ্পা ফিভমদা হল্লিন্নীংবা—থৌওঙ অনী অসি অমগা অমগা থেংনবদগী ঈথক হৌরকই। ছন্দদসু অমরোমদা মথেলনাইবা মরম্না 'চৎপা' অমসুং অমরোমদা অমত্তওইবগী মরী লৈবা মরম্না 'লেপ্পা'—ফিভম অনী অসি তিন্নবদগী ঈথক্কী মওঙ ফাওরকই।

মরম অত্তুনা ছন্দ লৈবা মফমদা অহানবদা শাজৎ মান্নবা থোদোক-পরেং লৈগদবনি, অনীশুবদা পুন্নমক অত্তুগী মরক্তা করিগুম্বা মথল অমগী অমত্তওইবগী মরী লৈগদবনি, অহুমশুবদা মথোয় অত্তুগী মরক্তা করিগুম্বা থোইদোকপা শুণ অমা থেন্নবদগী থোকপা মথেলনাইবগী কজবা মওঙ অমা লৈগদবনি। খুদম ওইনা, ঈশৈদা স্বরগী পরেংদা তাল থায়দোকপনা অমত্তওইবা মওঙ অমসুং নৌবা কনবগী থেন্নবা মতুংইন্ন মথেলনাইবা মওঙ থোকহল্লি, অমসুং মতৌ অস্নুন্না ছন্দগী ঈফাও লাকই।

শৈরেংছন্দগী মনুংদসু হায়রিবা মওঙশিং অসি থোইদোকপা শক্তমদা উবা ফংই রাহৈলৈরেংগা রাহৈলৈরেংগা লেংশিন্নবনা শৈরেংছন্দগী থবক্তি। শৈরেংছন্দগী মতাংদা শাজৎমান্নবা থোদোক-পরেং হায়রগা খোম্মোক নত্রগা খোম্মোককাওলুপ—অসিগুম্বা রাহৈ-লৈরেংগী শক্লক অমা থওনগনি; অমসুং পরেং হায়রগা মতমগী চাং অমা ইন্না লেংবা থওনগনি। রাহৈলৈরেংগী শক্লকশিং অত্তু করি করিগুম্বা শুণগী মায়কৈদা অমত্তওইবগী মওঙ লৈগনি; হায়বদি শুণ অত্তুগী মায়কৈদা থংন থংনবা রাহৈলৈরেংগী শক্লকশিং অত্তু মওঙ অমত্তা

ওইগনি, নত্রগা করিগুম্বা লায়না-খঙবা (obvious) মওঙ নত্রগা ফিদম ইনগনি। ফিদম নত্রগা মওঙ অসিনা মতম মতমদা অনীংবা ভাবকী ইঙ্গিৎ পী, অমসুং মতম অমদন অমতওইবা মওঙগা মথেলনাইবা মওঙগা তিন্ননা লৈহল্লি। তোহগুম্বসুং অসিগুম্বা মখলগী মথেলনাইবা মওঙ অসিদা নিযমগী চুপ্পী যাম্না লৈ, মরম অদুনা অমতওইবগী লীপুন্না শন্নক হেল্লি। মুংগী ঈহৌগা শাক্তং মান্নন মথেলনাইবগী মওঙ লৈহন্নবগীদমক অতোপ্পা কবিগুম্বা গুণ অমগী মাযকৈদা মপুংফানা মনীংতম্বা য়াহনগদবনি। কবিনা মনীংতম্না গুণ অদুগী খেন্নবা মওঙ পুথোক্তুনা মথেলনাইবগী মওঙ থোকহল্লি অমসুং অনীংবা মুংহৌগী (আবেগ কী) ইঙ্গিৎ পী। চুম্নগী ফিদম অমা ইন্দুনতা চংশ্রবদি ছন্দ অদু রস চেল্লক্তে, খোয়শাওনরকই অমসুং মদুদা মুংহৌগী ইঙ্গিৎ অমতা য়াওদে। ব্রাফম অসি কবি অমসুং ছন্দশিল্পী অয়াম্বনা কাউথোকপা মরম্না ছন্দগী ফজবগী মরু অদু মথোয়না ফাবা ঙমদে।

শৈরেংছন্দগী মরমদা নৈনদা তারবদি একুওইনা ছন্দগী অমত-ওইবগী মরী অদু নৈনদবনি। কবিনা মনীংতম্না মথেলনাইবা মওঙ লৈহল্লি, মদুগী মরমদা মায়কৈ লেপ্পমখৈদি ঙম্মী, অকরুবা নিয়মনা পুল্লুবদি য়াদে। তোহগুম্বসু ছন্দগী তোঙান তোঙানবা শন্নকশিংগী মরক্তা অমতওইবগী মবু করিনা ওইবা যাবগে হায়বদুদি লোলগী শাক্তং (nature) মৈহৌরোল অমসুং শীজিন্নবগী নিয়মদা নন্দুনা লৈ, মদুগী মরমদা ছন্দগী ব্যাকরণ লেংবা য়াই।

শৈরেংছন্দগী শাক্তি ব্রাহৈপরেংগী চেন্নবা মগুণদা নন্দুনা লৈ। মরম অদুনা অহানবদা ব্রাহৈপরেংগী চেন্নবা মগুণ করি করিনো অমসুং মদুদ মতৌ করম্না ছন্দ শেম্বা য়াবগে হায়বদু খঙগদবনি।

ধ্বনিবিজ্ঞানগী মতুংইন্না খোম্থোক নত্রগা syllable-না ব্রাহৈ-পরেংগী অণুনি। লৈয়েংনা অমুক থংপদা হায়দোকপা খোম্নিলগী শন্নক অদুনা খোম্থোক্লি। খোম্থোক হায়দোক্রুবগীদমক খোগ্গী মমুং কাওনা মুংশাম্বর হোনব মতমদা খোনাউদা লৈবা ব্রা-ঙাঙনবা

কায়াৎকী লৈফম মতুংইন্না মুংশাইনিল অহু করিগুম্বা স্বর অমা ওইরকই, অমসুং অহুগী মতুংদা য়ান্নুংগী অমসুং লৈয়েং খৎপগী মওঙ মতুংইন্না ব্যঞ্জনগী খোন্নিলস্ন অযাম্ব মতমদা খোকহল্লি। রা-ভাঙনবা কায়াৎকী শরুকশিংগী লৈফম অমসুং লেঙওৎপদা অমগা অমগা থেন্নবা মতুংইন্না খোম্বোক্তা শকফমগী নম্রগা খোম্নিলগী থেন্নবা লাকহল্লি অমসুং মখলমখা অয়াম্বা খোম্বোক খোকহল্লি। খোম্বোক খুদিঙদা স্বর অমখক্তা লৈগনি অমসুং স্বর অহুনা খোম্বোকী মরুওইবা শরুক্তি। অহেনবা ব্যঞ্জনময়েক্তি স্বর অহুগী থোইদোকপা মশক অমা তাকপতনি।

ধ্বনিবিজ্ঞানগী মতুংইন্না স্বরগী চেন্নব মগুণ মরি লৈ— (১) অরাম্বা, (২) অশাংবা, (৩) খোনরাং অমসুং (৪) স্বর-মচু। (রাফম অসি অনৌগুবা শরুক্তী ৫গুবা মতাংদস্ন হায়খ্রে) স্বরগী চেন্নবা মগুণশিং অসিতা নত্তন, খোম্বোক কয়ামরুম লেংশল্লগা রাহৈপরেং শেন্নবা মতমদস্নু খোম্নিল মওঙ অমা অনী উবা ফংই। রা ভাঙবা মতমদা থবোম্বীদা মুংশাইনিল লৈতবা মতমদা মুংশা স্বর হোন্নবগীদমক লেপ্পী, মুংশাস্বর হোল্লিডে মতম্মক্তদা খোন্নিল খোকহনবা য়াদে। মরম অহুনা রাহৈপরেংগী মরক মরক্তদা pause নম্রগা লেপফম লৈবা উই। অসিতা নত্তনা করি করিগুম্বদা লেপফম লৈতবা মফমদস্নু লৈয়েং হন্না হন্না খৎলুরবা মতুংদা ভাইহাক্তং পোথানবা মফম লৈবস্নু য়াওই।

রা ভাঙবা মতমদা মখলমখা অয়াম্বা খোম্বোক অমসুং অপুনবা খোম্বোকী মথংমনাওনাইবা খোনহায়দা হায়দোকই। তৌইগুম্বসুং ছন্দগী ঈকাওদি রাহৈপরেং মওঙ অতৈ অতৈ য়াওদনা থোইদোকপা মওঙ অমা অনীদগী লাকই। রাহৈপরেংগী করিগুম্বা থোইদোকপা চেন্নবা মগুণ অমদগী ছন্দনাইবা রাহৈলৈরেংগী অমতওইবগী মরী অমসুং মহুগী মতীকচাবা ফিদম ফংবা ভম্মী। অহুগা পুরুলংগী ঈহৌস্ন রাহৈ-পরেংগী অতোপ্পা করিগুম্বা চেন্নবা মগুণ অমগী খোনকাপকী মথেলনাইম্ব মওঙনা ফোংদোকই—মহুদি, বৈদিক সংস্কৃততা পাদ (foot) খুদিঙগী

খোম্হোকমশীংদা অমস্থং পাদগী অরোইবদা নৈবা খোম্হোক কয়া-মরুমগী খোনকাপমশীনগী নিয়মদা ছন্দগী অমতওইবগী মরী ফংবা ঙম্মী; খোম্হোক কয়ামরুম অহুগী খোনকাপমশীন অহুনা পাদগী অরোইবদা থোইদোকপা মখল অমগী cadence নম্রগা অহাইবা (দোলন) মওঙ অমা ঐখোয়দা ফাওহল্লি। অহুগা অমুক পাদ খুদিঙগী মহুংচনবা তোঙান তোঙানবা খোম্হোকী উদাত্ত, অনুদাত্ত, স্বরিত খেন্নবা মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা খোনকাপতা স্বরগী খোনরাং ( pitch ) নৈবা মরন্না হুংগী ঈহৌগী ইঙ্গিৎ পুবা মথেলনাইবা মওঙ ফাওহল্লি। লৌকিক সংস্কৃতকী অরিবা ছন্দ পুন্নমক্তা চরণ (শৈখোঙ) খুদিঙগী খোম্হোকমশীং অমস্থং খোনকাপমশীংদা অমতওইবগী মরী উবা ফংই; তৌইগুম্বস্থং অতেন অশাং খেন্নবা মতুংইন্না খোম্হোক শীনবগী নিয়মনা মথেলনাইবগী মওঙ লৈহল্লি। অনৌবা সংস্কৃত অমস্থং প্রাকৃত ছন্দদা অমদি অরাং-ভারততা চৎনরিবা লোল পুন্নমকী ছন্দদি অমতওইবগী মরী অসি অতোপ্পা মওঙ অমদা লৈবা উই; মহুদদি পর্ব (তানখোঙমরু) খুদিঙগী অপূনবা খোনকাপমশীংনা ছন্দদা অমত-ওইবগী মওঙ থঙহল্লি। Measure নম্রগা পর্বগী মহুংদ' খোনকাপকী খোম্হোকমশীনগী মরমদা কবিনা মপুংফানা মনীংতম্বা য়াই। ইংরেজী ছন্দদদি অমুক accent হায়বদি থোইদোকপা খোম্হোক অমা হায়-দোকবগীদমক স্বর লূমথবনা খোম্লিলগী মরুওইবা মওঙনি। শৈখোঙ খুদিঙদা অকরুবা মশীংগী foot নম্রগা গণ নৈবা অহুনা অমতওইবগী মওঙ থঙহল্লি; তৌইগুম্বস্থং গণগী মহুংদা accent-য়াওবা অমস্থং accent-য়াওদবা খোম্হোকী মশীন্দগী মথেলনাইবগী মওঙ থঙবা ঙম্মী।

মতৌ অস্মন্না তোঙান তোঙানবা নৈবাক্তা অমস্থং তোঙান তোঙানবা লোলদা ছন্দগী শাজৎ ( nature ) অমস্থং ফিদম তোঙান তোঙাল্লি হায়বা থঙবা ঙম্মী। ছন্দগী মচাক নম্রগা মচন্দগী থোকপা য়াহৈপরেংগী শাজৎ, অমতওইবা অমস্থং মথেলনাইবা মওঙ থঙনবগী

য়ুম্ফম ওইবা মগুণ, অমতওইবগী ফিদম, অমতওইবা অমস্তুং মথেললাই-বগী অমগা। অমগা তাইনবগী মশীন—হীরম পুন্নমক অসিদা খেন্নবা উবা ফংই। মত্তুদি, লৌকিক সংস্কৃতকী বৃত্ত ছন্দগী মওংগা অনৌবা সংস্কৃতকী মাত্রাবৃত্ত নত্রগা জাতি ছন্দগী মওংগা পূমখেন খেন্নে। তোঙান তোঙানব জাতিগী শাওংশাহৌ অমস্তুং সভ্যতাগী মৈহৌরোল মত্তুংইন্না খেন্নবা অসি লাকপনি। অনার্যশিংনা সংস্কৃত লোল লোন্নরকপদগী অমস্তুং অনার্য ছন্দগী শন্নম ফংবদগী বৃত্ত ছন্দগী মফমদা জাতি ছন্দ লাকথিবা ওইব য়াই। রাহৈপরেংগী মখলমথা অয়াম্বা মগুণ লৈরবস্তু থোইদোকপা মগুণ অমা অনীনা পুক্লীং অমস্তুং নাকোংবু চিংশিনবা ঙম্মী—মসি জাতি খুদিংমক্তা চপমান্নবা থোকই।

## মৈতৈ খোনহায়গী পথাপ

মৈতৈ ছন্দগী মরুওইবা রাকমশিং অসি থঙবা তারবদি, অহানবদা মৈতৈ খোনহায়গী থোইদোকপা মওং খরা নীংশিংগদবনি। থোই-দোকপা মওংশিং অসিগা মৈতৈ ছন্দগী শাজংকা য়াম্না মরী লৈনৈ।

মৈতৈ খোনহায়গী নিয়মদা রাম্না অককবা মওং করিগুম্বা মায়কৈ অমতদা লৈতে। লৈবাক খুদিংমক্তা মীশা রা ভাঙবা মতমদা মীওই খেন্নবা অমস্তুং মতম খেন্নবগী মত্তুংইন্না চপমান্নবা রাহৈ অমগী খোন্নিলদা অথোই-অহেন নাইনা খেন্নবা উবা ফংই। তৌইগুম্বস্তুং লোল অয়াম্বদা রাহৈগী মগুণ অমা নত্রগা অমনা অতোপ্পা মগুণদগী মরুওইবা হেল্লি অমস্তুং মগুণ অদু ইন্দুনা ছন্দলৈরেং শেম্মী। সংস্কৃততা খোন্থোক-শিংগী মন্নুংদা করম্বনা তেনগনি, করম্বনা শাংগনি হায়বা অদু হায়দগী লেপ্তুন। লৈ, রারেং শৈরেং অনীমক্তা মদু কায়দনা থম্মী, অমস্তুং মদুগী মত্তুংইন্না ছন্দ শেম্মী। ইংরেজীদদি খোন্থোকী অতেন-অশাং হায়দগী লেপ্তে অমস্তুং শৈরেংদা ছন্দ ভারবগীদমক খোন্থোক চিংথোক চিংশিন তৌই, অদুম ওইনমক accent-কী মায়কৈদদি খোনহায়গী মরমদা

য়াবা য়াদবা য়াম্না লৈ। য়াহৈগী করিগুম্বা খোম্বোক্তা accent নত্রগা খোল্লুম তাগনি হায়বসি হায়দগী লেপ্তুনা লৈ অমসুং accent-কী মতুংইন্না ছন্দ শেম্মী. তৌইগুম্বসুং খোম্বোক্কী খোনকাপ নত্রগা মতমগী চাং করি ওইগদগে হায়বা অহুগী মরমদদি করিগুম্বা অরেপ্পা নিয়ম লৈতে। মথাগী খুদম অসিদা য়াকম অসি নৈনহুনা য়েংসি—

নোং জম্ জম্ | হৈথরকপা মতম অহুদা, | পীক কোল নীংথিনা
শিরবী | মুক্রং তৌবী মোনহা অমথক | লৌরেম্বম ইংখোল্লোমদগী |
শোরোক পাংনা খোরকপা উহুনা মংলেম কৌবা পাথং অমনা |
খোংনাং মরুমদগী চোংখোরক্লগা | মোনহা অহুবু চিংগে তৌরম্মী। |
তাঞ্জা অসিদা ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা | মশম-মনা ইফা ফাবা সুপা অমনা |
থাঙ শর্ হাইগত্তুনা। মংলেমগী মরেংবান্দা য়াম্বরম্মী। | মহু উবদা |
সুপী অহুনা পাখত্তুনা | সুংশা থবেৎ থবেৎ কোল্লহুনা হায়রম্মী, |
"হৈমাইপেমা, মাঙলে, মাঙলে, | করি মতৌনেইগে তৌরিসিদে।" |
সুপা অহুনা হায়রকই, | "ঐ লৈরিঙৈদবু লমহেনবা শারিয়ে, |
মৈত্রবাকসে সুপী নহা অমত্ত | লম্বী চৎপা য়াশিল্লক্তরে। |

( মথক্তা পরেংশিং অসিগ অশাংবা লৈই মরক মরক্তা চিংহুনা খোনহায়গী পোথাকম খণ্ডহল্লি. অমসুং ভারতকী সঙ্গীতবিজ্ঞানগী চৎনবী অশম খুদম মতুংইন্না খোম্বোক্কী মথক্তা খুদম-লৈই চিংহুনা খোনকাপমশীং উৎলি; মথক্তা। চিংলবদি খোনকাপ অমা, ॥

চিংলবদি খোনকাপ অনী, ।।। চিংলবদি খোনকাপ অহুম খঙনগনি । )

মথক্কী পরেংশিং অসিদা য়াওরিবা খোম্থোকশিং অসিগী খোন-কাপ খন্নরবদি মথাগী নিয়মশিং অসি লেপ্পা য়াই :—

(১) মহৌশানা মৈতৈ খোনহায়দা খোম্থোক থুদিঙমক অতেনবা নত্রগা খোনকাপ অমা ওইনা লৌই ।

(২) তৌইগুম্বসুং মতম অয়াম্বদা হেন্না শাংবা খোম্থোক অমসুং করি করিগুম্বদা হেন্না তেনবা খোম্থোকসু উবা ফংই ।

(ক) ব্যঞ্জন্না চম্বা খোম্থোক অমনা শাবা রাহৈদি মহৌশানা খোনকাপ অনী ওইনা লৌই ; থুদম—'নোং', 'লীক', 'কোল', 'থাঙ' ; তৌইগুম্বসুং করি করিগুম্বা মতমদা খোনকাপ অমতা ওইনা লৌবসু য়াওই ; থুদম—'জম্', 'শর্' ।

(খ) রাহৈগী অরোইবদা লৈবা ব্যঞ্জন্না চম্বা খোম্থোক করি করিগুম্বদা শাংই ( থুদম— 'লৌরেম্বম' হায়বসিদা 'বম', 'মংলেম' হায়বসিদা 'লেম' ) ; অত্থগা করি করিগুম্বদা তেনবসু য়াওই ( থুদম— 'মুক্রং' হায়বসিদা 'ক্রং', 'খবেৎ' হায়বসিদা 'বেৎ' ) ।

(গ) রাহৈগী মন্নুংদা ব্যঞ্জন্না চম্বা খোম্থোক করি করিগুম্বদা শাংই ( থুদম— 'হৈথরকপা' হায়বসিদা 'রক' ) ; করি করিগুম্বদা তেল্লি ( থুদম—'হাইগত্তুনা' হায়বসিদা 'গৎ', 'য়াম্বরম্মী' হায়বসিদা 'য়ান্' ) ; করিগুম্বদা কা হেন্না শাংদোকখিবসু য়াওই (থুদম—য়াশিল্লক্করে' হায়বসিদা 'শিল্' ) ।

(ঘ) তিন্নবা স্বরনা চম্বা খোম্থোক করি করিগুম্বদা শাংই ( থুদম—'মতৌনেইগে' হায়বসিদা 'নেই', 'শারিয়ে' হায়বসিদা 'রিয়ে [=রিএ]' ) ; করিগুম্বদা কা হেন্না শাংদোকখিবসু য়াওই ( থুদম— 'হৈমাইপেম্মা' হায়বসিদা 'মাই' ; অত্থগা করি করিগুম্বদা তেনবসু য়াওই (থুদম—'হাইগত্তুনা' হায়বসিদা' 'হাই', 'হায়রম্মী' হায়বসিদা 'হায়' ) ।

(৬) ভিন্নদবা স্বরনা চম্বা খোম্বোক মহৌশানা তেল্লি, তৌই-শুম্বসুং মখোয় অহু শাংহন্নীংবা মতমদা শাংহনবা য়াই— 'নীংথিনা' হায়বসিদা 'থি', 'তাঙ্গা' হায়বসিদা 'ঙ্গা' 'শারিয়ে' হায়বসিদা 'শা'।

মথাগী শৈরেং-শরূক অসিদগীসু হায়রিবা নিয়মশিং অসি লেপ্পা য়াই—

(১) নিংথৌকাবা য়ৌরক্লে | লৈপাকপোকপা ইম্নক্লে, |

(২) রেল গাড়ী ঝক্ ঝক্ | জাহা-জ জম্ জম্

(৩) থুনা য়াঙনা থোরক্লে | মথং মথং খুংলরে, |

(৪) য়ুমথকৈথ শগোলশেল | চোংথরক্লে দম্ দম্।

(৫) ইচেবেম্মা নোংমাইজাং | পুককবীদি য়াওরক্তে,

(৬) রেল জাহাজ্ তোংনবা | পৈশা লৈত্তবরনে? |

(অঙাং তোনানবগী শৈরেং—সাহিত্য অপোম্বা)

মসিদা উরি,—

(ক) ব্যঞ্জনা চম্বা খোম্বোক অমনা শাবা য়াহৈ করিগুম্বদা শাংই (খুদম— ২শুবা পরেংদা 'জম্'), করিগুম্বদা তেল্লি (খুদম—২শুবা পরেংদা 'ঝক্', ৬শুবা পরেংদা 'রেল'), করিগুম্বদা কা হেন্না শ'ংই (খুদম—২শুবা পরেংদা 'রেল')।

(খ) য়াহৈগী অরোইবদা লৈবা ব্যঞ্জনা চম্বা খোম্বোক করিগুম্বদা শাংই (খুদম—৪শুবা পরেংগী 'শগোলশেল' হায়বসিদা 'শেল', ৫শুবা পরেংগী 'নোংমাইজীং' হায়বসিদা 'জীং', ৬শুবা পরেংগী 'জাহাজ্' হায়বসিদা 'হাজ্'), অমসুং করিগুম্বদা তেল্লি (খুদম—১বা পরেংগী 'লৈপাক' হায়বসিদা 'পাক', ৩শুবা পরেংগী 'মথং' হায়বসিদা 'থং')।

(গ) য়াহৈগী অহৌবা অমসুং মরক্তা লৈবা ব্যঞ্জন্না চঙবা খোঙ্হোক করিগুম্বদা তেল্লি ( খুদম— ১বা পরেংগী 'নিংথৌকাবা' হায়বসিদা 'নিং', ৩শুবা পরেংগী 'য়াঙনা' হায়বসিদা 'য়াঙ', ৪শুবা পরেংগী 'শগোলশেল' হায়বসিদা 'গোল' ; অমসুং করিগুম্বদা শাংই (খুদম— ১বা পরেংগী 'য়োক্লে', 'হল্লক্লে' হায়বসিদা 'রক্' অমসুং 'লক্' ; ৩শুবা পরেংগী 'থুংলরে' হায়বসিদা 'থুং' ; ৬শুবা পরেংগী 'তোংনবা' হায়বসিদা 'তোং' )।

(ঘ) তিন্নবা স্বরনা চঙবা খোঙ্হোক করিগুম্বদা শাংই ( খুদম— ৬শুবা পরেংগী 'লৈতবরনে' হায়বসিদা 'লৈ' ), অমসুং করিগুম্বদা তেল্লি ( খুদম- ৫শুবা পরেংগী 'নোংমাইজীং' হায়বসিদা 'মাই' )।

(ঙ) তিন্নদবা স্বরনা চঙবা খোঙ্হোক্তি অয়াম্বা মতমদা তেল্লি, তৌইগুম্বসুং করি করিগুম্বদা শাংই ( খুদম— ২শুবা পরেংগী 'গাড়ী' হায়বসিদা 'ড়ী', 'জাহ্'-স্ক' হায়বসিদা 'হ্' )।

অসিতা নত্তনা মফম খেন্নবা মতুংইন্না য়াহৈ অমতগী তোঙান তোঙানবা খোনহায় লৈবা য়াই। খুদম— ২শুবা অমসুং ৬শুবা পরেংদা য়াওরিবা 'রেল' হায়বা য়াহৈ অসিগী খোনহায় মান্নদে ; ২শুবা পরেংগী 'রেল'-না খোনকাপ অহুম্নি, ৬শুবা পরেংগী 'রেল'-না খোনকাপ অমনি। মথাগী পরেংশিং অসিদসু হায়রিবা মওঙ অসি উবা ফংগনি—

(১) হো ইমা ইমাও | ঐসু লাকে ইমাও

(২) খোংজ্রে ইমা | ঐগী বীণাদে ( চাউবা )

পরেং অনী অসিদা 'ইমা' হায়বা য়াহৈ অসিগী খোনহায় মান্নদে ; ১বা পরেংদা 'ইমা' খোনকাপ অনীনি অমসুং ২শুবা পরেংদা 'ইমা' খোনকপ অহুম্নি।

অসিনচিংবা খুদমশিং অসিদগী মৈতৈ খোনহায়গী পথাপ অসি কয়াদা অরেপ্পা নাইদবগে হায়বহ্ন শেংনা খঙবা ঙম্মী। ভারতকী সঙ্গীততত্ত্ব মওঙ অসি উবা ফংই। ঈশৈদা অশকপগী অনীংবা মতুং-ইন্না খোন্থোক অমগী চাং সিকি মাত্রা হায়বদি মাত্রা মশুংদগী মাত্রা মরিফাওবা ওইহনবা য়াই। চুন্না রারীশাবদদি অস্তুক য়াম্না মাত্রা হোংবসি চৎনদে; অদু ওইরবস্থ মাত্রা মথায়দগী মাত্রা অনী, অহুম-ফাওবা হোংবা ইতত্তুত্তনা উই। খোনহায় য়াম্না হোংবগী মওঙ অসিগা মৈতৈ ছন্দগা থোইদোকপা মন্নী অমা লৈনৈ।

মৈতৈগী রা-ভাঙনবা হকচাং-কায়াৎনা (থোইদোক্লা লৈয়েং থোৎপা মরম্না) মৈতৈগী খোনহায়দা অসিগুম্বা মওঙ অসি লৈহল্লিবনি। খোন্থোক অমবু ওইহন্নীংবা মতুংইন্না তেলহনবা নত্রগা শাংহনবসি মৈতৈগী মফমদা লায়না থোকই। খোন্থোক খুদিঙমক তেম্না হায়-দোকপদা হৈনবা অমা ওইনা তৌই, অদু ওইরবস্থ রাহৈগী অরোইবদা তিম্নবা খোন্থোক লৈরবদি মহৌশানা মতুগী খোনহায় শাংই (খুদম— ‘ইমোম লাংলেন সনাহল’ হায়বসিদা ‘মোম’, ‘লেন’, ‘হল’ হায়বা অসি খোন্থোক অমমমতা ওইরবস্থ খোনকাপ অনী অনী ওইনা পাই)। তৌইগুম্বসুং করি করিগুম্বদা রাহৈগী অরোইবদা লৈবা তিম্নবা খোন্থোকস্থ তেলহনবা য়াই। মসিগী খুদম হান্না উখ্রে।

মৈতৈগী রা-ভাঙনবা হকচাং-কায়াৎ থোৎপা মরম্না মৈতৈ খোন-হায়দা থোইদোকপা মওঙ অমস্থ উবা ফংই। মৈতৈগী লৈয়েং অমসুং রা-ভাঙনবা হকচাং-কায়াত্তি য়াম্না থুনা লেঙই অমসুং খৎলি, হায়বদি, য়াম্না থুনা লৈফম অমসুং মওঙ হোংই। মরম অদুনা মৈতৈ খোনহায়দা স্বর খুদিঙমক হায়দোক্লবা হোৎনবগী শক্লক থোইদোক্লা য়াওদে। ইংরেজী অমসুং সংস্কৃত লোন্দা স্বরনা খোনহায়গী মায়কৈদা রাহৈ-পরেংগী অথোইবা শক্লক্লি অমসুং ছন্দ শেম্বদা স্বর খুদিঙমকী মরুম (ওজন) অমসুং হিসাব চানহনগদবনি। Immortality, Ethe-real, Melody অসিনচিংবা রাহৈগী স্বর খুদিঙমকী হিসাব ছন্দগী

মহুংদা য়াওই, অমস্থুং মরম অহুনা শৈরেংদা Immortality হায়বা রাহৈসিবু স্বর অমনা শাবা রাহৈ মণ্ডাগা মান্নবা লৌই।

তৌইগুম্বস্থুং মৈতৈগীদদি স্বরনা মরুওইবা মওঙ অসি উদে। 'Immortality' গা 'How sweet those days are' হায়বসিগা নত্রগা 'Melody'-গা 'Love gets wings' হায়বসিগা মরূম (ওজন) মান্নবা লৌবগী মওঙসি মৈতৈ খোনহায়গী নিয়মদদি লৈতে। মরমদি মৈতৈ খোনহায়দা স্বরনা অতোপ্পা ময়েকশিংবু নক্সত্তুনা থমদে। স্বর হায়দোক্লবা হোৎনবনা রাহৈপরেংগী খ্বাইদগী মরুওইবা থবক নত্তে। মৈতৈলোন্দদি য়াম্না লায়না স্বর হ'য়দোকপা য়াই অমস্থুং য়াম্না থুনা স্বরগী খোনকাপ হেঙ্গৎপা, হম্বা নত্রগা মতুপী মথক্তা খোনহায়গী শাফু পীবা য়াই। অয়াম্বা মতমদা অসুক্কী মতীক য়াংনা স্বর হায়দোকপা য়াই মহুদি ছন্দগী হিসাবতা মতু য়াওহন্দবফাওবা য়াই। থুদম—

তোং তোং তোংদ্রুম্বা চক্কক নাক্কক চবায়বা
লাই মোয়োক মণীং থী থাদোই কৌইদা।

|   |   |   উম্ | | | ঋক্ | ঋক্ | আয়্ |
==তোং তোং তোংদ্‌র্   বা | চক্   নাক্   চব্   বা

|   |   ওক্ | ঐং | | | | | ই |
লাই মোয়্   মণ্   থী | থাদোই কৌ   দা

অহুগা অনীগুবা শরুক্কী (৩৭ ঘ) অমস্থুং (৩৭ ঙ)-গুবা মতাংদা পীরিবা থুদমশিং অহুদস্থু অসিগুম্বা মওঙ অসি উবা ফংই; মহুদি— 'অতিয়াদা'

ই
='অত্ য়াদা'='অত্যাদা', 'করিয়ে'='কর্ য়ে'='করে্য', 'আদগী
ই

অগ
অসে'='আদ্ ঈঅসে'='আদৈসে'।

অতোপ্পা মায়কৈ অমদগীস্থু মসিগী প্রমাণ ফংই। অয়াম্বা মতমদা ঐখোয়না উই, াহৈগী মহুংদা করিগুম্বা স্বর অমবু হায়রবস্থু হায়ত্রবস্থু ছন্দদা করিমতা অকায়বা লৈতে। মহুদি—

'আর্য দ্রাবিড় অনার্য | বৌদ্ধ খ্রীষ্টীয়ান ঈস্লাম্
শেম্বা থম্মোই-উপাল্লি | ভারত-তীর্থ ঐখোয়গী'

হায়বসিদা 'দ্রাবিড়' হায়বা ৱাহৈ অসিগী অরোইবা ময়েক 'ড়' অসি স্বরনা চপ্পা ওইনা পারবসু 'ড়্' ওইনা লৌরবসু ছন্দদি অক্কা ওইনা অহুম লৈ ; মমাঙগী স্বর 'ই'-বু শাংনা অমসুং অরোইবা ময়েক 'ড়'-বু 'ড়্' ওইনা পারগা খোনকাপ চানহল্লবা মতুংদসু খরা য়াংলপনা 'অ'

অ
হায়দোকপা য়াই [ আর্য দ্রাবিড়্ ], মসিদা ছন্দগী অকায়ব' করিমতা লাক্তে। মতৌ অসুম্না 'ভারত তীর্থ' হায়বসি 'ভারত্ তীর্থ' নত্রগা

অ
'ভারত্ তীর্থ' হায়না পাবা য়াই।

মরম অহুনা হৌজিক ঐখোয়না হায়বা ওম্মী, খোম্হোকমশীংনা মৈতৈ ছন্দগী য়ুম্ফম নত্তে। হায়বদি, স্বরগী মশীং নত্রগা স্বরগী করিগুম্বা অথন্নবা গুণ অমদা মৈতৈ ছন্দগী শাজৎ নন্দুনা লৈতে। নত্তন্নবদি, মথক্তা হায়খ্রিবা খুদম অসিদা 'দ্রাবিড়' হায়বা ৱাহৈ অসিবু অমুক্তা স্বর অনী ওইনা অমুক্তা স্বর অহুম ওইনা লৌবদা ছন্দগী খেন্নবা লৈরমগদবনি।

তৌইগুম্বসুং মৈতৈ ছন্দদা খোম্হোক্কী খোনকাপনিয়ম লৈতে হায়বদি য়াদে। নিয়মদি লৈ, অতোপ্পা মক্কমদা নিয়ম অহু নৈনরি। মসিদা অসিদং হায়নীংই, মহুদি মৈতৈ খোনহায়দদি খোম্হোক্কী খোনকাপকী মরমদা খোইদোকপা অকক্নবা নিয়ম লৈত্তে। মরম অহুনা ছন্দগী ওইহল্লাংবা মওঙ ইল্লা খোনকাপ হোংদোক হোংজিন তৌবা য়াই।

## লোল্লেপ, খোল্লেপ অমসুং ছন্দগী শক্লক

লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপকী মরমদা অনীগুবা শক্তা চাউরাক্লা নৈনখ্রে। ছন্দগী মনুংদা লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপকী থবক মুন্না খঙবা তাবদি মখোয়গী খেন্নবা অমসুং ছন্দগী শক্লকা মখোয়গা লৈনবা মরী অহু কুপ্না খঙগদবনি।

রা ভাগুবা মতমদা পোথাবা সুক্লাই নাইদনা চিংহুনা ভাগুবা য়াদে, থবোম্বীদা মুংশিং রাংলগা থবোম্বী হাপচিল্লি হায়বদি চিংশিল্লি ( contracts ) অমসুং হকচাংগী পাঙ্গল মতুংইন্না অথোই-অহেন নাইনা চিংশিন্নবা হোংনৈ। মরম অহুনা মতম থরগী মতুংদা অমুক হন্না মুংশাস্বর হোংশিন্নবগীদমক রা ভাগুবা লেপ্পা তারকই। স্বর হোংশিল্লিনৈদদি রা ভাগথোকপা য়াদে। ফিঙ্গংপা নত্রগা অথুকপা নত্রগা শাগৎপা রাথলগী ঈহৌ লাকপা মতম অত্তুদা থবোম্বীগা তাইনবা হকচাংগী তোংশিং অহু মতম থরগীদমক ফিঙ্গংলি, মতম অহুদা চিংশিন্নবা হোংনবা রাংলি, অমসুং মরম অহুনা অহুক য়াম্না থুনা পোথানীঙাই ওইদে। মরম অসিনা য়াম্না শাগৎপা রাঙাঙদা নত্রগা ঈরাঙহৌবা কবিতা পাবদা য়াম্না তোয়না পোথানদে। ভাগুবা নত্রগা পাবা মতমদা অসুম্না পোথাবা অসি অয়াম্বা মতমদা রাহৈপরেংগী অর্থগী মতুংইল্লি, অহুনা মসি চাংনাইদে—হায়বদি মতম অসুক্কী মতুংদা পোথাগনি হায়বগী অরেপ্পা চাং লৈতে। অর্থগী মতুংইন্না রাহৈপরেংগী মরক্তা অমসুং অরোইবদা পোথাবা অসিবু মৈতৈ ছন্দদা লোল্লেপ ( ছেদ ) কৌই।

করিগুম্বা রাহৈপরেং অমা মচা থায়না পায়বদি ঐথোয়না উবা ফংগনি, মরক মরক্তা লোল্লেপ লৈবা মরম্না মহু তোঙান তোঙানবা শরুক কয়ামরুম থোক্লা থায়দোক্নুনা লৈ। শরুক খুদিঙমক অসি breath-group হায়বদি মুংশাস্বর-কাঙলুপ অমমল্লি, অমসুং তোঙান তোঙানবা শরুক্কী মরক্তা breath-pause নত্রগা লোল্লেপ অমমম লৈ। ব্যাকরণগী মতুংইন্না রাহৈপরেং খুদিঙমক মপুংফাবা মুংশাস্বর-কাঙলুপ অমমল্লি নত্রগা মুংশাস্বর-কাঙলুপ কয়ামরুমগী অপুনবনি। রাহৈপরেংগী অরোইবা লোল্লেপতি থরা শাংই, অহুনা মসিবু major breath-pause হায়বদি মপুংফাবা লোল্লেপ হায়বা য়াই। রাহৈপরেংগী মতুংদা তোঙান তোঙানবা phrase নত্রগা অর্থচেনবা রাহৈকাঙলুপকী অরোইবদা লৈবা লোল্লেপতি তেল্লি, অহুনা মহুবু

minor breath pause নত্রগা মতেকওইবা লোল্লেপ হায়বা য়াই। মুংশাস্বর-কাঙলূপ খুদিঙদা রাহৈ কয়ামরুম লৈবা য়াই, তৌইগুম্বমুং হায়দোকপা মতমদা মুংশাস্বর-কাঙলূপ অমতগী মনুংদা খোঙ্খিলগী খোঙথাং লেপ্তুনা চংলি।

মপূংফাবা লোল্লেপ লৈবা মতমদা লৈয়েং খরা শাংনা পোত্থাবা মরম্না মতম অতুদা মুংশাস্বর খরা শাংনা হোঙ্খিল্লি। মসিবু স্বরপল্লেপ (শ্বাসযতি) হায়বসু য়াই। অতুগা মপূংফাবা লোল্লেপ লৈবা মফমদা অর্থ মপূংফাবা মরম্না মসিবু অর্থপল্লেপ (ভাবযতি নত্রগা অর্থযতি) হায়বসু য়াই। তৌইগুম্বমুং মতেকওইবা লোল্লেপ লৈবা মফমশিংদসু স্বরগী পল্লেপকম অমসুং অর্থগী পল্লেপকম লৈবা মরম্না স্বরপল্লেপ (breath-pause) অমদি অর্থপল্লেপ (sense-pause) হায়বা রাহৈশিং অসি মপূংফাবা অমদি মতেকওইবা লোল্লেপ মথক অনীমক্কী তোঙান তোঙানবা মিংথোল ওইনা খঙনৈ। হায়বদি, মপূংফাবা লোল্লেপসু স্বরপল্লেপ অমদি অর্থপল্লেপ হায়না খঙনবগুম্না মতেকওইবা লোল্লেপসু স্বরপল্লেপ অমদি অর্থপল্লেপ হায়না খঙনৈ। মতেকওইবা লোল্লেপ লৈবা মফমদা অর্থচেনবা রাহৈকাঙলূপ লোইরে হায়না খঙনগনি; মতেকওইবা লোল্লেপ লৈবা মরম্না রাহৈপরেংগী মনুংদা রাহৈ অমগা রাহৈ অমগা রাহৈকাঙলূপ অমগা রাহৈকাঙলূপ অমগা লৈনবা মরী অতু খঙবা ঙম্মী অমসুং রাহৈপরেং অমবু অর্থচেনবা তোঙান তোঙানবা শরক্তা থায়দোকপা য়াই।

খুদম অমা য়েংসি—

"মণিপুরগী মমাঙলৈগী অহল্লমনশিংনা তৌরম্বা খবকশিংগী মনুংদা * খ্বাইদগী হেন্না লানবা * অমসুং খ্বাইদগী হেন্না মণিপুর পুম্নমক্কী মাঙননবগী মশক ওইবদি * বাংলা ময়েক্না মৈতৈলোন ইবা হৌদোকপা * অতুগা বাংলা লোলনা ঈশৈ শকপা হৌদোকপা * অনী অসিনি * *।"

('সাহিত্য অমসুং রস'—দ্বিজমণি)

মথক্কী ম্লাহৈপরেং অসি পাবা মতমদা থল্লাম্মিচাক অমা য়েকপা মকমদা ভাইহাক লেপ্পী, মতুদা মতেকওইবা লোল্লেপ তাই ; মসিদা লেপত্রবদি করম্বা ম্লাহৈগা করম্বা ম্লাহৈগা মম্নী লৈনবগে হায়বহু খণ্ডবা গুমদে। মতেকওইবা লোল্লেপশিং অসিনা ম্লাহৈপরেংবু অর্থচেনবা শরুক কয়ামরুম থোক্লা খায়দোক্লি। থল্লাম্মিচাক অমী য়েকপা মকমদা মপুংফাবা লোল্লেপ তারি ; মতুদা অর্থ মপুংফায় অমম্তুং ম্লাহৈপরেং লোই। অসিগুম্বা মকমদা খোনহায় শাংনা পোত্থায় অমম্তুং নৌনা সুংশাম্বর হোল্লিল্লি। ম্লাহৈপরেংগী মনুংদা ছন্দলৈরেং শেম্মবা অমতং ওইবগী মওং লৈহনগদবা অতু লোল্লেপ তাকম্না অয়াম্বা মতমদা তাকই। অকক্লবা মতমগী চাংখন্না নত্রগা করিগুম্বা কিদম ইম্না খায়দোকপা মতমগী চাংখন্দা তাবা লোল্লেপতগী ছন্দগী ঈকাও লাকই। শামুখোঙ ছন্দ, তানখোঙ অহুমচংপী অসিনচিংবা ছন্দদা লোল্লেপকী লৈকম্না অয়াম্বা মতমদা ছন্দগী শরুক তাকই। খুদম—

(অ) কজবগী মকাদগী ★ / লাক্লি সুংগী পাউদি ★ ★ //
কজখোইবা সুংশিখোইবা ★ / কংদে উবা মাদি ★ ★ //

(আ) লৈজদে ঐগীদি ★ ⋮ ভক্তিসি নত্তনা ★ /
খুন্নাখাদ নওগী ★ ⋮ কচ্চনবা পেন্না ★ — /
লৌবিয়ু ননাইগী ⋮ ভক্তি ★ ★ //

থম্মোইসি নত্তনা ★ ⋮ লৈজদে অমত্তা ★ /
ননাইগী লৈজবা ★ ⋮ কচ্চরি অসিত্তা ★ — /
পীবিয়ু পুন্সিগী ⋮ মুক্তি ★ ★ //

মথক্কী খুদম অমী অসিদা অর্থগী তাংকক মতুংইন্না ছন্দগী তাংকক খায়দোকপা উরি, মতেকওইবা লোল্লেপ অমম্তুং মপুংফাবা লোল্লেপ তাকম তাকমদা ছন্দগী ঈকাও লৈহল্লি।

মৈতৈ খোনহায়দা খোল্লুম শেংনা ফাওবা য়াওরিবা অহু রাহৈ-দগী লাকপা নত্তে, রাহৈ ময়াম তিন্নবদগী লাকপনি। রাহৈ কয়ামরুম তিন্নরগা শেম্বা অর্থচেনবা রাহৈকাঙলূপকী অহানবা শরুক্তা করিগুম্বা রাহৈ অমদা খোল্লুম শেংন তাই মথক্তা মৈতৈ খোনহায়গী পথাপ নৈনবা মতাংদা খুদম ওইনা য়াওরিবা রারেংশরুক অহুগী তাংককশিং অহু য়েংলবদি উবা ফংগনি, তাংকক খুদিঙদা নত্রগা রাহৈকাঙলূপ খুদিঙদা রাহৈ অমথক্তগী করিগুম্বা খোঙ্খোক অমগী মথক্তা খোল্লুম শেংনা তারি। মহুদি—'তাঙ্গা অসিদা ইর্থঙ খঙহৌদনা | মশম-মনা ইর্ফা-ফাবা মুপা অমনা | থাঙ শর্‌ হাইগত্তুনা | মংলেমগী মরেংবান্দা য়াম্বরম্মী |'। রাহৈপরেংগী শরুক্তা নত্রগা রাহৈকাঙলূপকা মমুংদা অর্থ অমস্তুং লৈফমগী মায়কৈদা মরুওইরবদি করিগুম্বা রাহৈ অমদা অহুম খোল্লুম তাবা য়াই, তৌইগুম্বস্তুং মহৌশাগী ওইব অমস্তুং চাংওইনা লৈবা খোল্লুমদি রাহৈ খুদিঙমক্তা শেংনা ফাওদে। রাহৈপরেংগী শরুক খুদিঙদা লৈবা খোল্লুম অহুনা রাহৈপরেংগী ছন্দগী তাংকক লায়না খঙহল্লি অমস্তুং ছন্দঈথকী লৈফম তাকই। তৌইগুম্বস্তুং খোল্লুম অসি ছন্দগী তাংকক অমস্তুং অর্থগী তাংকক থায়বগী মহয়নি, মরম নত্তে; হায়বদি ছন্দগী তাংকক অমস্তুং অর্থগী তাংকক থায়বনা খোল্লুম খোকহল্লক্লিবনি, খোল্লুম্মা মখোয়বু খোকহল্লকপা নত্তে। মরম অহুনা মৈতৈলোন্দা খোল্লুম্মা ছন্দগী তাংকক থায়নবগী হায়বদি শরুক থায়নবগী অমতওইবা মওঙ অহু খঙহনবা ঙমদে।

অকক্লবা মতমগী চাংদা রা-ভাঙনবা হকচাং-কায়াত্তা নৌনা পাঙ্গল হাপ্পনা মৈতৈলোন্দা ছন্দগী শরুক থায়দোক্লবগী লংজীম্নি।

মৈতৈগী রা-ভাঙনবা হকচাং-কায়াৎ অসি য়াম্না থুনা লেঙ-ওৎলি অমস্তুং খোংলি অহুগা চোকখবস্তু থুই। স্বর হোঞ্জিনবা মতুংদগী মথংগী মপুংফাবা লোম্লেপ লাক্লিফাওবা রা-ভাঙনবা হকচাং-কায়াৎকী থবক লেপ্তনা চৎলি। মতম অসিদা খোঙ্খোক য়াম্না হায়দোকই।

মরম অহুনা হায়না ভাইহাক পোথাহৌদবা নত্রগা লেপহৌদবা য়াদে। অশাংবা স্বর য়াম্না শীজিন্নবা লোলশিংদা অশাংবা স্বর হায়দোকপা মতমদা লৈয়েং ভাইহাক পোথায় ; মরম অহুনা তোঙাম্না লৈয়েংগী পোথাকম তাকপা চঙদে। তৌইগুম্বসুং মৈতৈলোন্দা অশাংবা স্বর শীজিন্নবা য়াম্না রাংলি, মরম অহুনা লোল্লেপ নত্তবা লৈয়েংগী পোথাকম অতৈন্নু থম্মী। খোল্লী অমুক অমুক্তা লৈয়েংনা খোঙ্হোক কয়ামরুম হায়দোক্লবা মতুংদা অমুক হন্না পাঙ্গল তানশিন্নবগীদমক পোথায়। পোথারবা মতুংদা অমুক খোল্লী অমুক্তা খোঙ্হোক কয়ামরুম হায়দোকই। অসুম্না লৈয়েংনা পোথাবা অসিবু খোল্লেপ (metrical pause/যতি) হায়না খঙৈ। খোল্লেপ লৈকমদা খোল্লী অমমম নত্রগা impulse অমমম লোইকম্লি অমসুং মতুগী মতুংদা খোল্লী অমা অমুক হৌই।

ঐখোয়না মসিদা লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ, হায়বদি breath-pause অমসুং metrical pause অনী অসিগী খেন্নবা উৎলি। তৌইগুম্বসুং সংস্কৃত ছন্দশাস্ত্রদা অসুম্না খেন্নবা অসি য়াদে। সংস্কৃততা "যতির্জিহ্বেষ্টবিরামস্থানম্" অমসুং "যতির্বিচ্ছেদঃ" সংজ্ঞা মথল অনী অসি লৈ। সংস্কৃত ছন্দোবিদ্‌কী রাথন্দি খোন্নিল খায়দোকপা মতমদা লৈয়েং পোথাগনি অমসুং অতোপ্পা মতমদা লৈয়েংগী থবক লেপ্পুনা চৎকনি—অসিনি। তৌইগুম্বসুং মখোয়না মসিমদি য়েংশিনবিদে, মহুদি অশাংবা স্বর হায়দোকপা মতমদস্থ লৈয়েং ভাইহাক্তুং পোথায় অমসুং পোথাবা অসিনা মরম ওইহুনা খোনকাপ ২৮ নত্রগা ৩২গী মতুংদা লোল্লেপ তাহনবা য়াই।

অমা ওইরবস্থ অমা ওইরবস্থ মৈতৈ ছন্দদা লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ--তানথায়ফম মথল অনী লৈ হায়বসি য়াদবা ওমদে। লোল্লেপ মথল অনীনি—মতেকওইবা লোল্লেপ অমসুং মপুংফাবা লোল্লেপ। খোল্লেপনা খোনকাপ খেন্নবা মতুংইন্না মথল অহুম্নি—অয়াংবা খোল্লেপ, ময়ায়ওইবা খোল্লেপ অমসুং মপুংফাবা খোল্লেপ। খ্বাইদগী শীকপা ছন্দগী শরুকশিংগী মতুংদা অয়াংবা খোল্লেপ, খ্বাইদগী চাউবা

ছন্দগী শরুকশিংগী মতুংদা মপুংফাবা খোল্লেপ; অদুগা খ্বাইদগী শীকপা অমসুং খ্বাইদগী চাউবা শরুকী মরকওইনা চাউবা শরুকী অরোইবদা ময়ায়ওইবা খোল্লেপ তাই।

অয়াম্বা মতমদা মৈতৈ কবিতাদা লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ মকম অমতদা তাই,—মতেকওইবা লোল্লেপকা ময়ায়ওইবা খোল্লেপকা অমসুং মপুংফাবা লোল্লেপকা মপুংফাবা খোল্লেপকা তিন্নথি। মসি মথক্তা পীথ্রিবা খুদমশিং অদুদা ঐখোয়না উগ্রে। তৌইগুম্বসুং মতম পুম্নমক্তা তিন্নবদি য়াদে। ঈচেলনাইবা ছন্দদা লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ অমগা অমগা খাইদোক্লবনা হায়বদি তিন্নদবনা ভাব ফোংদোক্লবগী পাঙ্গল অমসুং মথেলনাইবা অশুক হেল্লিবনি। ঈচেলনাইবা ছন্দ নত্তবা অতোপ্পা মওঙগী ছন্দদসু লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ চপচানা তিন্নদবা য়াওই—মপুংফাবা লোল্লেপ অমসুং খোল্লেপ তিন্নরবসু মতেকওইবা লোল্লেপ অমসুং ময়ায়ওইবা খোল্লেপ তিন্নদবা য়াওই। মসিগী খুদমদি লাইরিকী অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা শরুক্তা ঐখোয়না থেংনগ্রে।

খোল্লেপকী লৈফমদগী মৈতৈ ছন্দগী অমত্তওইবগী ঈকাও লাকই। অকরবা মতমগী চাংদা করিগুম্বা ফিদম অমা ইম্না খোল্লেপ তাগনি। তৌইগুম্বসুং লোল্লেপতি করি করিগুম্বদা মথেলনাইনা ছন্দগী শরুকী মরক মরক্তা তাহনা ছন্দগী অমতওইবা লীচিংগী মসুংদা মথেলনাইবা ঈহৌ শেন্মী। লোল্লেপকা তিন্নদবা খোল্লেপ তাবা মতমদা লৈয়েংগী থবক লেপ্পবসু খোন্নিলগী ঈচেলদি কায়দনা লৈ, মতম অদুদা স্বরগী ফিভমদি অশাংবা লীচিং ( drawl ) অমদা লৈ। অদুগা লৈয়েংনা খোন্নিল-ঈহৌগী অয়াঙবা মতুংইম্না থৎপা মতমদসু খঙহৌদনা লোল্লেপ তাই; মতম অদুদা মীৎকুপ অমগীদমক খোন্নিল লেপ্পী, তৌইগুম্বসুং লৈয়েংদি পোত্থাদে, খোন্নিল-ঈহৌসু লোইদে, অমসুং লোল্লেপকী মতুংদা খোন্নিল-ঈচেল হৌবা মতমদা অমুক অনৌবা খোন্নিল ঈহৌ লাক্কে। লোল্লেপতি অর্থগী মতুংইম্না তাই; মরম অদুনা মসিনা শৈরেংবু অর্থগী মতুংইম্না শরুক খায়দোকই। অদুগা ব্রা-ভাঙনবা হকচাং-কায়াৎকী

পাঙ্গল মতুংইন্না থোল্লেপ তাই। মসিনা শৈরেংবু অকক্লবা চাংদা ছন্দগী শরুক থায়দোকই। ছন্দগী শরুক থুদিঙমক রা ভাঙনবা হকচাং-কায়াৎকী ঈহৌ অমমমগী খোনকাপ মতুংইন্না ওই। খোম্লিল-ঈহৌ অমমমদা অকক্লবা খোনকাপকী মুংশাস্বর থবোম্বীদগী থোরকই। খোম্লিল-ঈহৌ অসিগী খোনকাপনা মৈতৈছন্দগী শরুক হায়বদি তানথায়দা অমত্তওইবগী মওঙ ওইনা লৈ।

কনা কনাগুম্বনা হায়, অকক্লবা মতমগী চাংদা খোল্লুম-য়াওবা খোম্থোক লৈবনা ছন্দগী শরুক থায়নবা ঈকাও লাকহল্লি। তৌই-গুম্বসুং রাকম অসি অচুম্বনি হায়না নীংদে। অয়াম্বা মতমদা ছন্দগী শরুক অমমম শেম্বা রাহৈশিং অহুবু পুন্না ৪০০৪-group নত্রগা অর্থচেনবা রাহৈকাঙলুপ হায়বা য়াই, মরম অহুনা রাহৈকাঙলুপ অহুগী অহোবদা খোল্লুম অমা ত'বা য়াই। মরম অহুনা খোল্লুম তাফন্না ছন্দগী শরুক থায়কম তাকই হায়ন থনবা য়াই। মহুদি—

কোরৌ নোংন থাংবরা / পংৌ ইপানা মবাংই //

মালেম লৈনা লুম্বরা / পলেম ইমানা মরুমই //

তৌইগুম্বসুং মতম পুন্নমক্তা অহুন্না ভাক ওইদে। ছন্দকাঙলুপ নত্রগা ছন্দগী শরুকী রাহৈ কয়ামরুম অহুনা অর্থচেনবা রাহৈকাঙলুপ ওইদবা য়াম্না য়াওই; হায়বদি অর্থকাঙলুপ অমসুং ছন্দকাঙলুপ অনী অসি অমতা ওইনা লৈতবা মতাং য়াম্না য়াওই। মহুদি—

মতোক্তা মণি চেনবা / অবাবা-খারৌ অসে পুক্লৌংগী //
খাহল্লগে ভগোই, ★ ঐগী / মুরসিনা অকায়বা বাঁশীগী, ★ //
অহানবা হৌবা অয়ুক্তা / চেক্লানা, ★ মদোম মুংঙাইজরগা //
শক্লিবা মুর অত্তুদা / তিলহনজরগা মুংশিনা শেংনা //
পেনজগে থম্মোইসে ঐগী ★ ★

হায়রিবা পরেং খরা অসিদা অর্থকাণ্ডলুপ অমসুং ছন্দকাণ্ডলুপ তিন্নদবগী মওঙ উরি। অদুগীসু মথক্তা রাহৈকাণ্ডলুপকী অহানবা খোম্হোক্তা মতম পুন্নমক্তা খোল্লুম তাদে। অর্থগী মতুংইন্না মরুওইবা রাহৈদা খোল্লুম তাবনা নিয়মনি। অদুগা শৈরেংগী শৈখোঙদা খোল্লুম সুক-য়াও য়াওদবা ছন্দগী শরুকসু অয়াম্ব মতমদা য়াওই, খুদম ওইনা সঙ্গীতকী তাল থাযদোকপদা খোল্লুম যাওদবা অঙ্গ খালি নঙ্গগা ফাঁক ) অমা মবক মরক্তা লৈ। খোল্লুম য়াওবা রাহৈদা তপ্না মেক য়াওরবদি অয়াম্ব মতমদা বাহৈগী অহানবা খোম্হোক্তা শাল্লু দনা তপ্নবা মরেক্তা মমৈগী খোম্হোক্তা তাই খুদম —

শক্লেন্থী খোরক্লে / নঙুম পোক্লেন শাকিগে /

লাই খুবাক খুবিগে //

মরম অদুনা খোল্লুম তাফম্না ছন্দগী শরুক খায়ফম তাক্তে হায়বা য়াই।

মতাং অসিদা খণ্ডজিন্নীও ই রাক্ষম অম লৈ মৈতৈগী খ্বাইদগী লৈকপা ছন্দ শরুক হায়বাদ তাংখোঙমরু অমমমসি সংস্কৃতকী 'পাদ' নত্রগা ইংরেজীগী foot নত্তে। সংস্কৃত ছন্দদা পাদ হায়রগা শ্লোক অমগী মরি থোকপ। শরুক অম খণ্ডনৈ মচাগী মুংদা গণ কয়ামরুম অমসুং লোন্নেপ অমদগী চন্না লৈবা য়াই, অদুগা গণ খুদিঙদা অশাংবা স্বরগী মশীন নত্রগা মতম্ন মতু হন্না লেপকম লৈবা য়াই ইংরেজীদা foot হায়রগা [illegible]-কী মতুংতন্না খোম্হোক শীনবগা কিদম অমবু খণ্ডনৈ ইংরেজীদা foot কী অরোহবদ করিগুম্বা খেন্নেপ নত্রগা পে থাক্কম [illegible] য়াই, রাহৈ মগুংদা লেপকম লেতবা মক্ষমদসু foot লোইহবা য়াই মেতে ছন্দ। তানখে চনরু অমমাদ আসঙ্গা কিদম অমমম [illegible] নত্তে ইংরেজী foot অমসুং মেতে তান-খোঙনরু [illegible] হায়না লোরবাদ [illegible] শঞ্জবা অরানব

অমা ওইংগনি। মসিগী মরমদা মঙাশুবা শরক্তা থরগা শন্দোক্লা অমুক মৈনরক্কখিগনি।

ভারতকী সঙ্গীতশাস্ত্রদা তালগী হিসাবতা 'বিভাগ' হায়না খণ্ডনরিবা অচুগা খ্বাইদগী পীকপা ছন্দগী শরক্তা মায়ৈ সংস্কৃততা 'পর্ব্বন্' হায়না খণ্ডনরিবা অচুগা মৈতৈ ছন্দগী খ্বাইদগী পীকপা শরক্তা মায়ৈ। মৈতৈ ছন্দদা খ্বাইদগী পীকপা ছন্দ-শরক 'তানখোঙমরু'-না ছন্দগী মরুওইবা শরক্নি। অকক্নবা চাংগী খোনকাপকী তানখোঙমরুনা মৈতৈ ছন্দ শেম্মী। খোয়্রিল-ঈহৌ অমুক অমুক্তা চোকথবা নম্ব্রগা পোত্থানীংবা ফাওত্রিফাওবা হায়দোকপা য়াবা শরক অচুবু তান-খোঙমরু কৌই। তানখোঙমরুনা মৈতৈছন্দগী মরুওইবা মচন্নি।

# তানখোঙমতেক

হায়না হায়খ্রে, খোম্থোকমশীংনা মৈতৈ ছন্দগী মুক্ষম ওইদে। সংস্কৃত, ইংরেজীনচিংবা লোলগী ছন্দদা খোম্থোক খুদিঙমক মরুওইবা অচুক মৈতৈ ছন্দদদি ওইদে মহৌশানা নোংচূপলোমগী ছন্দশাস্ত্র-লেংবশিংগী মততা খোম্থোক্লা ছন্দগী অণুনি। ভৌইগুম্বস্নুং নোংচূপকী ছন্দশাস্ত্রলেংবা এরিষ্টোক্সেমসকী মততি, অকক্নবা চাংগী মতমগী শরক মতুংইন্না ছন্দলৈরেং শেম্মী অসিনি। হৌজিক্কী লোল পূন্নমক্কী ছন্দগী মরমদা মত অসি অচুম্বা ওইদবদি য়াই, ভৌইগুম্বস্নুং এরিষ্টোক্সেমসনা থায়নগী গ্রীক অমস্নুং মতম অচুগী নোংপোক্কী লোন্দা চংনবা ছন্দ নৈনরগা মত অসি কোংদোক্লম্বনি হায়না নীংই।

অমা ওইরবস্থ অমা ওইরবস্থ, মৈতৈ য়ারেং নম্ব্রগা শৈরেং পাবা মতমদা খোম্থোক খুদিঙমক নম্ব্রগা মখোয়গী করিগুম্বা থোইদোকপা মশুনগী খেন্নবা অচু পুন্নীংদা নম্ব্রগা নাকোংদা অচুক য়াম্না পান্দে। মৈতৈগী য়া-ভাঙনবা হকচাং-কায়াৎকী নম্ব্রগা মৈতৈ খোনহায়গী অয়াংবা মশুন নম্ব্রগা অচুগুম্বা অতোপ্পা করিগুম্বা মশুন অমনা অস্নুম্বা ভোইনবা

ওইবস্থ য়াই। অতু ওইরবস্থ মসিদি অচুম্বনি, মতুদি রাহৈ অমস্থং মতুগী খোনকাপ অতু ঐখোয়গী নাকোংদা শেংনা ফাওই, করিগুম্বা খোম্বোক নত্রগা মতুগী করিগুম্বা মগুণ অমতা রারেংদা নত্রগা শৈরেংদ' কদায়দস্থ অতুক য়াম্না শেংনা ফাওহনবা ঙমদে। অতুনা ঐখোয়গী ছন্দগী মরুওইবা মচাক অমস্থং খোনহায়গী য়ুক্ষমদি খোম্বোক নত্তে, রাহৈ মপুম্নি।

মৈতৈ ব্যাকরণগী নিয়মদগীস্থ হায়রিবা মৈতৈলোলগী মওঙ অসি খঙবা ঙম্মী। মৈতৈলোন্দা রাহৈদগী পদ শেম্বা মতমদা রাহৈগা অতোপ্পা রাহৈ অমগা পকশিন্নৈ। একবচনদগী বহুবচন শেম্বদা অমস্থং মথলমথা অয়াম্বা কারক, মথল মথা অয়াম্বা ল কার, কৃৎ, তদ্ধিত অসিনচিংবা অসিগী তোঙান তোঙানবা মওঙ শেম্বদ রাহৈদা বিভক্তি নত্রগা প্রত্যয় থঙনবা অতোপ্পা রাহৈ হাপ্পনা নিয়মনি; সংস্কৃতকী মতৌগুম্না খোম্বোক হোংবতনা হায়রিবা থবকশিং অসি পাঙথোক্কে। হীরম অসোমদা প্রত্যয়-থঙনবা রাহৈ শীজিন্নবা লোলকাঙলুপকা মৈতৈলোলগা মান্নৈ।

মৈতৈলোলগী নিয়ম অমনা— রাহৈ খুদিঙকপু নকুবা অতোপ্পা রাহৈগা তিন্নহন্দবা অসিনি। মৈতৈলোন্দ' নকুবা খোম্বোক অনী সন্ধি তৌনরগা খোম্বোক অমা ওইহনবগী নিয়ম লৈতে। অতোপ্পা লোন্দগী মশক হোংদোক্তনা চঙলকপা রাহৈগী মনুংদদি অসিগুম্বা সন্ধি অসি লৈবা য়াই। সমাস-তৌনবা রাহৈ ওইরবস্থ মৈতৈ রাহৈগী মনুংদা অসিগুম্বা সন্ধি অসি চৎনদে; 'চেদা ইবা', 'অউবা-উদবা', 'লাবা-অমোম' অসিনচিংবা পদশিং অসি সমাস-তৌনবা ওইরবস্থ 'চেদেবা', 'অউবোদবা', 'লাবামোম' অস্থম্না খোম্বোক অনী সন্ধি তৌনরগা খোম্বোক অমা ওইনা হায়বগী মওঙ য়াওরিবসি য়াদে—পদকী মনুং-চনবা রাহৈ খুদিঙমক অসি তিন্নদনা অতুম লৈগদবনি। অতোপ্পা লোন্দগী মশক হোংদনা চঙলকপা রাহৈস্থ অশেংবা মৈতৈগী নিয়মদা শীজিন্নরবদি মখোয় অহ সমাস তৌনবা মতমদা হায়রিবা সন্ধিগী মওঙ

অসি য়াওদনা হায়বদি তিন্নহন্দনা থব্বা য়াই ; মতুদি—'অনাথ-আশ্রম', 'ভাগ্য-আকাশ', 'বিদায়-আরতি' অসিনচিংবা।

মৈতৈ ছন্দগী শাক্তং থণ্ডবা তারবদি মৈতৈলোলগী নিয়মশিং অসি মুন্না নীংশিংগদবনি। মৈতৈ ছন্দগী তানখোঙমরু অমমম্ভু খোম্থোক কয়ামরুমগী অপূনবনি হায়না লৌদনা ৱাহৈ কয়ামরুমগী অপূনবনি হায়না লৌগদবনি। নত্রবদি মৈতৈ ছন্দগী মরুওইবা কাণ্ডলোলশিং অত্থ চপচানা থণ্ডবা ঙম্লোই। 'ঋতু কয়াদি হৌথরে' হায়বা তানখোঙমরু অসিগী মতুংদা খোম্থোক ৮থক লৈরিবা অসিতা য়েংলগা য়াবা নত্তে, মসি 'ঋতু', 'কয়াদি', 'হৌথরে' হায়বা ৱাহৈ অহুম অসিগী অপূনবনি হায়বসিম্ভু হিসাবতা য়াওত্রবদি মৈতৈ ছন্দগী মওঙ অত্থ লাকশিনবা ঙম্লোই।

মহৌশানা মৈতৈ ৱাহৈদি খোনকাপ অনী নত্রগা অহুম, করি করিংম্বদা অমা নত্রগা মরিগী ওইবম্ভু য়াওই। সমাস-তৌনবা নত্রগা বিভক্তি-য়াওবা ওইরবদি মসিদগী হেন্না চাউবা ৱাহৈম্ভু লৈবা য়াই, তৌইগুম্বম্ভং মৈতৈগী ৱাহৈ-মপূংদি মসিদগী হেন্না চাউদে। খোনকাপ মরিদগী চাউবা করিগুম্বা ৱাহৈ শীজিন্নরবদি হায়দোকপা মতমদা মশানা অহুম থুগায়ত্থনা পীকশিলহল্লি। মসিম্ভু মৈতৈ খোনহায়গী খোইদোকপা নিয়ম অমনি, অমম্ভুং মসিগা মৈতৈ ছন্দগী নিয়মগা মরী য়াম্না নক্লে। 'পাইখরবা' হায়বা ৱাহৈ অসি খোনকাপ মারনি, তৌইগুম্বম্ভং 'পাইখরবনা' হায়বসিনা খোনকাপ মঙান, মরম অসিনা মসি পাবা মতমদা মশানা অহুম 'পাইখ—রবনা' অম্মুন্না থুগায়রগা হায়দোকই। মতৌ অসিগুম্না 'খীকথরক্লিবসে' হায়বা ৱাহৈসি 'খীকথ—রক্লিবসে' অম্মুন্না হায়দোক্লে।

তানখোঙমরুগী মমুংদা য়াওরিবা ৱাহৈ-মপূং থুদিঙমক মথন মথম্তা নত্রগা অত্তোপ্পা ৱাহৈ অমা অনীগা লোয়ননা তানখোঙমরুগী কায়াৎ (Beat) হায়বদি তানখোঙমতেক অমমুম ওইত্থনা লৈ। থুদম ওইনা,

ভারতকী সঙ্গীততা বিভাগ খুদিঙমক অঙ্গ কয়ামরুমগী অপূনবা ওইমা লৈ, মৈতৈ ছন্দদসু অদুগুম্না তানখোঙমক্ক খুদিঙমক কায়াৎ কয়ামরুমগী অপুনবা ওইনা লৈ। 'ঐগী বাঁশী মুংশিবা তাবিয়ুনে অশৈবা' হায়বা পরেং অসিদা তানখোঙমক্ক অনী লৈ— 'ঐগী বঁশী মু'শিবা' অমসুং 'তাবিয়ুনে অশৈবা'। অহানবা তানখোঙমরুনা 'ঐগী', 'বাঁশী', 'মুংশিবা' কায়াৎ অহুম অসিনা শাই ; অনীশুবা তানখোঙমরুনা 'তাবিয়ুনে', 'অশৈবা' কায়াৎ অনী অসিনা শাই। কায়াৎ খুদিঙমক্কী অহৌবদা স্বরগী অরাম্বা (intensity) খ্বাইদগী হেন্না লৈ, কায়াৎকী অরোইবদা অরাম্বা খ্বাইদগী হন্থে। করি করিগুম্বদা অহৌবদা স্বরগী অরাম্বা রাংলগা অরোইবদা হেনবা য়াওই, অসুম তৌনা স্বরগী অরাম্বা হেঙ্গৎপা হন্থবা মতুংইন্না কায়াৎ হায়বদি তানখোমতেক থায়দোককম খঙবা ঙম্মী। মথক্তা অর্থকাঙ-লূপ অমমমগী থোইদোকপা খোম্থোক্কী মথক্তা খোল্লুম তাবগী রাকম হায়খ্রিবা অদুগা স্বরগী অরাম্বগী রা অসিগা মাম্নদে। স্বরগী অরাম্বা অসিদদি খোল্লুমদা তৌবগুম্না করিগুম্বা শাফূ অমতা য়াওদে, নীংথিনা য়েংশিন্দ্রবদি স্বরগী অরাম্বা ফাবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং অসুম তৌনা কায়াৎ নত্রগা তানখোঙমতেক থায়দোকপা অসিদগী কবিতাগী তান-খোঙমরুদা ছন্দগী মওঙ থোরকই অমসুং তানখোঙমরুগী মনুংদা ঈথক-ঈহৌ নত্রগা অনীকপা অহাইবা মওঙ ফাওরকই। মৈতৈ ছন্দগী থোইদোকপা নিয়মগী মতুংইন্না তানখোঙমতেকশিং অসি শীন্দ্রবদি শোয়দনা ছন্দ কায়গনি। তৌইগুম্বসুং তানখোঙমতেকশিং অসিবু মৈতৈ ছন্দগী মচন হায়বদি য়াদে— মরমদি মখোয়গী চাংচক্তগী ছন্দগী অমতওইবা মওঙ ফাওহন্দে। তানখোঙমরুগী মনুংচনবা তোঙান তোঙানবা কায়াৎ হায়বদি তানখোঙমতেক্কী থোনকাপনচিংবা মওঙ মায়দবা য়াই, অমসুং মরম অদুনা তানখোঙমরুগী মনুংদা মথেলনাইবা মওঙ কয়ামরুম লৈহনবা য়াই।

মৈতৈ ছন্দগী নিয়মদা য়ারিবমথৈ য়াহৈ অমমম মপূংফানা তানখোঙমতেক অমগী মনুংদা লৈগদবনি। তানখোঙমতেক্তি চাংওইনা

খোনকাপ মরিদগী হেন্না চাউদে, করি করিগুম্বা মতমদা খোনকাপ মঙ্গা অমসুং তরাক্কী তানখোঙমতেক উবা ফংই ; মরম অদুন অয়াম্বা মতমদা খোনকাপ মরিদগী চাউবা রাহৈদি থুগায়রগা তোঙানা তোঙানবা তানখোঙমতেক্কী মন্নুংদা থম্মী ; তৌইগুম্বসুং য়ারিবমথৈদি রাহৈগী ধাতুমপুং থুগায়দনা তানখোঙমতেক অমগী মন্নুংদা থমগদবনি। অদুগা করি কারগুম্বদা ছন্দলৈরেংগী কাঙলোল য়াম্না অকক্নবা মফমদা থাহদোক-ছন্দোক্না, খোল্লম মাম্না য়াওবা ছন্দ হায়বদি খোল্লম মথেৎ ছন্দদ দ ছন্দ ঙ ক্লবগীদমক নিয়ম অসি লাম্হোকপা য়াই।

# মৈতৈ ছন্দগী শাজৎ

শাম্হেক্ক কারগুম্ব অখন্নবা মগুণ অমা নত্রগা অমদা করিগুম্বা অখন্নব ছন্দ-শ্রম খন নন্দুনা লৈ। ইংরেজী ছন্দদি মরুওইন' accent-ক মর' লেনে ফজবা ইংরেজী কবিতাদা খোন্থক্কী অশাংবা, স্বর-মচু অসি-চিংবনসু ছন্দগী ফজবা হেঙ্গৎহনবদা মতেং পাংই ; তৌইগুম্বসুং accent কী লৈফম্ন ইংরেজী ছন্দদা খ্বাইদগী মরুওইবা হীরমনি। সংস্কৃত, বাংলা মৈতৈলোল অসি-চিংবা অয়াম্বা লেন্দা খোন্থোক্কী অশাংবা নত্রগা খোনকাপ মতুংইন্না ছন্দ শেম্মী। মৈতৈ ছন্দদা খোল্লমচিংবাস শেত্রে হায়বাদ নত্তে, তৌইগুম্বসুং ছন্দগী য়ুম্ফমদি খোনকাপান খোল্লম নত্রগা অতোপ্পা কারগুম্বা অমত্তা নত্তে।

খোনকাপ-ইনবা ছন্দগীসু তোঙান তোঙানবা নিয়ম লৈবা য়াই। সংস্কৃতকী বৃত্ত ছন্দদা অতেনবা অমসুং অশাংবা খোন্থোক শীনবগী

— — — —০

মখেলনাইবা মওঙদা ছন্দগী ঈক্কাও নন্দুনা লৈ 'যা সৃ ষ্টিঃ স্র ষ্ট

— — ● ● ● ০ ০ ০ — — ● - - ০ — —

রা দ্য র্ব হ তি বি ধি হু তং যা হ বি র্যা চ হো ত্রী' হায়বা শৈখোঙ অসিদা অতেনবা খোন্থোক্কী মতুংদা অতেনবা নত্রগা অশাংবা অমসুং অশাংবা খোন্থোক্কী মতুংদা অশাংবা নত্রগা অতেনবা খোন্থোক

লৈহুনা মথেললনাইনা তিন্নবা মরম্না তোঙান তোঙানবা মওঙদা ভাবকী মথেললনাইবা ঈফাও লাকহল্লি। মসিদা ছন্দগী মন্থুংদা খোম্থোক খুদিঙমক্কী খোনকাপনা ভাবকী ঈহৌ পোকহনবদা মতেং পাংলি অমসুং মথেললনাইনা ঈথক হৌহন্নবা মরুওইনা হোৎনরি। পাদ খুদিঙদা খোম্থোকমশীংদগী অমতওইবগী ঈফাও লাক্লি। মসিদা অমতওইবগী মওঙনা মরুওইবা পোৎ নত্তে, মথেললনাইবনা মরুওইবনি।

তৌইগুম্বসু মৈতৈ ছন্দদি খোনকাপকী মান্নবা চাংচত্তা শেম্বনি; হায়বদি মসিগী শরূক খুদিঙমক্তা খোনকাপকী অকক্লবা চাংচৎ অমা লৈগদবনি। শৈখোঙ, তানখোঙ, তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙ-মতেক্কী খোনকাপমশীংনা মৈতৈ ছন্দগী মওঙ লেপ্পী। মৈতৈ ছন্দদা মহৌশানা মথেললনাইবদগী অমতওইবগী মওঙনা মরুওইবা হেল্লি। অকক্লবা খোনকাপকী ছন্দশরূকশিংবু মচন ওইনা শীঞ্জিন্নবগী মওঙদা ছন্দগী ঈফাও নন্দুনা লৈ। খোইদোকপা খোম্থোক খুদিঙমক্কী খোনকাপ নম্রগা করিগুম্বা ছন্দশরূক অমগী মন্থুংদা মখোয়বু শীনবগী মওঙ নম্রগা নিয়মনা মৈতৈ ছন্দগী য়ুম্ফম নত্তে। মৈতৈ ছন্দদা অতেনবা অমসুং অশাংবা খোম্থোক য়াম্নন' লৈবা মফমশিং অহুদসু উবা ফংগনি— অতেনবা অমসুং অশাংবা খোম্থোক্কী মতিম্ন নম্রগা মশীন্দগী ছন্দগী ঈফাও লাক্কে। মহুদি—

অমৃত খোঙ্গেল : পুহুনা ⋮ লমদম : তাম্না : পাইরকপা /
=(৩+৩+৩)+(৩+৩+৩)

নোংগী : মপৈ ⋮ মপৈনা ⋮ খঙহোদনা : চুম্নকপা /
=(৩+৩+৩)+(৩+৩)

বাঁশীগী ⋮ খোঙ্গেন্না : কল্পকচৈ ।// =(৩+৩+৩)

মসিদা অতেনবা খোম্থোক্কা অশাংবা খোম্থোক্কা ফজনা শীল্লবসু তানখোঙমরু খুদিঙদা খোনকাপ মাপল মাপল লৈবা মরম্না ছন্দগী ঈফাও লাক্লিবসি, অতেনবা অমসুং অশাংবা খোম্থোক্কী মশীন্দা মথেললনাইবা মওঙ লৈবন নত্তে।

অনৌবা সংস্কৃত অমসুং প্রাকৃত অদুগা মদুদগী থোরকপা অরাং-ভারতকী লোল পুম্নমক্তা মসিনা ছন্দগী মরুওইবা মওঙনি। ছন্দগী শরূক অমমমগী রাহৈ হায়দোকপদা চঙবা মতম অদুগী মতুংইন্না ছন্দ শেম্লিবনি। অদুনদি খোনহায়গী খোন্নিল-ঈহৌ অমমমদা হোন্দোকপা স্বরগী চাং অদুনা খোনহায়গী খ্বাইদগী মরুওইবা পোৎনি। মসিদগী থবোম্বী শোনবা অমসুং রা-ভাঙনবা হকচাং কায়াৎ থুনা চোকথবা অসিনচিংবা জাতিগী ওইবা মওঙ থরগী ইঙ্গিৎ ফংই। মসিগী মতুংদা ভারতকী জাতিতত্ত্ব হায়বদি জাতিরোলগী করিগুম্বা অরুবা লংজীন থুপ্তুনা লৈরম্বা য়াই। আর্যশিংনা অহানবা ভারত্তা লাকপা মতমদা মখোয়গী খোনহায়নিয়ম অমসুং ছন্দগী শাজৎ মওঙ অমত' ওইরম্মী; তৌইগুম্বসুং মখোয়না ভারত্তা লাক্লবা মতুংদা মখোয়গী লোল অদু অনার্যশিংনসু লোনবা হৌখি। অনার্যগী রা ভাঙনবা হকচাং—কায়াৎকী মওঙ অমসুং খোনহায়গী নিয়ম মতুংইন্না আর্যলোল অমসুং মদুদগী থোরকপা লোলগী খোনহায় অমসুং ছন্দনিয়ম হোংখি। ছন্দগী লৈবাক্তা 'অরায়বা সনা নাদা চিনবা' য়াদে, জাতি অমমমগী মশাগী লৈজবা মওঙ অদুদা মসিগী নিয়ম নন্দুনা লৈ। অমা ওইরবসু অমা ওইরবসু মৈতৈলোন্দা খোন্নিল ঈহৌ অমমম নাইনা স্বর হেন্দোক্লগা রা ভাঙথোকপনা খ্বাইদগী লায়, মরম অদুনা খোন্নিল-ঈহৌ অসিদা য়ুক্ষম ওইদুনা মৈতৈ ছন্দ শেম্মী। লৈ অমসুং খৌরীউতোংগী তোং চিংথোক চিংশিন্নচিংবগী পান্বেনা মৈতৈ খোম্থোক্কী খোনহায় য়াম্না লায়না পাঙথোকই, মরম অদুনা খোম্থোক্কী মথংমনাও নত্রগা খোম্থোক মথল মথল মথেলনাইনা তিন্নবনা ছন্দগী মরুওইবা মওঙ নত্তে। স্বর হোনবগী খোন্নিল্-ঈহৌ অমমমগী খোনকাপনা মৈতৈ ছন্দগী খ্বাইদগী মরুওইবা মওঙনি।

অমগা অমগা পুংবা চানবা নত্রগা symmetrical ওইবনা মৈতৈ ছন্দগী অতোপ্পা মরুওইবা মওঙ নত্রগা মগুণ অমনি। মৈতৈলোন্দা ছন্দগী কিদমদি জুরা জুরা নাইনা ছন্দশরূকশিংবু শীনবা অসিনি। মরম্

অহুনা ২ নম্রগা ৪—মশীং অনী অসিনা ছন্দ শেম্বদা অয়াম্বা শীজিন্নবা উই। ভারতকী সঙ্গীতকী মতম খায়দোকপদস্ত মওঙ অসি উবা ফংই; আবর্ত (খুৎকোয়) খুদিঙগী বিভাগমশীং অমস্তুং বিভাগ খুদিঙগী অঙ্গমশীং চাংওইনা অনী নম্রগা মরি লৈ। মৈতৈ কবিতাগী শৈখোঙশিংদস্ত চাংওইনা তানখোঙ অনী নম্রগা মরি লৈ। মসিনা অরিবা ছন্দ পূম্নমক্কী মওঙনি। পৌরপনা য়েংবদ' তানখোঙ অহুম-চৎপীবু ছন্দলৈরেং অতৈদগী তোঙানবা অমা ওইনা উই। তৌই-গুম্বস্তুং অশাংবা তানখোঙ-অহুমচৎপী অসি তশেংবদি তানখোঙ-মরিচৎপীগী অশম্বা মওঙনি—অশাংবা তানখোঙ-অহুমচৎপীগী অরোইবা তানখোঙ অহুনা অতোপ্পা তানখোঙ অনী অহুদগী শাংবা হেল্লি; মুন্না য়েংশিল্লগা উবা ফংগনি, অহুমশুবা তানখোঙ অসি অহানবা তানখোঙ অনীগা মান্নব' শব্ধক অমগা খরা পীকপা শব্ধক অমগা পূল্লগা ওইবনি। অপীকপা শব্ধক হায়বদি তানখোঙ অসি মরিশুবা তানখোঙগী অথূপ্পা শক্তম্নি। অদুগা অতেনবা তানখোঙ-অহুমচৎপীগী অহুমশুবা তানখোঙ অহু অহা বা তানখোঙ অনীদগী হেন্না পীকপা মরম্না ছন্দলৈরে' অ সবু তানখোঙ মরিচৎপীগী অথূপ্পা শব্দোল অমনি হায়না লৌবা য়াদে অমস্তুং মরম অহুনা মসিদা পুংবা চানবা মওঙ লৈতে হায়না নীংবা য়াই। তৌইগুম্বস্তুং অসিগুম্বা তানখোঙ অহুমচৎপীদি তানখোঙ অনীচৎপীগী অতোপ্পা শক্তম অমনি, মসিগী অহুমশুবা তানখোঙনা অহেনবা (hypermetric) শব্ধক ওইনা লৈজবর্তনি। খুদম ওইনা—

এ বৃন্দাবনগী য়ায়দা লাংথরবা কুঞ্জবন্দা
ঙাল্লি রাধিকানা।
শোল্লহুনা কৃষ্ণনামবু নাংজহুনা মবুঙোবু
ঙাইরি ওন্নথোইনা॥

অসিগুম্বা মফমশিংদ শৈশোঙগী অহুমশুবা তানখোঙশিং অহু অহানবা তানখোঙ অনীগা হাইফেৎ খাইদোক্লনা লৈ অমস্তুং অহানবা তানখোঙ

অনীগী ছন্দঙ্গৈচেলগী মতুংদা মপুংফাবা লোল্লেপ লাক্সমদাইদা ম্না-ঙানবা হকচাং-কায়াৎ হন্দোকহঙ্গিনগী খোম্বাং মথল অমনি।

I was not ever thus, || nor prayed that thou
Shouldst lead me on ;
I loved to choose and see || my path ; but now
Lead thou me on,

( Lead, Kindly Light ! -- Cardinal Newman )

অসিগুম্বা মওঙগী ইংরেজী কবিতাদা অনীশুবা অমসুং মরিশুবা পংতিনা অহানবা অমসুং অনীশুবা পংতিগী অরোইবা তানখোঙগী খোম্বাং ওইনা লৈবা উই, মৈতৈগী অতেনবা তানখোঙ-অহুমচৎপীগী অহুমশুবা তানখোঙসু অসিগুম্বা মওঙগী খোম্বাংনি।

ভারতকী সঙ্গীত খঙবশিংনা খঙগনি—অতেনবা তানখোঙ-অহুমচৎপী কবিতাবু একতালাদা অমসুং অশাংবা তানখোঙ অহুমচৎপীবু কারালী জাংকী তালদা শকপা য়াই। একতালাগী বিভাগ খুদিঙদা অঙ্গ অনী অনী অতুগা কারালীগী বিভাগ খুদিঙদা অঙ্গ মরি মরি লৈ। মরম অতুনা মসিদগীসু তানখোঙ-অহুমচৎপীগী অথুপ্পা কাঙলোল খঙবা ঙম্মী। মৈতৈগী খুলঙঈশৈ, লাইশোন-ঈশৈনচিংবা অরিবা শৈরেং পুম্নমক্তা অসুম্না পুংবা চানবগী মওঙ অসি উবা ফংই।

হৌজিক্কী মৈতৈ শৈরেংদা পুংবা চানবগী মওঙ অসি অতুক য়াম্না মরুওইনা লৈতবা ওইনা তৌই। অনৌবা যুগকী কবিশিংনা symmetry নত্রগা পুংবা চানবগী মহুক্ত variety নত্রগা মথেল-নাইবগী মওঙ কয়া পুরক্নবা হোৎনরি। মথোয়না তাল্লিবদি মথলমথা অয়াম্বা সুংহৌগী ইঙ্গিৎ পীবনি, মরম অতুনা মথোয়না সুংহৌ-তাকপা মথেলনাইবা-মওঙ পুরক্নবা হোৎনৈ। তৌইগুম্বসুং মথোয়গী ছন্দমশেম অতু নীংথিনা য়েংলবদি উবা ফংগনি—করি করিগুম্বা মায়কৈদা মথেলনাইবা মওঙ লৈরবসু পুংবা চানবনা ছন্দগী যুক্ষম

ওইহুনা লৈ। মতুদি, blank verse নত্রগা থৈমান্নদবা ঈচেলনাইবা ছন্দ অমসুং মনীংতম্বা ছন্দদা পূংবা চানবা য়েংদনা ভাবকী মতুংইনবা ফিদমদা ছন্দ শেন্নবা হোংনৈ; তোইগুম্বসুং ঈচেলনাইবা ছন্দদা মথেল নাইনা লোল্লেপ তাবা অমসুং তানখোঙ য়াম্না পূনব অসিনচিংবা মরম্না মথেলনাইবগী মওঙ লৈরবসু ছন্দগী মরুওইবা উচন্দদি পূংবা চানবগী মওঙ কায়দনা লৈ, হায়বদি খোল্লেপ তাকমগী মায়কৈদদি পূংবা চানবগী মওঙ অতুম লৈ। থুদম ওইনা—

বাহৈ-বাংমদা চত্তুনা / কৌজকরবদি //
অমুক্তং পুক্নীং নঙনা, * / লাকচগনি পুক্নীং //
পুম্বা, * নমথেক্তুনা লোইনা / অর্থগী শম্বল্লাং, * //
ভেংবানপুম্বগী অপুনবা / পুক্নীংনা লৈরিবা //
বিশ্বলোক অতু য়োনা, * / ছন্দগী ঈহৌনা //
লমজৌংলিবা, * শিল্পীশিংগী / শিন্নবা তাক্লিবা //
লমদমতুদা। * *

পংতি খরা অসিদা মথেল নাইনা লোল্লেপ তারবসু খোল্লেপ তাকমদি পূংবা চাননা অতুম লৈ।

ললিত কলা পুম্নমক্তা পূংবা চানবগী মওঙ অসি লৈবা উই। য়ুমশা-কৈশা, লাইয়েক-লাইশাদগী হৌহুনা জগোইগী কলাফাওবদা মওঙ অসি উবা ফংই; মীওইবগী হকচাংদা পূংবা চানা হায়বদি অমগা অমগা থোং চাননা হকচাং-কায়াৎশিং অসি লৈবা মরম্না ছন্দ শেম্বদা পূংবা চানবগী মওঙ অসি অশুক য়াম্না চঙশিল্লকপা ওইবসু য়াই। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু লোল পুম্নমক্কী কবিতাদা মওঙ অসি উবা ফংই। অরিবা ইংরেজী কবিতাগী শৈথোঙ খুদিঙমক শন্নক অনী থোন্না খায়দোকই, হৌজিকী ইংরেজীদসু চাংওইনা শৈথোঙ খুদিঙগী মরক্তা caesura অমমম লৈ। সংস্কৃততসু 'পদ্যং চতুষ্পদী' হায়বা সংজ্ঞা অসিদগী পূংবা চানবগী মওঙ লৈ হায়বা

খঙবা ঙম্মী। তৌইগুম্বসুং মৈতৈ ছন্দগা অতোপ্পা লোল অয়াম্বগী ছন্দগা মহৌশাগী শাজত্তা খেন্নবদি মসিনি—মৈতৈলোন্দা পূংবা চানবগী ঈফাওনা ছন্দঈফাওগী মরুওইবা মচাক ওইনা লৈ। ছন্দশরূক অনীগী পূংবা চানবা মওঙগী ঈফাও লাক্তুমখৈ মৈতৈ ছন্দগী ঈফাও লাক্তে। খুদম ওইনা, 'মচুগী ক্বাগোক হাংলক্লে' হায়বা অসিতনা করিগুম্বা ছন্দগী ঈফাও অমত্তা লাকহনবা ঙমদে, 'মচুগী ক্বাগোক হাংলক্লে সনাগী থম্বাল য়াকায়রে' অসুম্না পূংবা চানবা ছন্দ শরূক অনী লৈরবা মতমদা ছন্দগী ঈফাও পোকহল্লি। তৌইগুম্বসুং ইংরেজীদদি accent য়াওবা অমসুং accent য়াদবা syllable তিন্নবদগী ছন্দ ঈফাও লাকই, হায়বদি করিগুম্বা মওঙগী ঈথক য়াওবা foot অমমম লৈবদগী নত্রগা accent-কী লৈফম মতুংইন্না ছন্দ ঈফাও লাকই। Where smiling spring ॥ its earliest visit paid—হায়বা শৈখোঙ অসিগী মরক্তা caesura অমা লৈত্তনা পূংবা চানবা শরূক অনী থোক্না খায়দোক্লি, তৌইগুম্বসুং শৈখোঙ অসি লোইনা পাত্রবসু ছন্দঈফাও খঙবা ঙম্মী। Where smiling spring হায়রগা accent-কী লৈফম মতুংইন্না খোম্লিল ঈচেন্দা ঈথক হৌবা অত্তুনা অত্তুম ছন্দগী ঈফাও পোকহল্লি। সংস্কৃততসু স্রগ্ধরা, মন্দাক্রান্তানচিংবা ছন্দদা পাদ অমমম মপূংফাত্রিভৈঙদনা মথলমখা অযাম্ব' গণগী মতিন্ন নত্রগা মশীন্না অতেনবা অমসুং অশাংবা খোম্থে কী মথংমনাও নাইবা মওঙ কয়াদগী ছন্দঈফাও লাকই অমসুং থোইদোকপ মথল অমগী ভাব পোক্লকই। অসিগুম্বা ছন্দগী মওঙশিং অসিনা ভারতকী সঙ্গীতকী রাগরাগিণীগী আলাপকা মান্নবা অতোপ্পা লোল কয়াগী ছন্দদা শহুম লাংহনবা য়াওরি হায়বদি চঙশিন্দুনা লৈবা য়াওরি।

ছন্দঈথক্কী অসিগুম্বা মথেলনাইবা মওঙ অসি মৈতৈলোন্দা সুকলৈ লৈতবদি নত্তে। তোইগুম্বসুং মতু খোম্থোক্লা ওইহনবা মওঙ নত্তে, অতেনবা অমসুং অশাংবা খোম্থোক্কী মথেলনাইবা মশীন্দগী থোকপা নত্তে। মরমদি, মৈতৈলোলগী খোনহায়নিয়ম মতুংইন্না খোম্থোক

পুন্নমক জাৎ অমতা মকম ( ওজন ) অমতা ওইনা তৌই। ইংরেজীদা **accented** অমম্বুং **unaccented** অহুগা সংস্কৃততা অতেনবা অমস্বুং অশ্যংবা অনীসি তোঙান তোঙানবা জাৎকী খোম্থোক ওইবগুম্না মৈতৈলোন্দদি ওইদে।

মতাং অসিদা য়াফম অসিগী মরমদ খরগা নৈনবা চুম্মী। মৈতৈ খোন্নিম্থোই ছন্দদা সংস্কৃতকী মথেলনাইবা ঈথক অহু চপচানা পুরকপা য়াই হায়না কনা কনাগুম্বনা খনবা যাই ; মরমদি মৈতৈ খোন্নিম্থোই ছন্দদসু অশাংবা খোম্থোক য়াম্না শীজিন্নৈ। খুদম অমা যেংসি—

```
+ -    - + -   - -
মতম  :  কুইনগী /  তুংদা

- -       - +   + +    - -     + +
লেঙশিল  :  নক্লে / ইমা  :  মৈতৈ  :  চনু

- -     + - +    - -    + - +
মৈতৈ  !  সাহিত্য / মন্দির  :  মহুংদা
```

অহানবা মীৎয়েংদদি নীংবা য়াই—মসিদা অশাংবা খোম্থোক অমুক য়াম্না শীজিন্নরিবসিনদি মেতৈলোন্দা অতেনবা অমস্বুং অশাংবা খোম্থোক মথেল নাইনা তিন্নবগী মওঙ অমস্বুং সংস্কৃত ছন্দগী মওঙ অহু করিগী চপচানা পুরকপা যাদদগে ? তৌইগুম্বসুং খরগা কুপ্পা য়েংশিল্লবদি উবা ফংগনি—মৈতৈগী অশাংবা খোম্থোক খুদিঙমক খোনকাপ অনীগী খোম্থোক ওইদে ; মহুদি তানখোঙমতেক অমতদা থংনথংনবা অশাংবা খোম্থোক অনী লৈরবদি মৈতৈ খোনহায় মতুংইন্না অশাংবা খোম্থোক খুদিঙদা খোনকাপ অমমগুং নত্রগা অমমখায় লৈ, হায়বদি অসিগুম্বা মফমদা অতেনবা খোম্থোক নত্রগা খোনকাপ অমগী খোম্থোক্না অশাংবা খোম্থোক্না খোইনা খেন্নদনা লৈ। মরম অহুনা সংস্কৃততা অশাংবা খোম্থোক থংন-থংননা শীজিন্নবা মরম্না অতপ্পা অরাম্বা অরেম্বা ভাব পুবগী মওঙ অমস্বুং মরক মরক্তা অতেনবা খোম্থোক শীজিন্নবা মরম্না খোন্নিল-ঈচেল য়াঙনা ( থুনা ) চেল্লগা অমুক

অশাংবা খোম্বোক্কী মশাদা য়ৈথুনা ঈথক হৌহনবগী মওঙ অদু মৈতৈ ছন্দদা চপচানা লৈহনবা য়াদে। মৈতৈলোন্দা খোনকাপ অনীগী খোম্বোক শীজিন্নবসু ৱাংলি, অয়াম্বা মতমদা ৱাহৈ অমতগী মনুংদা নত্রগা তানখোঙমতেক অমতগী মনুংদা থংন-থংননা খোনকাপ অনীগী খোম্বোক শীজিন্নদে। খোনকাপ অনীনা শাবা খোম্বোক থংন-থংননা লৈবা অদু তানখোঙমতেক অমতগী মনুংদা লৈতথুনা তোঙান তোঙানবা তানখোঙমতেক নত্রগা তানখোঙমরুগী মনুংদা লৈরবদি মরক্তা খোল্লেপনচিংব' লৈবনা থংন-থংননা লৈব' অদুগী থোইদোকপা কান্নবা ফংদে। মরম অদুনা মৈতৈ ছন্দদা মথেল নাইনা ঈথক হৌফম য়াম্না খূনা লৈ।

তৌইগুম্বসুং অথুবা লমদম অসিদসু মৈতৈ খোন্নিম্বো'ই ছন্দদা হৌবা খোম্নিলঈথক অদু ইংরেজী অমসুং সংস্কৃত ছন্দগী ছন্দঈথক্তা মাইন্নৈ হায়বা যাবরা শন্ননীঙ'ইনি মত'ং অসিদ' তোঙান তোঙানবা লোলগী খোন্নিলগী শাক্তং খরা কূপশিন্না যেংশিনবা তাই। মৈতৈলো'ন্দ সংস্কৃতকুম্না তিন্নদবা অশাংব' স্বর শীজিন্নবগী মওঙ অ'সি লৈতে হায়বা য়াই। খে'ন্নি-ম্বো'ই ছন্দদা তিন্নবা খে'ম্বোকপু খে'নকাপ অনী ওইনা লৌই, মখো'য়গী খোনহায়গী মতমগী চাংদি খোম্বো'ক অতৈ অতৈভদগী হেল্লি। তৌইগুম্বসুং ছন্দঈথক য়াম্না হৌহনবা তারবদি খোম্বোক মথল অনা চঙই; মখল অনীসিগী মরক্তা গুণংগ খেন্নবা য়াম্ন' শেংন' লৈহনগদবনি। তৌইগুম্বসুং মৈতৈ খোন্নিম্বোই ছন্দদা খোনকাপ অনীগী খোম্বোক্কী মনুংদা অসিগুম্বা করিগুম্ব মগুণ অমা লৈবরা, মতুগীদমক মখো'য় অসিবু খোনকাপ অমগী খোম্বোক্তগী পুমতোপ তোপ্পা জাংকী খোম্বোক্কি হায়না লৌবা য়'বা—হায়বদি মখোয় অসিবু হায়দোকপদা ৱা ভাঙনবা হকচাং কায়াংকা ইতোপ তোপ্পা থৌওঙ অমা চঙবরা?

হায়নবা হায়খ্রে, মৈতৈ খোলহায়দা স্বরনা অদুক য়াম্না মরুওইনা লৈতে, মৈতৈলোন্দা স্বরনা অতেপ্পা ময়েকশিংবু

নক্ষত্তুনা থমদে। অয়াম্বা মতমদা স্বরগী খোনহায় অমুকী মতীক য়াংই, মতুদি ছন্দগী হিসাবতা মতু য়াওহন্দবা য়াই। মথকী শৈরেং-শৱাক্তা 'মন্দির্' হায়বা ৱাহৈসিবু খোম্থোক অনীগী ওইনা উৎলি, তৌইগুম্বসুং মসিবু কনাগুম্বনা খোম্থোক অহুমগী ওইনা উৎলবসু, হায়বদি মন্দির অসুম্না পারবসু ছন্দ করিমতা কায়ৱোই অমসুং খোনহায় থজিঙং হোংবতু নাকোংদা খোইদোক্না কাওৱোই। তৌই-গুম্বসুং সংস্কৃত অমসুং ইংরেজীদা অসুম্না তৌরবদি ছন্দ কায়গনি। মৈতৈ খোনহায়দা—খোইদোকহেন্দোক্না খোম্নিম্থোই ছন্দগী শৈরেং পাবা মতমদা স্বর য়াম্না য়াংনা হায়দোকই, মরম অতুনা খোম্নিম্থোই ছন্দদা অশাংবা অমসুং অতেনবা স্বরগী খেন্নবা অতুক য়াম্না লৈতে। মতাং অসিদা, খোম্নিম্থোই ছন্দদা তিম্নবা স্বরনা চম্বা অমসুং ব্যঞ্জন্না চম্বা খোম্থোকপু খোনকাপ অনী ওইনা লৌবা মতমদা খোম্থোকশিং অতু অশাংবা-স্বর-চেনবা ওইফম থোক্তরা হায়বা ৱাহংসি পোকপা য়াই। খোম্নিম্থোই ছন্দদা ব্যঞ্জন্না চম্বা অমসুং তিম্নবা স্বরনা চম্বা মৈতৈগী খোম্থোক্তা অশাংব' স্বর চেল্লি হায়না লৌরবসু মসিগী মরমদা সংস্কৃতকা মৈতৈলোনগা খেন্নবদি লৈ। হান্নবা থঙম্রে, মৈতৈলোলগী নিয়মদা ৱাহৈ খুদিঙমকপু নক্নবা ৱাহৈগা তিম্নদনা থম্মী। 'কল্লপ তৌন' নক্নগা 'ঈশ্বর মানা' অসিনচিংবা অসিবু ঐখোয়না 'কল্লপ্তৌনা' 'ঈশ্বর্মানা' অসুম্না পুনশিন্নগা পাদে। সংস্কৃততদি অসুম্না পাব ঁঅসি চৎনৈ। ব্যঞ্জনময়েক পুনশিন্নবা অসি ঐখোয়না য়ারিবমখৈ লৈতনবা হোৎননীংই। মসিগী মরমদি মৈতৈগী মহৌশানা হুংঙাইবা পাম্বা অসিনি। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু ৱাহৈ খুদিঙমকপু মতুংগী থংনবা ৱাহৈগা তিম্নহন্দনবা ব্যঞ্জন্না চম্বা ৱাহৈগী মতুংদা ঐখোয়না ঙাইহাক্তুং পোথারগা মথংগী ৱাহৈ অতু হোই। অসুম্না পোথাবা মতম অতু য়াংনা হায়দোকপা স্বর অমগা মান্নৈ হায়না লৌবা য়াই। অসিতা নত্তনা মৈতৈলোন্দা ৱাহৈ খুদিঙমকী অহোবদা খোল্লুম হাইফেৎ তাই, মতুগীদমক ৱা-ঙাঙনবা

হকচাং-কায়াৎনা শেমশানবগীদমক মতম থরা পীদবা য়াদে। মরম অসিনা মক্কম অয়াম্বদা রাহৈগী অরোইবা তিন্নবা খোম্থোকপু খোন-কাপ অনী ওইনা লোই। মৈতৈ খোনহায়নিয়মদা ‘ঈশ্বর মানা’ হায়বা রাহৈ কাণ্ডলূপ অসিবু ‘ঈশ্‌+র+র+মা+না’ অস্থুন্না পাবগী মহুত্তা ‘ঈশ্‌+রব্‌+( )+মা+না’ অস্থুন্না পাই। মরম অসিনা ব্রেকেট মহুংগী অহাংবা মক্কমদা ‘অ’ স্বর অসি থম্নবস্থু ছন্দগী নত্রগা খোন্নিলঈচেলগী করিগুম্ব হংহাঙবা অমতা লৈতে।— মসিনি রাহৈগী অরোইবদা লৈবা তিন্নবা খোম্থেক্কী রা। তৌইগুম্বস্থুং খোন্নিম্থোই ছন্দদা রাহৈগী মরক্তা লৈবা তিন্নবা খোম্থেকপু খোনকাপ অনী ওইন লৌরিবা করিগীনো? শৈনিম্থেই ছন্দদা রাহৈগী মরক্তা লৈবা তিন্নবা খোম্থেকপু খোনকাপ অনী ওইনা লোদে; অমস্থুং ঐখোয়গী চুম্ন র ভাঙনবগী খোনহায়নিয়ম নত্রগা রারেংগী খোনহায়নিয়ম কূপ্না য়েংলগা খঙগনি থেংইদোকপা মক্কম নঙনা রাহৈগী মরক্তা লৈবা তিন্নবা খোম্থোক্তি খোনকাপ অনা ওইনা লোদে। খোন্নিম্থোই ছন্দদা খোনহায়গী অশেম্বা শরুক থরা লৈ, মসিগী খোন্নিলঈচেল নত্রগা খোন্নিলঈথক্তি চুম্না ভাঙনবা রারেংগী মতুং ইন্দে। মসিদা ময়েক পুনশিন্ন হায়নীংদবগী মওঙ য়াম্না য়োশিন্না লৈ, রা ভাঙনবা হকচাং-কায়াৎকী স্থুংভাইবা পাম্বা হায়বদি কম্না নোম্নীংদবা অহু য়োশিন্না ক্ষোংদোকই। মসিদা তিন্নবা খোম্থোক লৈরগা র-ভাঙনবা হকচাং কায়াৎপু ভাইহাক পোথাহন্নি। রাহৈগী মথুংদা লৈবা তিন্নবা খোম্থোক অহু চ দাক্নবা মতুংদা মতম থাজক্তুং মমাঙগী থংনবা ব্যঞ্জনগী ঝঙ্কার নত্রগা খোন্নিল লৈহৌই, অমস্থুং মহুদা খোনকাপ অমগা মেনশিনথি। ‘মন্দির মহুংদা’ হায়বা রাহৈকাণ্ডলূপ অসিবু ঐখোয়না ‘মন্‌+(ন্‌)+দিব্‌+(র্‌)+ম+হুং+(ং+দা’ অস্থুন্না পাই। তিন্নবা স্বরগী মতাংদস্থু অস্থুন্না লোই, মহুদি ‘মৈতৈ চনু’ হায়বা অসিবু ‘মৈ+(ই)+তৈ+(ই)+চ+নু’ অস্থুন্না হংদোকই।

মরম অহুনা মৈতৈ খোন্নিম্থোই ছন্দদা খোনকাপ অমা অমস্থুং

খোনকাপ অনীগী খোম্মোক শীজিন্নরবসু সংস্কৃতকুম্না অতৈনবা অমসুং অশাংবা স্বর খায়না শীজিন্নদে। মরম অদুনা সংস্কৃততা ছন্দগী ঈথক হৌবা অদুক মৈতৈ শৈরেংদা হৌদে। মরক মরক্তা ডাইহাক্তং পোথাবা নত্রগা খোন্নিলগী ঝঙ্কারনা ফজবা খরদং লৈহনবা য়াবা অদুমখৈতনি খোন্নিম্মোই ছন্দদা লৈহনবা য়াবা। তৌইগুম্বসুং সংস্কৃতকী ছন্দঈথক অদুাদ মৈতৈলোন্দা চপচানা লৈহনবা য়াদে।

মৈতৈ খোল্লুমখোই ছন্দদা স্বরনা মরুওইবগী চাং হেন্না লে, অমসুং মসিদা খোহদোকপা খোম্মোক্কী মথক্তা খোল্লুম শেংনা তাই, মরম অদুনা মাসদা মগুণ খেন্নবা শেংনা লৈবা মতুংইন্না খোম্মোক জাং অনী লে হায়বা নীংথনা খঙবা ঙম্মী। তৌইগুম্বসুং মাসদা মথেললনাইবা মওঙ্দি য়াম্না রাংলে।

মৈতৈ শৈনিম্মোক ছন্দদা তপ্পবা মযেক হৈশিংনা শীজিন্নবা মফম অদুদা সংস্কৃত বৃত্ত ছন্দদা তৌইগুম্ব ওম্বা লুম্বা, লেম্বগী ভাব অমা লৈ ছন্দ অসিদা রাহৈগী মরক্তা লৈবা তিন্নবা খোম্মোকপু খোনকাপ অনী ওইনা লৌদে, অমসুং মদুগী মতুংদা করিগুম্বা পোথাফম নত্রগা ঝঙ্কারগী ঈহৌফম অহংবা অমতং লৈতে; মরম অদুনা মসিদা ব্যঞ্জনমযেক পুনশিন্না হাংদোকই। মরম অসিনা তপ্পবা অমসুং তপ্পদবা মযেক হৈশিংনা শীজিন্নদুন খোন্নিলঈথক অমা হৌহল্লি। তৌইগুম্বসুং মসিদসু ঈথক হৌফমগী লমখৈ অকক্লে, মরক মরক্তা ডাইহাক পোথ গদবনি, মসিদা ব্যঞ্জনমযেক পুনশিন্না হাযদোকপা য়াওদে। অসিতা অদুনা শৈনিম্মোই ছন্দদা মথল অমগী অচিংবা স্বর য়াওবা মরম্না ছন্দ অসিদ স্বরগী খোনহায় অদুক য়াম্না যাংনা থমজ্রবসু য়াই অমসুং স্বরগী মথক্তা শাফু পীনীং-লবসু পীবা য়াই। মরম অদুনা মফম অসিদা তিন্নবা খোম্মোক্কী মহুচনবা স্বরমযেক অদু অরাম্ব ( গুরু ) ওইবা য়াই, মসিনা মরম ওইদুনা তিন্নবা খোম্মোকপু খোনকাপ অনী ওইনা লৌদে। মরম অসিনা অসিগুম্বা ছন্দ অসিদা সংস্কৃত বৃত্ত ছন্দগী খোম্মাং পুরকপা

য়াই; মরমদি, মসিদা খোঙ্খোক জাৎ অনী হায়দোক্লবগীদমক য়া-
ঙাঙবা হকচাং-কায়াৎনা মখল অনী থোক্লা হোৎনবা চঙই।

তৌইগুম্বসুং মতৌ শানা মৈতৈ শৈরেংদা মথেল্লনাইবা ঈথক
হৌই, মতু খোঙ্খোক-শীন্ন হোৎনবা নত্তে। তোঙান তোঙানবা
খোনকাপকী রাহি অমসুং থাহৈকাঙলুপকী মতিন্নদগী থোকপনি,
তোঙান তোঙানবা মখলগী খোঙ্খোক পূনবদগী মথেলনাইবা মওঙ
অসি লাকপা নত্তে। মৈতৈ ছন্দদা খোল্লেপকী লৈফম অমসুং মতুদগী
থোকপা ছন্দশব্দকশিং অতুনা অমতওইবগী মওঙ লৈহল্লি; তৌই-
গুম্বসুং লোল্লেপকী লৈফম অমসুং মতুনা থোকহনবা মুংশাস্বর কাঙলুপ
নত্রগা অর্থকাঙলুপকী মথংনাওদগী মথেলনাইবা মওঙ পুরকপা
য়াই। ঈচেলনাইবা ছন্দদা অসুম তৌনা মথেলনাইবা মওঙ পুরকই।
মনীংতম্বা ছন্দদদি অতোপ্পা মওঙ কয়াদা মথেল নাইহল্লি। মতুদনা
খোল্লেপ অমসুং লোল্লেপ অয়াম্বা মতমদা তিন্ননা তাই, তৌইগুম্বসুং
তানখোঙমরুগী খোনকাপ, তানখোঙ খুদিঙগী তানখোঙমরুমশীং অমসুং
শৈখোঙ খুদিঙগী তানখোঙমশীং য়াম্না অকরুদে; মুংহৌগী শাকু
মতুংইন্না হেঙ্গৎলি নত্রগ হস্তে। তৌবতদি অসুম তৌনা হেঙ্গৎপগী
নত্রগা হস্থংগীসু অরেপ্পা লমখৈ অম লৈ। মতুতা নত্তনা মরক
মরক্তা অহেনবা রহৈ শীক্তিন্নবনস্ম মথেলনাইবগী মওঙ খরা লৈহল্লি।
শৈখোঙগী মমুংদা মরক মরক্তা লোল্লেপ তাহন্দুনা অমসুং খোনখৈহনগী
(অন্ত্যানুপ্রাসকী) মখলমথেল লৈহন্দুনা মথেলনাইবগী মওঙ হেঙ্গৎ-
হনবসু য়াওই। অসিত নত্তনা তানখোঙমরুগী মমুংদা তানখোঙমতেক
শীনবগী মওঙদগীসু মথেলনাইবা মওঙ লাকপা য়াই; তৌইগুম্বসুং
মতুদি খোইনা শীংথানীঙাই ওইদে, মরমদি ছন্দ কায়ত্রবদি অতুক
য়াম্ন পীকপা ছন্দশব্দকশিং অতুগী খোনকাপনা নাকোংদা খোইদোক্লা
পালহনবা ঙমদে।

মৈতৈ শৈরেংদা পুংব চানবা ছন্দশব্দকশিং অতু অপূনবা খোন-
কাপমশীংদা য়াম্নরবস্ম মতম পুম্নমক্তা ছাগা নত্রগা কোনফম অমতগী

ওইদে। মৈতৈ খোনহায়দা মহৌশানা চিথেক কোঞ্জিন নাইবা ৱাংলি, মরম অদুনা থোইদোকপা কোনফম অমদা তানখোঙমতেক নত্রগা তানখোঙমরু শেম্নগা পুক্রীং থম্মোইদা অদুক যাম্না পালহনবা ঙমদে; অমসুং মতম পূম্নমক্তা কোনফম চানা হাপ্প য়াবা ৱ হৈসু ফংদে। মরম অসিনা মৈতৈ ছন্দদা কোনফমগী মশেম ফজবা উৎনবগী খুদোংচাবা ৱাংলি. অমসুং মরম অসিনা কবিশিংনা মতু থোইদোক্লা হোৎনদে। ছাচা অমদা হৈবা কবিতাদসু ছন্দশরুকশিংগী অপূনবা খোনকাপমশীংনা ছন্দঈফাও থঙনবা মরুওইবা পোৎনি। ছাচা হোংলবসু খোনকাপ মাম্নরবদি মৈতৈ ছন্দনা থোইদোকপা অকায়বা লৈতে, অয়াম্বা মতমদা অহোংবা অদু নাকোংদা পান্দে।

য়াকায়হৈবী : সুজাগী / সুংদা : চীকপা মীৎচিন।
চীক্লে: খোম্বজিন্নুংসিগী / সুংশিলৈয়োম : মক্তদা

পরেং অনী অসিদা তানখোঙমরুগী ছাচা মফম পূম্নমক্তা মখল অমতদা লৈতে, পূংবা ওইনরিবা তানখোঙমরুশিং অসিগী তানখোঙমতেক থায়বগী মওঙ মাম্নদে। অদু ওইরবসু পাবা মতমদা, ছাচা হোংবদু থোইদোক্লা থঙবা ঙমদে; তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙমতেক্কী মশীং অমসুং খোনকাপ মাম্নবা মরম্না মফম পূম্নমক্তা ছন্দগী অমতওইবা মওঙ ফাওই, মথেলনাইবগী ইঙ্গিৎ ফংদে।

মীওইবগী হকচাংদা পূংবা ওইনবা শরুকশিং অদু চাং চপ মাম্নদবগুম ছন্দগী শরুক খুদিঙমক খোনকাপতা মতম পূম্নমক চপ মাম্নদে। করি করিগুম্বদা মপূংফাবা লোল্লেপকী হেক মমাঙদা লৈবা শরুক অদু খোনকাপমশীংদা পীকপা য়াওই অমসুং মদুনা মপূংফাবা লোল্লেপকী লৈফম হাম্নদগী থঙবা ঙম্মী।

মতাং অসিদা ৱারেং অমসুং শৈরেং খেম্নবগী ৱাকম থম্নদং অমূক নৈনসি। হাম্না হায়প্রে, মৈতৈ ছন্দগী মচাক্তি তানখোঙমরুনি, অমসুং খোম্লিল-ঈহৌ নত্রগা খোল্লী অমমমদা ৱাহৈপরেংগী হায়দোকপা

অদু ওইরবদি শৈরেংগা খেন্নবা করিনো ? রারেংদা তানখোঙমরু খায়দোক্লবস্থ মতুদা খায়দোকপগী মওঙদি খে ন্নিলঈহৌ .ত্রগা খোল্লীগী মতুংইন্দে, অর্থগী মতুংইল্লি ; তানখোঙমরু থুঙমক রাহৈপরেংগী শরুক নত্রগা অর্থকাঙলূপ ... up , অমমত্রি। মতুদা ছন্দদি মপুংফানা অর্থকাঙলূপকী মখাপোল্লি তৌইগুম্বং যাম্ব মতমদা শৈরেংগী মরুওইবা শরুক হাযবদি তানখোঙমরু অমমমগা রাহৈপরেংগী শরুক নত্রগা অর্থকাঙলূপ অমমমগা খেন্নত্রবস্থ শৈরেংদদি শরুক খুদিঙগী অর্থদগী খোন্নলনা মরুওইনা হেল্লি। অদুগ ওইনমক খোন্নলগী মতুংইন্না শৈরেংগী শরুক অমমম ওই হাযবসি শৈরেংগী মতুংদা খোনথৈহন, খোন্নম অসিনচিংবগী লৈফমদগী শেংনা ওবা ছন্দী। তৌইগুম্বম্বং রারেং অমস্থং শৈরেংগী খেন্নবা শেংনা ওবসি খোল্লেপকী লৈফমদগীনি। শৈরেংদা শৈখোঙ খুদিঙগী অরোইবদ পুংফাবা খোল্লেপ লৈগনি, মসিদা মতেকওইবা নত্রগা মপুংফাবা করিগুম্বা লেল্লেপ অমা লৈবা য়াই শৈরেংদা খোল্লেপকী লৈফমদি করিগুম্বা ছাংচা নত্রগা ফিদম অমা মতুংইন্দে ; রাহৈপদ্বে ত্রগা রাহৈপরেংগী শরুকী অরোইবদা অর্থগী মতুংইন্না লোল্লেপ তাই। শৈরেংদা চাংওইনা তানখোঙমরু মরি মঙ গী মতুংদা মপুংফবা লেল্লেপ তাই। রারেংদনা তানখোঙমরু নিপাল, তবা নত্রগা মতুদগী লেনব মশীংগী তানখোঙ-মরুগী মতুংদস্থ মপুংফাবা লোল্লেপ তাবা যাই।

## খোনকাপ

অসিগী মতুংদা খোনকাপকী রাফম খরা অমুক নৈনসি। ঈশৈ অমস্থং কবিতা অনীমক্তা খোনকাপ ( মাত্রা ) হায়রগা মতমগী চাংবু খঙনৈ।

হান্না হায়খ্রে, মৈতৈ শৈরেংদা খোম্বোক্কী মতুংদা খানকাপ খেন্নবা উরবস্থ মতুবু খোম্বোক্কী মতুংদা ঙাং পেন্নবা লৈ হায়না নীংলুবদি য়াদে। মরম অদুন গ্রীক iamb, trochee, spondee অসিনচিংবা

foot, অমসুং সংস্কৃতকী 'য', 'ম', 'ত', 'র' অসিনচিংবা গণ অসি তোঙান তোঙানবা গুণগী খোম্লোক্না শেম্ব' ওইবনা খোইদোকপা মওঙগী ঈথক চেল্লবসু মৈতৈগী তানখোঙমরু নত্রগা তানখোঙমতেক্তদি খোম্লোক্কী জাং খেন্নবা অসি লৈতবনা আসগুম্বা মওঙ অসি লৈতে।

ছন্দশাস্ত্রদ খোনকাপ নত্রগা মতমগী চাংগী মরুওইবা অর্থ করিনে' হায়বসি মুন্না খঙগদবনি। ছন্দশাস্ত্রগী মতম অসি পদার্থবিদ্যা নত্রগা physics-কী মতম অদু নত্তে, হায়বদি objective নত্তে, মতমগী চাং ওন্নবা যন্ত্রদা মসি চপচান' ফাবা ঙমদে। তানখোঙমরুগী খোনকাপ নত্রগা মতমগী চাং হায়রগা তানখোঙমরুগী অহানবা খোম্লোক হায়দোকপদগী নরোইবা খোম্লোক হায়দোকপফাওবগী মতম অদুবু শঙনদে অং।হ্ব। মতমদা উবা ফংঙ, তানখোঙ-মরুগী মচু দা খোথাফম, মপূ ফাবা লোল্লেপ তাকমফাওবা লৈ, তোইগুম্বসুং খোথবা নত্রগ লোল্লেপকী মতম্না করিগুম্বা খোম্লোক হায়দোকপগা ততদগী শাংবা হেল্লবসু খো কাপকী হিসাবতা মচু য়াওদে। মচুদি -

(ক) কন, * লোনমচাউবা নচনা / উৎ চাইবা শাম্ব //

(খ) ঐ থোনমরুদ ! * * চাইম্ব / চাইনীংমখৈথ চাইম্বু, //

(গ শেগাংবগা লোনম লাংদো / খচগনি ইতৌক। //

পরেং খরা অসিদা লৈই চিংলবা তানখোঙমরুশিং অসি ছন্দগী নিযমদা মনৈন্ন (ক=খ গ) অদু ওইরবসু তানখোঙমরু অমদা কবিগুম্বা লোল্লেপ অত লৈতে, অমদা মতেকওইবা লোল্লেপ, অতোপ্পা অমদনা মপূংফাবা লোল্লেপ লৈরি। Objective ওইবা মতমগী চাংদা খোনকাপমশীং নপ্লন্নবদি অস্নুম্না ওইরম্লোইদবনি।

ছন্দগী মতমদি এপান জগৎকী objective ওইবা মতম নত্তে। রা-ঙ ঙনবা হকচাং কায়াৎনা খোম্লোক হায়দোক্নবা হোৎনবগী মথক্তা মসিগী চাং নন্দুনা লৈ, হায়বদি হোৎনবা অসিগী চাং মচুংইম্না

খোঙ্খোক্কী খোনকাপ-চাং ফাওরকই। তানখোঙমরুগী মমুংচনবা খোঙ্খোক্কী অপূনবা খোনকাপকী মথক্তা তানখোঙমরুগী খোনকাপচাং নল্লি। মরম অদুনা তানখোঙমরুগী মমুংদা পোথাবা নত্রগা লোল্লেপ লৈরবস্তু মচুগীদমক খোনকাপমশীং থেন্নবা লৈতে। খোনকাপকী য়ুম্ফমদি, র্‌া-ভাঙনবা হকচাং-কায়াংনা হায়দোক্লবা হোৎনবনি; খোনকাপকী ফমল্লা থম্মে ইগী ভুংবান্দা লে। তোঙান তোঙানবা খোঙ্খোক হায়দোক্লবা হোৎনবগী মতমগী চাং মতুংইন্না থম্মোইদা তোঙান তোঙানবা খোনকাপকী চাং ফাওরকই,— করিগুম্বনা অতেনবা, করিগুম্বনা অশংবা, করিগুম্বনা য়াম্না শাংবা ওইনা ফাওরকই তোইগুম্বগী অসিগুম্বা খোনকাপকী মতম অসি খোঙ্খোক হায়দোক্লবগী দমক চৎবা objective ওইবা মতমগী মতুং চাউরাক্লা ইল্লবস্তু মতগী অথোং অহেন চাংমক্তদাদ চপচানা নন্দে। খোনহায়গী objective ওইবা মতম হিসাব তৌরগা খঙবা ঙমগনি, অশাংবা খোঙ্খোক ওইরগতা অমগা অমগা মান্নবা নত্তে, অমস্তুং অতেনবা খোঙ্খোকনসু অমগা অমগ হেক মান্নবা নত্তে; নত্রগা করিগুম্বা অশাংবা খোঙ্খোক অমনা করিগুম্ব অতেনবা খোঙ্খোক অমগী শরুক অনা হেক ওইবা নত্তে। খোনকাপ খঙবা তারবদি লোলগী খোনহায়নিয়ম, ছন্দগী মখল অসিনা চৎবা অসি হন্না খঙগদবনি। করিগুম্বা খোইদোকপা মফমদা খোঙ্খোক অমগী লৈফম, র্‌াগৈগী মগুণ নত্রগা অর্থ ফজবদা মসু খোনকাপকা চাং ফাওরকই। মৈতৈ ছন্দদদা নত্তে, লোল পূন্নবক্কী ছন্দদা খোঙ্খোক্কী খোনকাপকী অর্থ মসিনি। মতাং অসিদা ইংরেজী ছন্দগী long অমস্তুং short-কী মরমদা অধ্যাপক সেইন্ট সবেরীনা পারিবা মত অসি পনবা য়াই: "They (long and short) represent two values which, though no doubt by no means always identical in themselves, are invariably, unmistakably, and at once, distinguished by the ear, — it is partly, and in English rather largely, created by the poet, but that this

creation is conditioned by certain conventions of the language, of which accent is one but only one."

অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবস, মৈতৈ ছন্দদসু অয়াম্বা শরুক্তা খোম্থোক্কী খোনকাপ হান্নদগী লেপ্তে। ইংরেজীদা অয়াম্বা খোম্থোক Common Syllable ওইবগুম্না, হায়বদি ক্ষিভমগী মতুংইন্না accented নত্রগা unaccented ওইবা য়াবগুম্না মৈতৈদসু য়াই। মৈতৈদসু অয়াম্বা খোম্থোকপু তেলহনবা নত্রগা শাংহনবা য়াই। মৈতৈ খোনহ যদ অসুম্না য়াবা মওঙ অসিগী খুদম হান্না পীব্রে। নীংতম্না খোম্থোক তেলহনবা অমসুং শাংহনবগী নিয়মসি মৈতৈ ছন্দগী থোইদোকপা মওঙ অমানি। সংস্কৃতন চিংবা লোলগী ছন্দগা চাংদম্নবদা মসিনা মৈতৈ ছন্দগী থোইদোকপা খুদোংচাবা অমনি নত্রগা মসিনা থোইদোকপা অশোনবা মওঙ অমনি—অনীমক হায়বা য়াই।

অদুতসু নত্তনা মৈতৈ খোনকাপকী চাংদি চাংদম্নবদগী থোরকই ; হায়বদি নক্লবা কারগুম্বা খোম্থোক্কা চাংদম্নরগা করিগুম্বা খোম্থোক অমবু শাংই নত্রগা তোল্লি হায়গদবনি, objective ওইবা মিনিট সেকেণ্ডা হসব মতুংইন্না হায়গদবা নত্তে। হায়দোকপদা মতম চপনাম্নন চঙলবস্থ অতোপ্পা মফমদা খোম্থোক অদুবু নক্লবা খোম্থোক অমগা চাংদম্নরগা অতেনবা নত্রগা অশাংবা হায়বা য়াই। খুদম—

'পুক্নপে ভাইবঙপুম্ববু / প্রেমগী অশেংবা লংহৌনা'

হায়বা পরেং অসিদা 'প্রেম' হায়বা খোম্থোক অসি অশাংবনি, অদুগ

'বসন্তগী চারুবা অহৌংদা / নুংশিপ্রেমগী ঈংলয়া ঈপাক্তা'

হায়বা পরেং অসিদা 'প্রেম' হায়বসি অতেনবা খোম্থোক অমনি। মফম অনী অসিদা 'প্রেম' হায়বসিগী খোনহায়-মতম য়াম্না থেন্নবদি নত্তে। তৌইগুম্বসুং অহানবা মফমদা শৈথোঙপুম্বা য়াম্না য়াংনা স্বর হায়দোকপা মরম্না ব্যঞ্জন্না চম্বা 'প্রেম' হায়বা খোম্থোক অসি হায়দোকপগী মতমদগী নক্লবা খোম্থোক্কী খোনহায় মতম্না তোল্লি হায়বা শেংনা ফাওই ; মরম অদুনা 'প্রেম' খোম্থোক অসি অশাংবনি হায়না

লৌই। অনীগুবা মকমদা শৈখোঙপুম্বা শুর অমা য়াওনা হায়বদি চিংলগা পাই, মরম অতুনা খোম্বোক খুদিঙমক চাউরাক্লা মাম্নহল্লি। অস্নুম্না অমগা অমগা মাম্নবা অসিদগী খোম্বোক খুদিঙমকপু অতেনবা ওইনা লৌই।

কৃপ্না যেংশিল্লবদি চুম্নগী খোনহায়দা তোঙান তোঙানবা খোম্বোক্কী খোনকাপমশীং খেন্নবা য়াম্না উব ফংগনি। খোম্বোক অমতগী খোনহায়দা খোনকাপমশীং চপমাম্নবা থম্বা মতম পুন্নমক্তা য়াদে, ইতত্তুত্তনা থবা থরা খেন্নবা অদুম উবা ফংই। মহৌশানা ধ্বনিবিজ্ঞানদা অতেনবা, যাম্না-শাংদবা, অশাংবা—অস্নুম্না খোম্বোক মথল অদুম থোক্লা খায়দোকই। হায়দোকপদা খোনকাপ অমা অমস্নুং অনীগী মরকওইবা মচেৎ তাবা চাংগী মতম চঙবা খোম্বোক য়াওববস্নু, ছন্দশাস্ত্রদদি খোনকাপ অমগী অমস্নুং খোনকাপ-অনীগী—অস্নুম্না মথল অনী থোক্লা খায়দোকই। মবমদি, তশেংনমক ছন্দগী খোনকাপ লেপ্পদি থম্মোইগী মুংবাম্ননি, বৈজ্ঞানিক্কী মতম ওন্নবা যন্ত্রনা নত্তে। করি করিগুম্বদা ছন্দ ঙাক্লবগীমমক মৈতৈ ছন্দনা করি করিগুম্বা খোম্বোকপু খোনকাপ অদুমগী ওইনা লৌবস্নু যাওই।

মতাং অসিদা কাব্যছন্দগী খোনকাপকা ঈশৈগী খোনকাপকা করম্না খেন্নবগে হায়বদু য়েংশিন্নীঙাইনি। ঈশৈগী খোনকাপকী অরেপ্পা objective-ওইবা মতমগী চাং অমা লৈ, ঘড়িগী পেন্দুলম্না মাযকৈ অমদগী মাযকৈ অমদা চাইবগী মতম নত্রগা অসিগুম্বা অতোপ্পা করিগুম্বা objective ওইবা মতমগী চংনা মসিগী ফিদম্নি। ঈশৈগী তাল খায়দোকপদা মতমগী চা চপচানা থম্নবগীদমক খোনহায়দা খেন্নবা লৈহল্লি, হায়বদি অচন্দা মতুংইম্না খোম্বোক্কী চিংথোকচিংশিন লৈহল্লি। তৌইগুম্বস্নুং কাব্যছন্দদা তোঙান তোঙানবা কবিতাদা খোনকাপকী মতমগী চাং তে... তোঙাল্লি; কবিতা অমতগী তোঙান তোঙানবা শৈখোঙদা খোঙথ...গী অয়াঙবগী চাং অমস্নুং খোনকাপকী মতমগী চাং হোংবা য়াহ। অস্নুম্না হোংবা অসিনা কবিতাদা অয়াম্বা মতমদা ...গী রাৎপা হেন্নবা অমস্নুং হোংবা থঙহল্লি। অসিতা নত্তনা

কাব্যছন্দদদি, য়ারিবমথৈ, চুম্নগী খোনহায়গী খোনকাপ কায়দনা থমগদবনি; ঈশৈদা করিগুম্বা খোম্হোক অমবু খোনকাপ মশুং ( সিকি মাত্রা ) ফাওবা তেলহনবা অমসুং খোনকাপ মরিফাওবা শাংহনবা য়াবছু কবিতাদদি য়াদে।

ভারতকী সঙ্গীতকা ভারতকী অমদি মৈতৈ কাব্যছন্দগা মরীদি য়াম্না নক্লে। ভারতকী কাব্য অমসুং সঙ্গীতকী পথাপতি মরুদা অমতনি; অরিব ঈশৈ অমসুং অরিবা কবিতাগী মশুংদা য়াম্নবগী শরাক অসুক্কী মতীক য়াম্না লৈ মহুদি, মখোয় অসি অমনা অমদগী তোঙানবনি হায়না খঙবা য়াম্না লুই। মৈতৈ কবিতাদা চৎনরিবা ছন্দশিং অসি সঙ্গীতকা তাম্ন থায়দোকপগী মওঙ লৌহুনা ( হায়বদি তালগী বিভাগতগী ) খোরকপনি হায়ব। অহুসু ফজনা খঙবা ঙম্মী। মতুংদা সঙ্গীত অমসুং কাব্যছন্দ অনী অসি তোঙান তোঙানবা লম্বীদা অসুম অসুম চৎনখিবনি। সঙ্গীততা সুরগী মশেমদা মথলমথেল য়াম্না লাক্লবসু তালগী নিয়মদি মতম পুম্নমক্তা হোংদনা লৈরক্লি। তৌই-গুম্বসুং মৈতৈ কাব্যদা তানখোঙমরু থায়দোকপগী মায়কৈদা মথেল-নাইবা মওঙ মথং মথং লাক্লি; খোইদোক-হেন্দোক্লা ঈচেলনাইবা ছন্দদা ( blank verse, free verse অসিনচিংবা ) মথেলনাইবনা য়ুম্ফম ওইহুনা তোঙান তোঙানবা মওঙদা ছন্দ শেম্লি।

## খোনকাপকী পথাপ

মীৎয়েং অমদা মৈতৈ ছন্দগী শাজৎ অসি সংস্কৃত, আরবী, ইংরেজী ছন্দগী শাজত্তগী তোঙাল্লি হায়বা য়াই। অতোপ অতোপ্পা লোন্দা তৌবগুম্না মৈতৈলোন্দা অকক্নবা খোনহায়না ছন্দ লেপ্তে। খোই-দোকপা ছন্দলৈরেং অমমমগী মতুংইন্নহুম মৈতৈ কাব্যদা অয়াম্বা মতমদা খোনহায় লেপ্পী। হান্না হায়খ্রিবা মৈতৈ খোনহায়নিয়মগী অহোংবা নাইবা অহুনা অসিগুম্বা মওঙ অসি ওইবা য়ারিবনি। মৈতৈ কবিতাগী করিগুম্বা শৈখোঙ অমদা করিগুম্বা ছন্দ অমা হেক্তা পানশিনবা

য়াদে ; মরমদি চুম্নগী রা-ঙাঙনবগী খোনহায় অত্থু য়ারিবমথৈ কবিতাদা কায়দনা থমগদবনি। তৌইগুম্বসুং ছন্দলৈরেংগী মতুংইন্না কবিতাদা ল্লাহৈগী অমসুং খোম্থোক্কী খোনকাপনচিংবা লেপ্পী

রা-ঙাঙনবা হকচাং-কায়াৎনা থ্বাইদগী রাদনা, হায়বদি, চাং থ্বাইদগী হম্বনা হায়দোকপা য়াবা রাহৈগী শরুক অত্থুবু খোম্থোক ( অক্ষর/ syllable ) কৌই। খোম্থোক্না খোনহায়গী মরুওইবা মচাক্নি। খোম্থোক থুদিঙমক্তা স্বরময়েক অমমম লৈ খোম্থোক্কী মমুংচনবা স্বরগী মমাঙদা অমসুং মতুংদা ব্যঞ্জন ময়েক লৈবা য়াই নত্রগা লৈতবা য়াই। কুপশিন্না হায়ববদি, খোম্থোক থুদিঙমক syllabic অমসুং non-syllabic ময়েক্কী অপূনবনি। মহোশানা স্বরময়েক্না syllabic অমসুং ব্যঞ্জনময়েক্না non-syllabic ওই। তৌইগুম্বসু করি করি গুম্বা মতমদা ব্যঞ্জনময়েকসু syllabic অমসুং স্বরময়েকসু non-syllabic ওই।

ছন্দগী মায়কৈদগী মথাগী অসুম্না মৈতৈ খোম্থোক্কী মথল থায়-দোকপা য়াই :—




ছন্দ নৈনবা মতমদা খোম্থোক ( syllable ), স্বর ( vowel ), ব্যঞ্জন ( consonant ), ভিন্নবা স্বর ( dipthong ) অসিনচিংবা রাহৈশিংসি ভাষাতত্ত্বদা শীজিন্নবা অর্থদা থগুনগনি। ময়াম্না শীজিন্ন-

য়িবা চুমগী চৎনবা অর্থদা লোয়বদি অয়ানবা ওইগনি। মৈতৈ ময়েকপয়েংগী মঙ্গুংদা 'ঐ' অমসুং 'ঔ' তিময়বা স্বর অনী অসিতা উৎলবসু থাঙ্গৈশেংবদি মৈতৈলোন্দা তিন্নবা স্বর য়াম্না শীঙ্গিনৈ হায়বসি নীংশিংগদবনি। 'চায়' 'ফাও' অসিনচিংবা য়াহৈশিংসি থাঙ্গৈশেংনা খোম্থোক অমমল্লি অমসুং তিমবা স্বরনা চন্বনি। মতৌ অদুগুম্না মসিসু নীংশিংগদবনি— মৈতৈলোন্দা তিন্নদবা স্বর পূম্নমক মহৌশানা তেল্লি; ঈ, উ, আ, ও অসিনচিংবসি তেম্না অদুম হায়দোকই।

শেম্বগী মাযকৈদা থম্নরবদি খোম্থোক্কী মঙ্গুংদা স্বরনা মরু-ওইবনি। স্বরগী মমাঙদা ব্যঞ্জনময়েক লৈরবদি মতুনা স্বরগী থে ইদোকপা মওঙ অমা থোকহনবতনি। তৌইগুম্বসুং খোম্থোক্কী মঙ্গুংদা স্বরগী মতুংদা ব্যঞ্জনময়েক লৈরবদি, খোম্থোক্কী অশাংবা খরা হেঙ্গৎলি। লোল পূম্নমক্কু মহৌশানা স্বরগী অশাংবা মতুংইন্না খোনকাপ পুথোকই।

মতম পূম্নমক্তা শাংবা তিন্নদবা স্বরময়েক মৈতৈলোন্দা লৈতে। মরম অদুনা তিন্নদবা-স্বরনা চম্ব খোম্থোকতি মহৌশানা অতেনবা ওইনা লৌই। তৌইগুম্বসুং ব্যঞ্জনা-চম্বা খোম্থোক অমসুং তিমবা-স্বরনা চম্বা খোম্থোক্কী থোইদোকপা মায়কৈ খরা লৈ। তিন্নদবা-স্বরনা-চম্বা খোম্থোক অমগা ব্যঞ্জনা-চম্বা খোম্থোক অমগবু খোঙচৎ (লয়) অমতদা পারগা, ব্যঞ্জনা চম্বা খোম্থোক অদু হায়দোকপগী মতম্না খর হেম্না চঙই হায়বসি ঐখোয়না অদুম খঙবা ঙম্মী। তৌই-গুম্বসুং খরা থুবা খোঙচত্তা ব্যঞ্জনা-চম্বা খোম্থোক পারবদিময়ায়ওইবা খোঙচৎকী স্বরনা-চম্বা খোম্থোক্কা মাম্নবা য়াই। মসিবু তেনশিল-হনবা (হ্রস্বীকরণ) কৌই; মসিনা মৈতৈ ছন্দগী থোইদোকপা গুণ অমনি। তেনশিলহনবা অসিগুম্না ব্যঞ্জনা-চম্বা খোম্থোক শাংদোক-হনবসু (দীর্ঘীকরণ-সু) মৈতৈ ছন্দদা চৎনৈ। ব্যঞ্জনা-চম্বা খোম্থোকপু অহীনবা খোঙচত্তা পারবদি নত্রগা ব্যঞ্জনা-চম্বা খোম্থোক্কী অয়োইবা

ব্যঞ্জনময়েক্কী মতুংদা ভাইহাক পোথারবদি, ব্যঞ্জন্না-চম্বা খোম্বোক অহু ময়ায়ওইবা খোঙচৎকী স্বরনা-চম্বা খোম্বোক্কী শরূক অনী ওইবা য়াই।

তিন্নবা-স্বরনা-চম্বা খোম্বোক্কী মতাংদসু ব্যঞ্জন্না-চম্বা খোম্বোক্কী নিয়ম অসি মান্নন৷ অহুম লৈ। তিন্নবা স্বরগী মন্নুংদা স্বর অনীগী মচাক লৈ। মহুগী মন্নুংদ' অহানবনা মপূংফানা হায়দোকই অমস্তুং মরুওইনা লৈ; অনী-শুবনা মরুওইদনা লৈ, non-syllabic নি, ব্যঞ্জনগা চাউন্নাক্না মান্নৈ। তিন্নবা-স্বর থুগায়রগা শেংনা হায়দোকপা য়াবা তোঙান তোঙানবা স্বর অনী খোকহনবদি য়াই, তৌইগুম্বসুং মতম অহুদা মখোয় অহু তোঙান তোঙানবা খোম্বোক অনীগী মন্নুংচল্লি। 'কাও' হায়বা ৱাহৈসি তিন্নবা-স্বরনা-চম্বা খোম্বোক অমনা শাবনি; তৌইগুম্বসুং 'কৌও' হায়বা ৱাহৈসিদি খোম্বোক অনীনা শারি। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, তিন্নবা-স্বরনা-চম্বা খোম্বোক্না তিন্নদবা-স্বরন'-চম্বা খোম্বোক্কুগী শাংবা হাইফেত্তি হেল্লি। মরম অহুনা মসিবু তেনশিলহন্দুনা খোনকাপ অমতগী ওইহনবা নত্রগা শাংদোকহন্দুনা খোনকাপ অনীগী ওইহনবা তাই। মখোয় অসিবু নীংতম্না তেনশিলহনবদি মৈতৈ ছন্দদা চৎনদে। তানখোঙমতেক থুদিঙদা য়ামত্ৰবদা অয়াংবা (তিন্নদবা অতেনবা নত্রগা তিন্নবা অশাংবা) খোম্বোক অমা লৈবনা চাউন্নাকপা নিংনি।

খোম্বোক্কী খোনকাপকী মরমদা মথাগী নিয়ম খরসি শেম্বা য়াই:—

(১) মৈতৈ ছন্দদা তিন্নদবা স্বরনা চম্বা খোম্বোক পুন্নমক অতেনবনি হায়বদি খোনকাপ অমনা শাবনি।

[১ অ] তৌইগুম্বসুং করি করিগুম্বা মফমদা অতেনবা স্বরসু চন্নকম লৈবগী মতুংইন্না অশাংবা হায়বদি খোনকাপ অনাগী ওইবা য়াই; মহুদি—

(ক) চুম্নগী-খোন্নিল-খঙনবা খোম্বোক অমগী ৱাহৈ (onomatopoeic) অমস্তুং কৌবা (আহ্বান), হুংহৌ (আবেগ) অসিনচিংবা হায়বদি interjectional ওইবা ৱাহৈ। খুদম—

ময়ায়কারবা লাঙ্গোইশা ⁝ কাম্নি ফী ফী শাউবনা

হো ইমা ইমাও ⁝ ঐসু লাকে ইমাও

বা বা বা ! ⁝ লম্বোইবনসু মীনম্বা !

(খ) অয়োইবা খোম্থোক নমশিনখ্রবা নত্রগা লূপথ্রবা রাহৈগী অয়োইবা খোম্থোক। থূদম—

য়েংদ য়েংই তূমিন্না ⁝ হাদি ডাঙদ করিস্থ

(গ) সংস্কৃত বাংলানচিংবা অতোপ্পা লোন্দগী মশক হোংদনা চঙলকপা (তৎসম) রাহৈগী মসুংদা য়াওবা হান্না শাংলকপা খোম্থোক। থূদম—

বীর ব্রজবাসী ⁝ পোকচবীনি নঙদ

(২) তিম্নবা খোম্থোক. হাযবদি বাঞ্জন্না চম্বা অমসুং তিম্নবা-স্বরনা-চম্বা খোম্থোকপু অশাংবা ওইনা লৌব য়াই, অমসুং লৌনীংবা মফমদা অতেনবা ওইনা লৌবসু য়াই।

[ ২ অ ] রাহৈগী অয়োইবদা তিম্নবা খোম্থোক লৈরবদি মদুবু অশাংবা ওইনা লৌবনা মহোশাগী নিয়মনি।

মথক্কী নিয়মশিং অসি মহোশাগী ওইনা হায়বদি চাংওইনা লৈবা নিয়ম ওইজবতনি। তোইগুম্বসুং ছন্দগী মরীদা চন্নকম মতুংইন্না খোম্থোক্কী খোনকাপ লেপ্পনা মরুওইবা নিয়মনি। শন্দোকপা নিয়মদি লাইরিক্কী অনীগুবা শরুক্তা নৈনগে।

# মঙাশুবা শরুক

## ( লেমহৌবা ৱাকম )

## মৈতৈ ছন্দদা জাৎ খেন্নবা ( ? )

ৱাকম অসি নৈনত্ৰিঙৈদা 'জাৎ' হায়বা ৱাহৈ অসি করম্বা অর্থদা লৌগদগে হায়বদু মুন্না খঙগদবনি। মীগী মগুন নত্ৰগা লমচৎ শাজৎ মায়দবগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা মীগী মখল খায়দোকই অদুগা লোল নত্রগা ধর্ম তিম্নদবগী মতু'ইন্না তোঙান তোঙানবা জাৎ খায়-দোকই। অদুনা 'জাৎ' হায়বা ৱাহৈসি 'মখল' গী অর্থদা লৌবা য়াদে। ছন্দগী মতাংদসু মখল অমসুং জাৎ অনী অসি তোঙান তোঙানবা অর্থদা লৌগনি খোঙচৎকী মতুংইন্না খায়দোকপা মৈতৈ ছন্দগী তোঙান তোঙানবা মখলগী মরমদা নৈনখ্রে। হৌজিক মতাং অসিদা নৈনগদবদি—মৈতৈ ছন্দগী মরমদা তোঙান তোঙানবা মখল লৈবগুম্না করিগুম্বা মরুওইব। মায়কৈ অমদা নত্রগা খরদা পূমখেন খেন্নবগী মতুংইন্না মৈতৈ ছন্দগী তোঙান তো'ঙানবা জাৎসু লৈবা য়াবরা অসিনি।

অনৌশুবা শরুক্তা নৈনখ্রিবা মৈতৈ ছন্দগী কাঙলোলশিং অদু অরিবা অমসুং অনৌবা মৈতৈ কবিতা পূম্নমক্তা ইচন চম্নে। কাঙ-লোলশিং অসি মৈতৈলোলগী শাজৎ, মৈতৈ খোনহায়গী পথাপ অমসুং মৈতৈগী চেন্নরকপা ছন্দঙীকাও খঙনবা পাঙন্দা নল্লগা লেপ্লিবনি। মখল মখা অয়াম্বা মঙডা কবিশিংনা কাব্য লে'ল'ক্লি, মখোয় পূম্নমক মসিদা ছন্দগী নাকোংনা কাঙলোলশিং অদু তারগা ইবগী থবক চপ্থরিবনি। ছন্দকায়দবা কবিতা পূম্নমক কাঙলোলশিং অসিগী মতুংইন্না ছন্দমশেম উৎপা য়াই। কাঙলোলশিং অসিনা মৈতৈ কাব্য পূম্নমক্কী ছন্দদা অমতওইবগী মৰী অমা লৈহল্লিবনি। অসিগুম্বা ছন্দকাঙলোলশিং অসিবু পূম্না **তানখোঙমরু-তানখোঙমতেক কাঙ-লোল** ( Beat and Bar theory ) হায়বসু য়াই। মরমদি কাঙলোল পূম্নমক্ক অসি তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙমতেকী

মচন, মশেম অমস্নুং মশীন, মখোয়গী খোঙচৎ, শাথেক অমস্নুং অমগা অমগা লৈনবা মরী অসিনচিংবগী মরোল ঙাক্তনি।

মৈতৈ ছন্দনিয়মগী মরুদা লৈরিবা অমতওইবগী মওঙ অহু অয়াম্বনা ফাবা ঙম্মদে। মৈতৈ ছন্দদা খোম্মোক্কী খোনকাপতি হাম্নদগী লেপ্তে নত্রগা অকক্সদে; ছন্দগী অচঙবা মতুংইম্না খোম্মোক তেনশিলহল্লি নত্রগা শাংদোকহল্লি; তৌইগুম্বস্নুং ছন্দগী চম্নকমগী মরু অহু চপচানা ফাবা ঙমদত্তুন মৈতৈ ছন্দদা তোঙান তোঙানবা জাৎ লৈ হায়না নীংনরি। ছন্দগী মরমদা থিজিনবা খরনা মৈতৈ ছন্দগী মথল অহুম হায়বদি খে'ল্লুমখোই, শৈনিম্মোই অমস্নুং খোম্নিম্মোইবু তোঙান তোঙানবা জাৎ অহুম ওইনা লৌহুনা মৈতৈ ছন্দবু জাৎ অহুম থোক্না খায়দোকপ' য়াই হায়রি। অসিদগী হেম্না জাৎ খাযদোকপস্নু য়াই হায়না নীংবস্নু য়াওরি। তৌইগুম্বস্নুং মসি ওইবা য়াদবা য়াফম খরা লৈ।

বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েংদা মফম পুম্নমক্তা মথেলনাইবগী মস্নুংদা অমতওইবগী মওঙ উবা ফংই। হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকী জগত্তা গোয়ালিয়রি, জৌনপুরি অসিনচিংবা মথলমখা অয়াম্বা মওঙ লৈরিবা অসিগুম্না মৈতৈ ছন্দগী জগতস্নু তোঙান তোঙানবা মরেং (style) লৈবা য়াই। তৌইগুম্বস্নুং অহুম ওইনমক ছন্দলৈরেংগী মরুদা করিগুম্বা অমতওইবা নিয়ম অমা লৈবা য়াদবরা হায়বা য়াহং অমদি লৈ। মৈতৈগী লোল, ব্যাকরণ অসিনচিংবদা মশাগী তোপতোপ্পা মওঙদি লৈরগা মৈতৈ ছন্দদস্নু লৈরোইদবা করিগীনো? লোল অমতদা মতম অমতদা তোঙান তোঙানবা জাৎকী ছন্দ লৈবা অসি য়াফম থোকপরা? মৈতৈগী চেম্নরকপা ছন্দঈফাও-খঙনবা পাঙ্গল অমতা লৈতে হায়বসি য়ানীংফম থোকপরা? লৈরবদি মহুবু লায়না খঙবা য়াবা মরুওইবা মওঙ অমা করিগী লৈরোইদৌরিবনো?

ছন্দকায়বা কবিতাগী অশোয়বা মওঙ অহু মৈতৈগী নাকোংনা

থুদক্কা কাবা গুম্মী। তোইগুম্সুং তোঙান তোঙানবা জাৎ অহুম মরিগী ছন্দ লৈরম্লবদি অসুক লায়না অমসুং থুনা নাকোংদা ফাওরম্লোইদবনি। মরমদি—জাৎ অহুম লৈ হায়না লৌরবদি মসিসু য়াবা তাই, মতুদি অয়াম্বা মফমদা করিগুম্বা কবিতা অমগী ছন্দনা জাৎ অমগী নিয়মদা চুম্নবসু অতোপ্পা জাৎ অমগী নিয়মদা লাল্লি। অসিতা নত্তনা, জাৎ অহুম থায়দোকপগী থৌওঙ অসিদা 'putting the cart before the horse'-কী fallacy অমু লাক্লি। কবিতাগী জাৎ হাম্না পুথোক্লগা মতুগী ছন্দমশেম কোম্না পুথোকদবা নত্তে, ছন্দমশেম হাম্না পুথোক্লগা কোম্না জাৎ লেপকদবনি। হায়বদি জাৎ থাযদোকপগী নিয়ম মতুংইন্না ছন্দগী খোনকাপ লেপকদবা নত্তে, ছন্দগী খোনকাপ অমসুং শরাফচিংবা লেপ্লবা মতুংদা মহুবু জাৎ অসিনি জাৎ অহুনি হায়বা গুম্লিবনি। রাফম অসিদা নীংশিংগদবা অমনা, মৈতৈলোলগী অমদি মৈতৈ ছন্দগী মরুওইবা শাজৎকী মরমদা মুম্ন' খণ্ডদনা সংস্কৃত অমসুং ইংরেজী ছন্দগী নিয়ম লৌরগা মৈতৈ ছন্দ নৈনগে হোৎনরবদি মখলমখা অয়াম্বা অরানবদা তাগনি। মরম অহুনা ইংরেজী সংস্কৃতকী নিয়ম থোইদোকপা খল্লুদনা মৈতৈ ছন্দগী শাজৎ অমসুং নাওঙ (লক্ষণ) ইন্না নৈনরবতদা রাফম অসিগী অশেংবা খণ্ডবা ঙমগনি।

খোঙচৎকী মতুংইন্না থায়দোকপা মৈতৈ ছন্দ মথল অহুম অসিবু তোঙান তোঙানবা জাৎ অহুম ওইনা লৌবা য়াবরা? রাহং অসিগী পাউথুম পীবা তারবদি মথল অহুম অসিদা খোনকাপকী নিয়ম তোঙান তোঙানবরা হায়বা রাহং অসি নৈনবা তাই। অহানবদা, 'খোল্লুমথোই' অমসুং 'শৈনিম্বোই' অনীসিগী খোনকাপনিয়মদা খেন্নবা করিনো? খোল্লুমথোইদা স্বর মশীং থীরগা খোনকাপ লেপ্পী, শৈনিম্বোইদনা ময়েক মশীং থীরগা লৈপ্লরা? ছন্দ শকখণ্ডনবদি নাকোংদনি; মরম অহুনা য়েংলগতা লৌশিনবা য়াবা অমসুং ইমদগী

খোকপা ( হায়বদি ময়েক ) অহুনা ছন্দগী যুক্ষম ওইবা য়াদে। ময়েক খণ্ডবা মীস্থু ছন্দ কায়বা খণ্ডবা ওম্মী। য়োমান ময়েক্তা শৈনিম্বোই ছন্দগী কবিতা ইরবদি করম্না হিসাব তৌগনি ? খোম্লিলগী মায়কৈদগী খন্নরবদি উবা ফংগনি, শৈনিম্বোই ছন্দদস্থু স্বর মশীং থীরগা খোনকাপ লেপ্পী তৌইগুম্বস্থু করিগুম্বা রাহৈগী অয়োইবগী তিন্নবা খোম্বোক লৈরবদি খোনকাপ অনী ওইনা লৌই; মতম পূম্নমক্তা লৌবদি নত্তে, হায়বদি খোনকাপ অমা ওইনা লৌবস্থু য়াওই। রাহৈগী অহোবদা নত্রগা মরক্তা লৈবা তিন্নবা খোম্বোকস্থু মতম পূম্নমক্তা খোনকাপ অমা ওইনা লৌদে, খোনকাপ অনী ওইনা লৌখা য়াম্না য়াওই। লৌকিক কনা কনাগুম্বনা শৈনিম্বোই ছন্দদা রাহৈগী অহোবদা নত্রগা মরক্তা লৈবা তিন্নবা খোম্বোক শাংদোক-হনবা য়াদে হায়বা য়াওই। তৌইগুম্বস্থুং মত অসি ইন্দবা মফম য়াম্না উবা ফংই। মরম অহুনা অসিমখৈ ঐখোয়না হাযবা য়াই, শৈনিম্বোই ছন্দদা তিন্নবা খোম্বোক্তি করিগুম্বদা খোনকাপ অমা, করিগুম্বদা খোনকাপ অনী ওই; হান্নদগী লেপ্পা করিগুম্বা অকরবা নিয়ম অমত্তা লৈতে। করম্বা মফমদা শৈনিম্বোই ছন্দদা তিন্নবা খোম্বোক শাংগদগে হায়বহ্ন খণ্ডবসি ছন্দশিল্পী অয়াম্বদা লুনা খোক্লি। তৌইগুম্বস্থুং তানখোঙমক্ক তানখোঙমতেক-ক'ঙশোলগী মতুংইন্না ইরায়-লায়না মহু পুখোকপা য়াই।

খোম্লুমখোই ছন্দদস্থু মতম পূম্নমক্তা স্বর মশীং থীরগা খোনকাপ লেপ্তে অমস্থুং মরম অহুনা ছন্দ অসিদা তিন্নবা খোম্বোকপু করি করিগুম্বদা খোনকাপ অনী ওইনা লৌই। অহুনা খোম্লুখোই ছন্দদস্থু চমকম মতুংইন্না খোম্বো'ক শাংদোকহনবা তাই।

অহুগী খোম্লিম্বোই ছন্দদস্থু মতম পূম্নমক্তা খোম্লিম্বোইগী নিয়ম ঙাকই হায়বা য়াদে। খোম্লিম্বোই ছন্দদা তিন্নদবা খোম্বোক পূম্নমক অঙৈমবা ওইনা লৌবনা নিয়ম ওইয়বস্থু মরক মরক্তা শাংদোকহনবা

য়াওই। শৈনিম্মোই অমস্তুং খোল্লুমথোইদস্সু তিন্নদবা খোম্মোক শাং-
দোকহনবা অদুম য়াওই।

মরম অদুনা ঐখোয়না উবা ফংলি, মথল পূম্নমক্কী কবিতাদা
ছন্দগী চন্নফম মতুংইন্না তিন্নবা অমস্তুং তিন্নদবা খোম্মোক মথল
পূম্নমক শাংহনবা য়াই। অদুনা খোনকাপনিয়মগী মতুংইন্না
খন্নরবদি মৈতৈ ছন্দবু জাং অদুম খোল্লা খায়দোক্লাওভাই মরম লৈতে।

## মৈতৈ শৈরেংদা সংস্কৃত ছন্দ

মৈতৈ ছন্দগা সংস্কৃত ছন্দগা মান্নবগী শরুক য়াওরবস্তু মৈতৈ
শৈরেংদা সংস্কৃত ছন্দ চপচানা পানশিনবদা খুদোংচাদবা কয়ামরুম
লৈ। অহানবদা, মৈতৈলোন্দা অশাংবা স্বর য়ান্না তাঙনা শীজিন্নে।
মহৌশাগী ওইনা লৈবা ঐখোয়গী খোনহায়নিয়ম মতুংইন্না স্বর
পুম্নমক তেল্লি। অদুম ওইনমক মৈতৈলোন্দা তিন্নবা খোম্মোকপু
অয়াম্বা মতমদা অশাংবা ওইনা লৌই অমস্তুং করিগুম্বা তিন্নবা
খোম্মোক অমবু শাংহন্নীংলবদি অদুম শাংহনবা য়াই। তৌইগুম্বস্তুং
খোম্লিলগী গুণ মতুংইন্না খন্নরবদি মৈতৈগী তিন্নবা অশাংবা খোম্মোকা
সংস্কৃতকী অশাংবা খোম্মোক্কা অমতা নত্তে। মৈতৈলোন্দা রাহৈগী
অরোইবা তিন্নবা খোম্মোক্তি মহৌশানা শাংই। মরমদি, মৈতৈ-
লোন্দা থংন থংননা লৈবা রাহৈশিংবু তিন্নদনা থম্বনা নিয়মনি, ছন্দদস্তু
সংস্কৃত রাহৈ নত্তবা অতোপ্পা মকমদদি মহৌশানা সন্ধি শীজিন্নদে।
মরম অদুনা রাহৈগী অরোইবদা লৈবা ব্যঞ্জনময়েকপু মতুংগী থংনবা
ময়েক্কা তিন্নদনবা রাহৈগী অরোইবদা খজিক্তং হাওহল্লি, অদুনা
চাউরাক্লা রাহৈগী অরোইবদা লৈবা তিন্নবা খোম্মোকপু খোনকাপ
অনী ওইনা লৌই। রাহৈগী মস্তুংদা লৈবা তপ্পবা ময়েক খাইদোক্লুনা
অমস্তুং মতুগী খোম্লিল চিংথোক্লগা তিন্নবা খোম্মোকপু খোনকাপ অনী
ওইনা লৌই। তৌইগুম্বস্তুং সংস্কৃত ছন্দদদি তঙায়ফদনা সন্ধি চঙই,

মথুদা অস্প্রা খাইদোকপা অমস্তুং হাঙহনবা অসি য়াদে, মরমদি চপচাবা অশাংবা স্বরগী থোনহায়দা অশাংবা থোস্থোক শীজিন্নগদবনি।

অনীশুবদা, মৈতৈ শৈরেংদা থোনকাপম'ন্নবগী চাংচৎ অমদা তানখোঙমরু কয়ামরুম পূম্নগা শৈখোঙ অমমম শেম্মী অমস্তুং তানখোঙমরু খুদিঙদা অকল্পবা নিয়ম মতুংইন্না তানখোঙমতেক শীল্লি। থোইদোকপা মক্ষম অমা অনা নত্তনা তানখোঙমরু অমস্তুং তানখোঙমতেক খুদিঙদা রাহৈ মপূম অমা নত্রগা কয়ামরুম লৈগদবনি। সংস্কৃতকী শৈখোঙ অমমমদি অত্তেনবা অমস্তুং অশাংবা থোস্থোক্না থোইদোকপা মথল অমা নাইন' অমস্তুং মথেল নাইনা তিন্নবতনি; মসিগী মচাক্না অত্তেন অশাংগী হিসাব মতুংইন্না থোইদোকপা মওঙ নাইবা থোস্থোক কয়ামরুম্মি। অশাংবা নত্রগা অত্তেনবা থোস্থোক্কী মথংমনাও নাইনা লৈবা মওঙদগী থোকপা খোম্নিল ঈথক্না সংস্কৃত ছন্দগী থরায়নি। সংস্কৃত ছন্দগী শৈখোঙ অমমমগী মচাক 'গণ' কযামরুম্ন' ওইবা মক্ষম অথুদা 'গণ' খুদিঙমক অত্তেনবা অমস্তুং অশাংবা থোস্থোক তিন্নবগী মওঙ অমা ওইবা নত্তনা অতৈ করিস্থ ওইদে, রাহৈ শেম্বগা মথুগা করিগুম্বা মরা অমতা লৈনদে।

সংস্কৃততা অসিগুম্বা ছন্দ কয়ামরুম লৈ, মথুগী শৈখোঙশিংবু ইরায়লায়না খোনকাপমাম্নবা শরাক কয়ামরুম থোক্না খায়দোকপা য়াই। অসিগুম্বা শৈখোঙশরাক্কী মথংমনাওনাইবা খোনকাপমশীন মতুংইন্না খোনকাপ থম্নগা রাহৈ অমমম নত্রগা রাহৈকাঙলুপ অমমম শীজিন্নবা ঙম্নবদি, মৈতৈগী তানখোঙমরু-তানখোঙমতেক্কী নিয়মস্থ ঙাকপা ঙমগনি অথুগা সংস্কৃত ছন্দগী মথংমনাওনাইবা খোনকাপমশীনস্থ কায়দনা লৈগনি। খুদম ওইনা তোটক ছন্দগী রা পনবা য়াই। তোটক্কী অশম-খুদম

—+

++—++—++—++—

অসিবু ইরায়লায়না খোনকাপ মরিগী শরাক অমমমদা খায়দোকপা য়াই:

−+
++− ⋮ ++− ⋮ ++− ⋮ ++−

মতুদি,

++− ++− ++− ++−
রণনি ⋮ র্জিতস্ত ⋮ র্জয়দৈ ⋮ ত্যপুরং

অতুগা

++− ++− ++− ++−
উরয়োই ⋮ উরয়োই ⋮ নতায়োই ⋮ পামুবী

মসিদা শৈখোঙগী অয়োইবা থোম্বোক্কী অশাংবা খোনহায় অসি মহোশাগী থয়া তাকাত্রবস্থু তোটক্কী মথংমনাওনাইবা খোনকাপমশীন কায়দনা লৈরি। মসিদা খোনকাপ মরিগী তানখোঙমরু অমমম্মা ছন্দগী য়ুম্ফম ওইরি, অমসুং খোনকাপকী মায়বা চা·চৎ অসিনা ছন্দ নাইহল্লি। তিম্নবা থোম্বোক্কী পাম্বৈনা সংস্কৃতকী অশাংবা স্বরগী মওঙ লোবা মকম অতুদা অতেনবা থোম্বোক অনী থম্নবস্থু থোইদোক্না কায়বা লৈরোই; মথক্কী শৈখোঙ অসিবু

++++
উরয়োই ⋮ উরয়োই ⋮ নতাতুদি ⋮ পামুবী

অস্মুমা ইরবদি সংস্কৃত তোটক ছন্দগী নিয়ম কায়গনি, তৌগুবসুং মৈতৈ ছন্দগী মায়কৈদগীদি থোইদোকপা অকায়বা লৈতে। মসিদগী অতুম তশেংনা থঙবা ঙম্মী, মতুদি মৈতৈ অমসুং সংস্কৃত ছন্দগী শাক্রৎ অমসুং নিয়ম তোঙান তোঙাল্লি; থোম্বোকমশীং নত্রগা মথংমনাওনাইবা খোন-কাপমশীম্না মৈতৈ ছন্দগী মরুওইবা য়া নত্তে, তানখোঙমরু নত্রগা তানখোঙমতেক অমমমদা লৈবা অপূনবা খোনকাপমশীংনা মসিগী মরুওইবা য়ানি। করিগুম্বা সংস্কৃত ছন্দগী মথংমনাওনাইবা খোনকাপ-মশীন অতু মৈতৈ ছন্দগী করিগুম্বা শৈখোঙদা মায়বা য়াওরবস্থু মতু অসুম চানরুবা হাম্নবতুনি। সংস্কৃতথঙবা নত্রবদি কনাগুম্বা ছন্দয়সথঙবা অমতনা মামবা অসি ফাবা ঙমদে। মসিস্থু য়েংশিনগদবনি, মতুদি

সংস্কৃতকী অশাংবা স্বরশিং অহুনা নাকোংদা য়ৈবা অমসুং ছন্দঈকাও পোক্কহনবা অহুগুম্না মৈতৈগী তিম্নবা অশাংবা খোম্বোকশিং অহুনা তৌদে।

অসুম তৌনা পঞ্চচামর, মালতী, মদিরা, ভূজঙ্গপ্রয়াত, সারঙ্গ অসিনচিংবা খোইদোকপা মখল অমগী গণ কয়ামরুম্না তিম্নগা শেম্বা ছন্দশিং অসি মৈতৈ ছন্দদা চাউরাক্না ইনবা য়াই, তৌইগুম্বসুং সংস্কৃতকা চপমান্নবা খোম্লিলগী গুণ অমসুং ছন্দঈথক মৈতৈ ছন্দদা পুরকপদি খরা লুনা থে কই। মরমদি মৈতৈ ছন্দদা চপচাবা অশাংবা স্বরগী খোনহায় য়াম্না তাঙনা উবা ফংই (অনীগুবা শরক্কী ৩০ গুবা মতাং য়েংউ)। মৈতৈগী তিম্নবা অশাংবা খোম্বোক্তি সংস্কৃতকী অশাংবা স্বরগা চপমান্নদে।

সংস্কৃততা ছন্দ কয়ামরুম অমসু লৈ, মখোয় অহু মখল অমতগী গণ কয়ামরুম্না শেম্বা নত্রবসু মৈতৈগী তানখোঙমরু-তানখোঙমতেক্কী নিয়মগা চাউরাক্না চানহনবা য়াই। খুদম ওইনা 'মনোহংস' ছন্দ পনবা য়াই। অহুগা অমুক অসিগুম্বা ছন্দ কয়ামরুমসু সংস্কৃততা লৈ, মহুদি মখোয় অহু মৈতৈ তানখোঙমরু তানখোঙমতেক্কী নিয়মগী উচন্দা থম্বা সুকয়া য়াদে। খুদম ওইনা 'ইন্দ্রবজ্রা' ছন্দ পনবা য়াই।

মৈতৈ শৈরেংদা সংস্কৃত ছন্দ পুশিল্লকবা হোৎনবশিংনা মৈতৈ খোনহায়দা সংস্কৃত খোনহায় নমহুনা পুশিল্লকপা য়াওরি। মহুদি

'পাউং' কৌরকই মমঙদ ঐগী ইচা খোগনা (কৌবদা)

হায়বা মীনকেতনগী শৈখোঙ অসিদা তূণক ছন্দগী মওঙ লৌনবা হোৎনরি। তৌইগুম্বসুং তূণকগী নিয়মদা শৈখোঙ অসি কনানসু পানীংলোই, মৈতৈ ছন্দগী মহৌশাগী নিয়মদা ইবা খোনকাপ ৮+৭-কী শৈখোঙ ওইনা লৌরগা পাগনি। অসুম তৌনা নীলকান্তগী

লেপখ্রে ঐহাক্কী কাবতাগী উথৈ,
অহাঙবা আতয়াদা সারত্রে অগোই— (হায়বা অগৎ)

অসিনচিংবা শৈখোঙশিংদা সংস্কৃত ভূজঙ্গপ্রয়াতগী মওঙ লৌনবা হোৎনরিবসিসু চপচানা তাহনবা ঙমদে।

হৌজিক্কী মতমগী মৈতৈ কবি খরনা তিম্নবা খোম্লোক পুন্নমক্কপু অশাংবা ওইনা লৌরগা মৈতৈ শৈরেংদা সংস্কৃত ছন্দ পুশিল্লকুবা হোৎনরি। তৌইগুম্বসুং চম্নকম মতুংইন্না তিম্নবা খোম্লোকপু শাংহনবা মৈতৈ ছন্দদা চৎনরবসু অসুম্না শাংহনবা অসি তানখোঙমরু-তান-খোঙমতেক্কী চম্নকম মতুংইন্না তৌনৈ, মশানা অহুম ওইজবা নত্তে। মরম অহুনা অসুম্না শাংহনবসি মফম পুন্নমক্তা চৎনদে, তৌরবসু মৈতৈ ছন্দগী তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙমতেক্কী ২ রুওইবা অমসুং থুগায়বা য়াদবা মওঙ অহু কায়দনবা য়ে গদবনি। অহু নত্রবদি মৈতৈ ছন্দগী হিসাব মতুংইন্না ছন্দ কায়গনি। অনীশুবদা, মৈতৈগী তিম্নবা অশাংবা খোম্লোক্কা সংস্কৃতকী অশাংবা স্বরগা মচুৎশিন্নবা য়াদে হায়বসি হান্না হায়খ্রে। অহুমশুবদা, মৈতৈ ছন্দদা তানখোঙমরু তানখোঙ-মতেক্কী নিয়ম মতুংইন্না লোল্লেপ অমসুং খো'ল্লেপ থম্বা মওঙ অহুদা সংস্কৃত ছন্দগী ঈচেল কায়দনা লৈব য়াদে। ফনা কুপশিন্না খোম্লোক্কী খোনকাপ লেপ্লবসু মৈতৈ ছন্দলৈরেংবু ওইরবদি তানখোঙমরু, তানখোঙমরুগী খোনকাপকী চাংচৎ, তানখোঙমরুগী মচুংদ তানখোঙমতেক্কী মশীন, তানখোঙমরু অমসুং তানখোঙমতেক্কী খোনকাপ অমসুং মচুগী অমগা অমগা লৈনবা চাং, মসিনা ছন্দঈক্কাওগী য়ুম্ফম অমসুং মরুওইনা থম্ননীঙাই হৌরম ওই, অশাংবা নত্রগা অতেনবগী মথংমনাও শীনবদি য়াম্না মশাওইবা (গৌণ) অমসুং অনীংবা মতুংইন্না হোংবা য়াবা মওঙ ওইনা লৈ।

মৈতৈ শৈরেংদসু চপচাবা অশাংবা স্বর করি করিগুম্বা মফমদা উবা ফংই। করি করিগুম্বা মফমদা মসি শীজিন্নবা য়াবগী রা হান্না হায়খ্রে (অনীশুবা শরুক্কী ৩০শুবা মতাং য়েংউ)। তৌইগুম্বসুং তানখোঙমরু-তানখোঙমতেক্কী নিয়ম ঙাক্লগতা মচু শীজিন্নবা য়াই। অসুম তৌনা অশাংবা স্বর শীজিন্নবা ঙম্নবতদা চপচাবা সংস্কৃত ছন্দগী খোম্নিলঈথক পুশিল্লকপা য়াই। তৌইগুম্বসুং সংস্কৃত ছন্দ থুদিঙমক অনীংবা মতুংইন্না মৈতৈ শৈরেংদা পুশিল্লকপদি ওইথোক্তে।

হৌজিক মৈতৈ সাহিত্যগী পূর্কৈদা লৈরিবা শৈরেংসাহিত্যগী পোথোক য়েংলুরবদি কবি চাউবনা হৌজিককাওবদি মৈতৈগী অথোইবা ছন্দশিল্পীনি হায়না লৌবা য়াই। মহাক্কী 'থায়নগী লৈরাং' কৌবা শৈরেংলাইরিক্তা মৈতৈগী আরবা অমসুং অনৌবা ছন্দ উৎপগা লোয়ননা বাংলা ছন্দগী মওঙ কয়াসু পুশিল্লক্লি। তৌইগুম্বসুং সংস্কৃত ছন্দ পুশিল্লকবা হোং-বগী খুদমদা থোইনা ফংদে। কবি দরেন্দ্রজিৎকী কাব্যদা সংস্কৃতকী শহুম য়াম্না চঙলবসু ছন্দগী মায়কৈদদি থোইনা চঙবা উদে। অঙাংহল কমল-চিং'বসু মাগী মাগী মায়কৈদা ছন্দশিল্পী অমমম ওইনরবসু সংস্কৃত ছন্দগী পূর্কৈদগী পুশিল্লকপা শরুক থোইনা উদে। অহুম ওইনমক হৌজিক্কী মৈতৈ সাহিত্যদা সংস্কৃত ছন্দগী মওঙ সুকয়াও য়াওদে হায়রবদি লানগনি। মরমদি মৈতৈ সাহিত্যগী ময়ায়গী যুগত ইবা অনুবাদসাহিত্য অমসুং বাংলা লৈবাক্কুগী চঙলকপা বৈষ্ণব পদাবলীগী ঈশৈনচিংবদগী সংস্কৃত ছন্দগী শহুম মৈতৈ সাহিত্য-জগত্তা থরমথৈ লাকখিদব নত্তে। হৌজিক্কী যুগকী মৈতৈ শৈরেং-সাহিত্যগী শরুক অয়াম্ব' ময়াযযুগকী শৈরেংছন্দগী ফিদম লৌহুনা ইবা মরম্না হৌজিক্কী মৈতৈ শৈরেংসাহিত্যদা হায়রিবা মতম অসিদা লাকখিবা সংস্কৃতকী শহুম অহু উবা ফংই। খুদম ওইনা, থোনকাপ ৮+৮ গী অশাংবা শামুখোঙছন্দ মথল অমা হৌজিক উবা ফংলিবসি, খোনহায়নিয়মদা সংস্কৃতকা মান্নত্রবসু ময়ায়যুগতা চঙলকপা সংস্কৃত পজ্ঝটিকাগী মওঙনি। অহুগা য়েলহৌযুগকী শৈরেং থরদসু অসুম তৌনা সংস্কৃত ছন্দগা হাইক্কেৎ মান্নবা মওঙ উবা ফংই। খুদম ওইন.—

ছুচিক্ নঙনা ⋮ পীবুক্ নচা ⋮ য়ানুবসিপো।
অবাং কোয়ৌ ⋮ নোংহুরৈমা ⋮ ওইনগেকো।
(কোম্মৌজম নোঙ্গারোল)

মসি সংস্কৃত রুচিরা ছন্দগা মওঙ য়াম্না মান্নৈ। অসুম তৌনা মৈতৈ ছন্দগা সংস্কৃত ছন্দগা হৌরকফম তিন্নত্রবসু য়েলহৌযুগতগী হৌনা অনী অসিগী মরক্তা মান্নবা শরুক অহুম লৈরক্লি।

অতুগা হৌক্তিক সংস্কৃততগী হন্দোকপা অমুবাদসাহিত্য থরা মৈতৈলোন্দা থোরক্লিবসিদদি হায়া লৈজবা সংস্কৃত ছন্দ অতু থম্নবা হোৎনদে। থুদম ওইনা, কালাচাঁদ শাস্ত্রীগী 'মহাভারত অনুবাদ' ( মণিপুরী মহাভারত ), গৌরকিশোরগী 'মেঘদূত অনুবাদ' ( লৈচীন দূতী ), ব্রজবিহারীগী 'কুমারসম্ভব অনুবাদ' অসিনচিংবা। তৌই-শুম্মুং হে ৎনববদি হায়রিবা অনুবাদশিং অসিদসু মাগী মাগী লৈজবা সংস্কৃত ছন্দ অতু থম্ন হৈযা যরোইদবা নত্তে।

## মৈতৈ শৈরেংদা ইংরেজী ছন্দ

[illegible] ছন্দ শীজিন্নব যাহ হায়না কনা কনাগুম্বনা [illegible] অ[illegible] [illegible] গুম্বা ক ব থরদি মৈতৈ কবিতাদা ইংরেজী ছন্দ [illegible]শনবক ওবা য় ওরে। তৌইগুম্বসুং ইংরেজী ছন্দগী মরুওইবা [illegible]শং অতু গেংশিল্লবদি মত মসি অচুম্বনি হায়না লৌবা য়াদে।

[illegible] থুনিডুমক্কী ছন্দগী নিয়মদি খোঙ্খোক্কী করিগুম্বা মওঙ অমগী [illegible] শেম্বনি। খোঙ্খোক্কী অশাংবা নত্রগা খোনকাপনা [illegible] ছন্দ [illegible]গী মশক্কি। মরম অসিনা মৈতৈ ছন্দবু quan-tit[illegible] নত্রগা খোনকাপইনবা ছন্দ হায়নৈ। মৈতৈ ছন্দগী মচাক্কি তা[illegible]ঙমরু অমমল্লি, অমসুং তানখোঙমরু খণ্ডনবদি মসিগী খোনকাপ-মশা [illegible]। [illegible]তৈ ছন্দগী মওঙ নত্রগা মশেম উৎপদা ঐখোয়না য়েংই— [illegible] অম[illegible]মদ খোনকাপ কয়ানো, মতু তেনবরা নত্রগা শাংবরা, [illegible] অম[illegible]রা নত্রগা অনীগীরা; অমসুং মখোয়না পুল্লগা শেম্বা [illegible] অমসুং তানখোঙমতেকশিংগী অপূনবা খোনকাপ[illegible]শীং [illegible] মাত্র মাত্রব নত্রগা চাং অকরুবা খোনকাপকী তানখোঙ-[illegible] [illegible] শেরেংগী [illegible]খোঙ অমমম শেম্মী।

[illegible]গা [illegible]তৈ ছন্দগা মরুদা পুমথেন খেন্নৈ। ইংরেজী ছন্দদি [illegible] ওই, হায়বদি খোঙ্খোক্কী গুণ মতুংইন্না। Accent হায়বা [illegible] হায়দোকপা মতমদা খোঙ্খোক অতৈ অতৈগা মরী লৈননা

লৈবা খোম্মোক্কী অয়াম্বদা মসিগী য়ুক্ষম ওই। ইংরেজী ছন্দগী মচাক্তি foot নত্রগা গণ অমমল্লি, অমসুং foot খুওনবনা accented অমসুং unaccented ওইবা খোম্মোক শীনবগী নিয়মদনি। করিগুম্বা ছাচা অমগী মতুংইমা ইংরেজী ছন্দগী foot অমমম শাই অমসুং মদুগী মতুং-ইমা foot খুদিঙদা accented অমসুং unaccented ওইবা খোম্মোক শীল্লি। ছাচা অদুনা ইংরেজী foot-কী মশক তাকই। ইংরেজী ছন্দগী মশেম খায়দোকপা মতমদা ঐখোয়না উই—করি করিগুম্বা খোম্মোক্তা accent তাই অমসুং করি করিগুম্বা খোম্মোক্তনা তাদে, অমসুং অকক্নবা নিয়ম মতুংইন্না মখোয় অদুগী মথংমনাও শীল্লি। মরম অদুনা মৈতৈলোন্দা ইংরেজী ছন্দ চংনবা য়াদে হায়বসি মতমদুদা লায়না খঙবা ঙম্মী।

অদুম ওইনমক কনা কনাগুম্বনা মত পীবা য়াওই, মদুদি মৈতে খোল্লুমখোই ছন্দ অসি ইংরেজী ছন্দগী মতুংশিনবা শক্তুম্লি, অমসুং মসিদা ইংরেজী ছন্দগী মওঙ লৌনীংবমখৈ লৌবা য়াই। মখোয়না নীংই—মৈতৈ ছন্দগী খোল্লুমগা ইংরেজী ছন্দগী accent-কা পোৎশক অমতনি, মরম অদুনা ছন্দদা খোল্লুম মশীং য়াম্না তাহল্লগা মৈতৈ শৈরেংদা ইংরেজী ছন্দ পুশিল্লকপদা খোইদোকপা অপনবা লৈতে।

তৌইগুম্বসুং তশেংবদি ইংরেজাগী accent অমসুং মৈতৈগী খোল্লুম অনী অসি পোৎশক অমতা নত্তে। ইংরেজী accent-কী স্বরগী অরাম্বদি রাহৈগী মহৌশাগী ওইবা খোনহায় মতুংইল্লি, তৌই-গুম্বসুং মৈতৈ ছন্দদা খোল্লুমগী স্বরগী অরাম্বদি মহৌশাগী ওইবা খোনহায়দগী হেন্দোকপা খোম্মিল-ঈহৌ অমমম্লি।

• / • •  / • • •  • / • •  / • • •

অরাংবতা ⋮ য়েংবিগনু / অনেম্বম ⋮ কাউবিগনু

মসিদা 'য়েং', 'কাউ' খোম্মোক অনী অসিগী স্বরগী অরাম্বা মহৌশাগী ওইবা খোনহায়গী মতুং ইন্দে। 'রাং', 'নেম্' খোম্মোক অনী অসিগী

স্বরগী অরাম্বদি থংনবা খোম্বোকশিংগীদগী মহৌশানা হেল্লি, তৌইগুম্বসুং শৈখোঙ অসিদা মখোয়গী স্বরগী অরাম্বদি খোল্লুম্মা মরম ওইহনা য়াম্না হেন্না লৈ। খোল্লুম তাবা মরম্না কবি কবিশুম্না খোম্বোক্কী মহৌশাগী ওইবা খোনহায়ফাওবা হেন্দোকই, মহৌশানা স্বরগী অরাম্বা লৈবা মুকয়া য়াদবা মফমদসু অরাম্বগী চাং যাম্না হেন্না লৈবা য়াওই।

মহুদি

/ • • • / • • • / • • • / • • •
কংখিবসু ⁝ কংজসমু / কেনখিবসু ⁝ কেনজসমু

শৈখোঙ অসিদা অহানবা অমসুং অনীশুবা তানখোঙগী অহানবা খোম্বোক 'কং' অমসুং 'কেন্' অনী অসিগী স্বরগী অরাম্বনা মতুংগী থংনবা খোম্বোক 'খি' অসিদগী মহৌশানা হম্বকম থোকই, তৌইগুম্বসুং খোল্লুম লৈবা মরম্না হম্ববগী মতুম্তা য়াম্না হেন্না লৈরি।

মৈতৈ ছন্দগী খোল্লুম মরম ওইহনা রা ভাঙনবা-হকচাংকায়াৎ চিংশিল্লি অমসুং অথুব খোঙচত্তা রা হায়দোকই মরম অহনা খোল্লুম-য়াওবা খোম্বোক পুন্নমক তেল্লি (অনীশুবা শরাক্কী ৩৭গ-শুবা মতাং য়েংউ)। ইংরেজী accent তি খোম্বোক্কী অশাংবা হম্বহন্দে; অশাংবা খোম্বোক্কী মথক্ত অযাম্বা মতমদা accent তাই, অমসুং মসিনা মরম ওইহনা অতেনবা খোম্বোকসু অশাংবা খোম্বোক্কা মান্নে।

মৈতৈ খোল্লুমথোই ছন্দলৈবেংদা তানখোঙমরু খুদিঙগী খোনকাপ ৪দগী ১০ফাওবা লৈ। তৌইগুম্বসুং ইংরেজী foot অমমমদা মহৌশানা খোম্বোক ২ নত্রগা ৩ লৈ, অহুমদগী হেনবা মশীংগী খোম্বোক্কা ইংরেজী ছন্দগী foot শেমদে। মৈতৈগী তানখোঙমরুদা খোল্লুম তারবদি অয়াম্বা মতমদা খোল্লুম অনী অমসুং করি করিগুম্বা মতমদা অহুম লৈ, তৌইগুম্বসুং ইংরেজী foot-তদি মহৌশানা accent অমথক্তা লৈ; মরম অহনা মৈতৈগী তানখোঙমরুবু ইংরেজী foot-কা মান্নে হায়না লৌবা য়াদে। তানখোঙমরু খুদিঙদা রাহৈ মপুম কয়ামরুম থম্বনা মহৌশাগী নিয়মনি। তৌইগুম্বসুং ইংরেজী foot-তদি

অসুম্না তৌগদবনি হায়বা অকক্লবা লৈতে। মৈতৈ ছন্দগী তান-খোঙমতেকপু ইংরেজী foot-কা চাংদম্নৈনা য়েংলবসু উগনি, ইংরেজী foot অমসুং মৈতৈ ছন্দলৈরেংগী তানখোঙমতেক অনীসিগী মরক্তা মায়বা করিসু লৈতে। অসিগুম্বা তানখোঙমতেক খুদিঙমক্তা খোল্লুম তাদবা য়াই, অমসুং থংন থংনবা তানখোঙমতেকশিংদা খোল্লুমগী লৈফম মায়দবসু য়াই। মথক্তা পীপ্রিবা শৈখোঙ অনী অহুগী ছন্দমশেম ইংরেংজীগী মতুংইন্না থায়দোক্লবদি অসুম্ন ওইগনি—

— / — — / — — — — / — — / — — —

অরাং | বতা | য়ে বি | গম্নু অনেন্ | বসু | কাউবি | গম্নু

/ — — — / — — — / — — — / — — —

কংখি | বসু | কংজ | সমু | কেনখি | বসু কেনজ | সমু

ছন্দগী অসিগুম্বা মথায়দোক অমসুং খোঙথাং অসি ইংরেজীদা চৎনদে। ইংরেজীদা anapaest-নচিংবা খোস্থোক অহুমগী foot না শৈরেংগী শৈখোঙ শেম্বা য়াই. তৌইগুম্বসুং মৈতৈ শৈরেংগী খোল্লুমথোই ছন্দলৈরেংগী তানখোঙমক্ক খুদিঙগী মতুংদা পোত্থাক্কম অমমম লৈ, ইংরেজীদদি অসুম্না লৈবগী নিয়ম লৈতে, foot খুদিঙগী নক্ত্রগা তাইনবা foot অনী খুদিঙগী মতুংদা পোত্থ'ফম লৈগদবনি হায়বা য়াক্কম করিসু লৈতে। ইংরেজীদা foot অমগী মসুংদা মপূংকাবা খোল্লেপ অমা তাবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মৈতৈ তানখোঙমতেক্কী মসুংদদি খোল্লেপ অমত্তা তাদে। মৈতৈ খোল্লুমথোই ছন্দগী কোনফম অকক্ল-বনি, তৌইগুম্বসুং ইংরেজী ছন্দগী ছাচাদি কদ'য়ফাওবা চিংথোক-চিংশিন থাঙবা ঙম্বগে হায়বত্থগী প্রমাণ ফংবা ঙম্মী কোলরীজগী Christabel অমসুং অহুগুম্বা অতোপ্পা কবিতাশিংদা। মৈতৈ খোল্লুম-থোই ছন্দলৈরেংদা চপচাবা ঈচেলনাইবা ছন্দ নক্ত্রগা blank verse ইবা য়াদে, তৌইগুম্বসুং ইংরেজী ছন্দদদি মথলমথা অয়াম্বা মওঙদা লোল্লেপকা খোল্লেপকা মরী লৈনহনবা য়াবনা ইংরেজীদা ঈচেলনাইবা ছন্দ য়াম্না নীংথিবা মওঙদা ইব য়াই। King Lear, Paradise

Lost নত্রগা শেলি শুইনৃবার্ণ নচিংবগী অকাওবা কবিত্তাদগী পয়েং থয়া লৌথোক্লগা মৈতৈ খোন্নুমথোই ছন্দদা হূকচিন্নবা হোৎনহ্না য়েংলগা মসিদা চপচাবা ঈচেলনাইবা ছন্দ শীজিন্নবা য়াদে হায়বসি খঙবা ঙমগনি।

হৌজিক্কী মৈতৈ শৈরেংদা তিন্নবা খোঙ্খোক থুদিঙমক অশাংবা ওইনা লৌরগা খোন্নিঙ্খোই ছন্দ মথল অমা চৎনরক্লিবা অসিদা মতম পূন্নমক্তা ইংরেজী ছন্দ ইনবা য়াই হায়না কনা কনাগুম্বনা নীংবা য়াওই। তিন্নবা খোঙ্খোকপু ইংরেজী accented অমস্তুং তিন্নদবা খোঙ্খোকপু ইংরেজী unaccented খোঙ্খো'ক্কী মহূৎশিনবনি হায়না নীংহ্না মপাঙ্খোংদা অয়াম্বা মতমদা ইংরেজী ছন্দ ইল্লে হায়না নীংবা য়াই। মহ্নদি, কনা কনাগুম্বনা

•—•   •—•   •–•   —

বসন্ত ⁝ মতমগী ⁝ মালঙব ⁝ গুম

শৈখোঙ অসিবু ইংরেজী amphibrachic tetrameter-গী থুদম ওইনা লৌবা য়াই। তৌইগুম্বস্তুং খরা মুন্না য়েংশিল্লবদি উগনি, ইংরেজী amphibrach কা মসিগা মান্নবসি চাউরাকপা মীৎয়েংদনি, চপচাবা মীৎয়েংদা নত্তে। তানখোঙমরু থুদিঙদা খোনকাপ মরি লৈবা মরম্না মসিগী ছন্দ ঙাক্লিবনি, ইংরেজী foot-কী মওঙ ইনবনা নত্তে। অহানবদা ইংরেজী accented খোঙ্খোক অমস্তুং মৈতৈগী তিন্নবা অশাংবা খোঙ্খোক অনী অসি খোন্নিলগী মায়কৈদগী য়েংলবদি পোৎশক অমতা নত্তে; নরুবা খোঙ্খোক্তা চাংদন্নবদা accented খোঙ্খোক্কী খোন্নিলগী মগুণ লৈবা অতুক মৈতৈগী তিন্নবা অশাংবা খোঙ্খোক্কীদি লৈতে। তিন্নবা খোঙ্খোক্তি মহৌশানা তিন্নদবা খোঙ্খোক্কী শাংবা হেল্লি, মসিবু খোনকাপ অনী ওইনা লৌনবগীদমক হেন্দোকপা মগুণ অম' চেনগদবনি হায়বা থোইদোকপা লৈতে। কনা কনাগুম্বনা

শরৎ-থানিল থাবল-মপাউ
য়াকায়রোই শীঙেল-মপাউ

শৈখোঙ অনী অসিবু ইংরেজী iambic ছন্দলৈরেংগী থুদম ওইনা নীংবা

য়াই। 'শ', 'থা' অসিনচিংবশু মথোক্না unaccented খোল্লোক অমসুং 'রৎ', 'নিল' অসিনচিংবশু accented খোল্লোকী মশক্কি হায়না নীংবা য়াই। তৌইগুম্বসুং মৈতৈ খোনহায়গী নিয়মদা 'রৎ', 'নিল' খোল্লোকশিং অসি রাহৈগী অয়োইবা ভিন্নবা খোল্লোক ওইবা মরম্না মহৌশানা শাংই। মখোয়গী থংনবা খোল্লোক্কা গুণগী করিগুম্বা খেন্নবা নল্লগ খোঙ্গিলগী খোইদোকপা মওঙ অমতা কনাদসু ফাওদে। মৈতৈগী মহৌশাগী ওইবা খোনহায়নিয়মদা র হৈগী অয়োইবা স্বরগী অরাম্বা হম্বরকপনা 'থানিল', 'মপাউ' অসিনচিংবা রাহৈগী অরোইবা খোল্লোকশিংবু unstressed syllable-গা মাপ্লে হায়না লৌফম খোকই। অসিতা নত্তনা মওঙ অতৈ কযামরুমমদগীসু মথোয অসিগী শাজ্রংকা ইংরেজী ছন্দগী শাজ্রংকা মরুদা পূমখেন খেৈন্নে হায়না প্রমাণ তৌবা য়াই। 'শরৎ থানিল থাবল-মপাউ' হায়বসি থরা হোংদোক্কুনা 'শরৎ-থানিলগী থাবল-মপাউ' অসুম্না ইরবদি ইংরেজী ছন্দগী কোনফম কায়রে, তৌইগুম্বসুং মৈতৈ ছন্দগী নিয়মদদি অকায়বা লৈতে। মরমদি শৈখোঙ অসিগী য়ুম্ফমদি খোনকাপ ও কী তান-খোঙমরুনি, অমসুং মসিগী ছন্দকশেমদি অসুম্না ওইগনি—

•— •— •— •—

শরৎ : থানিল ⁝ থাবল : মপাউ

অসিতা নত্তন 'শরৎ' অমসুং 'থানিল' অনীসিগী মরক্তা লাপ্ন-রিবসি খোল্লেপ নত্তে, তৌইগুম্বসুং 'থানিল' হায়বা রাহৈসিগী মতুংদা খোল্লেপ অমা তারি, মসি মৈতৈলোল খঙবা খুদিঙমক্না পাবদা খঙবা ঙম্মী। মরমদি "শরৎ থানিল" রাহৈ অনীসিনা তানখোঙমক অমা অমসুং 'শরৎ' রাহৈ অসিনা তানখোঙমতেক অমা ওইনা লৈ। ইংরেজী ছন্দদদি অসুম্না ওইহনগদবান হায়বা থোইদোকপা লৈতে। মতৌ অসিগুম্না "বসন্ত : নতমগী ⁝ মালঙব ⁝ গুম" হায়বা শৈখোঙ অসিবু থরা ওল্লোক্কুনা "বসন্ত: ঋতুগীদি ⁝ মালঙব ⁝ গুম" অসুম্না ইরবসু ছন্দ অচুম কায়দনা লৈ, তৌইগুম্বসুং ইংরেজী ছন্দগী ছাচাদি

কায়। মরুওইবা য়াদি অসিনি—মৈতৈ ছন্দগী য়ুক্ষমদি খোনকাপকী মায়বা চাংচৎনি, করিগুম্বা অকরুবা কোনফম অমা নস্তে। করিগুম্বা কোনফম অমগী মতুংইন্না কবিতা ইনবা হোৎনবশিংগী ইংরেজী মৈতৈরোল য়ায়বা শৈখোঙশিংদগীসু মসিগী প্রমাণ কংই।

কাপ্ কাইট্ ⁝ কৌপ্ কাইট্ ⁝ মিইহ্ লৌক্লী
মিস্ ফুল্ ⁝ হনিমুন্ ⁝ বন্দব্ ⁝ লাক্লি

শৈখোঙ অনী অসিদা মপূংফাবা তানখোঙমরু খুদিংগী তিয়ব' অশাংবা খোম্বোক অনী থম্নগা ছন্দ শেয়বা হোৎনরি; তৌইগুম্বসুং অরোইবা শৈখোঙগী অনীগুবা অমসুং অহুমগুবা তানখোঙমরুদা তোঙান তোঙানবা কোনফম শীজিন্নরি, অতুম ওইনমক ছন্দগী করিগুম্বা অকায়বা অমতা ফাওদে। অতোপ্পা খুদম অমনা—

গ্রোং গ্রোং ⁝ কাংখোঙ ⁝ গ্রোং গ্রোং ⁝ লয়রে
মসিগী মচুক্তা
গ্রোং গ্রোং ⁝ কাংচাকা ⁝ গ্রোং গ্রোং ⁝ লয়রে
নম্নগা

গো'রো গোরো ⁝ কাংচাক গোরো গো'রে' ⁝ লয়রে

অসুম্না ইরবসু ছন্দগী করিগুম্ব অকায়বা অমতা লৈতে। তৌই-গুম্বসুং ইংরেজী ছন্দাদ খোনকাপইনবা ওইদুনা গুণইনবা ওইবনা কোনফম্না মরু ওই। মরম অসিনা জাৎ মায়বা foot নম্নগা গণ অমনা অমগী তুত্ত শী'ওয়ব য়হ, iu bu ক' মথমদা anapaest অতুগা trochee গী মফমদ dactyl শী ওয়ব য়ায় চৎনৈ মৈতৈ-লোন্দা ইংরেজী ছন্দ পুশিল্লকপা পাম্বশিংনা মৈতৈ শৈরেংদা অসিগুম্বা মওঙ অসি লৈহন্নবা হোৎনরবদি ছন্দদা অকায়বা ওইগনি। ইংরেজ কবি শেলিগী The Cloud কবিতাগী পরেং খরা লৌখোক্লগা য়েংসি—

I bri g | fresh showers | for the thirst ing flowers
From the seas | and the streams ;

— ´ — ´ — — ´ — ´

**I bear | light shade | for the leaves | when laid**

— — ´ — ´

**In their noon- | day dreams.**

শৈখোঙ মরি অসিদা accented অমস্তুং unaccented খোম্থোক-শিংবু শীন্দোক্লিবা অমস্তুং ছন্দ খায়দোক্লিবা মওঙশিং অসি মৈতৈ শৈরেংদা পুশিন্নক্লবদি শোয়দনা ছন্দ কায়গনি। অতুগা মিল্টনগী

— ´ ´ — — ´ — ´ — ´

**Of man's first dis-o-be-dience, and the fruit**

1 -1-1-1 -1-1 -: -: -1 -1-1 -1 -1 -: -1-1

— ´ — — ´ — ´ ´

**Of that forbidden tree, whose mortal taste**

-1 -1-1 -1 1-1-1 -1-1-1 -1 -1 -1-1 -1-1

অসিনচিংবা শৈখোঙশিংদা খোনকাপ অমস্তুং খোম্লিলগী মথলমথা অয়াম্বা লাংলোম্না শেম্লিবা ছন্দগী জাল মওঙ অসি মৈতৈ ছন্দদা পুশিন্নকপা ওইথোক্কনি নীংদে।

খোম্থোক্কী মথুংদা লৈবা গুণগী থেম্নবনা ইংরেজী ছন্দগী যুম্ফমগী মশক ওইবা অতু মৈতৈ ছন্দদা ওইদে। খোল্লুম শীজিন্নরবদি খোল্লুম তাবা খোম্থোক অতুদা খোম্লিলগী থোইদোকপা মগুণ অমা য়াওই, তোইগুম্বস্তুং মৈতৈ শৈরেংদা নীংতম্না খোল্লুম শীজিন্নবা য়াদে ( মসিগী মরমদা অনৌগুবা শরুক্তা নৈনথ্রে )। খোনকাপ অমগী অয়াংবা খোম্থোক্কা ভাইননা অক্লাম্বা খোম্থোক থম্লবস্তু গুণগী থেম্নবা থওবা ওম্মী, অমস্তুং মরম অতুনা মৈতৈ কবিশিংনা অক্লাম্বা খোম্থোক য়াম্না শীজিন্নতুনা ছন্দগী অক্লাম্বা হেন্দংনবা হোৎনৈ। "বসন্তগী চৌক্লবা অহীংদা / সুংশি-প্রেমগী ঈংলবা ঈপাক্তা" নত্রগা "সাহিত্যগী পনয়ায়মক্তদা / হায় নমথায়রে" অসিনচিংবা শৈখোঙ পারগা মসি থওবা ওম্মী। তোই-গুম্বস্তুং অতু ওইরবস্তু থেম্নবা অসি ইংরেজী accented অমস্তুং

unaccented কী খেন্নবগা মান্নদে, অমসুং মসিনা ছন্দগী য়ুম্ফম ওইবা য়াদে। শম্না হায়রবদা, তানখোঙমরু অমগা তানখোঙমরু অমগা খোনকাপকী মান্নব চাংচৎ লৈবনা মৈতৈ ছন্দগী য়ুম্ফমগী মশক্তি, অতোপ্পা গুণ য়াওরিবা পূন্নমক ছন্দগী মরুওইদবা মওঙ নত্রগা খোক্লু খোক্লুবা লৈতেং ওইবতনি।

## মৈতৈ ছন্দদা তানখোঙমতেক

মৈতৈ ছন্দগী রাক্ফমদা তানখোঙমমরুনা খ্বাইদগী মরুওইবনি হায়র্বাস পূন্নমক্লা য়ানরি। তানখোঙমরুনা মৈতৈ ছন্দগী মচাক্তি, তানখোঙমরুগী চাংওন্দা ছন্দগী খোঙথাং অমসুং শাজৎ নল্লি অমসুং মতুনা ছন্দ। মশক তাকই হায়র্বাস পূন্নমক্লা যানরবা রাফম্নি তোই-গুম্বসুং মৈতৈ ছন্দগী রাকমদা তানখোঙমতেক্কী মকম অসি কদায়ফাওবা মরুওইবগে হায়বতু অয়াম্বনা ফাবা ঙম্নদে। মরম অতুনা মৈতৈ ছন্দগী মরুওইবা কাঙলোল অয়াম্বা অমসুং মৈতৈ ছন্দগী মরীদা নৈননীঙাই ওইবা রাহং কয়াগী পাউথুম শেংনা খঙবা ঙম্নদ্রি। মরম অতুনা মৈতৈ ছন্দগী খোইদোকহেন্দোকপা মওঙ অমসুং ধর্ম, অমদি মৈতৈ ছন্দগী মথেলনাইবগী মায়কৈ কয়া লৈরিবা অসি অয়াম্বনা শন্দোক্লা তাকপা ঙম্নত্রি। 'অসিস্ম যাই, অতুস্ম য়াই', 'মরক মরক মসিস্ম য়াই', 'মতম পূন্নমক্তদি য়াদে', 'কবিগী মাকোংন পূন্নমক চানহন গদবনি' অসিনচিংবা অশেংনব পাউথুগশিং অ স পীরগা তোকই। তোইগুম্বসুং কনা কনাগুম্বা খরদদি তানখোঙমতেক্ক রাফম্সি ছন্দগী মসুদা মরুওইবা অমনি হায়বা য়াম্না শংনা ফাওত্রবস্ম খরমকৈদি ফাওদবা নত্তে।

তানখোঙমতেক কবিনে অমসুং তানখোঙমরুগা তাখোঙমতেক্কা কবি মরী লৈনবগে হায়বতু হায়না নৈনত্রে হৌজিক মসিদা তানখোঙ-মতেক থায়দোকপগী পথাপনা ছন্দগী রাকমদা কয়মুক মরুওইবগে হায়বতু উৎনবা হোৎনরি।

(১) তানখোঙমতেক্ক খায়দোকপগী পথাপ খঙদনা তান-খোঙমরুগী মশেম, মতুগী অশোয়-শোয়দ চপচানা খঙবা ঙমদে। হীরম অসিদা মুন্না হেংশিন্দবদগী চাউবগী 'পি খাদোই' কবিতাদা 'ঐখোয়স্তু নঙগী নতৌশুম', 'লৈরাং ফিজেৎনরে পৃথীনা' অমস্তুং দরেন্দ্রজিৎকী 'ইরৈপাক' কবিতাদা 'নপারি লুন তৌজবী', 'ভারতকী শমজি লংদাইকম' অসিনচিংবা অশোয়বা তানখোঙ মরু শীজিন্নরি ( অনীশুবা শরুক্কী ৩শুবা মতাং য়েংউ )।

(২) মৈতৈ শৈরেংদা খোল্লুমগী মফম লৈ অমস্তুং মতুনা ছন্দগী খোইদোকপা মশক অমা লৌহল্লি, ছন্দগী খোঙচৎ হোংহল্লি, খোম্থোক্কী খোনকাপস্তু অখোই অহেন নাইহল্লি। তৌইগুম্বস্তুং খোল্লুমদি মতমলৈবখিবিক্তা অমস্তুং মফম পুম্নমক্তা তাবা য়াদে। তানখোঙমতেক্কী পথাপ য়াওদনা মসিগী য়াবা য়াদবা রাফম খঙবা ওই-থোক্কে ( অনীশুবা শরুক্কী ৩৭চ-শুবা অমস্তুং ৩৭ছ-শুবা মতাং য়েংউ)।

(৩) মৈতৈলোন্দা মহৌশানা শাংবা স্বর লৈতে। মরম অতুনা মৈতৈ ছন্দদা সংস্কৃত ছন্দগী মওঙ পানশিন্নীংবমথৈ পানশিনবা য়াদে। অতুম ওইনমক, করি করিগুম্ব মফমদা মৈতৈ শৈরেংদা অশাংবা স্বর শীজিন্নবা উই। করম্বা মতমদা, কদায়দা অমস্তুং করম্বা নিয়ম মতুংইন্না মৈতৈ ছন্দদা অশাংবা স্বর শীজিন্নবা য়াবগে হায়বতু তানখোঙমতেক্কী পথাপ য়াওদনা খিজিনবা য়াদে (অনীশুবা শরুক্কী ২৯শুবা মতাং য়েংউ)।

(৪) মৈতৈ ছন্দদা খোম্থোক্কী খোনকাপতি হান্নদগী লেপ্তে, ছন্দগী pattern হায়বদি মওঙগী মতুংইন্না লেপ্পী। তানখোঙমতেক্কী পথাপ য়াওদনা মওঙ অসি অমস্তুং মসিগী চন্নফমগী মশক তাকপা ওইথোক্কে ( অনীশুবা শরুক্কী মতাং ৩০-৩৫ য়েংউ )।

(৫) মৈতৈলোন্দা চৎনদবা করিগুম্বা অতোপ্পা লোলগী রাহৈনা মৈতৈ কবিতাগী রাহৈ ওইনা শীজিন্নরবদি মতুগী খোনকাপমশীং করম্না লেপকনি? সমরেন্দ্রগী 'ওইনাম মোহন' কবিতাদা 'এসিষ্টেণ্ট সেক্রে-টরী', 'কোকফাইটিং', 'গ্রাণ্ট ইন এইদ', 'ফাইনেন্সিয়েল ইয়ার',

'সমুদ্রকী সুন্দরী' অসিনচিংবা অতোপ্পা লোলগী রাচৈনা মৈতৈগী রাচৈ ওইনা শীজিন্নরি। অসিগুম্বা মকমদা খোনকাপমশীং লেপ্পসি তানখোঙমতেক্কী পথাপ ইল্লগভা য়াই; অতোপ্পা পাদৈ অমত্তনা অসিগুম্বা রাচৈশিংদা খোম্থোক্কী খোনকাপমশীং পুখোকপা য়াদে।

(৬) মৈতৈ শৈরেংদা ঈচেলনাইবা ছন্দলৈরেংদা অমস্তুং অতোপ্পা মকম কয়াদস্তু তানখোঙমরুগী মরক্তা লোল্লেপ তাবা য়াই। তৌই গুম্বস্তুং তানখোঙমরুগী মরক্তা মকম অমদা হেক্তা লোল্লেপ তাবা য়াদে, তানখোঙমতেক্কী পথাপ মতুংইন্না হায়বদি তানখোঙমতেক থায়দোকপগী মওঙগা চাননা তানখোঙমতেক অনীগী মরক্তা অসিগুম্বা লোল্লেপ অসি থম্বা য়াই।

(৭) মৈতৈ ছন্দদা রাচৈগা তানখোঙমতেক অয়ম্বা মতমদা মান্ননা লৌই, মরমদি চাংওইনা রাচৈমপুং অমমম্না তানখোঙমতেক অমমম ওই। তৌইগুম্বস্তুং করি করিগুম্বা মতমদা রাচৈ অনী পুন-শিল্লগা নক্রপা রাচৈ-মপুম অমা থুগায়রগা মচুগী শরুক অমনা তান-খোঙমতেক ওইবস্তু য়াওই। অস্তুম্না তানখোঙমতেক থায়দোকপগী মওঙ অসি তানখোঙমতেক্কী পথাপ য়াওদনা লেপ্পা ঙমদে।

## মৈতৈ ছন্দগী ঈচেল

থুলঙ ছন্দনা মৈতৈগী অহানবা ছন্দনি অমস্তুং মৈতৈ শৈরেংগী অহানবা শৈহৌ-খোঙ্গেন্দি থুলঙঈশৈগী 'হ য়ি হ য়া হ য়ুম্ হে' খোম্থোক তরেং অসিনি হায়বসি মৈতৈ ছন্দগী হৌরককম নৈনবা মতাংদা হায়রে। অচুনা মৈতৈ শৈরেংগী অহানবা মচাক্তি খোন-কাপ অমগী খোম্থোক তরেংনা শাবা তানখোঙমরু অমমম্না ওইরম্মী। মৈতৈগী অরিবা ছন্দ অসিদা বৈদিক সংস্কৃতকী বৃত্ত ছন্দদা লৈরবগুম্না ছন্দলৈরেং মথল থুদিঙমক্কী অককপা উচন খোইদোকপা লৈরমদে, অকনবা নিয়মগী মতুংইন্না মথংমনাও শীন্দুনা অত্তেনবা অমস্তুং অশাংবা খোম্থোক থম্মমদে অচুগা অপূনবা খোনকাপমশীংগী মরমদদি বৈদিক

ছন্দদা অকক্নবা অচ্চুপুন্না মসিদমু খোইদোকপা অকক্নবমদে। অরোইবা যুগকী সংস্কৃত সাহিত্যদ অমসুং প্রাকৃত ছন্দ অয়াম্বদা হাম্নদগী হোংদোকপা মওঙ অমা লাকখি, লেখোক্ত পূম্নমক খোনকাপ মশীং মান্নবা শরুক কয়ামরুম খোক্লা থায়দোকনি, করিগুম্বদমু গণ মথস অমতবু হন্না হন্না শীজিন্নখি। হায়বদি খোনকাপ মান্নবগী চাংচং অমা ভারতকী ছন্দদা চঙলকখি। মতম অসিদা মাত্রাচ্ছন্দ, জাতি ছন্দ, আর্য্যা, গীতি অসিনচিংবা মখলগী ছন্দ উবা ফংখি অসুম তৌনা ওন্নক্লিবসি বৈদিক ছন্দগা অরিব ভারতকী ছন্দগা তিন্নরকপদগী ওইবা য়াই। মরমদি আর্য নত্তবা অতোপ্পা কাঙলূপকী মীশিংনা মহৌশাগী ওইনা হৈনবা মওঙ অমদি খোনকাপকী মান্নবা চাংচং অমা নাইনা হাযদোকপনি অমসুং আর্য নত্তবা কাঙবুশিং অসিগী মরক্তা সংস্কৃত সাহিত্যগী অরোইবা যুগতা সংস্কৃত লোল শন্দোকখিরম্মী। হায়রিবা মতম অসিগী মমাঙদগী হায়বদি বৈদিক সংস্কৃতকী যুগতগী হৌনা মৈতৈ খুলঙছন্দ লৈরক্লবনি হায়বসি চৈজ্ঞীংলোল ছন্দগী হৌরকপ মতম নৈনরগা খঙবা ঙমগনি। অদুনা ভারতকী ছন্দ অতৈ অতেদা খোন-কাপ মান্নবগী চাংচং লাক্তুবৈদগী হৌনা মৈতৈ ছন্দদা খোনকাপ অমগী খোম্থোক তরেং তরেংকী তানখোঙমরু শীজিন্নবা অসি অদুম চৎনরক্লবনি হায়না লৌবা য়াই।

মত্তাং অসিদা নীংশিংগদবা অমনা চৈজ্ঞীংলোল ছন্দ নত্রগা পেনা ছন্দ নত্তবা খুলঙছন্দগী মওঙ তরুক অমসুং লৈ হাযবাসিনি। মতুদি কোৎরোল, তেংখারোল, লাইরারোল, লাইবোরোল, নাউথেমলোল অমসুং উরাউবীরোল। চৈজ্ঞীংলোল ছন্দনা খুলঙ ছন্দগী খাইদগী লিবা মওঙনি হায়না লৌনৈ। মরমদি মসিগী তানখোঙমরু খুদিঙদা খোনকাপ তরেং তরেং লৈ অমসুং খোনকাপ তরেং অসি মৈতৈ লৈরেংগী অহানবা শৈহৌ খোঞ্জেল খোম্থোক তরেং অদুদগী লাকপনি। খোম্থোক তরেংকী খুলঙছন্দ নত্তবা অতোপ্পা মওঙগী খুলঙছন্দ লৈত্রি-তৈদা খুলঙছন্দবু চৈজ্ঞীংলোল ছন্দ নত্রগা পেনা ছন্দ হায়রগতা খঙনবা

মতম অমা লৈখি ( অহানবা শরাক্তা 'মৈতৈ ছন্দগী হৌরককম' নৈনবা মতাংদা য়েংউ)। পেন' য়াওদনা খুলঙঈশৈ শক্লরিঙৈ মতমদদি খোন-কাপ তরেৎকী তানখোঙমরুনা শাবা খুলঙ ছন্দগী মওঙ অসিমখক্তা লৈরম্মী। পেনা য়াওনা শক্লবা মতুং কাইনখংদা ফৌগুরোল ছন্দ, ভেংখারোল ছন্দনচিংবা অসি লাকখিবনি।

পেনাগী রাক্ষম অসি মৈতৈ ছন্দগী মৈহৌরোন্দা মরুওইবা অমা ওইবনা পেনাগী হৌরককম অমসুং হৌরকপা মতমগী মরমদা পেনা-অশৈবা খরনা লৌনরিবা রারী অসি মতাং ম্যসিদা খঙজিনবা চুম্মী। মরমদি পৌরাণিক ওইবা রাক্ষম ওইরবসু মুম্না খিজিল্লবদি মসিদগী প্রমাণ ওইবা য়াবা লংজীন চিংখোক্লীঙাই লৈবসু য়াই। পেনা-অশৈবশিংগী রারী মতুংইম্না—ত্রেতা যুগতা নারদ মুনিনা লবকুশ মচিম্মনাওবু পাখঙ পীখঙনবগীদমক রামসীতাগী মমিংবু বীণাদা খোংহুনা শকপা তম্বীখি। অহুদগী কলি যুগতা রামসীতানা থখখোইবী ওইনা শাই-ওল্লবদা মখোয়গী মিংখৈ শোনবদা মৈত্রবাক্তসু বীণা হায়বা যন্ত্র অসি শীজিন্নবা হৌখি। রাধাকৃষ্ণলীলা শকশোনবগী শৈরোল অমসুং মহুগী মসুংদা লৈরিবা ভাব রসকা অয়াম্বা মান্নে। লাইনীংলাইশোনগী ভাব অমসুং স্থর খোকহল্লিবা বীণা অসি মৈত্রবাক্ত শীজিন্নরবা মতমহুদা মওঙ থরা ওনখি অমসুং মমিংসু 'বীণা'-দগী থরা থৈখিহুনা 'পেনা' অস্থম্না হায়নখি। মতৌ অস্থম্না পেনাঈশৈনা মৈতৈ সাহিত্যদা আধ্যাত্মিক যুগ অমা পুরকখি। পেনাবু হৌজিক "নারদমুনি-মখুৎশু লুরাংঙম্বা-মশালোল লবকুশ-শিন্দমৃহৈ" অস্থম্না মমিং থাহুনা শক্ল'রবা অসিমক্ত নারদমুনিগী বীণাদগী পেনা হায়খিবনি হায়না থাজনরকপগী মীৎয়েং অহু ফোংদোক্লি।

রাক্ষম অসিনা পৌরাণিক ওইবনা পেনাগী হৌরককম মতম অসিগী মরুদা logio-কী রাক্ষম খোইদোকপা য়াওত্রবসু মৈতৈগী হান্নদগী লৈরকপা খুলঙছন্দগী তাম্বাগা পেনাঈশৈগী 'হেপ্‌লি'

হায়না খঙনবা তাম্বাগা চানবদগী মৈতৈ ছন্দগী ইতিহাসতা পেনাগী মকম য়াম্না চাউনা লৈ অমসুং কনা কনাগুম্বনা পেনাগী তাম্বা খঙনবা 'হেপ্‌লি' হায়বা য়াহৈ অসিবু 'ছন্দ'-গী অশেংবা মৈতৈ য়াহৈ ওইনা লৌবা য়াওই।

মতাং অসিদা খঙ্‌জিন্নীঙাই অমনা, বীণাগী স্বর মথাঙ তরেৎ 'সা রি গ ম প ধ নি' অসি পেনাঈশৈনদদি সপ্তক অহুম্মক্তা 'সা রি গ ম প' মথাঙ মঙা অসিফ'ওবতা লৈ, 'প' দগী হেন্না য়াংখৎনা শক্তে।

মৈতৈলোলগী ইতিহাসপু (১) অরিবা যুগ, হায়বদি, য়েল-হৌবৈদগী মোঙয়াম্ব হাক্তকফাওবা, (২) খাগেম্ব হাক্তক্তগী ভাগ্যচন্দ্র হাক্তককাওবা, (৩) ভাগ্যচন্দ্রগী মতুংদগী কুলচন্দ্র হাক্তককাওবা অমসুং (৪) চূড়চাঁদগী মতমগী হৌজিককাওবা—অমুম্না যুগ মরি খোক্ল খায়দোক্লবসু মৈতৈ সাহিত্যগী ইতিহাসতি অরিবা যুগ, ময়ায়যুগ অমসুং হৌজিক্কী যুগ অমুম্না যুগ অহুম থোক্লা খায়দোকই। সাহিত্যগী অরিবা যুগসু য়েলহৌবৈদগী মোঙয়াম্বফাওবান; ময়ায়যুগনা খাগেম্বদগী চূড়চাঁদগী মমাঙফাওবান অদুগা হৌজিকা যুগনা লোলগী মরিশুবা যুগকা অমতনি।

অরিবা যুগকী মৈতৈ সাহিত্যদসু হৌজিক্কী সাহিত্যদা তৌবগুম্না অথুবা, অতপ্পা অমসুং অথীনবা খোঙচৎ অহুম্মক্কী ছন্দ হায়বদি খেল্লুমখোই, শৈনম্মৈই অমসুং খোম্নিম্মোই ছন্দ মথল অহুম্মক শীজিন্নবা উই। লোনকাপ মাল্লবগী চাংচৎ অমসু যুগ অসিগী ছন্দদা য়াম্না কম্ন লৈবা উই। তৌইগুম্বসু চাংচৎ অসি মতম পুন্নমক্তা ভাক্ল চৎলি হায়বদি য়াদে। খেল্লুমখোইগী চেঙৌংলোল, শাহিরারোল অমসুং ফৌগুরোল ছন্দ থেঙ অহুম অসিনা অরিবা যুগকী শৈরেং-সাহিত্যগী মরুওইবা শদোংনে। অহুম অসি নত্তবা অতোপ্প মওঙগী খেল্লুমখোই ছন্দ খেতন অসিগী সাহিত্যগা উবা ফংদে। অদুগা যুগ অসিগী লাইরিকশিংদা শীজিন্নবা শৈনম্মৈই অমসুং খোম্নিম্মোই ছন্দদি

খোনকাপ ৬কী তানখোঙমরুনা শাবা ছন্দলৈরেং গাক্তা ওইনা তৌই, অতোপ্পা মওঙনী ছন্দলৈরেং করি করিগুম্বদা শীজিন্নবা য়াওরবসু মহুদা খোনকাপমশীং অমসুং নিয়মগী মায়কৈ অতৈ অতৈগী অকায়বা য়াম্না উবা ফংই। খোল্লুমথোই নত্রগা খুলঙছন্দগী মতাংদসু অসিগুম্বা অকায়বা মওঙ যাম্না উই। অহানবা যুগতা ইরম্বা শৈরেংলাইরিক-শিংগী মনুংদা অহোঙপুং লালুপাং (লালুপান্), লাইরেম্ পাউশ, কোন্থৌজম নোঙ্গারোল্, হিরোল্ তেংথা, চাদ লাইহুই অসিনচিংবা অসি পনবা য়াই। হাযরিবা লাইরিকশিং অসিদা খোল্লুমথোই, শৈনিম্থোই অমসুং খোম্নিম্থোই মথল অছুম্বকী ছন্দলৈরেং উবা ফংই। খুদম ওইনা—

(অ) লাইরেল্ রাংব মৈতেংথো / খোইমোম্ লাক্ক অচিপা =৭+৭
শজিক্ লেল্পু নোংতমনা / থবা লালনোং খায়রিপা =৭+৭
(হিরোল্ তেংথা)

শৈখোঙশিং অাস খোল্লুমথোইগী চৈজ্জীংলোল ছন্দদা ইবনি, তেংথা শৈরোল ওইরবসু তেথারোল ছন্দদা ইবদি নত্তে। অরিবা যুগকী মতুংদা মৈতৈ সাহিত্যদা তেংথারোল ছন্দ লাকখিবনি।

(আ) থেক্কিমু থেক্কামু / মীংচিনা খোইখোয় / সনামু =৬+৬+৩
(লাইরেম্ পাউশ)

মসি অথুবা অমসুং অতপ্পা খোঙচৎ অনীমক্তা পাবা য়াই। অথুবা খোঙগা পাবা মতমদা খোল্লুমথোইগী লাহরারোল ছন্দ ওইনা অমসুং অতপ্পা খোঙচত্ত পাবা মতমদা শৈনিম্থোই ছন্দলৈরেং ওইনা লৌগনি।

(ই) থানিংব হোংনদেঃ মিকৌব হোংনদে,/ =৬+৬
(চাদ লাইহুই)

মসি খোনকাপ ৬+৬=১২না শাবা তানখোঙ-অমচৎপী শৈনিম্থোই ছন্দলৈরেংগী মওঙনি। বাংলা 'দীর্ঘ একাবলী' ছন্দগা মওঙ অমতনি।

(ঈ) • : — ∘ • : •॥ — • ॥ •
হুচিক্ নঙনা ⁝ পীবুক্ নচা ⁝ য়ানূবসিপো =৬+৬+৬
• : ∘ : — •— • — • ॥ •
অল্লাং কে'রো ⁝ নোংহুরৈমা ⁝ ওইনগেকো =৬+৬+৬
( কোম্থৌজম্ নোঙ্গারোল্ )

মসি খোম্নিম্থোই ছন্দলৈরেংগী মওঙ অমনি। খোম্থোক মশীন্দা থরা খেন্নরবস্থু ছন্দমপুংদা মসি সংস্কৃত রুচিরা ছন্দগা মান্নৈ হায়না লৌবা য়াই।

মৈতৈগী খ্বাইদগী অরিবা অমস্থুং অথোইবা ছন্দলৈরেংদি তান-খোঙ অনীচংপী অমস্থুং তানখোঙ-অহুমচংপীনি। য়েলহৌযুগতগী হৌন' হ'য়রিবা ছন্দলৈরেংশিং অসি শীজিন্নবা উই।

মৈতৈ সাহিত্যগী ময়ায়যুগতা ছন্দগী মনীংমখাতম্বা মওঙ য়াম্না লাকখি। য়েলহৌযুগতা খোনকাপ মান্নবগী চাংচং অম' কন্না লৈরম্বহু ময়ায়যুগতা হম্থরক্খি। অতুনা হৌজিকসু মনীংতম্বা ছন্দগা মওঙ হাইকেৎ মান্নবা অতেন-অশাং য়াম্নবা তানখোঙমরু অমস্থুং তান-খোঙ য়াম্না শীজিন্নবা উই। ছন্দগী মরমদা অনৌবা মীৎয়েং লাকপগা লোয়ননা ছন্দগী অনৌবা মওঙ কয়াস্থু ময়ায়যুগতা থোরকখি। যুগ অসিগী অহানবা শরাক্তা মৈদিঙু গরীবনিরাজগী মমাঙক'ওবদা হায়-বদি চরাইরোংবগী হাক্তককাওবদা থোকখিবা ছন্দগী অনৌব' মওঙদি খোম্লমথোইগী তেংথারোল, লাইবৌরোল, নাউথেমলোল অমস্থুং উরাউবীরোল মরি অসিনা মরুওইবনি। মথোয় অসিগা লোয়ননা মায়কৈ অমরোমদা খোনকাপমশীন য়ান্নবা শৈনিম্থোই ছন্দলৈরেং অনৌবা থরস্থু মতম অসিগী কবিশিংনা হৌদোকখি।

ময়ায়যুগকী শৈরেংসাহিত্যগী অথোইবা পোথোক্ত থাগেম্বগী মতমদা ইবা 'সনামহী লাইহুই' অমস্থুং চরাইরোংবগী মতমদা ইবা 'লৈরোন'—লাইরিক অনী অসিনি। লাইরিক অনী অসিমক খোন-

কাপমশীন য়াম্নবা শৈনিঙ্খোই ছন্দদা ইবা ঙাক্তনি খুদম ওইনা মখাগী শৈখোঙশিং অসি য়েংবা য়াই—

(অ) লাইরেন নপা মৈতেঙু গা / নপন মৈতৈরৈমগা
উনবী পুক্লীং লেপ / মোম্নু রাকয়ৈ থানগা ওই
লাবা শীন্নৌ কংলোম্না / পায়মনিংশা লীতিম্নরিঙৈ

( সনামহী লাইছুই )

(আ) মৈদিংঙু শেনবি ক্যাম্বনা / ক্যাং খুঙমলৈ।
ছাওরৈ নোংপোক পাংবরম / শেনবি লৌথেংযাং,
ক্যাং চরাংতেক, : তেকপি খাচনচীং. / যাংলৈ তাওবা হুইথৌচীং,
লিরাচমংলৈ / মুংকোং মুংতাং ⁝ নিংথৌ খুশিননোং
লৌথিবা থমলোই / তাইদা পানবা লৈ,
শেনবি ক্যাং খুঙমলৈ।

( ক্যামলৈ--লৈরোন )

অসিতা নত্তনা '.মাইয়াং কংলৈরোল', মোইরাংগী শাইওন তরেৎ, পাম্বোইবী 'থাম্বুল—লাইরিক অহুম অসিসু মহায়যুগকী অহানবা শরুক্ত য়াম্নবা শেনিম্বোই ছন্দগী শৈরেংসাহিত্য ঙক্তনি। তৌই-গুম্বসুং পাম্বোইবী খেংজুলগী মরক মরক্তা চৈজীংলোল ছন্দ ইন্বা শৈখোঙসু য়াওই। মতুদি—

লুমাঙ শমজি চগোলৈ / লুতুং শমজি ওইরম হুন
—অসিনচিংবা।

গরীবনিরাজগী মতমদা গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্মগী অকনবা শক্তম্না মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যগী জগত্তা অচৌবা য়াওল অমা লাকপগা লোয়ননা ছন্দগী লমথৈনুংদসু শক্তম অসি য়ৌরকখি। অসিগী মমাঙকাওবদা লৈরম্লিবা মৈতৈ ছন্দগী মওঙশিং অসি মৈতৈ ছন্দশিল্পীশিংগী অশেংবা থূদোম্নি। অনৌবা ধর্ম অসিগী অকনবা ঈহোংগা লোয়ননা বাংলা লৈবাক্তুগী চঙলকপা ঈশৈ মথল কয়ামরুমদা শাদোং ওইহুনা

ছন্দগী অনৌবা শাথেক কয়ামরুমসু চঙলকখি। মতাং অসিদা, অনৌবা ছন্দগী শাথেকশিং অসি শকথঙনবা তারবদি অহানবদা মথোযগী শাদোং ওইরক্লিবা ঈশৈশিং অচৌগী মরীমথোঙ অমসুং মওঙ খঙখিবা তাই।

মৈদিঙু গরীবনিরাজনা গৌড়ধর্মদা লাইমিং লৌরবা মতুংদা মৈদিঙু অসিগী সনাহাক্তক্তা বঙ্গদেশতগী কীর্ত্তনগী ঈশৈ মথল অমা চংলকখি। বঙ্গদেশতগী লাকপনি হায়দুনা ঈশৈ অসিগী মমিং 'বঙ্গদেশ'-তগী শম-জিল্লগা 'বংদেশ' অসুম্না খঙনখি। অতুদগী ভাগ্যচন্দ্রগী হকতক্ত 'বংদেশ'-তগী স্বর শেমদোকল্লুনা মৈতৈগী খোংলেংগা চানবা স্বর অমা পুথোকখি। মসিনা নটয় (নোট্) ঈশৈনা মিং পোন্দুনা অনৌবা মওঙগী কীর্ত্তন-ঈশৈ অমা ওইনা হৌদোকখি স্বরদা থেম্নরবসু ঈশৈ অসি লোলদি বংদেশ কীগা অমত্তনা। 'ত-আ-'ব ন-ত-ন' হায়বা মযেক [illegible] অসিনা স্বর শইরেং মসিগী অলাপ থোককল্লি। মৈতৈ খুলঙঈশৈবু মৈতৈগী অশেংবা ঈশৈ ওইনা লৌবগুম নটকী স্বর অসিবুসু মৈতৈ ওইবা স্বর মথল অমনি হায়না লৌবা যাই। মতম অসিদা শরুখিবা নট ঈশৈগী লোলদি মৈথিলী ব্রজবুলী য়ান্নবা অরিবা বাংলাদা ইবা বৈষ্ণবপদাবলীগী লোলনি। হৌজিক্কফাওবা বৈষ্ণবপদাবলীগী অরিবা বাংলা লোন্দা নট-ঈশৈ শকপা অতুম চৎনা [illegible] শকপা অসিগা পোয়ন লোয়ননা মৈতৈ সাহিত্যগী হৌজিক্কী যুগ যোরক্লবা মতমদা হায়বদি চূড়াচাঁদগী মতমদা নট ঈশৈ অসি মৈতৈলোন্দসু শকপা হৌখি। মৈতৈলোন্দা নট-ঈশৈ শরুবা হোৎনবদা লময়ানবিথিবশিংগী মরুংদা রাজকুমার সূর্য্যবর, লাইরেন্মযুম ইবুঙোহল, রাইখোম চাউবা অসিনচিংবা মিংশিং অসি পনবা য়াই। মতুংদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনসু মায়কৈ অসোমদা পুক্লীং চঙলকপদগী ঈশৈলেংবা অমসুং ঈশৈওজা কযানা হৌরম অসোমদা ফনা যান্না চঙশিনবিহুনা মণিপুরী ছন্দগী পূক্তৈ থন্নবা হোৎনবদা তেংবাংবিরি। মতাং অসিদা ইশামক্লা ইবা 'মধুর যজ্ঞ' (বৈষ্ণবসঙ্গীত) অমসুং 'লাইরৈমনা মপাম থোঙদাবা' (শাক্তসঙ্গীত)

ঈশৈ-লাইরিক অনী অসি পনবা য়াই। অসুম তৌনা নট-ঈশৈদা শাদোং ওইচুনা বাংলা পদাবলীগী ছন্দ মণ্ডল কয়া মৈতৈ সাহিত্যদা চঙলকখি।

অসিগী মতুংদা চন্দ্রকীর্ত্তিগী হাক্তক্তা 'ঢোব (ধোব)' হায়না খঙনবা ঈশৈ মথল অমসু চঙলকখি। মসি স্নুরদা নটকা থেমরবস্ন শৈরোলদি বৈষ্ণবপদাবলীগীনি নটকুম্না যাম্না শন্দোকপা ঙমদবনা অমসুং হৌজিকফাওবা মৈতৈলোন্দা শক্লদবনা ছন্দগী মাযকৈদা মসিগী শহুম খোইদোক্ল কন্দে হাযবা যাই অতুদগী চড়'চঁদগী হাক্তক্তা নবদ্বাপকা মনোহরশা।এও .গ'স্বামানা হোদোকপা কীর্ত্তনগী ঈশৈ মথল অমসু মণিপু'দা চঙলকাখ মনোহর .শাস্ন .গী মামং লোতুনা ঈশৈ আসগী মামিং মৈতৈগী খোনহাযদা নলোহরশাহ' হাযনা খঙনাখ। মণিপুর হম্ফালগী ভাভে'ম যুগীন্দ্র অমসু' কাছাড মাস্নঘাটকা তোম্নু সিংহ ঈশৈওচ্ছ অনান ইহান হান্না মৈতৈলোন্দা মনোহরশাহ শকপা হোদোকাখ তৌহগুহস্নু' নট-ঈশৈগুম্না মাস মণিপুরদা অচুক য়াম্না শন্দোকপা ঙমদবদগী মৈতৈ সাহিত্যগা থরা থাপ্নবগুম তৌই অমসুং মরম অতুনা ছন্দগী মথক্তা মসিগী শহুম খোইদোক্লা চঙলক্তবগুম উই। অচু ওইরবসু মেতৈ সাহিত্যদা বাংলা পদাবলী সাহিত্যগী ঈচেল পুশিল্লকপদা হৌজিকসু মসিনা অচৌবা শরুক অম যারি অমসুং মরম অতুনা ঐথোয়গী মীংয়েং মরুমদা ছন্দগী মায়কৈদসু মসিগী শহুম খরদি অতুম লৈরিবনি।

চূড়াচাঁদগী হাক্তক্তা 'খোংজোমপর্ব' হায়না খঙনবা খুলঙঈশৈগী অনৌবা শাইওন ওইনা তৌবা ঈশৈ মথল অমসু থোরকখি। মসি অহানবদদি খোংজোমলালগী মতাং (পর্ব) শকপা ঈশৈ ওইনা তৌ-রম্মী। মতুংদা মথং মথং থম্বথোইবীগী রারী, মণিপুরগী নিংথৌরোল, রামায়ণ মহাভারতকী রারী অসিনচিংবা অসিসু অনৌবা শৈশক অসিদা শকপা হৌখি। খোংজোমপর্বগী শৈরোলদি খোনকাপ ৮ অমসুং ১০গী মপুংফাবা তানথোঙ-অনীচংগী ছন্দলৈরেংদা অয়াম্বা ইনৈ।

করি করিগুম্বদা খোনকাপ ৮+১০, ৮+১২ অসিনচিংবা মওঙগী ছন্দ-লৈরেংদসু ইনবা য়াওই।

অসুম তৌনা হায়রিবা ঈশৈশিং অসিনা মৈতৈ ছন্দগী পূৰ্বৈদা অনৌবা মচাক কয়া পুশিল্লকখি অমসুং মতুংগী লোযননা লাকখি মৈতৈ কাব্যক্তগী অঙাওবা ছন্দগী মনীংতম্না ঈহৌ। মপাল্লোমদগী লাকপা অনৌবা ছন্দগী শরীক-খোঙ্গেন্না মৈতৈ কবিগী নাকোংদা য়েববা মতম অসিমক্তদা হায়বদি গন্নীবনিৱাজগী হাক্তক্তা তখেনওম্বা, শমজোকওম্বা অসিনচিংবা শৈরেং-লাইরিক ইখি। লাইরিকশিং অসিদা হায়দগী থূর্জী কোমতুনা লৈরম্লবা শৈনিম্লোই ছন্দগা বাংলা পদাবলী সাহিত্য-দগী চঙলকপা ছন্দগা য়াম্নবা, য়াম্না মনীংমখা তৌবা ছন্দগী মওঙ উবা ফংই। অসুম্না যাম্নবা ছন্দগী মনীংতম্না ঈচেল অসি ভাগ্যচন্দ্রগী মতুংদা ইবা ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা, সোনামাণিক, সম্বালাল অসনচিংবা লাইরিকশিংদা অমসুং লঙ্কাকাণ্ড (রামায়ণ), বিরাটপর্ব (মহাভারত), অশ্বমেধযজ্ঞ (মহাভারত) অসিনচিংবা অনুবাদকাব্যদসু চেম্বরকপা উই। চৌরজিংকী মতমদা ইবা মোইরাং কংলৈরোলগী শরক্তা (শমজুমনিগী মতাং) অমসুং নরসিংহগী হাক্তক্তা ইবা 'গম্ভীর সিংহ নোঙ্গাব' লাইরিক্তসু য়াম্নবা ছন্দগী মওঙ অসি য়াম্না উবা ফংই। শম্না হায়রবদা ময়ায়যুগকী অনৌওবা শরক্তা খোনকাপমশীন য়াম্নবগী মওঙ য়াম্না হেল্লিল্লকখি। খুদম ওইনা—

(অ) রামচরণ সিংহ খম্বা রায়েনবা
মালৈ চীংওল্লবনা পাউথুমখিয়ে—
লাইরেন কোয়ৌ ইনোংথৌও
ময়াম খোংনাং মনিন নাইবদা
লাঙ্গোই শগোল পীনা লোইহাসে হায়বসিবু

(তখেনওম্বা)

[আ] য়াওয়্রৌ মণ্ডংলাংগী পুক্নীং ফকয়াওননা
ব্রাহ্মণ শাপ মীচৈখে'নগী প্রাণ থরায় মাঙনিঙ্গনে।

[ জন্মেজয় সর্পযজ্ঞ ]

[ই] থা থা থাবুংতোন !
নচা মোরাম্বী পোবিংগে, পোবী শনম্ নম্বিগে,
হৈবোং মশা অমত্তা থাদবিরকউ।

[ যূম্বাল্লোল ]

'যূম্বাল্লে'ল লাইবিক্তা খোনকাপকা মান্নবা চাংচৎ লৈবা শৈখোঙস্মু উবা ফংই। মতুদি—

শগোলতোংবা ক'ইরম্বা' নঙবু তোংবা য়াঙদেদা =৭+৭

অসিতা নত্তনা খোনকাপকী মান্নবা চাংচৎ নৈংথিনা ডাকপা ছন্দ-মওঙদি চন্দ্রকীর্তি অমস্থং কুলচন্দ্রগী মতমদা ইবা ঈশৈ অনী অসিদসু উবা ফংই—

[অ] ময়ায় লৈকাই থম্বাল শাংলে
খো'ইমুনা ইল্লে খোযরাবা,
শাবা লাউ লাউ চৎসি লাউ
কল্লকপা যাম্মী কপ্প'ওবা য়াম্মী
মাঙদা থারো' লাউ।

[ চন্দ্রকীর্তিগী মতমদা ইবা ]

[আ] চেক্ক' পাইখরবনা পোম্বী হজিল্লকপদা
চেক্কাগী কায়দোঙফম শঙদবনা
পোম্বী কঙডাওনরে-১।
চীংঙুংগী সনালোক্তগী পাইবিরক্লোনে
শাবী ইনেমচা পাম্মুবা !

[ কুলচন্দ্রগী মতমদা ইবা ]

তোইগুম্বম্সুং মাম্নবা চাংচত্তা য়ূম্ফম ওইবা ছন্দমওঙদি ময়ায়য়ুগত্তা শীজিন্নবা য়াম্না রাংলম্মী। ময়ায়য়ুগতগী হৌজিক্কী য়ুগ লাক্তি কাওবা মৈতৈ ছন্দ অসি অরিবা নিয়মগী অরেপ্পা মওঙগী হিদেন্দগী অরেপ্পা নাইদবা ঈচেল অমদা তাউত্নুনা কোয়রম্মী। মতুংগী মতুংদা মৈতৈ সাহিত্যগী অনৌবা য়ুগকী অয়ুক্তা য়াকায়রোল শকখিবা চাউবা, কমল, অঙাংহল, নবদ্বীপচন্দ্র অমসুং দরেন্দ্রজিৎ ছন্দশিল্পী মঙা অসিনা তোঙান তোঙানবা মায়কৈদগী লাক্তুনা মৈতৈ ছন্দগী ঈচেল্দা পূম্না চেম্থমিন্নখি—অসুম তৌনা হান্না' লৈরম্বা ঈচেলদা ঈরম মঙানা তিন্দুনা মৈতৈ ছন্দগী পুন্সিদা য়ৌবনগী অনৌবা ঈথক ঈহৌ অম' পুরকখি। মতম অসিদা অমুক অরেপ্পা নাইবগী হিদেন্দা মৈতৈ ছন্দ য়োৗরকখি। মসিদগী অমুক অনৌবা নিয়ম অমদা ছন্দগী জগোই উৎপা হৌখি— লোক্তাক্কী লুরব, লাইজদা, মেরাগী থাবল-ইপোমদা, অহীংগী চেক্লা তাম্নাগী শুরদা—নোংঙাল্লমদাইদা চাক্রৎপা কায়নমৈচাকী সুরদা— থৌওইবিরুপ্রবা পেনাগী রু রু খোম্লেন্দা—নীংবা কায়রবা মৈত্রবাকী থম্মোই থিনগায়না—বিশ্বসা হতাগী খোম্লেলগা তিম্ননীংবগী ইঙ্গিৎকা লোয়ননা।

অনৌবা নিয়ম অসিদা ছন্দগী য়ুম্ফমদি তানখোঙমক্রনা ওইররে অমসুং তানখোঙ-অনীচৎপী, তানখোঙ-অহুমচৎপী, তানখোঙ-মরি চৎপী, করি করিগুম্বদা তানখোঙ-মঙাচৎপী ছন্দলৈরেংদা কবিতা ইবা হৌরক্লে। কবিশিং অসিনা খোনকাপকা খোম্থোক' ম'ম্নমনা লৌরম্মী, খোম্থোক খুদিঙমক অতেনবা ওইনা লৌরম্মী। অদুগা রাহৈনী মমৈতাবা তিন্নবা খোম্থোকপু অশাংবা ওইনা লৌবম্ন য়াওই, লৌদবম্নু য়াওই। অদুগা শৈখোঙনা ছন্দগী মরুওইবা মচাক্নি হায়না থন্দুনা করি করিগুম্বদা খোনকাপমশীং ৭+৭-কী শৈখোঙং খোনকাপমশীন ৮+৬-কী শৈখোঙগা মাম্ননা থম্বম্ন য়াওই।

খোম্নিলগী অমত্তওইবগী মওঙগা মথেলনাইবগী মওঙগা * লোয়ন

*মতাং অসিদ' মথেলনাইবা (বৈ'চত্র্য) অমসুং 'য়াম্নবা' (মিশ্র) অনীদি

লোয়ননা লৈরগা ছন্দ ওইরিবনি। অমতওইবগী মওঙনা মসিগী থরায় হাপ্পী, মথেলনাইবগী মওঙনা মসিগী শকুম শেম্মী। অমতওইবগী মরী অমা লৈত্রবদি শৈরেংগী ছন্দ ওইবা য়াদে, তৌইগুম্বসুং অমতওইবগী মরী লৈবতনা পূময়া য়ারবদি নত্তে, মতুনা ছন্দসি লৌচিং অমতদা চিংমন্দুনা তাবদা লেথোরকই অমসুং পুক্নীং থম্মোইদা পানবা রাংলকই। ছন্দগী ইঙ্গিৎ-চেনবা শক্তি, থরায়গী রসপু মশক পন্নবা শক্তি -মথোয় অসি মথেলনাইবগী মতীকচাবা মশীন্দা নন্দুনা লৈ। অমতওইবনা ছন্দগী তালনি, মথেলনাইবনা ছন্দগী স্বুরনি মৈতৈ সাহিত্যগী অনৌবা যুগ হৌগৎলকপদা অমতওইবগী মতুংদা মথেলনাইবগী মওঙ পুরক্নবা হোৎনবগী রাংল লৈরমদে মতৌ করম্না অমতওইবগী মরী হায়বদি খোনকাপকী চাংচৎ ওংকনগে হায়বসিনা কবিশিংগী রাংথল ওইরম্মী। ডাঃ কমলনা হাম্নগী অরিবা নিয়ম অসিদগী হোংদোকুনা হায়বদি খোনকাপকী চাংচৎ মথল অমতনা তানখোঙ অমসুং শেখোঙ শেম্বা তোক্নুনা মৈতৈ কবিশিংদা ইনৌ নৌবা লম্বী অমা হাংখি। কুম্নোন কয়া চুপ্পা মৈতৈ ছন্দনা মনীংতম্ন চেম্বতুন বিশ্বসাহিত্যগী পাক্নবা লমদমদা মৈতৈগী খোঙ্গেল পুন্নুনা চৎনবগী মঙ মঙৎনা লাকপঙ মতম অসিদা মীকপ থোকখি—মতম অসিদা মৈতৈসাহিত্য-লাংরেম্বীগী লাইশঙদা শরীক কাংশি মোইবুং খোঙ্গেল তাখি। কমলগী মশাদা ভূম্বা নাইত্রবা ছন্দঈকাও অমা লৈবা মরম্না অমতওইবগী মওঙ থম্বতনা মহাক্না পেল্লমদে। মহাক্না ছন্দদা পুক্নীং তুনীঙাই ওইবা মথেলনাইবগী মওঙ পুরক্নবা হোৎনরম্মী অমসুং থরমথৈ পাঙথম্ন পাঙথোক্নম্মী। চাউবা, অঙাংচল, নবদ্বীচন্দ্রনচিংবা কবি অতৈ অতৈদি মথেলনাইবগী মরমদা

অর্থ অমতদ লোংয়োহদবান। অাবদা অর্থদি শাবদা রস চেংহনবগীদমক্তা ছন্দগী চাংচঙা শাথেক মথল মথল থোকহন্দুনা ঊথক হোৎনবা অচুবু ছন্দদা 'মথেলনাইবা' কৌই। অচুম্বা রস অমসুং ফজবগী থাকমদা থোইদোকপা মরী লৈনদনা তোঙান তোঙানবা মথলগী মচ ক নত্রগা শরুক নত্রগা খোঙচৎনা শৈথোক নত্রগা কবিতা অমদা তিন্নবা লৈবা অচুবু ছন্দদা 'য়াম্নবা' কৌই।

থোইনা হোৎনরমদে। চাউবনা বাংলা ছন্দগী মওঙ খরদি পুশিল্লম্লবসু বাংলা ছন্দদা হৌজিক চৎনরিবা মথেলনাইবগী মওঙশিং অসিদি পুশিল্লমদে। দরেন্দ্রজিৎনা মাইকেল মধুসূদনগী অমিত্রাক্ষর ছন্দ পুশিল্লকপ হোৎনহনা মথেলনাইবগী মওঙ খরদি পুশিল্লরবা ভোরম্মী, ভোইগুম্বসুং চপচানা পাঙথোকপদি ঙমখিদে।

কবিশিং অসিগা থংমনাউম ওইনা মীনকেতন অমসুং শীতলজিৎসু মথং মথং কবিতাগী থোর্জে পায়খৎখি। অহুদগী নদীয়া, সুরচাঁদ, নীলবীরনচিংবা কবি খরসু ভুংইল্লকখি। হায়রিবা কবিশিং অসিগী কবিতাদসু মথেলনাইবগী মওঙ থোইনা উবা ফংদে। মথোয়গী কবিতা অয়াম্বা চৈজ্ঞীংলোল ছন্দগী থোনকাপ ৭+৭-কী শৈথোঙ লৌহনা ইবা ওইনা ভোই। মথেলনাইবগী মওঙ য়াওদবনা কবিশিং অসিগী কবিতাদি মথায় কল্লবস্ত মশক শেম্বদা খরা য়াৎলি। কবিশিং অসিগা মতম অমতদ সাহিত্যগী থোর্জে পায়মিল্লরিবা ইবোহল, গৌর-কিশোর, নীলকান্ত, সমরেন্দ্রনচিংবা কবি খরদি মথেলনাইবগী মায়কৈদা মীৎয়েং খরা লামথোরকপগুম ভোই। ভোইগুম্বসুং লোল্লেপ অমসুং থোল্লেপ তিন্নহন্দবা মথেলনাইবগী মরুওইবা মওঙ অদোমদদি থোইন য়েংথোক্তে হায়বা য়াই।

লোল থুদিঙমক্কী কাব্যগী ইতিহাসতা উবা ফংই—কাব্যদা অনৌ-বা ঈহো ইথিন লাকপা মতমদা, অনৌবা রস না কাব্যবু অনৌবা খরায় হাপ্পা মতমদা ছন্দদসু অনৌবা ঈচেল লাকই, কবিগী থোজেল্লা অনৌ অনৌবা ছন্দগী ঈথক্কী দোলাইদা মশাবু কোংদোকচৈ ছন্দ হায়বসি কাব্যগী শাদোং অমা ওইবত্তা নত্তে, কাব্যগী মশকনাইবা হকচাংসু ওইরিবনি কবিগী সুংবানগী থোইদোকপা মওঙগা মহুগী কোংদোক্লবা পাম্বে হায়বদি ছন্দগা মরী য়াম্না নক্লে। কবিগী 'brains beat into rhythm' ছন্দগী তাল থুদিঙদা মহাক্কী পুক্নীংদা ভাব ( idea ) অমসুং য়াথলগী ঈথক হৌরকই ; মরম অহুনা রবীন্দ্রনাথনা

হায়খি, মহাক্কী পুরুং'দা অহানবদা অনৌবা স্বর অমা লাকই, মতুংদা মতুংগী 'তুংইম্না স্বর অতুগী চানবা য়াহৈ নত্রগা ঈশৈ লাকই। মরম অসিনা উবা ফংই, অশেংবা কবি খুদিংমক ছন্দগী ই'তহ সতা অনৌবা মতাং অমমম হৌদোকই। মশাগী মরল লৈবা মী অদুদ অতোপ্পগী সনা য়াম্মচুনা শিদে, মশাগী থম্মোইদা চপচাবা ঈহৌ ইথিন লৈবা মী অতুদি হায়: চংনরম্বা ছন্দ ইনবা মহৌশানা পামদে অমসুং খুদোং চাদে। মৈতৈ সাহিত্যগী ময়ায়যুগতগী হৌনা মথং মথং লাকখিবা সাহিত্যগী য়াওলশিং অসিগী ইতিহাস নৈনরগা য়াকম অসি খঙবা ঙমগনি।

হৌজিককী মৈতৈ শৈরেংগী ছন্দদা অপূবা ছন্দ মওঙ যাম্না চঙশিন্নকপা উরি। 'নব-নব উন্মেষশালিনী' ওইবা পাঙ্গল নত্রগা প্রতিভাগী খুদম উংপা য়াম্না য়াংলি। হৌজিক মথলমথা অয়াম্বা ঈচেলনাইবা ছন্দ, মনীংতম্বা ছন্দ, য়ারেংকবিতাগী ছন্দ পুশিন্নক্লিবা অসি মরুওইনা বাংলা অমসুং ইংরেজী ছন্দরোমদগী চঙলকপা ওইনা তৌই। হৌজিক লৈরিবা মরুওইবা মৈতৈ কাব্যলাইরিকশিংদি থায়নগী অরিবা ছন্দগী উচন্দগী থোইনা হোংদোকপা লৈতে। মসিদগী হোংদোক্লরবদি ছন্দ নাইবা য়ারোই হায়বগী মতাগুম খন্নবা য়াওই। অতুনা হৌজিক ওইরিবা মৈতৈ সাহিত্যগী ফিভম অসি ইংরেজী সাহিত্যদা অদুঙৈ পোপকী প্রভাবনা ওইরম্বা ফিভম অতুগ মাম্নৈনা লৈ। বাংলা সাহিত্যদা রবীন্দ্রনাথকী প্রভাব লৈবগুম্না ইংরেজী সাহিত্যদসু পোপকী প্রভাবনা পোপকী কাব্যদা শীজিম্নবা ইংরেজী ছন্দ অতুদগী হেনবা পুখোক্লীঙাই লৈতবগুব থন্নরম্মী। অতুনা পোপনা তাক্লম্বা লম্বীদা 'rule and line'গী পাম্বৈনা কবিতা ইনরম্মী। মতম অতুদা ওইরম্বা ইংরেজী ছন্দ অমসুং কাব্যগী ফিভমদি ঈচেল থকপ্রবা তুরেলগী পাংথক্লি। মৈতৈ কাব্যদসু হৌজিক মতুগা চপমান্নৈ। ছন্দ অসি কবিগী মশাগী মুংবানগা লোয়নরকপা নত্তবা, মতৌ তম্নবতা ওইনা থোক্লে। হৌজিকী কবি অয়াম্বগী শৈরেংদা ছন্দগী ফজবা মগুণ য়াম্না উবা ফংই। তৌই-

শুদ্ধসুং অদুম ওইনমক কবিতাশিং অদুনা পুক্নীংদা মরি অমদি মমি তাহনবা অমসুং রস ঈহৌহনবদি ঙমদে। মরমদি মখোয়গী শৈরেংশিং অদু খুৎহৈবগী কোনকমদা হায়বা পোৎশক ওইবত্তনি, শিল্পীগী মশাদগী থোকপা সুংবানগী শক্লাইবা পোৎশক নত্তে। অদুনা কবিতাশিং অদুগী ছন্দদা মতৌতম্বগী হৈশিংবত্তনি উৎপা, শেম্বগী মগুণদি য়াওদে।

শৈরেংছন্দদা অসুক্কা রস চেন্দবা ক্ষিতম অসি উবদগী হৌজিক্কী কবি অয়াম্বনা ঱ারেংকবিতারোমদা পুক্নীং চঙনরক্লি। ঱ারেং-কবিতাগী মরমদা থোইদোক্না নৈনরুক্রবসু হায়বা য়াই—঱ারেং অদু শৈরেংদি নত্তে। ঱ারেং কবিতানা করিগুম্বা মতমদসু শৈরেংগী কক্ষমদা কম্লগনি হায়বসি নীংদে। মরমদি শৈরেংগী ইঙ্গিৎচেনবা মগুণ অদু ফজবা ঱ারেং নত্রগা ঱ারেংকবিতাদা লৈতে। প্রতিভা চেনবা কবিশিংনা শৈরেংছন্দদা ইৎগী মতুঙ্গা ঱ারে ছন্দদা ইনরক্লিবসি চৎনরিবা শৈরেংছন্দগী মতীকচাদবা অমসুং অনৌ অনৌবা ছন্দ পুথোকপা চঙই হায়বা তাকপত্তনি।

হায়রিবা ঱াকমশিং অসি অচুম্বনি হায়না লৌবদা কনানসু চিংনরোই হায়না নীংই। হৌজিক্কী কবি খরনা শৈরেংছন্দদা কবিতা ইদুনা মিংচৎ ফংবা য়াওরি। মখোয়গী ছন্দশিল্পগী মগুণ অসি শীংথানীংঙাই ওইরবসু হৌজিক্কী মৈতৈ শৈরেংগী ছন্দদা ঈহৌ হম্বা মতাং অমা ওইরি। ছন্দ-সুরধুনীদা নৌনা জোয়ার কানবা হোৎনবা অমসুং অনৌ অনৌবা ঈচেন্দা সুরধুনীগী ঈচেল অদু মশীংনাইদবা ঈরোঙ কয়া থোক্না চেলহনবা মতম ওইরে।

---